

**Andro Khunda Laitarakpa amasung Meihourolgi Chatnabishing**
By: Salam Thambal Luwang

| | |
|---|---|
| অংকাওবা : | Th. Shyamkumar Singh, Hon'ble MLA, Andro A/C |
| মখূম য়েকপা | (Artiste) Kulla Singh |
| অনীশুবা ফোঙবা | ২০১০ |
| মশিং | ১০০০ |
| মখূম নমুনা শেম্বা | অইবা |
| মমল | লুপা ২০০/- |
| নম্ফম | এম: কুমার ওফসেট প্রেস পাউনা বজার, ইম্ফাল |
| টাইপ সেট্টিং | হাওবম মোবী সিংহ, ইতম নুঙ্গোয়, খ্বাইরাকপম ইবেয়াইমা দেবী, নিংথৌখোং |
| লাইরিক ফংফম | আর কে বুক ষ্টোর পোলোগ্রাউন্দ কমপ্লেক্স, মণিপুর সাহিত্য পারিসদ, ইম্ফাল, রাজেস বুক ষ্টোর গভর্নর রোড, অইবা মশাগী য়ুম অন্দ্রো |

# এসোসিয়েসনগী ৱারোল

# মণিপুর চকপা লোই এসোসিয়েসন, অন্দ্রো ব্রাঞ্চ

Regd No 70/M/SR/2003

'অন্দ্রো চকপা লোই এসোসিয়েসন, অসিনা লমদম অসিদা লৈরিবা অশুনবা মতমদগী লেঙদনা শুসি ফাওবা মুংনাইদনা লৈরক্লিবা মৈহৌরোল অসিগী চৎন-পথাপ অমদি পুয়াগী অরিবা লাইরিকশিং লোয়নননা লমদম অসিদা লৈরিবা অরিবা পোৎ-চৈশিং পুন্নমকপু থিগৎতুনা পুথোক্লবা হোৎনবদা এসোসিয়েসন অসিনা হকথেংননা ওঝা থম্বাল লুৱাংগা তান্নজবদা ওঝা অসিনা হরাওনা য়াবীদুনা লাইরিক অমা ওইনা পুথোকচরে। অরানবা অৱাৎপা কয়াসু য়াওরমগনি, অশোইবা অরানবা কয়াবু পাবীরিবা পাথকশিংনা ঙাকপিয়ু। লাইরিক অসিদা য়াওরিবা পুন্নমকশিং অসি ইরমদম অসিদা লৈজবা ৱারী ঙাক্তনা মপুং ওইনা পুথোকচবনি, অতোপ্পশিংগী ৱারী-ৱাতাই অমতা লৌশিঞ্জদে, পাবীরিবশিংনা হংবীনিংবা কয়া লৈরবসু অইবা অমদি এসোসিয়েসনগা তান্নবীয়ু ।।

*প্রসিডেন্ট*
লৈশুংবম য়ুগিন

*ভাইস প্রসিডেন্ট*
য়ুমখাইবম ইবুংঙো

*সেক্রেটরি*
ইগজিক্যুটিভ মেম্বর

*হিজম উমা*
চিংঙাখম গম্ভার সিংহ

*অইবা*
সলাম থম্বাল লুৱাং

# অইবদা

শ্রীসলাম থম্বাল সিংহনা ইবা "অন্দ্রো খুন্দা লৈতারকপা অমসুং মৈহৌরোলগী চৎনবীশিং" হায়বা লাইরিক অসি স্ক্রপ্ট ওইনা লৈরিঙৈদা পারে। নহা ওইরিবা লেখক অসিনা হান্নসু লমজিং শৈরেং কৌবা শৈরেং লাইরিক অমসু ইদুনা ফোঙদোকখ্রে, নহা ওইরিবা কবি অসি শৈরেং ইবদা নত্তনা লমদম অসিগী মরুওইনা অন্দ্রো হায়বা লম অমসুং মসিদা তারিবা মীওই কাঙলূপ অসিগী মরীদা য়াম্না কুপ্না থিজীল্লগা মণিপুর মীয়ামগী মাঙদা সাহিত্যগী লনকৈ ওইনা অমদি লাইরিক ওইনা ফোঙদোক্তুনা পুথোরকপা অসি য়াম্না থাগৎনিংঙাইনি, সংস্কৃতি লৈবা জাতি অমনি লৈবাক অসিদা মফম অসিগী তোঙান তোঙানবা য়েক, শলাই, মীওই, তিন্নদুনা অমতা ওইনা তারি। মসিগীসু মথক্তা নোংপোক হারম অমসুং নোংচুপ হারমগী সংস্কৃতিগী ঈনোৎ কয়াসু লাক্তুনা তিনশিনখ্রবনি। লমদম অসিগী তোঙান তোঙানবা মীওই কাঙলূপকী চৎনবী জাতিগী ওইবা নাৎশিংদা খেন্নবা থর-থরসু লৈরি, মদু লৈবাকসিগী মীশিংনা মুন্না খঙবা হায়বসি তঙাই ফদবনি অন্দ্রোদা লৈরিবা মীওই কাঙলূপ অসিমক য়াম্না লিরবনি। ঙসি চহি মশিং খঙদনা মুৎপা লৈতনা থাদুনা লাক্লিবা অন্দ্রোগী মুৎনাইদ্রবা মৈগী মরমদা ঐখোয়না তারে; লমদম অসিগী তোপ তোপ্পা চৎনবী নাৎশিং অসি মীয়াম্না খঙনীংলিবনি। মীয়ামগী মাঙদা অসিগুম্বা খঙবদা কান্নরবা লাইরিক পুথোক্লিবা অইবা নহা অসিবু লমদম অসিগী "লাইনিংথৌ পনম নিংথৌনা থৌজানবীসনু"।

ইম্ফাল

তাং ৪/৪/১৯৯৯

নীলবীর শাস্ত্রি

# অইবগী ব্রাহৈ খরা

ইহান হানবদা লমদম অসিদা লৈরিবা 'ইবুংঙো পনম নিংথৌ' লাইনিংথৌবু খূবাম চাংজৌ তরা লোম্নজরগা ইকোক নোম্না, লু-লূক্লা খুরুমজরি। ঙসিদগী চহি চা কয়াগী মমাঙদগী হৌনা লৈরম্লবা অন্দ্রো মৈহৌরোল হায়না খঙনরিবা চাওরবা মৈগী খুভম অসিগা লোয়ননা লমদম অসিদা লৈরিবা অরিবা পোৎ-চৈশিং অমদি ইতিহাসকা শাগোম্নরবা অরিবা পূয়াগী মমিং চৎপা লাইরিকশিং লৈরিবা অসি মৈতৈ লৈবাক অসিদা লৈরিবা মীয়াম্না খঙনদবা কয়া অমসু য়াওরি।। মরম অদুনা ইরমদম অসিদা লৈরিবা অরিবা লোল ওইখ্রবা চকপা লোল, লমদম অসিগী অমতা ঙায়রবা চৎনবী লোলনি হায়রিবা লোল অসি লিরবসু মৈহৌরোলগী লোলনি। লাইরিক অসিদা মপুং ওইনা ইরিবা লোল ব্রাহৈ ব্রাতাশিং ময়ায় ওইনা লিরবা ব্রাহৈ ব্রাতানি, মরুওইবা ব্রারী ব্রাতাই পীবিরকখিবশিং অদুদি ঃ ১। সলাম শ্যামচন্দ্রো (মাইবা) ২। হিজম কুল্লচন্দ্রা লুব্রাং (ময়েক) ৩। ফানজাওবম তুলোপিৎ (খুল্লাকপা) ৪। চিংঙাখম খম্বা (নম্বোর) ৫। চিংঙাখম চাওবা (মাইবা), মসিগা লোয়ননা পুম্নমক অসিবু খোমচিঞ্জদুনা ইথোকচবদা লমদম অসিদা লৈরিবা চকপা লোই এসোসিয়েসননা চাওনা তেংবাঙবীবগীদমক্তসু অইবনা থাগৎচরি। লোয়ননা লাইরিক অসি ফোঙবদা ঐগী মরুপ ওঝা এল: নবকুমার সিংহ, প্রিন্সিপাল এম:এম: হায়র সেকেণ্ডরি স্কূলনসু মতেং পাংবীরকখি। মসিগীদমক্তা মরুপ্পু পুন্সিগী ওইন. কাওজরোই। পাঙদ্রবা ঐনা ইজবদা অব্রাংপা অমসুং অরানবা ব্রাহৈ ব্রাতা অশোইবা কয়াবু পাবীরিবশিংদা ঙাকপিয়ু হায়জরি।

ইম্ফাল
৮/৪/২০১০

অইবা
সলাম থম্বাল লুব্রাং
অন্দ্রো বজার

# য়াওফম তাকপা

# অন্দ্রো খুন্দা লৈতারকপা অমসুং মৈহৌরোলগী চৎনবীশিং

(অহানবা)

## অন্দ্রো খুন্দাবা হৌরকখিবা

অঙনবা মতমগী যুগতা লৈবম্বা হৈযি, চক হৈযা চক, লাংবচক অমসুং খুনুংচক হায়না কৌবা অমসুং খঙনবা যুগ মখল মবী অসি লৈবমই, হায়বসি লমদম অসিগী অখঙ-অহৈশিংনা অমদি মায়চৌশিংনা পুযাগী লাইবিক কয়ামকমদা ঙসি ফাওবদা মযেক শেংনা ইদুনা থম্বীবল্লি।

হৈযিচক, হৈযাচক অমসুং লাংবচক্কী মতমদা লাইয়ামশিংনা পাল্লমই হায়বিবা যুগ লাঙোন অসিগী মতমদগী চহি চা লিশিং কয়া কয়া মথংশিংনা হৌখ্রবগী মতুংদা অনৌবা অবোইবা মতম অসি যৌবল্লবদি যুগ অসিগী ওইনা খোইযুম লাইয়ামশিংনা মায়া অমসুং শায়া তৌবম্বদগী তপ্না তপ্না লাইগী মায়া অমসুং শায়া কয়াবু তুংওইবক্তুনা মমৈথংদদি নমু তাইবঙ মীওইবগী শক্তমদা লাক্লগা মায়া অমসুং লাইগী শক্তি কয়া কয়া তৌনবকখিবনি; হায়বিবা মতম যুগ লাংঙোন অসিদি মীওইবনা ফাওবা নীংশিংবা থোক্লিঙৈগা, হায়বদি ঙসিদগীনা চহি লিশিং কয়ামকমগী মমাঙদগীনি। মীওইবনা হায়বিবা মতম যুগ মবী অসিদগী লোইশিল্লক্লগা খুনুংচক্কী যুগ লাংঙোন অসিদা মপুং ফানা লাইয়ামশিংনা অশেংবা তাইবঙ মীগী শক্তমদা সায়া থাদোক্লদুনা লাংওনখিবনি। মতৌ অসুম তৌনা লেপ্তুনা চৎলিবা লাংঙোন যুগ কয়া অসি চহি চা কয়া

হৌখিবগা লোযননা হাযবিবা যুগ লাংঙোনশিং অসিনা মথং মথং হৌখিদুনা লোইখ্রবদা অনৌবা চহি যুগ কয়া অমুক মথং মথং লাক্কুনা মথক্তা পানখ্রিবা খুনুংচক্তগী শমথবক্কুনা পাল্লকখিবা অমদি শায়োন ওইনা লাক্লগা চীঙ অসিদা মতম শাংনা শাযোনখিবা অমদি নিংথৌ ওইনা পানখিবা মহাক্কী কোলোই মিংলেন্না নীংথিবা (লাইনিংথৌ) শিদবা চীংউ পাঙ্গলবা হায়না মিং কৌই।

হায়রিবা মতম অসিদা লাইনা মীগী শক্তি লাইগী শক্তি অসি কন্না শান্নরকপা মতমনি।

তোঙান তোঙানবা লোলদা তোঙান তোঙানবা কোলোই মিংলেনবু থোনদুনা হৌজিক মীয়াম পুন্নমক্লা খঙনরিবা অমদি শোন্নরিবা লাইনিংথৌ শিদবা নত্রগা চীংউ পাঙ্গলবা মহাক অসিনি, মহাক্কী মমিং অসিদি য়াম্না য়ামই; মদুদি খরদং পঞ্জববদা, লাইনিংথৌ শিদবা; চীংঙু পাঙ্গলবা নোংপোক নিংথৌ লাইনিংথৌ অমদি শিব শঙ্কর মহাদেব হায়না তোঙান তোঙানবা লোলদা ঙসি মীয়াম্না খঙনরিবা শক লোন্নরিবা কোলোয় মিংখৈনি, অসুম্না শক্তি লৈরবা লাইনিংথৌ শিদবনা হৌজিক মীয়াম্না খঙনরিবা নোংমাইজিং চীংজাও অসিদা চহি কযামরুম নিংথৌ ওইদুনা পানখি ঙসিদগী চহি চা কয়া পানখিবগে হায়বদুদি নীংশিংবা থোকখিদ্রে হায়বসি তশেং তশেংলে।

হৌজিক ফাওবা লেঙদনা লৈরিবা ব্রাহ্মীগী মতুং ইন্না অমদি পুযাগী লাইরিক কয়াদা য়েক্কুনা অমদি ময়েক ওইনা ইরগা থম্বীরম্বগী মতুং ইন্না খুভম অসিগী লেঙদবা শাক্ষি কয়া হৌজিক্কী মীরোলনা শেম শাদুনা থম্লি।নোংমাইজিং চীংজাও অসিদা (লাইনিংথৌ শিদবা) মহাক্কী খুভম অসিদা অনৌবা শঙ শাদুনা হান্নগী লৈজরম্বা খুভম মফম লেঙদনা শক্তম উৎতুনা থম্লিবা অসিনি।

হৌজিক ফাওবা মৈতৈ লৈবাক মণিপুরগী মীয়াম পুন্নমক্লা চীংকোই বারুনি হায়না মিংথোন্দুনা মীয়াম পুন্নমক্লা খুরুম্বা চৎনরিবা মফম নোংপোক নিংথৌ লাইনিংথৌ শিদবাগী চাওরবাা খুভম অসিনি। হায়রিবা মফম খুভম অসিমক্তা লাইনিংথৌগী খুভম নত্তনা মমিং চৎপা অতোপ অতোপ্পা খুভম কয়া অমসু মফম অসিদা লেঙদনা অমসুং মুৎতনা লৈরি; ঙসি ফাওবদা মৈতৈ লৈবাক্তা

লৈবিবা মীযাম পুম্নমক্না খণ্ডনবিবা শক্ল-শোন্নবিবা নোংমাইজিংগী চীংদোল অসিদা লৈবিবা (খালোং চীংগী চীংতেক) লাইনিংথৌনা লৈবিবা খুভম অসিদগী কি: মি: তংখায অমবোম খা পাংনা চৎলগা লৈবিবা মফম অমা ওইবিবা (খালোং খাবৈ যুংবী) খাবৈ যুংদুনা লৈবিবা খুভম অসিগী মমিং খালোং খাবৈ যুংবী হাযবিবা মিংথৈ অসিমক নোংমাই কাইনা চীংশেন্নগী অপোকপা খুভম অমা ওইনা লৈবি। হৌজিক নোংমাইজিং চীংজাও অসিদা চাওববা ঈশ্বরগী খুভম মঙানা লেঙদনা লৈবিবসিনি।

মদুদি:

১। অহানবদা লাইনিংথৌ শিদবগী খুভম অচৌবা; (মহাদেবগী খুভম)

২। অনিশুবদা : ইমা লৈমবেল শিদবীগী খুভম;

৩। অহুমশুবদা : ইমা ফুবিৎলৈমগী খুভম;

৪। মবিশুবদা : নোংমাই কাইনা চীংশোন্নগী খুভম, খালোং খাবৈ যুংবী খুভম অসিনি।

৫। মঙাশুবদা : ইমা কোন্ফুবেল নামুংবী নোংফুবেল অচিবী চোন্তাবী শুকং অসিনি।

লমদম অসিদা লৈজবন্না শক্ল-শোন্নবন্না মপুঙ ওইবা লেঙদবা লোল অদুদি চকপা লোলনি। চকপা লোল ওইনা মপুং ফানা হন্দোক্নুনা মমিং থোল্লগা শিজিন্নবা ঙাক্কেনি ।

চকপা লোল হাযবিবা লমদম অসিদা লৈবল্লিবা অবিবা লোল অসি (সনা পোকপা চকপা মৈতৈ অবিবা) লমদম অসিগী অবিবা অশেংবা ঙাংনবন্না চৎনবী ওইনা লৈবন্না মক ওইবা লোল ওইবিবা চকপা লোলনি। হৌজিক হৌজিক মীযাম পুম্নমক্না ঙাংনবিবা শক্লবিবা লোল মহাদেব, পাববতি, সবস্বতি অমদি চোন্তাবী হাযনা খণ্ডনবিবা ঙাংনবিবা কৌনবিবা লোলশিং অসিদি লমদম অসিগী ওইবা অবিবা লোল নত্তে, হাযবিবা লোল অসিদি অতোপ্পা মীবালশিংগী মীবোল ঙাক্কেনি, লোযননা চীং অসিদা লৈবিবা মমিং

চৎপা খুভম কয়ামরুম মুৎপা লৈতনা পুজা তৌদুনা অখণ্ড-অহৈশিংনা চেকশিন্নবা থন্নল্লিবা অসিনি।

নোংপোক নিংথৌ লাইনিংথৌ শিদবনা চীং অসিদা চহি চা কয়া মুৎনাইদনা পানখ্রবা মতুংদা মহাক্কী মতম চহি কুমশিং লোইখিদুনা লুপখ্রবদা খুনুংচক্কী যুগনা মপুঙ ফারক্লবা মতমদা মমিং চৎলবা শক্তি লৈরবা মীওইবগী শক্তমনা লাংঙোল ওইনা পোকখিবা মুনি ঋষি কয়া কয়া অমুক মথং মথং ফাওরক্কুনা চীং অসিদা নিংথৌ ওইদুনা পানবা হৌবকখি। মতৌ অসুম তৌদুনা হায়রিবা চীং অসিদা মতম শাংনা পাল্লক্লবা মতুংদা মখোযশিং অদুগী মরক্তা খ্বাইদগী শিংথানবা য়ারবা (মুনি) অমা ফাওবকখি। হাযরিবা মুনি অসিগী কোলোই মীংলেন্দি অসুম্না মীংকৌএ মদুদি:(নোংমাই মুনিবা) হায়না কোলোই মীংকৌনৈযে।

মতৌ অসুম্না হায়রিবা নিংথৌ অসিনা চীং অসিদা মতম শাংনা নিংথৌ ওইদুনা নোংমাইংদা লৈশেম নোংশেমদুনা খুন্দাদুনা লৈবকখিবনি। (নোংমাই নিংথৌ মুনিবনা) নোংমাইজিং অসিদা মতম শাংনা নিংথৌ ওইদুনা পানখিবা অসি চহি অকক্লবা মশিং হায়বা ঙমখিদ্রে; মতম অদুগী মীশিংনা নিংথৌগী শোক তাবিখ অমতা ইবীরমদে। খুনুংচক্কী নিংথৌশিংগী অহানবা নিংথৌনি হায়বসিনি, খৃষ্টনা পোক্ত্রিঙৈ অ: মমাং চহি লিশিং কয়ামরুমগী ওইনা লৈ।

হৌজিক ফাওবদা লমদম অসিগী অখণ্ড-অহৈ মাযচৌশিংনা শোক তারিখ অমতা রেকোর্ড তৌদে, অকক্লবা ৱারীনা লৈগদবা যুস্ফম ওইনা লমদম অসিদা লৈরি।মরম অদুনা হৌজিক ফাওবদা অইবশিংনা থিজিনবদা অচৌবা অৱাবা ওইরি।

লমদম অসিগী মায়চৌশিংনা ইবীরম্বা লাইরিকশিংদা ময়েক নীংথিনা পাবা য়াদ্রবা শূম চারবা (লুপাক-তাবূনুংদা) লৈরম্বা থেংনরি, মখোয়শিং অদুগী মনুংদা লাইনিংথৌ লিক্লম লম্মীৎলোন থৌকৌরোল কয়া য়াওরি। শূম চারবা পুয়া কয়ানা মাঙখ্রবনি, করিগুম্বদা (লুবাক তাবুনুংদগী) ময়েক খরা খরদি পাবা

য়াবসু য়াওরমই, (ৱাওরি-ৱাওরি) হায়রিবা ৱাহৈ লোন্দা অসিমক অরিবা লাইরিক খরদা থেংনজবা ৱাহৈনি, ৱাহৈ অসিগী অর্থদি (মুশি মুশি) হায়বদি খরা খরা পাবা য়ারি হায়বনি। লমদম অসিদা লৈরিবা অখণ্ড-অহৈ মায়চৌশিংনা পীবা মোত পবীবা ৱাহৈগী মতুং ইন্না নোংমাইজিং চীংজাও অসিদা খুন্দারম্বা মীগী মশিং অদু ইয়াম য়ামদে, মদুদি: অখণ্ড অহৈ খরদনা খুন্দারমই। চীং অসিদা ইহান হানবা ওইনা নিংথৌ ওইদুনা পানখিবদি (নোংমাই মুনিবা) কৌবা লেমজনফম ওইরম্বা কোলোই মিংলেন অসিনি, অদুঙৈ নোংমাই মুনিবনা চীং অসিদা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লিঙৈ মতমগী অশেংবা থৌদোক খরদং মীয়ামগী মাঙদা অইবনা পাও তমজরি।

মদুদি:

মুনিবা নিংথৌনা নোংমা কোরৌ নুমিৎ অমদা মহাক্কী অচানবা মনাই-মশল খরগা লোয়ননা (উনীংথৌ পামেল) উপাল অমা য়ানবা চৎলমই। মহাক্কা পামেল উনিংথৌ পাম্বী অসি য়ানবা চৎকদৌরিবা মফম অসিদি নোংমাইজিং চীংশাং অসিগী খা মায়কৈ পাংনা য়াম্না শাংনা চথরগা লৈবা লোক অমগী মপান্দনি। লোক অসিগী মমিং (খোংজি লোক) হায়না কোলোই মিংকৌই। মফম অসিদা হৌরিবা অসুক্কী মতিক ৱাং চাওরবা উনিংথৌ পামেল উপাল অসিনি। মুনিবা নিংথৌনা উনিংথৌ পাম্বী অসিবু হেক উবমক্তদা য়াম্না পামখি অমসুং য়ানগে হায়না খনখিবনি, মহাক্কা উনিংথৌ পাম্বী অসিবু য়ান্নবগীদমক্তা পুজা তৌরমই। লোয়ননা লেপ্তুনা য়ানবা হৌরকখি অমসুং লেপ্তুনা য়াল্লকপদগী উনিংথৌ পাম্বীনা হেক য়ানবা হৌরকপদগী উপাল অসিনা তংখায় চনশল্লকপা তুরমদাইগী মতম পুংফম অদু য়ৌরক্লবদা পামেল উপাল অসিনা মাগী তুফম শাম্মুক মায়কৈ য়েংলকপগুম (উনিংথৌ) পাম্বীনা হাওরে নোংপোক পাংনা অকিবগী খোঞ্জেলদা নিল খোংলকপগা লোয়ননা শাংলবা চীংমায়গী পরেংবু থৎলম্লগা চীংগী ময়ায় অসি ফাওরগা ৱাংমা লান্না তুরকখিবনি। মরম অদুনা চীং অসি ফাওনা লান্দুনা তুরকখি হায়দুনা চীংতোন অসিগী মমিং অসি (উলান চীং) হায়না থোনখি। হৌজিক উপান চীং হায়না খঙনখি অমসুং

কৌনরকখি। হায়রিবা চীং অসি (উলান্ চীং) কৌনরম্বদগী অসুম মতম্না কুইরকপগা লোয়ননা লোল থৈরকপগী মতুং ইন্না হৌজিক্তি (উরাল চীং) হায়না অদুমক কৌনখ্রে, অমসুং কৌনরি।

নোংমাই মুনিবা নিংথৌনা চীং অসিদা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লিঙৈ মতমদগী হৌনা চীং অসিগী মরমদা য়ম্না কুপ্পা থিজিনবা হৌখি। লোয়ননা চীং অসিগী (মিংথোনগী) মতাংদা থাজবা মোত কয়া পুথোক্লরকখি। হায়রিবা চীং অসি নোংনা ব্রাংনা চুথবকলিবা নোংমতোন অতিয়া পক্লা ব্রাংই হায়দুনা (নোংমাইজিং) হায়নসু কৌনরমই। অতোপ্পা অরিবা পুযাগী লীইরিকতা অসুম্ন ৷ ইরমই, লাইনিংথৌগী শায়োন চীংনি হাযদুনা লাইনিংথৌ শিদবা চীং সনজিং অসুম্না কোলোই মিংকৌনরকই।

লাইনিংথৌগী কোলোই মিংখৈ মীংলেন অসিবু লৌরগা চীং অসিগী কোলোই মিংলেন মপুং ফাবা অসি সনজিং অমসুং নোংমাইজিং কৌখিবনি। অসুম্না মতিক মগুন লৈরবা ঈশ্বরগী মিংখৈ মিংলেন অসিবু লৌরগা অমদি নোংনা অতিয়া পক্লা চুরিবা নোংগী অব্রাংবা অতিয়া পকপা অসিগা অমত্তা ওইনা পুনশিল্লগা নোংমাইজিং হায়না কোলোই মিংথোনখিবনি।

চীং অসিগী লম্মীৎ-তুম্মীৎকী মতাংদা হান্না লৈজরম্বা চীং অসিগী চীংশা মাপন লোংবা চীং অসিগী চীংমাযদি নোংপোক পাংববোম হাযবদি অন্দ্রোবোমদা ওল্লি হাযনবা চীং অসিদা মমল য়াম্লবা হৈপাল লৈপাল অমদি হৈ-বা মশিং খঙদনা হৌরি। লোয়ননা হিদাক পাম্বী কয়াঅমসু হৌদুনা ঙসি ফাওবদা মুত্তনা লৈবি: মদুদি চীং অসিদা শিদ-হিদাক মখল (চাম্ম নিপাল) হৌরি হায়না অখণ্ড-অহৈশিংনা পন্নরল্লিবা ব্রাৎত-পাদবা চীংশানি।

নোংমাইজিংগী চীংয়ায়দা লৈরিবা খালোং চীংতেক অসিগী (নুংগী ওইবা) থাজরবা শীংথানবা য়ারবা অখণ্ড-অহৈশিংগী পাউতাক অমদি মুৎনাইদ্রবা ব্রারী কয়ামরুমসু ঐখোয়দা তাকপিরমই। মদুদি চহি চা কয়াগী মমমাঙদা নোংপোক নিংথৌ + নোংপোক পান্থোইবীগা অনিনা পুন্না নিংথৌ মহাবাণি ওইদুনা নুংঙাই যাইফনা পাল্লমই হাযনসু তাকপিরমই। মণিপুবগী

মৈতৈ নিংথৌশিংনা মানা মানা পানখিবা মতম মতম অদুগী নিংথৌশিংনা পানখিবগী নিংথৌ মশিং খঙননবা ওইনা খালোংগী নোংপোক নিংথৌ খুভম অসিদা মনাই মশলশিংগা চৎলগা মাগী মাগী নিংথৌবোলশিংগী মশিং খঙননবনি হায়না খাবে অমমম য়ুংদুনা থম্লম্বনি তাকপিবমই।

হায়বিবা মফম অসিদি ঙসি ফাওবদা মৈতৈশিংগী অশেংবা অমদি অকুবা লাইফম অমা ওইবি। মবম অদুনা হায়বিবা মফম অসিদা চৎতুনা (ইবাৎ থৌনিজববদি অনা-অযেক পুম্নমক কোকই হায়নৈ)।

অতোপ্পা ৱাবীনবিবা অমনা হায়বিবা ময়াম অসিদি নোংমাই কাইনা চীংশেম্বগী অমতা ঙাইববা অপোকপগী খুভম অমা ওইনসু লৌনৈ; হোয় মদুসু ও ইসনু হার্যবিবা মফম অসিদা লৈবল্লিবা অবিবগী খুভমশিং অসিদি চহি চা কযাগী মমাঙদগী শক্ল-শোন্নবক্লে হায়বসিদি মীয়াম পুম্নমক্লা খঙনবে; মবম অদুনা অবিবা (চকপা লোলদা) থাদুনা শৈশক্লদুনা লৈবল্লিবা অসিনা মফম অসিগী লেঙদ্রবা শাক্কিনি।

তশেং-তশেংনমক অখঙ-অহৈশিং অমদি লমদম অসিগী মায়চৌশিংনা মোত অমত্তা ওইনা পুথোক্লদুনা পুনশিল্লগা থোনখিবা অসিনা অচুম্বা ওইবা তাবে।

হায়বিবা চীং অসিগী মমিং অসি লাই ওইখ্রবা অখঙ-অহৈশিং কয়ানা তুংদা লাকপা মীওইশিংনা কাওবা লৈতনবা মপুঙ ফানা শৈশক শৈথাজবা ঙম্ম নবা চীং অসিবু মতৌ অসুম্না চীং অসিগী মবমদা শোথাজদুনা শৈশকচবমই।

১। শেলোয় নিকুববা নীংদ চীং
নোংমাই হাফববা হাদ চীং
তেনৌ য়োৎপী হূইথা চীং
চাবিক্লা মপাল থাবা চীং

মৈতৈ মযেক্তা অসুম্না ইবীবমই:

২। নোংথ্রৈ মউ লিংবা চীং

যাৱানা পুবা চীং

লাংথ্রৈ চীংনুংশি,

নোংখননা তাওবা চীং

৩। গন্ধবীবোগী চীংযাঙদা

পমেল নাশিন্নবনা পামেল

যেন্নিং হুল্লক্লে, তলা শিদবনা

তলা নাপু ফাবক্লে

চহি কুমশিং শুবক্লে

হৈগী হৈপাল থাবল্লে, হৈয়া মউ লিংঙম্মে।

## মৈতৈ ময়েক্কা অসুম্না ইবীরম্মী

Fig 1

FIG 2

অসুম তৌনা চীং অসিগী ফজববা শৈশক শৈথা কযানা নৌনা পুক্লিং থম্মোয হুর্হল্লিবা সনজিং, নোংমাইজিংনি মশী মযাই কনবা অমদি অবাৎ-অপা লৈত্রবা (শিদা হিদাক) হৌবা লাইনিংথৌগী চীংনি। সনজিং, লমদম অসিগী অখণ্ড-অহে মাযচৌশিংনা নুংশিনা অমদি কাওঙমদনা শৈশক শৈথাবিবা নুংশি নুংঙোল চীংনি হায়না ঙসি ফাওবা শৈশক শৈথাজবি।

# অন্দ্রো কৌখিবগী ব্রারী লোয়ননা হলেঙ হনচোক

খুনুংচক্কী মতমদগী হৌনা লমদম অসিগী পুযাগী ব্রাবী লাইর্বিক কযা অমদি অবিবা মখল  মখা কযাগী পোৎ-চৈ কযা অমসু লৈবম্মী, লোযননা পুযাগী লাইবিক কযা অমসু লৈবি, থেংনবি। মখোযশিং অদুগী মনুংদা লাইবিক খবা পনবা যাবদি অমাবুধি, লৈশেম্বা, লৈথক লৈখাবোল লাইনিংথৌ লীক্লম, লোয়ননা মালেম নোঙ্গোঙ কোযবা হায়বিবা অবিবা পুযাগী ওইবা লাইবিকশিং অসিসু লমদম অসিদা লৈজবা মকওইবা লাইবিকশিংনি।

ঙসিদগীদি চহি চা কযা হৌখ্রবা লমদম অসিদা লেঙদনা লৈবল্লবা নোংমাজিং চীংজাও অসিগী নোংপোক পাংবা অতেম্বা তম্পাক থেনফম অমদা ঈংনা চীক্লা ঙান্দুনা লৈবিবা ইবুংঙো পনম নিংথৌনা সাইকোনজবা অন্দ্রো খুঙ্গং অসিদা লূব-লুববা লাইফমলেন কয়া খুভম কযা লেঙদনা লৈবি।

অরিবা ফুরুপকী মীওই কাঙলূপ অসিনা তমদা মথং মথং অমুক খুন্থিবা চৎনরকখি। মতম অদুদা চকপা শন্বাং লাইগী মচানিপা তরেৎ হায়বদি মচানিপা অহল ইলেঙগী মচিন মনাও তরেৎ অমগা মনাওনিপা চকপা শন্বাংচা লাই মেলোংবগী মচা তরেৎ চকপা শন্বাং মেলোংমীৎ চকপা মৈরিংবা মপা মপা পোকমিন্নবা মচিন-মনাও তরেৎ অনি তরামরিনা পুন্না তম্পাক লমদমদা খুন্থিবা চৎপগী মতাংদা লমদম অসিগী মায়চৌশিংনা অবিবা ময়েক্তা অসুম্না থম্বীবমই।

হায়রিবা অপুনবা খুৎপু মচিন-মনাও তরামরি অসিনা তম্পাক্কী পোইবৈ মাযকৈ মরিমক্তা য়েংদুনা হাওরৈ খা নোংপোক ওল্‌গা খুন্থিবা চৎপা হৌরকপদা শেলোই মম্বী লোক; নোংমাই ফাগংথেল, ওকস্ লমখৈ, নুঙসন ঈমকম; ঙাইরোং য়াব্রা চীং; মাওদা য়ামলা লমদম থি, ইতম চাথোকপাল; থয়োং চুম্বা লোকচাও থুংনা খুন্থিবা চৎলুরবদা অমুক হঞ্জিল্লক্তুনা শেলোই মম্বী লোক; মাংহিংখোল; চহুইপোকপী ইতমলেন্দা, খুন্দাখিয়ে? মফম অসিদা মতম খরা অমুক লৈরম্লগা মফম অসি অমুক থাদোক্তুনা, হাওরৈ খা পাংনা মচিন-মনাও পুন্না খুন্থিবা লেপ্তুনা চৎপনি। মচিন-মনাওনা মথং মথাং খুন্থিবা চৎপদা মৈতুংউ লৈচোল কৈথেলেন ফাওরগা লাক্তুনা আরাম মাইবা থাঙ্গমপাৎকী মথক অব্রাং পাংনা লৈবা লমলেন (খঙলাপুংদা মচিন-মনাও পুন্না ব্রাইথুংলুবে) মচিন-মনাও খুৎপু অনিনা মফম অদুদা তরা চাকয়োম চান্নবা লেমলৈ ঙাবু থিরকখিয়ে।

লেম্লৈ ঙাবু থিবদা হলেংগী খুৎপুনা লেম্লৈ ঙাখা ঙাক্তা ফাখি। মনাও নিপা চকপা শব্রাং মেলোংবগী মচা হনচোক্কী খুৎপুনা লেম্লৈ লোং খজিং ঙাকতা ফাখি। ময়াম্বা হলেংগী খুৎপুনা লেম্লৈ ঙাখা ফাদুনা খাম্বী মৈগী মৈজাও থাগত্তুনা লাগী লারোল মঙা লোনশিন্দুনা ঙাখা অদু মৈজাও থাগত্তুনা কন্না মুন্ননবা লোনখ্রে। লেম্লৈ ঙাবু মুনব্রা হাংদোক্তুনা য়েংলুবদা লেম্লৈ ঙাখানা মমিঙ কৌরম্বা অদু উবদা লেম্লৈ ঙা মুল্লে, মচু ওল্লে হায়দুনা লৌথোক্লে, লোয়ননা তরাগী মথেল চাকপু চান্নরে।

অদুগা মনাওনিপা হনচোক্কী খুৎপুগী খজিং অদুদি লৌথোক্লগা য়েংলুবদা ইঙাং ঙাংদুনা লৈবা উরে, খজিং অসিদি মুন্দ্রি ঈ চঙলি হায়দুনা খাম্বী মৈজাও

কন্না থাগত্তুনা মুন্নবা হোৎনবি। হায়বিবা মতম অসিদা ময়াম্বা হলেঙগী খুৎপু অদুদি তবা চাদুনা মনাওশিংবু ঙাইবদা কুইমল্লদুনা হলেঙনা মনাওশিংদা নখোযসু তবাগী মথেল অদু মুল্লগা তবাগী মথেল চাবগা নয়াম্বগী মাব খোঙ্গুল লীবকউ। ইনাওশিংনা লাকপদা লম্মুক্লদনবা ইযাম্বনা লম্বীদা উবিবা পামেল উপালশিংদা শাবম পাইনা চৎলগা থাংগী তাকফম হক্লমগে, অসুম্না মনাও হনচোক্কী খুৎপুশিংদা পুকমেন পাওমেন্নবম্লগা মযাম্বা হলেঙনা মনাও তবেৎকা লোযননা হাওবৈ নোংপোক পাংনা লেপ্তুনা খোঙশানবা হৌখ্রে। অসুম্না লম্বী লম্মুক্লদনবা নুংশিনা পুকমেন পাওমেন্নবমই, লোযননা লম্মুক্লদবা ওইযুকো' অসুম্না তবা চাক চাহৌদ্রিবা মনাওশিংবু লম্বী লমশাং খুদিংগী শোন-শোন্দুনা খোঙশানখি। ইনাওশিং অদু তবাগী মথেল হাওনা চাবগা মযাম্বগী খোঙ্গুল শোযদনা লীবক্কনি, অসুম্না খন্না খন্না মচিন-মনাও তবেৎ অদু লেপ্তুনা খা নোংপোক পাংনা খোঙশানখ্রে।

অসোমদনা মনাও নিপা হনচোক্কী খুৎপুগী লেম্লে খজিং খোংবা অদুদি ইঙাংদা ঙাংদুনা খজিংগী মচুনা লৈববদা ঈ চঙলি হায়না খনবদগী লাবোল মঙানা হঞ্জিন-হঞ্জিন যোমদুনা লোনবদা মুনবা নাইদ্রে

অসুম্না লেম্লে খজিং থোংবা অদু লম্লেন খঙলাবুং অসিদা হুন্দোক্লম্লে, তবা চগং চাক খবা চাববা তুংদা ব্রাংলেন পুংজা কয়া হৌখ্রে' ময়াম্বগী মাব খোঙ্গুল লীবা ফংলবোই খন্দুনা থুনা য়াঙনা মযাম্বগী মাব খোঙ্গুল লেপ্তুনা লীনবা হৌবক্লে।

সোমদনা মযাম্বনা চৎখি চৎখিবা মায়গৈ য়েং য়েংদুনা পামেল উপাল খুদিংদা থাংগী তাকফম মযাম্বনা হক্লম্বশিং অদু য়েংলগা নাবক মোংশোং কযা কযা ফাওবগা লাকখি হাযবসিনি। অসুম্না মফম অসিদা মখোযনা লম্বীদা মী চৎখিববা চৎখিদববা যেংলকপদা মীদি চৎখিবা মানবা খা পাংনা লৈবা শাবম অমগী মযাদা থাংগী তাকফম হকপা অমদি থেংনবে। হাযবিবা থাংগী তাকফম অসিগী মচু মুশুক মুনা লৈবমই।

ময়াম্বা হলেঙনা হক্লন্নিবা উপাল অসিদি পামেল (লমওক) কৌবা উপাল অমদা হক্লমই। পামেল উপাল লমওক কৌবা উ অসিদি থাংনা হেক য়ানবদা মহাক্কী মশা মকৃ অসি য়াম্না থুনা মচু ওল্লি, হেক য়ানবদা মুশুক মুশিল্লি, মরম অদুনা মনাওশিংনা মুন্না য়েংনবদা মসিদি মচু অসি লৈশিল্লে মুরে; ঙসি ঙরাং হকপা নত্তে, মতম কুইরবগী তাকফমনি হায়না খনবদগী মখা চৎখিদরে, তাকফম অদু ময়াম্বনা হক্লম্বা ওইরল্লোই হায়না খনবদগী মফম অদুদগী হনচোক্কী কাংবু অদু মখা তানা চৎখিদরে।

মরম অদু না মখোয় মচিন-মনালওশিং পুন্নমক মফম অদু দগী অমুক হল্লকপা তাখিরমই; হায়রিবা তাকফম অসিবসু শেংনা খঙদবদগী ময়াম্বগা কায়না শেৎনবা তাখিয়ে, হনচোক্কী মচিন-মনাওশিংনা ময়াম্বা কায়নবগী অৱাবা অমসুং নুংঙাইতবনা মরম ওইরদুনা মফম অদুমক্তা হনচোক মনাওশিংগা লোয়ননা অৱা তেংথা নাওৱোইনদুনা থৱায় শোক্লা কপমিন্নখিরমই। ময়াম্বগা কায়নবা মফম অসিবু মখোয়না হয়েং তুং ফাওবা অকাওবা লৈতনা নীংশিংদুনা লৈহৌরসনু খন্দুনা ময়াম্বগা কায়নখিবা মফম অসিবু লমলেন (কপৱা) হায়না কোলোই মিংথোনখি।

ময়াম্বা কায়নখিবা লমদম অসিগী মমিং (কপৱা) হায়না মিংথোল্লম্লবা তুংদা মখোয়না হান্না লৈরম্বা মফমদা অমুক হন্না খুন্দাদুনা লৈননবগীদমক্তা শেম শারে। অসুম্না তেক্তা কায়দনা মখোয় পুন্নমক হান্নগী লৈফম মফম অদুদা অমুক হঞ্জিল্লক্তুনা মফম অদুদা লৈশেম নোংশেমদুনা ইংনা চীক্লা মরা চেৎনা লৈননবগীদমক শেম্না য়াবা শেমজিল্লে। হনচোক্কী মনাওশিংগা লোয়ননা অমুক মফম অসিদা হঞ্জিল্লক্তুনা পানখি হায়দুনা লমদম অসিগী মমিংবু হন্দ্রো হায়না কোলোই মিংথোনখিয়ে।

হনচোক্কী মচিন-মনাও খুৎপু অসিনা মফম অসি অমুক হন্না হঞ্জিল্লকখিবা (দ্রো-হন্দ্রো) অসিদা খুন্দাখিবা মমীওশিং অসি খ্বাইদগী লিরবা জাতি ফুরুপ অমনি। অসুম্না অরিবা ফুরুপ অসিনা মতম অদুদা ঙাঙনরম্বা লোলদি (চকপা লোল) অসিনি।

মতমগী খোঙচৎনা হোংলকপগা লোয়ননা লমদম অসিদা অতোপ - অতোপ্পা লমদগী লাকপা মীওইশিংগা নকশিন্নৈনা তোৎন- তিন্নবকখিবদগী অতোপ্পা মীওইশিংগা পুনশিন্নবত্তুনা পুনশিনখিবা অমদি চাবৌ মৌবৌনবকখিবদগী (তপ্পা-তপ্পা) চ কপা লোল অসি শিথবকপগুম তৌবকখি।

হৌজিক ফাওবা অবিবা চকপা লোল অসি মপুং ফানা অদুমক ইংনা চীক্লা লৈবি; অদুবু মসি ঙাঙবদি ঙাঙনখিদ্রে। লমদম অসিগী অখঙবা অহল খর্বদি ঙাঙবা ঙম্বসু যাওবি। মবম অদুনা লমদম অসিগী অশেংবা চকপা লোল ঙাঙবা লমদম অসি হলেঙ হনচোক্কী মতমদগী লোল অসি ঙাঙনবিবা লমদম অদু হন্দ্রো অসিনি। লমদম অসিগী অশেংবা মমিংদি হন্দ্রো হাযবনি। হৌজিক্তদি অন্দ্রো হাযনা কৌনখ্রে। হৌজিক লমদম অসিদা ইহান হান্না ফুরুপ অসিনা খুন্দাবম্বা মফর্মদি অন্দ্রো খুঞ্জাও অসিগী অৱাং পাংনা লৈবিবা নোংমাইজিং চীংজাও অসিগা শম্নবিবা (অমম্বী লোক) মযাদা লৈবিবা অন্দ্রো খুমন হাযনা কৌবা মফম অসিদনি।

হার্যাববা মফম অসিদা ইহান হান্না অঙনবা মতমদগী খুন্দাবম্বগী যুম কুঙনা শাবগা লৈবম্মী যুম্ফম অমসুং থেনফম হৌজিক লেঙদনা লৈবি। হাযবিবা লমদম অসিদা যাম্না অতোং-অকুৎ নাইবা লৈতেম মান্নদবা চীং লৈবাক ওইনা তৌবা মফমনি। হাযবিবা মফম অসিদা মতম কুইনা লৈশিল্লকপদগী অমদি মীশিং যামশিল্লত্তুনা লৈফম চিল্লকপদগী লৈতেম মান্নবা মফম চাবা যেংদুনা হোংনবর্কাখিবনি।

অসুম্না অন্দ্রো খুমন্দগী অন্দ্রো খুঞ্জাও অসিদা হোংনবর্কাখিবা অসিনা কবম্বা চহিদা হোংলকপনো হাযবসু চপ চানা হাযবা ঙমখিদ্রে; হৌজিক হৌজিক অন্দ্রো খুমন হাযবিবা মফম অসিদি হলেঙ হনচোক্কী মতমদা খকুন্দাবম্বা হনচোক কাঙবুগী খুন্দাফম্নি হাযবা অসিমদি অশেংবা ওইবে।

হলেঙ অমদি হানচোক মচিন-মনাও অনিনা খুনথিবা চৎখিবা লমলেন (কপৱা) হাযনা খঙনবিবা মফম অসিদা ল স্মুক্রদুনা চৎখিফম খঙদবদগী

কায়নরকখিবনি হায়রিবা (কপৱা) হায়না মৈতৈ লৈবাক্কী মীয়াম পুম্নমক্না খণ্ডনরিবা হায়রিবা লমদম অসিনি। হৌজিক্না হায়রিবা মতম অদুদা কপৱা হায়রিবা মফম অসি মীয়াম্না হৌজিক্তি ককৱা হায়না খণ্ডনগ্রে। অশেংবা মতম অদুগী মমিংদি কপৱা হায়বা অসিনি। হলেঙগী খুৎপু কাঙলুপ অদুদি হাওরৈ খা নোংংে,পাক পাংনা লেপ্তুনা পাৎ তুরেল চীং অমদি অশোঙবা নারক শিংলক ফাওদুনা চৎখ্রে। মখোয় অমুক হল্লকখিদ্রে, মখোয়শিং অদুদি মীতোপ মীরানচা ওনখ্রে।

হৌজিক হৌজিক মফম অসিদা লেঙদনা লৈহৌরিবা ফুরুপ মীওই জাতি অসিদি (চকপা লোল) লোন্দুনা মতম শাংনা লৈদুনা

খুন্দা লৈতারকখিবদগী লাইনিং লাইশোন কয়া তৌবা হৌরকখিবনি। লোয়ননা (মৈ পুজা তৌদুনা পাল্লকখিবা ফুরুপকী মীওই অসি হনচোক্কী ফুকপ কাঙবুনি (অন্দ্রো) মবম অদুনা হৌজিক (মৈতৈ লৈবাক্কী ওইনা খ্বাইদগী চাওবা খুঙ্গং অমা ওইনা নোংপোক হারমদা শকখণ্ডনরিবা মুৎনাইররোইদবা খুঙ্গং অমনি (অন্দ্রো)।

## নোংমাইজিংদা শিদ-হিদাক নোংনাং কোরি

শিদ-য়াই, নাদ-য়াই হাযরগসু খণ্ডনবা মমাংঙৈগী হাযবদি চহি চা কযাগী মমাঙদগী মী অয়াম্বনা খণ্ডনবদবা হিদাক মখল কযা অমা নোংমাইজিং চীংজাও অসিদা হান্নদগী হৌদুনা লৈজরল্লবা লমদম অসিগী অখণ্ড-অহৈ অমদি মায়চৌশিংনা শিজিন্নবম্বা নোংমাইজিং চীংজাও অসিদা হৌজিক হৌজিকসু মুৎপা নাইদনা মখল কয়াগী শিদ হিদাকশিং তেক্ত কায়দনা অদুমক হৌদুনা লৈরি।


নোংনাং কোরি পাম্বী

হায়রিবা মখল মখা অয়াম্বা হিদাক পাম্বীশিংগী মনুংদা পামেল উপাল ওইনা হৌরিবা পামম্বীদি পংচাও চাওদবা হিদাক মখলগী উপাল ওইনা হৌরিবা অসিগী মমিং (নাংনাং কোবি) কৌই।

হায়রিবা মখাগী হিদাক পাম্বী অসিদি মমাংঙৈ মতম অমদদি লমদম অসিগী অখঙ-অহৈ মায়চৌশিংনা হিদাক মখল মখা শেমদুনা লমদম অসিদা লৈবা অনাবা মীওই কয়াগী পুন্সি কনখ্রে।

হিদাক ওইনা শিজিন্নরিবা উপাল অসি হৌজিক্তি য়াম্না তাঙনা ফংবা লমদম অসিগী হিদাক মখল অমা ওইবে। অমসুং য়াম্না তাঙনা ফংলে, মতম অমদদি হায়বিবা হিদাক পাম্বী মখল অসি নোংমাইজিংগী অয়াম্বা মফমশিংদা মরাং কাযনা হৌরমই। অদুবু হৌজিক্তি লাংফৈ চৎপা অমদি (চীং কাবা) মীওইশিংনা হাযবিবা উপাম্বী হিদাক মখল অসি মশক মুন্না খঙদবদগী যানথৎখিবদগী অসুম অসুম মাঙথবকখিবনি। হৌজিক মীযাম্নসু নোংনাং কোবিগী মমিং অসি তাবিরম্লগনি।

হাযরিবা মখল গী উপাল অসিদি মমল যাম্লবা হিদাক মখল অমগী উপাললনি, হায়বিবা মখলগী উপাল অসি হৌজিক নোংমাইজিংগী মফম খরদদি লেঙদনা নীংথিজনা হৌবি।

হায়বিবা পামেল উপাল অসিগী মচুদি ঙৌরুনৈ, মশা য়াম্না পাল্লি। মনাগী মওংদি ইঞ্চি অহুল্লোম পাকই, শাংবসু ইঞ্চি মবীরোমতমক শাংই মনাগী মচুদি হায়ফেৎ ঙৌরুনৈ।

লমদম অসিগী অখঙ-অহৈশিংগী অমদি মায়চৌশিংগী থাজবা অমদি অয়াবা লৌজরগা শিজিন্নজবদা হিদাক অসিগী কান্নবা ফংজবা অদুগী মতাংদা খরদং পঞ্জগে। (নোংনাং কোবিগী মরাগা) লাইনিংথৌ শিদ-হিদাক পাম্বীগী অকংবা মকোক শরুক অনিগা ( নোংনাং কোরি) পাম্বীগী মরাগী শরুক অমগা তিন্নরগা ঈশিংগী শরুক অহুম থোকপগী শরুক অমগা পাত্র অমদা পুন্না লফু লানা লারোল তরেৎ লোল্লগা মখুম অদুসু পয়া মরোল তরেৎনা চেৎনা লৈশি

দুনা খুমজিল্লগা মুন্না ফূৎলবা শকুক অহুম থোকপগী মহী অদু শকুক অমদমক লৌবগা ফুল গ্লাস অমমম অযূক অমসুং নুমিদাংল্লাইবম খুদিংগী নুমিৎ হূম্মি নত্রগা মঙানি চাং নাইনা থকপা ঙম্ন বদি নুপীশিংগী ঈ মবীগী লাযনা; থাগী খোঙচৎ কাযবা; পুক যেকপা, ইতোন ফাইবা, কোক চীকপা, খোইবাই হৌবা, পুক নাবা, ঈ নুংশিৎ চাং নাইদবা লাযনাশিংদা হাযবিবা হিদাক অসিনা অঙকপা ফংনা কান্নে হাযজনিংই।

হাযবিবা হিদাক মখল অসি অইবা ইশামক্কা মচল শুনা শেমজবগা অতোপ্পা মথক্কী লাযনা অসিনা নাবা মীদা পীথক্লগা চাংযেং তৌজববা তুংদা অঙকপা ফংনা কান্নবা অদু ফংবদগী মতেক খবদং লাইবিক অসিদা ইদুনা হাপচবনি।

লমদম অসিগী অখঙ-অহৈশিং কযাগী পাওতাক অমদি অচম্বা চাংযেং অসিনা থবক ওইনা ওস্থোক্কুনা অনাবা মী খবগী লাযনাদি ফহনবা ঙমজম্বে। মবম অদুনা হাযবিবা হিদাক মখল অসি শিজিন্নবদা মতিক চানা কান্নবা ফংলবনা মবম ওইদুনা মীযাম পুম্নমক্তা কান্নবা অসি খবদং ওইববসু ফংজবর্বদি মীযাম পুম্নমক হূপ্পা খঙতঞ্জনিংদুনা লাইবিক মচা অসিদা মকুওইবা কান্নবশিং অদু খবদং ফংলর্বদি ইজবগী মহৈ যাল্লে খঞ্জগনি। লোযননা অফবা পাওতাকশিং পীনিবক্লবদি মহৈ চাবে খঞ্জগনি।

# লাইনিংথৌ শিদ-হিদাক

ইন্দক্তা নৌনা শিজিনবদা ফংলকপা হিদাক লাইনিংথৌগী শিদ হিদাক হাযবিবা হিদাক পাম্বীগী মখল অসিসু নোংমাইজিংগী মফম খবদা হৌজিকসু হৌবা থেংনবে। হাযবিবা হিদাক অসিসু পাম্বী মখল অমনি।


লাইনিংথৌ শিদ হিদাক পাম্বী

মতম অমদা লমদম অসিদা যাম্না মবাং কায়না হৌবম্বা লাই শুকশিংনা অমদি (মাইবা

মাইবীশিংনা) মতম অমদা যাম্না শিজিন্নবম্বা হিদাক মখল অমনি। হৌজিকক্তি ডাক্টৰগী মখল মখা কযাগী হিদাকনা মহুৎ শিনখিবদগী হাযবিবা হিদাক্ পাম্বী মখল অসি লমদম অসিদা মতম খবদি থিবা ফংবলুদ্রে; অদুবু হৌজিক্তি লমদম অসিগী অখণ্ড-অহৈশিং খবনা যাম্না কুপ্না থরাব যাওনা থিজিন্নবকপদগী হাযবিবা তাঙলবা হিদাক পাম্বী মখল অসিসু নোংমাইজিং চীংজাও অসিদা যাম্না তাঙনা মফম খবদা হৌবম্বা থেংনবে। হাযবিবা হিদাক পাম্বী মখল অসি মতৌ কবম্না লৌবগা শিজিন্নগদগে হাযবগী শিজিন্নবগী লাইনিং লাইশোনসু অখণ্ড অহৈশিং অমদি মাযচৌশিংনা কুপ্না থিজিনবদগী অমদি অবিবা হিদাক মখল গা লাইবিগুগী মযেক শেংনা খঙবা ঙমলে।

হাযবিবা হিদাক মখল অসিদি অহানবগী হিদাক পাম্বা (নোংনাং কোবি; এমদি লইনিংথৌ শিদবগা মখল মান) অসি লৌদুনা শিজিন্নবগীদমক্তা অকক্ল বা মতম অমসুং নমিৎশিং লৈবি। হাযবিবা হিদাক মখল অনি অসি শীনবগীদমক্তা ইবাঙ নুমিৎ তা হিদাক পাম্বাগী মখোঙদা লাই কাৎলগা তৌবগা হাযবদি হৈকল অমা, পানা মানা, বাই নাপ্পা কৈথোক্লগা হৈ পানচিংবা অথুম অহাঙশং কংলক্লগা থাজ নুমিৎকী অযুব অচৌবা মতমদা চৎলগা হিদাক অসি লৌকপদবনি।

লাইনিংথৌ- শিদ হিদাক্কী পাম্বীদি যাম্না বাংদে ফিট অহুম-মরীবোমদমক বাংই মনা পাকই, মনাগী মচু অদুসু হেন্না শংংজিল্লি. হাযবিবা হিদাক পাম্বী অসিদি উপাল নত্তে, পাম্বী অসিদি উপাল নত্তে মতাং মতাং পাল্লি, মতাং অমমম্না ফিট অমমমগী চাংদা শাংই হেক থেকপদা মশা অদু উইবী উইবী তৌই। চাওবদি খুদোম্বীমক্তগী যেন্না চাওদে, মচুদি ইশং শংই , মনাসু থা-থা লাওই। হেক ফৃকপগা যাম্না থুনা কংশিল্লি, মনমসু যাম্না নুংশি। অসিগুম্লনা মমল যাম্লবা হিদাক মখল কযামকম অসি হৌজিক নোংমাইজিং চীংজাওদা উবা ফংলিবা অসি অঙকপা পৈশা যাম্না চঙদবা মহৌশাগী খুৎশেমগী কান্নবা ফংহনবনি।

হৌজিক হৌজিক অন্দ্রো খুলনা লৈবিবা নোংচুপ থংবা চীং নোংমাইজিং চীংজাও হাযনা খঙনবিবা চীং অসিদি হৌজিক্তি উ-রা মবাং কাযনা যোকখত্তুনা

থম্লকপদগী হিদাক অনৌ অনৌবা পাম্বীশিং অসি নৌনা হৌগৎলকপা ওইগনি থাজনৈ।

মতৌ অসুম তৌনা উমং-ব্রামং মপুং ফানা য়োকখত্তুনা থম্বনা পাম্বী মখল খুদিংমক্কী ওইনা যেন্নিং হুনবা ওইগনি হায়না থাজনবি। নোংমাইজিং অন্দ্রো খুলগা তাইননা লৈবিবা চীং অসি মতম যাম্না শাংনা কোকথোক্তুনা লাকখিবদগী হৌজিক্কুগী চহি ১০বোমগী মমাঙদগী উ-ব্রা নীংথিনা যোকখৎপিবকখিবনি। হাযবিবা চীং অসিদা মখল মখা কযামকমগী হিদাক পাম্বী কযামকম হৌবম্বা যাবি হাযনা লমদম অসিগী অখঙ-অহৈশিংনা থাজবগা লোযননা লেপ্তুনা থোঁজল্লি।

# অমম্বী লোক থোনখিবা

অমম্বী লোক হাযনা ঙসি মীযাম্না খঙনবিবা নোংমাইজিং চাংজাও অসিগা শম্লনা লৌববা শক্রা মম্না মঙশিন্দুনা লৈবিবা উজাও বাজাও কযানা চহি চুপ্না শংনা মমশিন্দুনা অঙানবগী শরুক উবা ফংলমদ্রবা অদুগুম্না উমং অসিগী মমিং অমম্বী লোক হাযনা কৌনবি।

হার্যাববা উমং অসি নোমাই মুনিবা নিংথৌগী মমাঙগী ওইনা লাকখিবা শাযোন অমদি লাংঙোন কযা ওনবা ঙম্বা মতিক মগুন চাওববা লাই অসিগী কোলোয মিংলৌন্দি যাইফবা ঈশ্বব ইবুংঙো (অতিযা গুরু শিদবা) কৌবা লাইনিংথৌ অসিনা অন্দ্রো খূলগী লৌবিবা অমম্বী লোক অসিগী মমিং অসি লাইনিংথৌ অসিনা থোনবিবনম্বনি।

অতিযা গুরু শিদবা লাইনিংথৌ অসিগী মতুংদা লাকখিবা লৈবম্বা শক্তি লৈবা নিংথৌ খবসু মথং মথং হৌখ্রে। নিংথৌশিং অসিগী মনুংদা নোংমাই মুনিবা নত্তবা নোংমাই নিংথৌনা অমনি। নিংথৌ অসিনা মতম শাংনা চীং অসিদা নিংথৌ ওইনা পানখিবগী ব্রাবীসু মযেক শেংনা ফংলি। লমদম অসিগী প্রজাশিংনসু অমম্বী লোক অসিগী মমিং মমাংঙৈ নীংশিংবা থোক্ত্রিঙৈগী মিংথে

ওইবনা (অতিয়া গুরু শিদবনা) থোনবিবস্লবসু তুংদা লাকখিবা মীবোলনা খঙনবকখিবা অসিদি মতম ইকুই কুইখিদ্রি।

অতিয়া গুরু শিদবনা কবি মবমদগী অমদি কবম্বা থৌদোক থোকখিবদগী হাযবিবা মফম উমং অসিবু অমস্বী লোক কৌবল্লিবনো হায়বসি ঙসি ফাওবদা তশেং তশেংনা মযেক লানা খঙবা ঙম্মদ্রি। অদুবু হায়বিবা মফম অসি অতিয়া গুরু শিদবা) ঈশ্বরনা মফম অসিবু (অমস্বী লোক) হাযনা কৌবল্লিবা অসিদি চুমলে। হৌখ্রবা মতম অমদি লাংঙোন কুমশিংগী মশিংনা যামখিদুনা কুইমনখিবদগী চেদসু ইশিনবিবমদ্রে। হাযবিবা মতম কুমশিং কুমজা কযাগী মমাঙদগী ওইবনা চে মবাং কাযনা লৈত্রিঙৈ ওইবনা উনা বানাদা উৎ তৈবগা ইবম্বস্ কযা অমনি লোযননা মৈতান মকুপ্পা উপাক্তা ইবম্বগী খুদমসু ফংই।

লমদম অসিগী অহল লমন অখঙ অহৈশিংনা ঙসি ফাওবদা চহি মশিং খঙবা ঙমখিদ্রবা অঙনব (যুগকী) মতমগী লেঙদ্রবা বাবীনা লাতম অসিগা অচুম্বা যুম্ফম ওইবা ইতিহাস ওইদুনা লেঙদনা লৈবি।

অতোপ্পা আমাবুধি হাযনা কৌবা পুযাগী লাইবিক্তা মতেক মতেক ইদুনা যাওবমই। ঙসিদগী চহি ৩০গী মমাঙদা লৈবম্বা লমদম অসিগী খুল্লাকপা ওইনা লৈবিবম্বা শ্রীসলাম উমা সিংহ মহাক্কী মযেক্কী লাইবিক্তা ইবম্বগী ৱাবী মথং মথং মখা তাবা অখঙ অহৈশিংদা লীবিবমই। লোযননা মথং মনাও ওইনা লাকপা মাযচৌ শ্রীফাঙ্গৌবম তুল্লোপিৎ খুল্লাকপনসু চপ চান্নবা মান্নবা চিনখুম অমত্তা ওইবা অচুম্বা ৱাবীশিং অসি ঐখোযদা মযেক শেংনা তাকপিবমই।

পাবীবিবা পাথকশিংনসু লমদম অসিগী অখঙ-অহৈশিংদা ৱাবী শীংপূল কুপ্পা হংবিদুনা অচুম্বা পাওখুমশিং অদু ফংবিযু হাযবা মতাং অসিদা অইবনা মশাগী মোত পীবি।

অসুম্না মথং মথং নোংমাই নিংথৌনা নোংমাইজিং অসিদা নিংথৌ ওইদুনা মতম শাংনা পান্দুনা নুংঙাইনা লৈবম্মী। খুভম অমদি যুম্ফম্নচিংবা ওইবম্বগী খুভমশিং লেঙদনা লৈবি। অখঙ-অহৈশিং মাযচৌশিংগী মোত মতুং ইন্না

অশেংবা ব্রাবীনা য়ুম্ফম ওইববা থোকখিবা অমসুং থোক্লক্লিবা থৌদোক বাথোক খবদং মীয়ামগী মফমদা পাওদমজগে।

নোংমগী কোবৌ নুমিৎ অমদা নোংমাই নিংথৌনা নোংমাইজিং চীংজাও অসিগী খা নোংপোক পাংনা লৈবা চীংশাংগী খা পাংনা চথবগা লৈবা চীংশাং পবেং অসিমক্তা যাবৌ (শঙাই শা) তাল্লমই। যাবৌ শঙাই শজিনা মশক উনা উনা তামখ্রবদা য়াবৌ শাগী শাবম খোঙ্গুলবু লীবগা তান্নবকখিবা নোংমাই নিংথৌ ইখঙ খঙহৌদনা শমু হকচাং চোকথবক্লে মতম অদুদা নিংথৌনা পোথাফম নাখল খিবকখি। লোযননা চীং অসিগী মযায থংবা নাপোমদা হায়বদি চাংযাংদা হৌবিবা মনা পুঙলবা হৈবোং পান্নী অমা হৌবা উনমই নিংথৌনা। উপাল চনা পুংনা লৈনিবা মফম অসিগী মখোঙদা বাংলেন মীৎকুপ খবদং পোখ্নগে খঙ্গদুনা হংচিক লাংনিংলমই অমসুং পামেল উখোং অসিদ পোখাবমই খঙহৌদনা নিংথৌনা বাংলেন মীৎকুপ খবদং তুমথাখিবমহ।

অসুম হৌনা নিংথৌনা ব্রাংলেন মীৎকুপ খবদং হীপথকলবগী তংদা নিংথৌ অসিনা খঙহৌদনা খোল্লেন মঙলান অমা মঙফাওনবকখি। খোল্লেন মমঙলান অদুদি অতৈ কনাসু নত্তে। উমংগা নাইবেম্বানি। অসুম্মা নিংথৌদা চীংকোই পাওতম্লকখি।

"হে পাঙ্গল্লবা নিংথৌ নঙনা ঙসি পোইবৈ লমদম লোইবী চীংশাং অসিদা লাক্লগা (যাবৌ শঙাই শা) তানবা অসিদি যাবৌ শঙাই অসিবু ফাগে হায়না শাগী শাবম খোঙ্গল লীদুনা লেপ্তুনা তান্নবি।"

হে পাঙ্গল্লবা নিংথৌ- ও ' নঙনা ঙসি ফাগে তান্নবিবা মচি লোঙবা শঙাই শা মহাক্তি ইচম চম্বা যাবৌ শজি নত্তে। অসুম্মা থংনবা ব্রাংলে ন মীৎকুপ্তা নিংথৌনা খোল্লেন তুমখুন তাল্লিঙৈ মতমদা চীং অসিবু কোনবী লাইবেম্বীনা অসুম্মা পাও তম্লকখি। মচি লোঙবা শঙাই শা মহাক অসিদি লমদম অসিবু কোনবা শজি শঙাই লাইশানি। হায়বিবা লাইগী শা অসিনা লাংঙোন কয়া ময়া কয়া তৌদুনা উমং অসিদা নীঙ তমনা লৈবিবনি। হে পাঙ্গল্লবা নিংথৌও নঙ

হৌজিকমক মফম অসি থাদোক্তুনা থুনা যাঙনা মোংবা নবানযাইদা হনহৌবো হাযনা নিংথৌ মশামক্তা যাব্রা চিংগোইবমই। নিংথৌনা খোম্লেন মঙফাওনবক্লবদা যাব্রা মীৎকপ থোবক্লে। অসুম্না নিংথৌনা নুংঙাইনা পোত্থাখিবা হাকচিক লাংখিবা অমদি নিংথৌগী অব্রাবা কোকহনবিখিবা মফম অসিদা হৌবিবা হৈপোং হৌবী অসিবু নৌনা কোলোয মিংথোনবিখি। মদুদি অব্রা চীংশাং হৈপোং হৌপী হাযনা মিংথোনবিখি। হৌজিক মীযাম্না খঙনবিবা অযাং চীংশাংদা হৌবিবা হৈপোং হৌবী হাযনা খঙনবিবা মফম অসিনি। তাঞ্জা অসিনা নিংথৌনা থুনা পাইমা ব্রাখল তৌবগা মনাইশিংদা পাওতাক অসুম্না পীবিবকই মদুদি ঐখোযনা তাল্লিবা যাবৌ শঙাই শা অসিমক ফাবা ঙমদ্রবসু মহাক্না চৎখ্রিবা মফম অসিদদি খঙদবা যাদে খন্দুনা চীংশাং পবেং অসিগী হাওবৈ নোংপোক পাংনা কুমথবক্তুনা শাগী শাবম খোঙ্গুল লীনবকখিবনি। নিংথৌনা থুনা যাঙনা যাংদৌ খোঙদোইবক্তুনা লীন্নবকই। নিংথৌনা থুনা যাঙনা শানা চৎখ্রিবা উমং মনাক নকশিল্লক্লবদা উমং মনুংদগী কৈনা হৌনা খোংলকপগী খোঞ্জেল তাবমই। অসুম্না নোংমাই নিংথৌনা উবে, মদুদি: শুক্লবা উমং অসিদা মাঙদ্রা উনা বানানা মঙশিন্দুনা লৈবা আশুকপা উমং অসিদা শা অসি চৎখিবা উবে; মবম অদুনা নিংথৌগা লোযনবক্লিবা মনাইশিংদা মোংবা মবানযাইদা হন্ননবা সনা যাথং পীবিবমই।

হার্যবিবা মতম অসিমক্তদা নিংথৌগী শমু হকচাংদা ঈখঙ খঙহৌদনা নিংথৌ অসিগী সনা শমু হকচাং অসি অকি তুজুংবগা লোযননা খঙহৌদনা চোকথবকখিযে: কা হেন্না ব্রামনখিবনা খোঙ ফাওবা থাংদুনা চৎপা ঙমশিল্লকখিদে; নিংথৌনা মহাক্কী মনাইশিংদা নিংথৌগী সনা শমু হকচাংনা খঙহৌদনা চোকথবকপগী বাবী পুম্নমক মবিক চুম্না লীবিদুনা তাহল্লমই।

অমশ্বী লোক হাযনা খঙনবিবা শুক্লবা মী-পোং তাদ্রবা উপাল বাপাল উবী বাবীনা মঙশিন্দুনা নুমিৎগী মঙাল ফাওবা চঙবা ঙমদ্রবা মফম অসি চঙহৈদে। নমুতাইবঙ মী ঐখোযনা চঙবা ঙমদ্রবা মফম অসিদি চৎফবোই তাকপিবমই। লোযননা নোংমাই নিংথৌনা হাযবিবা উমং অমশ্বী লোক অসি চঙবা ঙমখিদে।

ঙসিদগী চহি লিশিং কয়াগী মমাঙদগী হৌনা লৈরক্লবা (অতিয়া গুরু শিদবনা) থোনবিরম্বদগী তুংদা নোংমাই নিংথৌগী মতুংদগীদি তপ্না তপ্না লাই ওইরবা অখণ্ড-অহৈশিংনা ৱারী লীবিরক্লুনা মথং মথং খণ্ডনরকখিবনি।

নোংমাই নিংথৌনা হৈপোং হৌরিবা শাংলবা চীংশাং অসিবু চৎপদা নিংথৌগী সনা হকচাং হায়ফম খণ্ডদনা চোকথরকখি অমসুং ৱাখি; হায়রিবা চীংশাং অসিবু নিংথৌনা অসুম্না কোলোয় মিংথোনবিখি মদুদি (অৱা চীংশাং) হায়না মিংকৌখি, মতমগী খোঙচৎ মতুং ইন্না য়াওলনা অসুম অসুম হোংলকখিবনা লোলসু হোংলকখি। (অৱা চীংশাং) হায়না কৌরম্বা অদু (অয়াং চীংশাং) হায়না অদুমক কোলোয় মিংকৌনরকখ্রে। হৌজিক মীয়াম পুম্নমক্না (অয়াং চীংশাং) হায়না কৌনরিবা চীংশাং অসিনি।

মতাং অসিদা মথক্তা পঞ্জহৌদ্রবা নোংমাই নিংথৌগী মতুংদা লাকপা লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবগী মরমদা খরদং পঞ্জরমগে। মদুদি: নোংমাই নিংথৌগী তুংদা নিংথৌরোল খরদি হৌখ্রে! লোম্নসনা মথং মথং মমিং চৎপা নিংথৌ কয়া নোংমাইজিং অসিদা পানখি, মখোয়শিং অদুগী মনুংদা লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবসু অমনি।

নোংমাইজিং চীংজাও অসিদা নিংথৌ মথং মথং পানখিবশিংগী মনুংদা (লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবগী) অরোইবা নোংমাইজিংদা পানখিবা নিংথৌশিংগী মনুংদা ইরোই লোইবা নিংথৌনি।

হৌজিক লমদম অসিগী অখণ্ড-অহৈশিংনা কুপ্না য়াম্না কন্না থিজিনবদগী নোংমাইজিংগী চীংমাযদা অন্দ্রো খুলগী নোংচুপ থংবদা চীং ময়াই খরা হেন্না কাখৎলগা মহাক্না পাল্লম্বগী কোনুং ওইরম্বগী মফমশিং লোয়না লৈরম্লে, লৈরম্লিবা মফম অসিদা হৈজাং পাশ্বী লোয়.নো চম্প্রা হৈকোল লৈবা অসিগী নাকন্দনি, মীয়াম্না ঙসি নোংমাইজিংগী চম্প্রা হৌবী হায়রিবা মফম অসিদনি। হায়বিবা মফম অসিদা লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবনা চহি চামঙারোম নিংথৌ ওইদুনা পানখি হায়না লৈরি। হায়বিবা নিংথৌ অসিনা শায়োন ওইনা পানখিবগী লুৱাং শঙফম হায়রিবা মফম অসিদা লেঙদনা লৈরি হায়বসিনি।

লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবনা নোংমাইজিংদা পান্দুনা চহি কযা শাংনা পাল্লমদুনা নোংমাইজিংগী লৈথৱকপদা অন্দ্রো খুলগী মথক্তা লৈবিবা লুৱাং পুখ্রি অসি লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবনা তৌবম্বা অমসুং শেম্লম্বা পুখ্রিনি, হৌজিক ফাওবা পুখ্রি অসিগী খুভম কাযদনা লৈবি। নিংথৌনা মতম শাংনা মফম অসিদা লৈবম্বদগী হৈকোল লৈকোল কযা অমসু মফম অসিদা শেমগৎ শাগত্তুনা থম্বীবম্মী।

হৌজিক হৌজিক মফম অসিদা লৈবিবা চম্প্রা হৌবী হাযনা খঙনবিবা হৈকোল অসি লুৱাং নিংথৌ পুন্সিবনা শেম্লম্বনি। মফম অসিদা তৌনচিংবা থাদুনা লাই তিনগী থবক্তা শিজিন্নবা (লুৱাং তৌ) হাযদুনা খঙনবিবা অসি মহাক্না শিজিন্নবম্বনি। হৌজিকসু হৌবি।

ঙসি ফাওবদা লুৱাং নিংথৌনা চফূ শাহন্দুনা শিন্নিবমই অমসুং মহাক্কী খুভমদা চফূনচিংবা লৈবাক মনুংদগী ফংলি, মবমশিং অসিনসু অচৌবা খুভম অমনি। লুৱাং শঙফম পুখ্রিগী খা থংবদা অতোঙবা চাওববা থেনফম লৈবিবা অসি ঙসি ফাওবদা চম্প্রা হৌবী হাযনা খঙনবি। মফম অসিদা হৌজিক ফাওবা চম্প্রা পাম্বী মবাং কাযনা হৌদুনা লৈবি। হাযবিবা পুম্নমকশিং অসি মীৎনা উবা থাজবা যাবা লেঙদ্রবা লমদম অসিগী মযেক লাববা খুদম্নি। অশেংবা ঢভম ঙাক্তেদি হাযনা অখঙ অহৈশিংনা মফমশিং অসিদা ঐখোযবু চিংদুনা তাকপিবকই।

অমম লোক লাইনিংথৌ অতিযা গুরু শিদবনা খোনবিববা লোক অসিগী সাইকো মনুংদা অমতা ঙাযবা শক্লাইববা ঈশ্বৰ (ইবুংঙো পনম নিংথৌগী) অমতা ঙাইববা খুভম অমম্বী লোক উমং অসিনি।

হাযবিবা উমং অসিগী মনুংদা মুৎনাইদবা বাবী কযা লমদম অসিগী মাযচৌশিংনা লেপ্তুনা ৱাবীনবি। মদুদি: অমম্বী লোক্কীসাইকোন মনুং অসিদা লাইগী শাযা ওইদুনা লৈবা যেংবগী পেনবা নাইদনা পুক্লিং হূনবগী মশক ওইববা (থবো থম্বালনা) পীক থন্না শাৎলগা লৈবা পু খ্রি অমা লৈ হাযনা ঙাস ফাওবা লেপ্তুনা ৱাবীনবিবা অসিনি।

হাযবিবা উমং অসিদা লৈবিবা (থবো-থম্বাল) শাৎপা পুখ্রি অসি মাযাগী অমদি লাইগী ওইবা পুখ্রি ওইনা উমং অসিদা লৈবনি। হাযবিবা পুখ্রি অসি মী

খুদিংমক্লা উবা ফংবা মফম নত্তে হায়বা ঙসিদগী চহি ১২০গী মমাঙদা লৈবন্না শ্রীসলাম উমা (খুল্লাকপা) মাইবা অসিগী মশাগী অবিবা লাইকিক্তা ইবি। অমসুং মশামক্লা খোল্লেন মঙলান অমদা মঙফাওনবদুনা হাযবিবা অমন্বী লোক অসিদা চৎতুনা খাংপোকশঙ অমা শাবগা উমং অসিদা লৈদুনা উমংলাই অসিবু নীংদুনা পুন্সি লেনখিবা মাইবা অমনি।

হৌজিক হাযবিবা শক্লাইববা মাইবা অসি লৈখিদ্রে, মহাক্লা লৈখিদ্রবা অসিদা মীযাম্না পেন্দবা অমসুং নুংঙাইতবা ফোংদোকখি। হাযবিবা ঈশ্বব অসি নীংদ্রিঙৈগী মমাঙদা অল্ড্রো খূলগী খুল্লাকপা অমসু ওইবমই। মতম খবা খুল্লাকপা ওইবল্লবা মতুংদা খুল্লাকপদগী ফম হেক থাদোলকপগা হাযবিবা উমংলাই অসিবু নীংজদুনা পুন্সি লোমখিবা মাইবা অসিগী মশাগী চহি ৭৮ শুবদা তাইবঙপান থাদোকখি। হাযবিবা মাইবা অসিনা হিংলিঙৈ মতমদা নোংমা মাইবা অসিগী খোল্লেন মঙলান্দা মঙফাওনখিবা মঙলানগী ব্রাবী মতেক খবদং মথেক শেংনা পাও তমজবি।

নোংমগী কোবৌ নুমিৎ অমদা মাইবা অসিনা ইবুংঙো পনম নিংথৌগী লোযশঙ শঙলেন্দা ইবুংঙোগী পুজা চৎলুবগা মাইবা অসিনা মযূম শঙ্গাই য়ৌবকপা মতমদা নুমিদাংগী চাক ঈশিং চা-থকপা লোযবগা পোত্থাবগে খন্দুনা হীপথবমই।

মাইবা অসিনা ইহান হান্না হেক খঙহৌদনা হীপথবকপা মতমদা মাইবা অসিগী নাকোংদা নোং খোংবগী খোঞ্জেল অমা তাবগুম তৌনা ফাওবকই। মদুগী তুংদা খোল্লেন মঙলান অসি মঙথবকখিবনি।

মদুদি মকোই-মবাং চোম্বা ব্রাং-চা৺ববা কোক জটা তাবা, জটা পুবা সাধু ওই, মুনিসু মানবা নিপা অমনা মাইবা অসিবু মযূম সঙ্গাইদগী কৌথোক্লদুনা অমদি লোক অসি ফাওবা পুদুনা লাকই সাধু অসিনা হাযবিবা মাইবা অসিবু অচীকপা উমং মনুং ফাওবা পুদুনা লাকই সাধু অসিনা হাযবিবা মাইবা অসিবু অচীকপা উমং মনুং অসিদা লৈবিবা ফজববা পুক্লিং হুনবগী মশক ওইববা

যেংবগী পেনবা নাইদবা (পাৎ মচা) অমদা পুদুনা কোইনা চত্তুনা হায়বিবা সাধু অসিগা লোযননা যেংমিন্নবমই। হাযবিবা পাৎ মচা অসিদা ঙানু থাঙ্গোংনচিংবা অমসুং মচু শেংনা (ঙৌববা ঙানু কাংঙা) শঙ্গু শঙ্গুনা পাৎ মচা অসিদা ইবোইদুনা শান্নবিবা পাৎ মচা অসিগী লুববা লাইজ ঈবোলনুংদা লেপ্লে ঙানা থবো থম্বাল, থম্বাল্লক্তা ইকা ঙানা ইথক ঈপোম কানা চাবগুম ঈনোৎ কানা শান্নবিবা পুম্নমক অসিবু অদুগা ফজববা পাৎপান্দা উপাল ব্রাপাল লৈ-শু পুম্নমক অসিবু সাধু অসিনা পু-পুদুনা মনীং তম্না যেংহল্লমই।

পুথ্রিগী মথক থঙনা লৈবিবা লৈপুং মচা মনাক্তা পুবক্লগা পাৎ পান অসিদা হৌবিবা সনাগী মচু মানবা (অশাৎপা লৈবাং খবসু সাধু অসিনা হেকখি, লোযননা অহেকপা লৈবাং খবা অমনা সাধু অসিনা পাইখি, লোযননা মখোয অনিনা চৎকমকদৌবিবা লম্বীগী মাঙদা চাই চাইদুনা চৎলি লোযননা সাধু অসিনা মাইবা অসিদা ব্রাবী মখা তানা শাবা হৌবকখি।

নুমিৎ খুদিংগী ওইনা (নঙ) মাইবা মফম অসিদা লাক্তুনা পাৎ মচা অসিদা ঈকজগদবনি, অদুগা পাৎ অসিদগী লাইজ ঈশিং খুজোক অমগা সনাগী অশাৎপা লৈবাং অসি হেকচবগা ধুব কত্তুনা নুমিৎ খুদিংগী পুজা তৌব্দগদবনি তাকবিবমই। পাৎ অসিগী হেক মথক থংনা লৈবিবা হাযবদি পুথ্রিগী লুখুম মপাদা লৈবিবা লৈপুং অসিদা নুমিৎ খদিংগী কৎতুনা পুজা তৌ লৈপুঙ অসি খোঙনা খুৎনা শোকহৈদে তাকপিবমই। লোইননা কনাওম্বা মীতোপ অমগী মফমদা তমথোক্কনু তাকপিবমই হাযনা মাইবা অসিদা পাওমেনবিবমই অমসুং চেকশিন্না তাকপিবমই। হাযবিবা ব্রাবী অসি মাইবা অসিদা মবিক চুম্না লীবিদুনা তাহল্লবগী তুংদা সাধু অসিগা উমং তমনা মায ওনশিন্দুনা খোঙথাং মবী মঙাবোম থাংদুনা চৎমিন্নবল্লগা মহাক্কী শক্তম অদু খঙহৌদনা মাঙখিবমই, অসুম তৌনা মাইবা অসিনা অকি-তুজুংবা অমদি অঙকপগা লোযননা মহাক্কী মযুম শঙ্গাই যৌদ্রিঙৈ খোম্লেন মীৎকপ থোক্তুনা ফমুংদগী যাম্না থুনা হৌগত্তুনা উমং পাংনা মায ওন্দুনা ঈশ্বব অসিবু খুকমর্জখি। হাযবিবা কোবৌ নুমিৎ অসিদগী মাইবা অসিগী থম্মোযদা পোত্থাফম খঙদবগা লোযননা যাম্না থুনা

উমং অসিদা চত্তুনা খাঙপোকশঙ অমা শারগা ঈশ্বর অসিবু পুজা তৌজদুনা পুন্সি লেনখিবনি।

হায়রিবা ঈশ্বর লাই অসিবু নীংখ্রবা মতুংদগী মাইবা শ্রীসলাম খুল্লাকপা হায়না চাওনা মমিং অসি মীয়াম পুম্নমক্না খঙনরকখিবনি মাইবা অসিগী অশেংবা মমিং মথক্কী লামায়দা পঞ্জখ্রে।

মহাক্কীমমিং অসি সলাম উমা কৌই। অন্দ্রো খুঙ্গং অমদি লমদম অসিগী ওইনা মীয়াম পুম্নমক্না খঙনরিবা অমদি শোন্নরিবা (সলাম খুল্লাকপা) মাইবা অসি মহাক অসিবুনি।

হায়রিবা অমম্বী লোক উমং অসিদি হান্নগী মতৌগুম্না মমাংঙৈগী মতৌগুম্নদি (শূক মংখিদ্রে) উমং অসি খরদি কোকথোকখ্রে। অদুবু হায়বিবা উমং অসিগী মহৌশাগী ফজবা শক্তম অদুদি ঙসি ফাওবা কায়দনা অদুমক ফজনা লৈরি। লোয়ননা ঙসি ফাওবদা মাইবা অসিনা লৈখিদবদা লমদম অসিগী প্রজাশিংনা অৱাবা অমসুং পেন্দবা কয়া ফোঙদোক্লদুনা থম্মোয় শোকনা তেংথাজবগা লোয়ননা নীংশিংলি।

## নিংথৌ পুন্সিবা অমসুং অন্দ্রো ফানজাওবা

ঙসিদগী চহি চা কয়াগী মমাঙদগী অন্দ্রো খুঙ্গং অসিদা পানা লোয়শঙ শাদুনা খুলগী খুল্লাকপা খন্দুনা মীথা পালি নাইনা (মৈ হৌদুনা) (ইবুংঙো পনম নিংথৌ) লাইনিংথৌবু লোয়শঙ শঙলেন্দা লেঙশিন্দুনা চাং নাইনা লাৎপা হৌবকখিবনি।

য়ামদ্রবদা ঙসিদগী চহি ৬০০/কী মমাঙদা লৈরম্বা লমদম অসিদা খুল্লাকপা ওইবীবম্বা অন্দ্রো ফানজাওবা অমসুং চেকশা খুল্লাকপগী মতম অদু ফাওবদা অরু-অরুবা পুযাগী লাইবিক কয়া অমা উনাদা অমদি উপাক শেমদুনা মৈতান শুকায়বা মকুপ্না কোবাক মথক্তা ইবম্বশিং কুইরকপদগী শুম চাদুনা মাঙখিবা অমসুং ময়েক মুৎখিবা ঙাক্তনি।

হাযবিবা মতম অন্দ্রো ফানজাওবগী মতমদা অন্দ্রোগী চৎনবী লোল অসি (চকপা লোল ঙাঙনবমই) ইবসু মৈতৈ ময়েক্তা ইবগা চকপা লোলগী ময়েক ঙাক্তা ওইনা লৈবমই। মতম অদুগী অশেঙবা মযেকশিং হৌজিক ফাওবা অমতা কাযদনা শিজিন্নদুনা অচুম্বা চৎনবী অমা ওইনা মুৎহন্দনা নীংশিংদুনা ইখিবা মযেকশিং অদু লুপাক মনুংদা থম্লম্বা অদু ফিদা নপশিন্দুনা অযাম্বা মাঙখ্রবনি। লমদম অসিদা চহি চা কয়াগী মমাঙদগী ইবম্বা পুযা কযা অমা মমিং তাবি লৈশেম্লোন (লৈথক লৈখাবোল) অমসুনি লাইনিংথৌ লীক্লম, লোযননা (মালেম নোংখোঙ কোযবা) হাযবিবা পুযাশিং অসি পাবা অযাম্বা ঙমদ্রিবনি, হাযবিবা লাইবিকশিং অসিদি অন্দ্রোগী মযেক (৩৬) অসিনা ইবা ঙাক্তা ওইনা তৌই। হৌজিক হৌজিক খবা খবা পাবা যাবসু যাওবি। পুযাশিং অসি লাই-তিনগী মবমদা ইবনা অযাম্বনি।

*** লমদম অসিদা লৈবম্বা অখঙ-অহৈশিং খবতনা (মৈবু) পুজা তৌবম্বগী খুদম ফংই, হাযবিবা মতম অদুদি মীগী মীশিং অসিনা যাম্লা লৈত্রিঙৈগী মতম ওইবগী লমজীংপুবেল অখঙ-অহৈশিং খবদনা খুল্লিংবনা মবম ওইদুনা তাবিখনচিংবা ইশিনলমদবনা তুংদা লাকপা মীবোনশিংদা থিজিনবগী অব্রাবা মাযোক্লবি। চীংদা হৌবা (কুহী কৌবা) উপাম্বী অমগী মকু অদু খোক্তুনা তিংথোক্তু না মচু শেমদুনা যেন মতু শেম্লগা ইবম্বা মযেকশিং অদুদি মতম শাংনা লীদুনা থম্বা যাদে। মবম অদুনা মযেকশিং অদু হঞ্জিন-হঞ্জিন অমুক ইথোকপা তাখি। মবম অদুনা তোইনা ইথোক-ইশিন তৌবা ঙম্লক্তবদগী মাওশিল্লকখিবনি।

মীবোন কযা কযানা লমদম অসিদা লৈবম্বদগী মথং মথং চৎখ্রবা অমদি লোযখ্রবগী তুংদা মমিং চৎপা খবদি শীংথানবা যানা যাওবকখি। মখোযশিং অদুদি : (অন্দ্রো ফানজাওবা) অমসুং (ব্রাইখা লমবুবা) হাযনা খঙনবিবা মমিং লৈববা মাযচৌশিং অসি মথং মথং লমদম অসিদা লৈবক্লে। হাযবিবা মাযচৌশিং অসিগীদি শোক মশিং হাযবা ঙম্লে; মসিগী মরু ওইবা মবমদি মখোযনা নিংথৌবোল খবা খঙনবা; অমদি লোযনবা হৌবকপদগীনি।

মখোযনা লোয়নবকখিবা মতম অদুগী (মৈতৈ নিংথৌ) নিংথৌ পুন্সিবগী মতমদনি; হৌজিক হৌজিক্তগীদি ইকুই কুইখিদ্রি হায়বা যাই। মদুদি (ইং শোক ১৪০৪)গী ম তমদগী ওইনা লৈবে। মখোযশিং অসিগী মপুং ওইনা খঙনবকখিবা অসিদি নিংথৌবোলগী মতুং ইন্না লোয়নবম্বা চহি থানচিংবা পান্নবকখিবদগী ফংলকখিবনি, হাযবিবা মতম চহি মশিং অসিগী মমাঙদদি লাইগী মিংদা ...... ৱাথোক থৌদোক খুদিংমক অদু পল্লমই। তাকপিবি।

লমদম অসিগী মাযচৌশিংনা তাকপিবম্বগী মোত মতুং ইন্না অবিবা লাইবিক খবদা ইবম্বগী মতুং ইন্না (অন্দ্রো ফানজাওবা খুল্লাকপা) মথংদা চেকশাবা খুল্লাকপা অসিনি। অন্দ্রো ফানজাওবগী মতুংদা চেকশাবনা খুল্লাকপা ওইখিযে। অসুম্না ইবিবি।

অন্দ্রো ফানজাওবনা খুল্লাকপা ওইবা মতমগী থৌদোক ৱাথোক্লি। মতাং অসিদা নোংমা (নিংথৌ পুন্সিবা) কৌবা নিংথৌমচা অমনা মোইবাংগী লোক্তাক খোঙবান্দা মমান্নবশিংগা শগোল তোংদুনা হেক হেক লাক্লগা মোইবাং মচাশিংগা শান্নখি। নোংমগী কোবৌ নুমিৎ অমদা মহাক্না ঈশৈ শক্তুনা ... শান্নবিঙৈদা মোইবাংগী (পনচৈদবা বাহে) খবা পন্দুনা ঈশৈ শক্লকই হাযবি। মদুদগী মোইবাংগী অঙম-অথৌশিংদা মমান্নবশিংনা তাকশিল্লুবদগী মোইবাংগী অঙম অথৌশিংনা ই:! অদুদি নামুংবা বানিনা তৌহৈদে, মহাকপু ফাবগা ৱাকোং তৌগদবনি, হাযনা মহাকপু ফাননবা হোৎনবকখি। মতম অদুদা মহাক্না মহাক্কা লূনা তিন্নবিবা মমান্নবা খবনা নিংথৌমচা অসিবু ফাদ্রিঙৈদা চেলহনখিনবা ঈঙ্গিৎ পীখি। অদুবু নিংথৌমচানা মখোযদা অমুক্তং হাযজবগা যেংগে খনবদগী মোইবাংগী অঙম-অথেবীশিংদা কযাবক হন্না হাযজখি, অদুবু লৈবাক্কী অঙম্বশিংনা যাবীখিদে।

মবম অদুনা মথং মথং হাযবিবা মফম আস থাদোক্তুনা যাঙ্গোই শগোল তোংদুনা থৱায হীংননবা হাওবৈ নোংপোক পাংনা যাঙ্গোই খুকপ থাদুনা চেল্লকখি। অসুম্না চেল্লকপদা নিংথৌমচা অসিনা খুঙ্গং কযা, চীং কযা তুবেল পাৎ অশোঙবা উমং ৱামং কযা লান্দুনা চেল্লকখিবনি, অসুম্না মোইবাংগী অকন-

অথৌশিংনা নিংথৌমচা অসিবু ফাননবা লেপ্তুনা তুং ইন্দুনা লীনরকখি হায়বসিনি। নিংথৌ মচা অসিনা য়েক্লবশিংগী মখুত্তগী নাম্থোক্লবা থৱায় খুবাক্তা হাপ্তুনা চেল্লকখিবগী থৌদোক্নি। শগোল য়াইশা (য়াঙ্গোই তোংদুনা) চেল লকপদা চীংগী লোকচপ ওইনা তৌবা কাচিল অমদা হৌরিবা (পামেল উয়োং পাম্বী) অমগী মখোঙ মনাক্তা য়াঙ্গোই শগোল অদু থাদোক্তুনা থল্লম্লে; লোয়ননা মখোঙনা থোংনা য়াইবী থৱায় হীংননবা চেল্লকখি।

* নিংথৌনা তোংলকপা য়াঙ্গোই শগোল থাদোক্তুনা থল্লম্বা মফম অসি হৌজিক মীযাম পুম্নমক্না শগোললোক হায়না খঙনরে; শগোললোক হায়না কৌনরিবা অমদি খঙনরিবা মফম অসিগী অশেঙবা মমিংদি শগোল লোৎ) হাযগদবনি। হৌজিক্তি হাযরিবা মফম অসি (শগোললোক) হায়না অদুমক খঙনখ্রে। অসুম্না নিংথৌমচাবু হাৎকে হায়না তান্নরক্লিবা মোইরাংগী অঙম অথৌশিংনা নিংথৌমচানা থাদোক্লম্বা শগোল য়াইশা অসি মফম অসিদা থেংনখি; লোয়ননা অসুম খোঙ্গুল লীরকখিবনি, থ্রানা মথং মথং চেল্লকপদগী (অন্দ্রো খুনৌ) হায়না খঙনবিবা খুল মচা অসিগী ময়াদা লৈবা কামু কৌবা খুল অসিদা চেনশিন্দুনা কামু নিংথৌ কুবাংবগী মফমদা চঙজদুনা নিংথৌমচা অসিনা মহাক্কী অশেংবা ৱারী ৱাখোঙ লীদুনা খঙহনখি। লোয়ননা নিংথৌ কুরাংবনা মহাকপু অশেংবা নিংথৌমচানি খঙলবদা মহাকপু মতম খরা মাগী মফমদা লোত্তুনা থম্বীখি। অসুম্না মী-পোং কনাসু তাহনবা খঙহনবা তৌদনা থম্বীখি, কামু নিংথৌগী মনাক্তা মোইরাংগী অঙম অথৌশিংনা খোঙমী লাম্মী থাদুনা অমুক থিরকখি। অদুবু নিংথৌ কুরাংবনা কনা অমগী মফমদা মহাক লৈ হায়বা খঙহনখিদে।

কামু খুল অসিদি মতম অদুদদি যূম মশীং য়ামদবা মরম্না খঙখিব। তারে খন্দুনা খুল অসিগী মনাক্তা লৈবা যূম মশীং (খরা য়াম্বা) অন্দ্রো খুনৌ অসিদা পুদুনা লোৎপিনবা অন্দ্রো খুনৌগী অহনশিংগা কামু নিংথৌগা ৱা ফাওদোক্ল রবা মতুংদা অন্দ্রো খুনৌ অসিদা অমুক পুরক্তুনা মফম চাবা যূম অমদা চেকশিন্না থম্বীখি।

অদুবু লেপ্পা লৈতনা হাৎকে হায়না তান্নবক্লিবা মোইবাংগী অঙম অথৌশিংসু অহিং নুংথিল পুন্নমক্তা তুম্বা চাবা থিদনা লীন্নবকখি, নিংথৌ মচা অসি য়ুম মনুংদা লোৎপদা য়াববোই খল্লকপদগী খুলগী মীওইশিং অসিনা খুল অসিগী মী শাবগা খুদৈ য়েৎশিন্দুনা ঙা ফাবগী ফিজোল শেৎহন্দুনা পাই মচা অমা যান্দুনা ঙা ফাবা অমদি ঙা নৈবা যাওহন্দুনা লৈহনখি। হাযবিবা মতম অসিদা মোইবাংগী অঙম অথৌশিংনা নিংথৌমচা অসিগী অশেংবা মশক খঙবা ঙমখিদে; অশোমদা মোইবাংগী অঙম অথৌশিংনা নিংথৌমচা অসি খূল অসিদা লোৎশিন্দুনা থমখ্রে হাযনা চীংনদুনা খুলগী মীশিং কৌদুনা পুথোক্লবা হোৎনখি। মমৈথংদা অন্দ্রোগী প্রজাশিংনা নিংথৌমচাবু কন্নিংবদগী অতোপ্পা মফম অমদা অমুক থৈদুনা থম্বীনবা ৱাতান্নখি অমসুং কুপ্না খন্নখি।

অসুম্না কুপ্না খন্ন-নৈনববগী মতুংইন্না মফম অসিদা লৈথবা যাববোই খঙবদগী অন্দ্রো সনাপাৎ কৌবা থংননা লৈবা খুল অসি সনাপাৎ কৌদ্রিঙৈ মমাঙদা অন্দ্রো খুনৌ হাযনা অদুমক খঙনবমই। হাযবিবা খূল অসিদা অমুক নিংথৌমচা অসি পুবক্তুনা থমখ্রে। মফম অসিসু যূম্নাক মশীং যামদবনা মবম ওইদুনা নুমিৎ হুম্নিবোমদমক লৈবমই। মফম অসিদনা ঙা ফাবা মীওইশিংগী মবক্তা লমদম অসিগী ফিবোল শেৎতুনা ঙা নৈবা মবক্তা যাওহন্দুনা ৱানা লোৎননবা শক খঙদনবা ঙা নৈবা অদুমক যাওই।

হাযবিবা খূল অসিগী খা পাংনা নকনা লৈবা পাৎ মচা অসিদা ঙা নৈবদা নিংথৌ মচা অসিগী সনাগী লীক্লু অদু পাৎ মচা অসিদা তাদুনা মাঙখি। লোয়ননা থিবা যাবা থিববসু সনাগী লীক্লূ অদু ফংখিদ্রে, কনা অমনা সনাগী খুদোপ্লিসু হাযনৈ, অদুবু সনাগী লীকপু ওইবে নিংথৌমচাগী সনাগী লীকপু মাঙখিবা মফম অসি নিংথৌনা পাৎ অসিগী মমিংবু (সনামাঙ পাৎ) হায়না কোলোয মিংথোনখি।

হাযবিবা খূল মচা অসি হান্না অন্দ্রো খুঞ্জাও অসিদগী খাইদোক্তুনা লৈ খিবনি। নিংথৌনা ইহান হান্না কামুদা লোৎখিবা মথংদা ইনক নক্লা লৈবা খুনৌ অসিগী মমিংবু (অন্দ্রো নিংথৌবোৎ) হায়না মিংথোনখি। অদুবু হৌজিক্তি

মীয়াম্মা নিংথৌরোক নিংথৌরোক হায়না খঙনরে। লমদম অসিগী অশেংবা মমিংদি নিংথৌরোৎ হায়গদবনি।

হায়রিবা মতম অদুগী মমাঙদগী পাৎ অসিগী অশেংবা মমিং অসিসু (অন্দ্রো খুনৌ পাৎ) হায়না কৌনরম্বনি। নিংথৌমচাগী সনাগী লীক্লূ মাঙখিবা নুমিৎতগী হৌনা অন্দ্রো সনাপাৎ হায়না কৌখিবনি। মতম অদুদা সনামাঙ হায়না কৌনরম্বা অদু হৌজিক্তি (সনাপাৎ সনাপাৎ) হায়না কৌনরে।

মোইরাংগী অঙম অথৌশিংনা নিংথৌমচাবু ফংনবা লেপ্লা লৈতনা থিবা হুম্বা তৌরকপদগী মফম অসিদসু লৈবা য়াররোই খন্নরকপদগী (অন্দ্রো খুঞ্জাও) অসি য়ৌনা লোৎননবা পুখৎলকখিবনি। মতম অদুদা অন্দ্রো খুঞ্জাও অসিদা লৈবা খুল্লাকপা অন্দ্রো ফানজাওবগী য়ূমদা থৈরগা লৌৎশিন্দুনা থম্বীরমই। লোয়ননা মোইরাংগী অঙম অথৌশিংনা লীন্নরক্কুনা অন্দ্রো ফানজাওবগীদা লৈরে হায়বসি চীংনরমই।

মরম অদুনা মফম অসিদা লৈরিবা অন্দ্রোগী অকন অথৌশিং অমসুং অঙম্বশিং তান্নদুনা মখোয়গী মথক্তা লোন্না লান্দানবা থৌরাং পুন্নমক ঈংনা চীক্লা খন্নবা হৌখ্রে।

নিংথৌমচা অসিনা মহাক্কী থম্মোয়দা লৈরিবা অৱাবা অমদি পেন্দবগী ৱারী কয়া অন্দ্রো ফানজাওবগী মফমদা অমতা চীথদনা মীৎলূগী পিরাংগা ঈরোইননা ফোঙদোক্লকখি। মদুদি: ইপু: নশু ঐনা লাইবক ফদুনা ইপুখোয়দগী খুদোংচাবা ফংলবদি ইখুৎমক্লা মোইরাংগী অকন অথৌশিং পুন্নমক তুম্না হাৎকনি হায়না ফানজাওবা খুল্লাকপগী মফমদা ৱাশকখি।

অঙাং নৱা ওইরিবা নিংথৌ মচাগী চীনবান্দগী থোরকপা পেন্দবগী ৱাহৈশিং অসি তাবদা ফানজাওবগী থম্মোয় কায়খি। অন্দ্রো ফানজাওবনা নিংথৌমচা অসিবু নুংশিনা চেৎনা কোনবিখি, লোয়ননা থেমজিনবগী ৱাহৈনা অন্দ্রো ফানজাওবনা হায়খি; (সনখ্যা ইবুংঙো) অন্দ্রো ফানজাওবনা হিংলিঙৈ ইশুগী মতু তুরিক অমা ফাওবা শোকহল্লোই তাকপিখি। অসুম তৌনা অন্দ্রো ফানজাওবনা নিংথৌ মচা অসিগী থম্মোয়বু ফাথদুনা থম্বীখি।

নাকন অমরোমদা মোইরাংগী অকন-অথৌশিংনা অন্দ্রোদা লোৎলিবা নিংথৌমচা পুথোক্ত্রবদি অন্দ্রোদা লান হৌরনি হায়রকখিবনি, অন্দ্রো ফানজাওবনা মতৌ করম্না মোইরাংগী অঙম অথৌশিংবু লাকশীনগনি অমসুং চৎহনখিসিগে হায়না তোয়না ৱাতান্নরমই। অদুবু মোইরাংগী অকন-অথৌশিংগী মমাঙদা নিংথৌমচা অসি পুথোক্তবা য়াররোই খঙলবদা; ফরে অদুদি মোইরাংগী অকন-অথৌ পুম্নমক ফানজাওবা ঐগী য়ুমদা কৌদুনা (শা-য়ু) পেন্না পীজ পীথক্লগা য়ূ ঙাওববা মতমদা মখোয় পুম্নমক তুমনা হাৎলশি হানদুনা (মী-পোং) কনাসু খঙহন্দনা চীক্লা ঈংনা ৱাতানদুনা খন্নখ্রে।

মথংগী নুমিৎ অমদা অন্দ্রো ফানজাওবনা মোইরাংগী অকন-অথৌ পুম্নমক্কী মফমদা চৎতুনা হায়জখ্রে। হয়েংগী কোরৌ নুমিৎতা মোইরাংগী ইচিন-ইনাও পুম্নমক *** ঐখোয় মশেল অমতনি (খৎন-চৈনবা) য়াদে, মকপ-মপাং ওইমিন্নদুনা চারৌ মৌরৌনরশি অমতা ওইনা লৈমিন্নরশি হায়না অন্দ্রো ফানজাওবনা হায়বদা মোইরাংগী.অকন-অথৌ পুম্নমক হবাওনা য়ান্নরে। হাযরিবা নুংশিনবগী ৱাহৈশিং অসি হায়রম্লগা অন্দ্রো ফানজাওবা হল্লক্লে। অন্দ্রো ফানজাওবনা ময়ূমদা চৎখ্রবা তুংদা মোইরাংগী অকন-অথৌশিং পুম্নমক হরাওনা লৈহৌরে।

হয়েংগী কোরৌ নুমিত্তা মোইরাং অমসুং অন্দ্রো পুল্লগা নিংথৌমচা অসি হাৎলগনি, অসুম্না মোইবাংগা অন্দ্রোগা অমতা ওইরগনি হায়না যান্নদুনা অমগা অমগা মায়কৈ অনিমক্তা হরাওনা লৈনখি।

অসোমদা অন্দ্রো ফানজাওবনা হয়েংগী কোরৌ নুমিত্তা মোইরাংগী অকন-অথৌ পুম্নমক তুম্না হাৎননবা শেম -শাবা পুম্নমক লোইরে। মতম অসিদা মহাক্লা লমদম অসিগী চৎনবী লোল ওইনা লৈরিবা কনাগুম্বা মীতোপ অমতনা খঙবা ঙমদবা (চকপা লোলদা) ঈফোঙ ফোংনা পাওথাং চেন্দুনা য়ূমথোং খুদিংগী লৈজবা ওক, যেন ঙম্নমক পুখৎনগদবনি লোযননা য়ু অরৈবা পুম্নমক পুখৎলু, লোয়ননা যুমথোং অমগী নিপা অমমমসু মতিক চাবা খুৎলাই অমমমগা পায়রগা অন্দ্রো ফানজাওবগী যুমদা অন্দ্রো অমসুং মোইরাং ইচিন-ইনাও অনিমক চারৌ মৌরৌনরগনি।

ওক, শা, যু ঙম্নমক পুখত্তবা যাবোই (শা-য়ু) পুখৎলক্তবা মখোযশিং অদুদি খুলগী অকনবা চৈবাক ফংগনি, অসুম্না অকনবা পাউতাক পীখ্রে। নোং ঙাল্লে হায়নখিবা য়াথং মতুং ইন্না মাগী মাগী লৈজবা শা-য়ু ঙম্নমক পুখৎনবকখি। মফম অসিদা শাগী শাপোৎ যুগী যুপোৎনা অন্দ্রো ফানজাওবগী যুমদা পৈদুনা লৈববদা যু থাবা মীনা অফবা মখলগী হিদাক মনা হাপ্তুনা থীৎলে, শা থোংবা হৈবা মী কযা হাপ্তুনা শা নীংথিনা থোংহল্লে। হাযনখিবা যাথং মতুংইন্না মোইবাংগী ইচিল-ইনাওশিং পুম্নমক লাক্কুনা হবাও তযাম্না শানৈ-যুনৈবে। শা, যু ঙম্বমখৈ চা থক্লে, মোইবাংগী অকন-অথৌশিং পুম্নমক যুনা মপুঙ ফানা ঙাওবক্লবদা ঙাওমনখিদুনা নীংথিনা চুম্না চৎপা ঙমখিদ্রে, মখোয পুম্নমক হৌগত্তুনা চৎপা ঙমদ্রবদা তুবা হৌনবক্লে, তুবিবা মখোযশিং অদুগী মবক্তগী অন্দ্রো ফানজাওবগা মোইবাংগী নুংশিববা ইচিল-ইনাওশিং পুম্নমকঙসি কোবৌ নুমিত্তা নখোযনা পাল্লিবা অমদি মতমকুইনা নখোযনা ফাগে অমসুং হাৎকে তান্নবিবা মীশক অদু ঙসিদি অন্দ্রো ফানজাওবনা নখোযগী মখুৎমক্তদা শিন্নজবগে হাযবকই।

মতাং অসিদা অন্দ্রো ফানজাওবনা অন্দ্রোগী অকন-অথৌশিংদা অসুম্না লাওবকই, অন্দ্রোগী প্রজাশিং নখুত্তা খুৎলাই মতিক চানা পাযবগা থোবক্লো হাযববদা, অন্দ্রোগী খুঞ্জাশিং ঙম্না মশাগা চানবা থাং-তা, লিকং তেন্নচিংবা পাযদুনা থোবক্লে, (শা-যু) ঙাওনদুনা লৈবিবা মোইবাং হাৎপা হৌবো হাযববদা তুদুনা লৈবিবা মোইবাং অমা থাংনা যান্দুনা হাৎপা হৌবকখিবদগী মথং মথং হাৎলক্লে, ফানজাওবনা নিংথৌমচা অসিদা নখূৎ পেন্না হাৎচবো হাযনা যাথং পীখ্রে। অন্দ্রো ফানজাওবগী যাথং মতুং ইন্না নিংথৌমচাসু মশা চাবা খুৎলাই পাযখত্তুনা মোইবাংগী অকন অথৌশিং তান্ন-তান্নদুনা হাৎপা হৌবক্লে, মোইবাংগী অকন-অথৌশিংগী মনুংদগী শংগোইনু মোইবাং তেবেনচিংবা নাম্থোক্তুনা চেনখিবা মোইবাং খবা অদুসু লম্বীদা লুমদুনা হাৎখি।

মোইবাংগী অকন-অথৌশিংগী মনুংদা শংগোইনু অসিদি নাম্থোক্তুনা চেনখ্রবা লাল লুম্বা ওইনা অন্দ্রো খুল, অসিগী খা পাংনা লৈবা (কেগোপাৎ)

পুম্ব্রি মপান্দা হৌরিবা কোবৌ পাম্বীগী মথক্তা কাখত্নুনা লোৎলম্বা থেংনখি। মতম অদুদা খুল্লাকপগী নুপী খুল্লাকপীনা ঈশিংখোং পু খ্রি অসিদা ঈশিং শোকপা লাকপদা ঈশিংগী মনুংদা উ মথক্তা তোংদূনা লৈবা মী অমগী মমি ঈশিংদা ইঙান ঙান্না তাবা উরমই। ঈশিংখোংদা লুমদুনা লৈবিবা মী অদু তান্নবা চীংনদনবা ৱাহৈনা (ইয়া নপা য়ান্না মচা!) ঈশিং শোক্কে লাক্লগা তুম্বা কাওরম্মেনা ঐদি, হি: তুম্বা লৌরুখিগে হাযবম্লগা মহাক্কী শম অমদি ঈশিং পুল অদু ঈশিং শোকফদা থনম্লগা তুম্বা লৌবনি হায়না য়ুম যৌননবা খূল্লাকপী কন্না চৎখিরমই।

য়াম্না থুনা খুল্লাকপীনা য়ূমদা লাক্নুনা য়ুমগী নুপাশিংদা পাও অসি পীকরে! হায়রিবা পাও অসি তাবদগী ঈশিংখোংদা হৌবিবা কোবৌ মতোন্দা মী অমা লৈরে হায়দুনা হাৎননবগীদমক্তা থাং তা লিকং তেন পায়দুনা লাক্লগা হায়বিবা মফম অসিমক্তদা তেন্না কাপ্নুনা শংগোইনু হাৎখি। হায়রিবা মতম অদুগী (হূ-তৈবা) তেন কাপ্পা অঙকপা ফংনা হৈবমই অমসুং শিজিন্নবমই, শংগোইনু মোইরাং তেরেবনচিংবা পুম্নমক অন্দ্রোদা তুম্না হাৎখি।

নিংথৌমচাগী ৱাহৌদগী মোইরাং অমসুং অন্দ্রো অনি অসি লাম্হেংনবা তাখি। মোইরাংগী অকন অথৌ কয়াবু তুম্না অন্দ্রোনা হাৎখ্রে তাবদা মোইরাংদনা অন্দ্রোদা লান্দাগে খনখি। অদুবু মোইরাংনা অন্দ্রোদা অমুক হন্না লান্দারকখিদ্রে, অমসুং লমন খুম্বা লাকখিদ্রে, অসুম তৌনা অন্দ্রোনা মোইরাংবু লান ঙম্বা শকখি।

নিংথৌ মচা অসিবু হাৎকে হায়না তান্নরকখিবা মোইরাংগী অকন-অথৌ পুম্নমক তুম্না অন্দ্রোনা হাৎখ্রবা মতুংদা অন্দ্রোগী খোঙমী অমদি লাম্মী অদুনা নিংথৌ মচা অসিবু মহাক্কী সনা সঙ্গাইদা থিল্লুনবগীদমক্তা মাঙজৌননা পাও চৎহনখ্রে।

সনা কোনুংদগী অঙম অথৌশিং লেঙলক্নুনা নিংথৌমচা অসি (সনা কোনুংদা) পুখিবা তারমই, নাকল অমরোমদা মোইরাংগী অকন অথৌশিং

তুম্মা অন্দ্রোদা হাৎখ্রবদা অন্দ্রোগী খুঞ্জাশিংনা অন্দ্রোদা মোইরাংনা লান্দারক্কদ্রা হায়না চীংনবা কয়া লৈবদগী নালগী লাল্লম কয়া শিন্দোকহন্দুনা চেকশিন থৌরাংগা লোয়ননা অন্দ্রো খুল অসিগী অকোয়বদা চেকশিন্না ঙাক শেন্দুনা লৈখি। চেকশন্না ৱাইখা লাম্বুবা শওম, ফৈবোকনচিংবা অকন-অথৌশিংনা য়ূমথোংগী মীথা পালি নাইনা শেন্নদুনা থমখি।

মতম অদুগী মমাঙদগী হৌনা লমদম অসিদা লেঙদনা চৎনরম্বা মরুওইবা ধর্ম্মা অদুদি (অন্দ্রো সনা পোকপা চকপা মৈতৈ অরিবা লাইনীংনা সনামহী লাইনিংথৌ লৈমরেল শিদবী হায়না ফূরুপ অসিগী অশেংবা লাইনিং লাইশোন্নি)।

নিংথৌ পূন্সিবনা মহাক্কী সনা সঙ্গাইদা হল্লমদাইগী মীৎকুপ্তা অন্দ্রোগী অঙম অথৌশিং ইন্নদুনা অৱা অনা কয়ামরুম পুকমেন পাওমেন্নখি।

অন্দ্রোগী মীয়াম হূপ্না নিংথৌমচা অসিবু থিন্দোক্লবা লাকখিবা অসি নোংমাইজিংগী খা থংনা লৈবা (উরান চীঙগী) উবান খোঙনাং মখোঙ ফাওবনি, অসুম্না উরান চীংগী চীংদোল অসি য়ৌরকপা ফাওবা অন্দ্রোগী অহল লমনশিং পুম্নমকপু নুংশিজবগা লোয়ননা নিংথৌ মচা অসিগী মফমদগী সনা লূপা অমসুং মতিক চাবা বর কয়া নিজনবগীদমক্তা মহাকপু থিন্দোরক্লিবা অন্দ্রো ফানজাওবদা অসুম্না সনা য়াথং পীবিরমই। নিংথৌ মচানা অন্দ্রো ফানজাওবদা অসুম্না পাওমেনবিরমই। (ইপু ঙসিদি নশু নিংথৌ ঐগী ইফমদগী করি বোর পাম্বীবগে) অপাম্বা বোর মনা অমতং নশুগী মফমদগী হায়বীয়ু হায়রক্লবদা অন্দ্রো ফানজাওবা ৱা অমতা ঙাঙদনা ফোঙদোকপা ঙমদনা (লূ লূকথদুনা লৈমায়দা খোঙবীনা তক্ল-তক্লদুনা লৈবা উবদা নিংথৌ মচানা ফরে ইপু! অদুদি ইপুনা পাম্লিবা অসিদি নশু ঐনা খঙজবে! সনা লুপা নত্তে, ইপুনা পাম্লিবা পোৎ অসিদি (মালেম পৃথি লৈবাক) অসিনি হায়না অন্দ্রো ফানজাওবদা ময়েক শেংনা খঙহল্লে। লোয়ননা নিংথৌমচা অসিনা শাংলবা মীৎকুপ খরদং লূ-লূক্লা খম্বুরগা অন্দ্রো খুঙ্গং পাংনা মায় ওন্দুনা কাওঙমদবা মীৎয়েংগা লোয়ননা অন্দ্রোগী ফানজাওবদা তপ্না তপ্না অতপ্পা ৱাহৈনা নুংশিনা পাওদমজরকখি।

* ইপু নশুনা ঙসিদি লম খবদং ইপুগী মফমদা শিন্নজবমগে, থব্রায হকচাং য়াওনা তাবীয়ু হাযবকপগা লোযননা নিংথৌ ঐগী মীৎনা যেংবদা উবিবা খুলগী মায়োক্লবদা লৈলিববা লম খবা অদুদি নোংপোক মাযকৈগা তাংজেং চীংগী পবেং শাংনা শন্দোক্লিবা ঙাবিযান চীংশাংগী খা পাংনা চখবগা লৈবা ব্রাইথৌ চীংজেং ফাওবগী মথক; লোযননা নোংচুপ পাংবদা অব্রা চীংগী খা থংনা লৈবিবা ঈবিল তুবেলনা খাযবা নোংপোক্তা লৈবা লম পুম্নমক ঙসিদগী অন্দ্রোগী ওইবীহৌবো হাযনা অন্দ্রো ফানজাওবা খুল্লাকপদা পীবিবন্লে।

ঙসি কোবৌ নোংসিদি নশুগী ওইনা অন্দ্রো লমদম অসি থাদোকপা নুমিৎনি, ঐনা ইপুদা শিন্নজবিবা লম খবা অসিদি ( যোৎকী তবা তিংফবোই) লমগী মমল লেপফবোই তাকপিবকই। লোযননা মাঙদা উবিবা অন্দ্রো খুঙ্গং অসিগীমনুংদা ইবুংঙো পনম নিংথৌনা কোনবা লমদমদি নোংমাইজীংগী নোংপোক চীংমায লোযনমক অসিনি। হাযবিবা লমশিং অসিদি মীগী মিংদা পাট্রা তাফবোই। য়োৎলি তবা তিংফবোইদো, লমগী মমল লেপফবোই, ইবুংঙো পনমগী লমদমনি। মবম অদুনা হাযবিবা মতম অদুদগী হৌনা লমদম অসিগী চীং তম্পাক থেনফমশিং অসি হৌজিক ফাওবা পাট্রা পীনদে; ইবুংঙো পনমগী লম ওইদুনা পাট্রা চঙদনা (দাগ শিধা) ওইনা পাল্লগা অপুনবা ওইনা লৈবি। মসিবু কনাগুম্বনা লোন্না থুপ্না পাট্রা পানখ্রবদি মহাক অদু চৎনবী মতুংইন্না ফাবগা লাইদা কখোক্কুনা মশানা দণ্ড ফংজবা অদুনি।

অসুম্না লম-তু শিন্নবা লোযবদুনা চৎলমদাইগী মতম অদু যৌবক্লবদা অন্দ্রো ফানজাওবদা চেৎনা কোনশিন্দুনা খোঞ্জেল থোক্না কপ্লকখি। ইপুনা নিংথৌ ঐগী থরাযবু নচামক্লি খনবীদুনা কনবীখিবনি। ঙসিদি নশুগী মফমদগী ইপুনা অপাম্বা বব অমতং নীবিযু তাকপিবকই। অসুম্না তনৌ তনৌববা নিংথৌমচাগী চীনবান্দগী থোবকপা ব্রাহৈশিং অদু তাবদ। অন্দ্রো ফানজাওবগী থম্মোয পুবা যাখিদবে। চেৎনা কোনশিন্দুনা কপমিন্নখি। অন্দ্রো ফানজাওবা নুংশিবগী পিরাংলক্তা পিবোইনদুনা নিংথৌমচা অসিবু নুংশিবগা লোযননা অন্দ্রো ফানজাওবদা বব মশিঙ নাইদনা পীবিবমই।

নিংথৌমচা অসিনা মহাক্কী সনা সঙ্গাইদা চৎলমদাইগী মতম অসিদা মতৎ-মতৎ ওইবা হাযফম খঙদবা ৱাহৈনা হাযবকই ! ঙসি নশু ঐনা ইপুগী মফমদা শিন্নখ্রবা অমদি ইপুগীনি হাযনা পীখ্রবা লমদম অসিমক নুংঙাই যাইফবা, ৱাৎত-পাদবা, নীং-খা তম্বা লমদম অমা ওইবসনু তাকপিবমই। নিংথৌ পুন্সিবনা মহাক্কী সনা সঙ্গাইদা লেঙখ্রবা মতমদা অন্দ্রো ফানজাওবা অমদি লমদম অসিগী অকন অথৌশিং কয়ানা চেকশিন-থৌবাংগা লোযননা নীং তম্ন া পাল্লকখি।

হাযবিবা চেনবা লৈত্রবা লমদম অসিগী মীৎনা উবিবা ৱাবীনবিবাা বাবীশিং অসিনা অচৌবা শাক্কিনি। হাযবিবা মতম অদুদগী হৌবগা হৌজিক ফাওবদা যুম্নাক লিশিং অনিগী মথক্তা লৈবে। হৌজিক হৌজিক ভোটব লিষ্টতা লিশিং ৬,৬০০ লোম অসিদি ভোটব চন্দবা কযা অমা লৈবে। খুল অসি হৌজিক মীগী মশিং অসি ২১,০০০গী মথক্তা লৈবে। মবম অদুনা অন্দ্রো খুঙ্গং অসি হৌজিক মণিপুবগী মনুংদা খ্বাইদগী ি াওবা মীশিং যাম্বা খুঙ্গংশিংগী মনুংদা অমা ওইবি।

# অঙাং পোকপা অমসুং য়ুবান থাবা

মতমগী খোঙচৎ মতুংইন্না মীওইবা ঐখোয়না লমদম অসিদা খুন্দাদুনা লৈবকপা মতমদগী ঙসি ফাওবা লমদম অসিগী ওইনা চাপোক নাওপোক্কী মক ওইবা থবক থৌবম অমদি থৌদাং কযা কযা মথং মথং অদুমক লাক্লে।

অন্দ্রো লমদম অসিগী ওইনা চৎন-পথাপ ওইবিবা খ্বাইদগী মক ওইববা যুম-কৈ পানবগী নিপা নুপী লোযননা লৈমিন্নবকপদগী মচা মশু কযা চাদা নাওতাদুনা নুংঙাই যাইফনা খুল্লিংদুনা মচা থাবা কযামকম থম্নবমই। তৌইগুম্বসুং মতমগী খোঙচৎ মতুংইন্না নিপা নুপী যুম কৈ পাল্লকপদগী থা তবা নাওপুবগা মাগী মতম যৌবক্তুনা মীবোলদুনা অঙাং পোকপগী মতম অদু যৌবক্লগা লমদম অসিগী চৎনবী পথাপ অমগী মতুংইন্না চেকশিন থৌবাং কযামকম অমা লৈবি। অঙাং পোকপগী অকক্লবা মতম অদু যৌবক্লবদা লমদম অসিগী মৈহৌবোলদগী

লৈবক্লবা (মাইবী চাপোকপী) হায়না লৈবিবা মাইবীশিং কৌদুনা চেকশিন-থৌবাং কয়া তৌদুনা অঙাং পোক্লে।

অঙাং পোকবিবিবী মাইবী অসিনা অঙাং পোক্কদৌবিবী নুপী অদুগী মশা পায়দুনা যেংবদা লায়না খঙবা ঙমই মদুদি পোকপগী মতম য়ৌবে, য়ৌদ্রি হায়বা ঙমই। অঙাং উনগদৌবিবা মমা অদুনা মতম য়ৌশিল্লকপদা মাইবীগা শেন্নদুনা থাদোক্তনা অদুমক লৈনবা ঙাক্তনি। মতম অদুদদি ডাক্টব লৈবমদে, হৌজিক্তি ডাক্টবনা কবিগুম্বা পোকপা যাওই। মদুদি লমদম অসিগী চৎনবীগী মনুং চন্দে মবম অদুনা চাওনা খেন্নবা লৈবি।

পোক্লিবা অঙাংনা নিপা ওইববদি অঙাং অসিগী নাওফম অদু চীংদা হৌবিবা মীয়াম পুম্নমক্না খঙনবিবা (খঙলা হায়না খঙনবিবা লা) মখল অসিনা (লাগী লাবোন) মঙা লোল্লগা পোক্লিবা অঙাংগী নাওফম অদু চেকশিন্না য়োমশিল্লগা (লোঙা বাগী পায়ানা) মবোল মঙা শুনা লোনশিল্লগা পায়াগী পবৈনা অৱাং ওল্লগা পুনগনি। লোয়ননা কিশিদি পুনবা যাদে লৈশিল্লগা পুনগদবনি।

পোক্লিবা অঙাং অদুনা নুপী ওইববদি (লাগী লাবোল) অদু মশিঙ তরুক শুনা লোল্লগা অঙাংগী নাওফম অদু য়োমশিন্দুনা চেকশিন্না য়োমশিন্দুনা লৈবাক মনুংদা ফুমগদবনি।

নাওফম ফুম্বগী নিয়ম অদুদি লৈবিবা যুম অদুগী যুমগী থোঙগী থোঙজিন মপাল লান্দ্রিঙৈগী ওইথংবা থোঙজিন মযাদা ফিট অনিমুক লুনা তৌথোক্লগা ফুমগনি। নিপাগী ফুম্বনা যেৎথংবা থোঙগী থোঙজিন মযাদা ফুমগদবনি। হায়বিবা অঙাংগী নাওফম অসি পুনবা মতমদা অতোপ্পা লোঙা ৱানা পুনবা যাদে। মসি লমদম অসিগী অবিবা মৈহৌবোলগী কায়বা যাদ্রবা (চৎনবী পাথাপ) অমা ওইনা লৈববনি। হায়বিবা ৱা অসিগী মতাংদা লাই গুরুশিং, অখঙ-অহৈশিংনা শেংনা অমদি ৱাংনা লৌনবম্বগী ৱাবী লৈবি।

(লোঙা ৱা) অসিগী মহাক্কী যেক অসি লুৱাং শাগৈনি হায়বি; অবিবা লোন্দা লুৱাং ৱাসু কৌই। ৱা অসিগী মমিং অসি (চকপা লোলদা) (নুংশিৎ হায়না) কৌই হায়বিবা মখলগী ৱা অসি যাম্না শেংনা লমদম অসিনা লৌনবি।

(উতং ব্রা) অসিগী অচম্বা ব্রাবী লৈ মদুদি (উতং ব্রা) অসিদি থব্রায় য়াওদবা হাযবদি (ব্রা অশিবা) মঙ্গল লৈতবা ব্রানি, মবম অদুনা মী অশিবগী হকচাংগী কুনচিংবা পুনবা নত্তনা পুন্নদে, শম্বল খাবনচিংবদা পুনবদি যাই।

অঙাং অসিনা পোকপা মতুংদগী অমুক (যুবান) থাবগী চাওববা থবক থৌবম অমা অমুক লাক্নে মদুদি নিপা নুপী পোকপা খেন্নবগী মতুংইন্না য়ুবান থাবগী নুমিৎ মতমসু খেন্নগনি।

পোক্লিবা অঙাং অদুনা নিপা ওইববদি নুমিৎ মঙানি শুবা নুমিৎতুদা (যুবান থাগনি) নুপী ওইবগা নুমিৎ তরুক্লিদা যুবান থাগনি। নিপা নুপী অসি নোংমা খেন্নে (যুবান নুমিৎ অসি যৌদ্রিঙৈ, অঙাং অদুনা পোকপা নুমিৎ হুম্নি হেক শুবদা চাপোকপী ওইবীখিবী (মাইবী) অদুনা চাননবা (ঈশাইফূ মনুংদা) খরুংদা শেংনা থম্লিবা ঈশিং অদু লৌবগা ইমুং অসি তাইবেন হাইদোক্তুনা শেংদোক্কনি,লোযননা ইমুং অসিদা লাৎলিবা ইমুংগী লাই হাযবদি লমদম অসিগী চৎনবী ধর্ম্মা চৎনবী মৈতৈ অবিবা লাইনীং লাইশোনগা লোযননা (ইমা লৈমবেল শিদবী)গী খুভম অমসুং (লাইনীংথৌ সনামহী) অনিগী খুভম শেংদোক্কনি, মসিবু অঙাং পোকপগী (যুম শেংদোকপা হুম্নি) যুমশেংবা হাযনা তাইবেন হাইদোকপগা লোযননা মাইবীনা শেংদোকপা অসিনি।

অঙাং পোকপা অদু নুমিৎ হুম্নি শুদ্রিবা ফাওবদি যুম মাংই হাযদুনা লৈকায অমদি খুলগী ওইবা থবকশিং অমতা যাওবা যাদে।

মবম অদুনা যূম শেংবগী অকক্লবা নুমিৎ হুম্নি শুদ্রিবা ফাওবদি মীযামগী ওইবা থবক অমত্তা শুবা নোম্বা চৎপা যাদে। নুমিৎ হুম্নি শুদ্রিঙৈদা অশি-অনা যাওববসু মদু থবক থোক্লিবা ইমুংগী যুম চঙনদে, খুদক্তা মাইবী কৌবগা শেংদোকপা যাই, কবিগুম্বা থবক থৌবম অমা থোকপা নত্রর্বাদ মদুসু চঙনবা যাদে হাযবগী নিযম লৈ, খুদোং অমা চাহৌদবদগী যুম শেংদোকহৌদ্রর্বাদ মপা মচা মচিল মনাও ওইববসু মদু চৎলুবদি যাই, অদুগা চঙদুনা থবক ইনখাং নোম্বা যাদে তশেংবদি চৎনদে হাযবনি।

মবম অদুনা ঙসি ফাওবদা লমদম অসিগী খ্বাইদগী লুববা (চৎনবী পথাপ) কলচব অসি তোপ তোপই, অঙাং উনবগী হুম্লি যুমশেংবগী মবম মথক্তা পঞ্জবিবা অসিনা মক ওইবনি।

অসুম্না (যুম কৈ) শেংদোকখ্রগা মতুংদা নুমিৎ মঙানি মপুঙ ফানা শুদ্রবসু লৈকাযগী অকবা থবক ইনখাংশিং খুদিংমক মপুঙ ফানা অদুমক যাওবা যাবে। মবীনি শুববদি শুবা নোম্বা পুম্নমক যাবে।

অঙাং পোকপা অমসুং উন্নবগী নিযমশিং অসি লমদম অসিগী ওইনা ঙাক্তবা যাদে; অমসুং নিযমশিং অসিনা চৎনবীগী অচৌবা শক্তম অমা ওইবি। যুবান থাগদবা নুমিৎ মঙানি শুদ্রিদৈঙে, মবীনি শুবা নুমিৎকী নুমিদাংৱাইবম যাচঙবা মতম অদুদগী অঙাংনা লৈবিবা (লুখূম কা) অদুদা (ঘোট চফূ) অমা শেমদুনা ধুক থাউমৈ থান্দুনা হৈকক পানা থাদুনা থম্নগা লোযননা ঘোট চফূগী মনুংদা ঈশিং খবা হাপ্লগা পৈশা অচোইবা খবসু হাপকনি লোযননা চেঙ থোইদিং শুনা হাপচিল্লগা অঙাংগী লুখূমদা অহিং অমা পুজা তৌদুনা থমগনি। অসুম্না পুজা তৌদুনা থল্লিবা মফম অসিদা পোক্লিবা অঙাং অদুনা নিপা ওইববদি মাগীদমক্তা ফূবিৎ পুমযাৎ মচা অমা, মুকফূ অমা, কলম অমা, শমজেৎ মচা অমা, মিংশেল অমা খক্লবা কাটি অমা, ফৈজোম অমা, শুনা হাপ্তুনা অহিং অমা পুজা তৌদুনা থম্নবা অসিনি। মসিগী অশেংবা খুদর্মদি অর্সিনি, অঙাং অসিনা তাইবঙ মীবক্তা তিল্লকপদা চঙগদবা মচাক অমদি মহৈ-মশিঙ তম্বদা চঙগদবা মচাকশিং পুম্নমক অদু হাযবিবা যুবান নুমিৎ অসিদা মহাক্কী তুংগী ফীবেপশিং অদুদা মায পাক্লবগী তম্লবা চাওববা খূদোল অমনি।

মথং মথং ... হাযবিবা পোৎলমশিং অসি শুনা হাপ্তুনা পুজা তৌবা লোযননা অনানবা ফি অঙৌবা অমা থাবগা ফি অসিগী মথক্তা (চেঙ মেকক) অমা চেঙ থন্না হাপ্লগা চেঙ মেকক অদুগী মথক্তা যেকম অমা যুংদুনা হাপকনি। চেঙগী মথক্তা যুংলগা হাপ্লিবা যেকম অসিদি অতোপ্পা মীনা চাবা যাদে; অঙাং অদুগী মপা ওইবিবা মহাক অদুনা চাগদবনি। থল্লিবা চেঙ অসিনা অঙাং পোক্লিবা মমা অদুনা চাগদবনি হাযবিবা নিযমশিং অসি অমত্তা কাযবা য়াদে।

মকুওইবিবা অমনা অঙাং অদুগী লুখূমদা থল্লিবা চে কলম অমদি অচা অথক মযাম অমা কৎলিবা থল্লিবসি পোক্লিবা অঙাংনা মপুঙ মবৈ ফাবক্লবা মতমদা লাইবিক লাইশু মপুঙ ফানা মতিক চানা হৈবসনু হাযনা তশ্নীবা খুদম অমনি মবক্তসু খবদি পঞ্জখ্রে।

নিপা অমসুং নুপী পোকপদা খেৎনবগী মতুংইন্না অঙাংগী লুখুমদা থল্লিবা পোৎ-চৈশিং অসি খেন্নগনি। অঙাং অদুনা নুপী ওইববদি ফুরিৎ মচা অমা ফনেক মচা ওইনা থশ্নীগনি, খেন্নবা হাযববু থল্লিবা পোৎ খবা অসিদনি।

মবম অদুনা নুমিৎ মঙানি অসি শুবা নুমিৎতা নিপা পোকপা অঙাংগী যুবান নুমিৎ থোক্লে। যূবান থাবগী থবক থৌবম অসিদি অযুক্কী মতমদা ঙাক্তা তৌনৈ। নুংথিল নুমিদাং তৌনদে, নিপা ওইবগনা মঙানি শুবা নুমিত্তা; নুপী ওইবগনা তর্বাক্লি শুবা নুমিত্তা পাংথোকই, যুবান থাবা নুমিৎকী চাবা থকপা খুদিংমক্কী ওইনা লাইথা তিনথা পুম্নমক চাবোকপী মাইবীনা তৌনৈ। যুবান থাবগী থবক থৌবম অসিদি নুপী অঙাংশিংগী থবক ওইনা তৌই, যুবান থাবগী থবক থৌবম পাংথোকপদা নিপা যাওনদে।

খ্বাইদগী মকুওইবা মবম অমনা যুবান থাবগী থবক থৌবম অসি লমদম অসিগী চৎনবী ওইনা (যু) অসি যাওদবা যাদে, যুগী মখল অদুদি (পুকযু) হাযনা কৌই, মাস ঐখোযনা (ৱাইযু) হাযনসু কৌই। লমদম অসিগী অহল লমনশিংনা হাযনবা অমদি লেঙদবা ৱাবীনবা লৈ মদুদি হাযবিবা লমদম আসদা খুন্দা লৈতাদুনা মতম শাংনা লৈবক্লবা হাযবিবা যু অসি নত্তবা অমতা শিজিন্নবমদে মখল অসিগী যুনা মকু ওইনা শিজিন্নবমই। হাযবিবা যু অসি থোকপা চীং অমা (অন্দ্রো খুঙ্গং) অসিদা লৈবমই, হাযবসিনি; মতম অদুদগী ৱাবীনবকপগী মতুং ইন্না হাযবিবা চীং অসিগী মমিংসু যুবাও চীং হাযনা কৌনবি। (যুবা ও চীং) হাযনবিবা অসি হৌজিক অন্দ্রো খুল অসিগী অৱাং থংবদা লৈবিবা চীং মচা অসিনি। হার্যাববা চীং মচা অসি হৌজিক্তি অন্দ্রোগী প্রজাশিংনা যূম তাশিন্দুনা লৈবে। চীং অসিগী অকোযবা লোইনমক অসিদা যূম যাঙ্খেমুক্লা কোয়না তাশিন্দুনা লৈবি।

মমাংঙৈগী মতমদদি হাযবিবা চীং অসিদা কনা কনা অমতনা খুন্দাবমদে, হাযবিবা চীং অসিদা মমাংঙৈদা য়ু শুংফম ওইবম্বনা হাযবিবা মফম অসিদগী য়ু অসি লৌবগা অঙাং অদুগী য়ুবান নুমিৎতা লৌবিবা য়ু অসিনা মীযামদা যেন্দুনা থক্লগা হবাও তবাম্নবমই হাযবিবসিনি। মবম অদুনা ঙসি ফাওবা মুত্তনা লৈবল্লিবা য়ু শুংফম চীং অসিগী মমিংবু (য়ুবাও চীং) হাযনা থোনখিবনি।

য়ুবান থাবদা মরু ওইনা শিজিন্নবম্বা য়ু মখলনা (পুকয়ু) মখল অসিবু (ব্রাইয়ু) হাযনা কৌবি। য়ু কালৈদি মতম অদুদা শুংদুনা শিজিন্নবমদে মসিদি পুথোকপা ইকুই কুইখিদ্রি ।

মবম অদুনা অঙাং পোকপগী (য়ুবান থাবা) হাযবা ব্রাহে অসি মখল অনি শুদে, হৌজিক্তি ব্রাহে মখল অনি থোক্লা ঙাঙনবে। মসিবু (য়ুবান থাবা) অসিবু (ষষ্ঠি পুজা) হাযনসু মীযাম্না খঙনবে। য়ুবান থাবা নুমিৎ অসিদা চাপোকপী মাইবী অব্রামল ওইনা খুদোলপোৎ মবাং কাযনা পীনৈ, মর্দুদি য়ুবান নুমিত্তা মাইবী অসিগী ওইনা ফৌদাং থিনবা হাযদুনা ফৌ শংবাই অচোনবা অমা শেমগনি। ফৌ চোন্না হাপ্পা শংবাই অদুগী অচোনবা মথক্তা মকু পানবা ঙা ফাবৌঙা খবা পযানা লৈ পবেং লেংবগুম লেঙদুনা ফৌ অথনবা অদুগী মথক্তা (লৈ পবেং) শিবগুম ফাবৌঙা পবেং অদু ফৌ মতোন্দা হূকচিল্লগা পুন্নে।

ফৌ চোন্না হাপ্লিবা শঙবাইগী মথক্তা (চেঙ মেরুক) অথনবা অমসু হাপ্নে। চেঙগী মথক্তা য়েকম অমসু য়ুংলগা হাপকনি লোযননা (সনা, ক্লাগোক), ( লুপা ক্লাগোক) হাপকনি, লুপা অমসুং সনা মচু মানবা পোৎশক্লা শিনবা যাই, অহাও অথুম্নচিংবসু হাপ্পা যাই, মখল খুদিংমক্কী অচা অথক হাপ্লগা পুন্নে মসি চাপোকপী মাইবীগী য়ুমদা য়ুবান নুমিৎকী অযুক্তা থিনগদবনি।

অচা-অথক অমদি ফৌনচিংবা শেমদুনা থিনবা অসিবু য়ুবান থাবগী মাইবীগী ফৌদাং থিনবা হাযনা কৌই।

চাপোকপী মাইবীদা অতৈ পৈশা দক্ষিনা দান তৌনদে। মহাক্কী (দান) হাযববু ফৌদাং থিনবা অসিনি। অসুম্না য়ুবান থাবগী থবক অসি চত্থবি। যেঙ্গাং-

নাপীশিং ঙা-চাকশিং পুম্নমক যুবান যৌবীবিবা অদুনসু খবা খবা পুবক্লগা কৎনবা অসিনি।

পোক্লিবা অঙাং অদুনা থা অহুম শুদনা শিবা তাববদি মহাক অদু (কষা শোইবেন) হায়না কৌই। মহাক অদুদি পোৎ লোইববোই অপুম্বী সোইবেল হাযদুনা ফুম্বা চৎনৈ। মসিবু অপুম্বী (কষা সোইবেল) ফুম্বা হায়না কৌই। মসিদি অঙাং অদু চনবা চফূ অমদা হাপ্লগা ফুমগনি। মসি অখঙবা মাইবা অমনা পোৎলোযফম মঙফমদা পুদুনা পুজা তৌবগা ফুমগনি।

শিবিবা অঙাং অদুগী মফি-মবোল পুম্নমক শুনা তম্বীদুনা হাপ্লিগনি অদুগা কেগাম অমনা মখুম চেৎনা খুমজিনগনি। হাযবিবা সোইবেল কষা ফুম্বা অসিবু অতোপ্পা মফমদা ফুম্বা যাদে পোৎলোইফম মঙফমদা ফুমগনি মথক্তা হাযখ্রে।

লমদম অসিগী অঙাং পোকপা অমসুং যুবান থাবগী মক ওইবা (চৎন-পথাপ)শিং পুম্নমক অদু যুবান থাবগী মতাংদা শুগাইনা তাকচখ্রে; হৌজিকসু লমদম অসিদা চৎনবীশিং অসি অমতা কাযদনা অদুমক হোংবা নাইদনা চৎনবি।

## না হুৎপা লোয়নননা মমিং থোনবা

পোক্লবা অঙাং অদুগী যুবান থাববা মতুংদা অঙাং অদুনা থা অহুম মপুং ফানা শুববা মতমদা অঙাংগী মনা হুৎপগী অমদি (নাহুৎ-নাবেং) থাংবগী মতম অমুক যৌবক্লে। অঙাংগী (না-হুৎপা) অসিসু লমদম অসিগী অখঙ-অহৈশিং অমদি মাইবা (পাঞ্জি)না অফবা নুমিৎ থা যেংলগা অঙাংগী না অসি হুৎপিগনি, তৎনবা নুমিত্তা অঙাংগী মনা হুৎপা যাদে।

পোকপদগী থা অহুম শুবকপা মতমদা অঙাং অদুগী না হুৎপা যাবে; থা অহুম শুদ্রবদি (নাহুৎ নাবেং) থাংবা যাদে, না হুৎখ্রবা মতুংদদি অঙাং অদুনা মীওইবা ঐখোযগী তাইবঙ খুবক্তা চল্লে হাযদুনা অঙাংগী মমানা অঙাং অদুদা নুমিৎ অদুদগী হৌদুনা তাইবঙ চিঞ্জাক (চাক চীন্দম্বীবা) হৌবে। লোযননা অঙাং অদুনা শিববসু চৎনবীগী মতুং ইন্না (সোবাৎ অমদি কর্ম্মনচিংবা পাঙথোক্লগনি।

মসিগী চাওববা খুদম অমদি অঙাং অসিবু মীওইবা ঐখোযনা চাবিবা চিঞ্জাক অমদি হৌনবগী চৎনবী খুদিংমক শরুক য়াবা যাবে যাওহল্লে। অঙাং মনা হুৎপিবীবা মাইবা অদুদা চেঙ খবা অমদি অতেক -অনৌ ইঙ্খাং-নাপী চুকট বিডিনচিংবা মবাং কায়না শেল্লগা মাইবদা দক্ষিনা ওইনা থিনবা অসি চৎনবীনি।

মকওইবা নাহুৎ-নাবেং থাংবদা চঙবা পোৎচঙশিং অদুদি মাইবদা পীদবা যাদে; মসি লমদম অসিগী মৈহৌবোলদগী চৎনবক্লবনি। নাহুৎলিবা অঙাং অদুদা অকনবা লংনা চেৎনা পুনগনি, অসুম্না অঙাংগী নাদা পুল্লিবা লং অদু মতম খবগী তুংদা অমুক লৌথোকপিবগা (সনানা) মহুৎ শিনবিদুনা যানশিনবিগনি। না-হুৎপগী মক ওইবা নিযমশিংদি মথক্তা পীজবিবা নিযমশিং অসিনা মক ওইবনি।

থা অহুম শুববা অঙাংগী (নাহুৎ-নাবেং) থাংবা অসি লোযববা মতুংদা অঙাংগী মমিং থোনবগী মকওইবা মতম্ অদু য়েবীবক্লে। মসিসু পোকপদগী থা অহুম মপুঙ ফানা শুদ্রবদি অঙাংগী মমিং অসি থোনবা যাদে, নাহুৎ নাবেং থাংবগী থবকশিং লোযববা মতুং অঙাংগী মমিং থোনবিগনি।

অঙাংগী মমিং থোনবীবগী অকক্লবা মতম লৈবি।; মকওইনা অঙাং মমিং থোনবগী খ্বাইদগী অফবা মতম অদুদি : থাবান্দা লমদা থা; কালেন থা, হাযবিবা মকওইবা থা অনি অসিনি। অঙাং মমিং থোনবা অসিদি লমদা থাগী ওইনা খ্বাইদগী চাওববা থবক থৌবম অমা ওইনা পাঙথোকপনি। হাযবিবা থবক থবক (ফঙ্কসন) পাঙথোক্লিবা থবক থেবীবম অসিগী মকওইবা পোৎচঙশিংদি কবোক অখীংবা অমদি মতুম (শা যু) মবাং কাযনা যাওহন্দুনা মবাং কাযনা পাঙথোকই।

হার্যবিবা অঙাংগী মিং থোনবগী থবক অসি অসুক্কী মতিক চাওনা পাঙথোক্লবি। যামদ্রবদা অঙাং মমিং থোনবা অমদা হাযবদি থবক থৌবম অমদা (চেঙ চেঙ্কোক মঙা) তরুক ফাওবা যৌনা অমসুং চাওনা পাঙথোক্লবি। মমিং থোনবা অসিসু লমদম অসিগী অখণ্ড-অহৈ (পাঞ্জিনা) অঙাং অদুনা

পোকপদগী নুমিৎ থাবান শোক তাবিখনচিংবা অমদি পুংফমশিং কাযদনা কুপ্না খোৎলবা মতুংদা তাবকপা চূনবা অদু যেংবিদুনা অঙাংগী মমিং অসি থোনবনি।

মিং থোনবীবিবা মাইবনা মিং মশীং মবী মঙা শুনা খোৎলবা মতুংদা অঙাং অদুদা তিল্লিবা মীযামদা লাওথোক্লুনা নুমিৎ অদুদগী মীযাম খঙনা কৌহনবা অদুনি।

লমদম অসিগী অখঙ-অহৈ মাযচৌশিংনা তাকপিবম্বা নিযমশিং অসি অঙাংগী মমিং থোন্নে, মতম অসিদা পুংফমশিং অসি কায়দনা তাকপিবম্বনা মবম ওইদুনা ঙসি ফাওবদা নিযমশিং অসি কাযদনা চৎথবি। লমদম অসিগী (লাই গুরু)শিংনা তাকপিবম্বগী মতুং ইন্না মিং থোনবা নুমিৎশিং খবা অদুদি; নোংমাইজিং, নিংথৌকাবা, ইবাই অসিনি, নোংমাইজিং হাযবিবা নুমিৎ অসিদি খ্বাইদগী ফবা নুমিৎনি, নিংথৌকাবা অমদি ইবাই অসিসু অফবা নুমিৎশিংগী মনুংদা অমনি।

অতোপ্পা নুমিৎশিং অদুদি থোন্নদে। লোযননা মমিং থোনবদা চঙলিবা পোৎচঙশিং খবদং পঞ্জগে, মদুদি: চু, কবোক, লফোই, অথুম-অহাও অমদি হৈ-বানচিংবা কযামকম যাওবি লোযননা অসিদা নতনা অতৈ অহাও-অথুমশিং মখল শুনা যাওনবি। লোযননা যু অসিদি মপুঙ ওইনা যাওদবা যাদে। মরুওইনা লমদম অসিদা চৎনবিবা যু মখল অসিদি ব্রাইযু অদুদি (ব্রাইযু পুকয়ু) হাযবিবা যু মখল অসিনি।

মিং থোনগদৌবিবা অঙাংগী তাবিখ অমসুং থাবান চুমলে খঙলবা মতুংদা মিং অসি থোন্দুনা কৌনগনি। মিং থোনবগী অফবা অযাবা নুমিৎশিং চপ চানা পীবি।

নোংমাইজিং নুমিৎ অঙাংগী মমিং অদু থোনবিবা তাববদি থোনবিগদৌবিবা অঙাং অদু নিপা ওইগদবনি হাযনা তাকপিবি। অফবা পুংফম অমসুং অফবা ওইবি। হায়বিবা নুমিৎ অসিদা থোনখিবা মিং অসিদি লাইওইববা (নোংমাই নিংথৌ)গী মিংখৈ অসিবু লৌবগা থোনবিবা ওইবনা মথৌনা ফৈ,

মহৈ মশিং হৈগল্লি, মরম অদুনা হায়রিবা নুমিৎ অসিদি নিপাগী মিং থোনবগী অফবা নুমিৎ ওইনা তাকপিরম্ই।

অঙাংগী মমিংনা নিংথৌকাবা নুত্তি থোনবিবা তারবদি নিপা নুপী অনিমক্কী য়াই অদুবু নুপীনা হেন্না ফৈ তাকপিরি। হায়রিবা নুমিৎ অসিদি খ্বাইদগী মকোক ওইরিবা চয়োল অসিগী অহানবা নুমিৎ অহন্নি হায়বসিনি। তশেংনমক নিংথৌকাবা নুমিৎ অসিদি নিপাদগী নুপীনা হেন্না থোন্নে মবম অদুনা নুপা নুপীগী ওইনা অয়াবা নুমিৎনি তাকপিবম্ই।

অতোপ্পদা অফবা নুমিৎশিংগী মনুংদা ইরাই নুমিৎ অসিদি খুদিংমক্কী মমিং থোনবদা খ্বাইদগী হেন্না ফরবা অমা ওইবি। অসিসু লমদম অসিগী ওইনা চৎনরিবা (চৎনবী) পথাপশিং অসি কায়বা হোংবা নাইবরোইদবা ঙাক্তনি। (ইরাই নুমিৎ)কী অচুম্বা পাওতাকশিংসু লৈরি। মদুদি হাযরিবা নুমিৎ অসিদি ইযা যারে; নিপা নুপী অনিমক্কী অফবা অপুনবা নুমিৎ অমা ওইবি।

ইরাই নুমিৎতা অঙাংগী মমিং থোনবা তাববদি নুমিৎ অসিগী নুমিদাংব্রাইরমগী নুমিৎনা চীংয়া পক্লা লৈথবকপা মতমদা হায়বদি পুং ২/৫ দগী মিনিট কুনলোম চৎপা মতমদা অফবা পুংফম ওই। নিংথৌকাবা নুমিৎ ওইববদি অয়ুক্কী পুং ৭-৯ ফাওবনি নুংথিলগী পুংফমদি পুং ২-৫ ফাওবগী মনুংদা থোনবিগনি।

হৌজিক লমদম অসিদা মরু ওইনা চৎনরিবা অঙাং মমিং থোনবা অমদি না-হুৎপগী শম কোকপগী থৌরমদা (হরাও কুম্মৌ) হায়বদি শুমাঙ লিলানচিংবা কৌনদুনা পাঙথোকপা অসিনি।

নোংমাইজিং নুমিত্তা থোনবিবগীসু অখণ্ড-অহৈশিংনা পুংফম অমদি মতম চপ চানা পীরি। হায়বিবা নুমিৎ অসিদা অঙাংগী মমিং থোনবা অসিদি অয়ুক্তা পুং ১০গী মনুংদা পাঙথোকনৈ, নুংথিলগী মতমনা পুং ২/৫ ফাওবগী মতম অসিনি। লমদম অসিগী অখণ্ড-অহৈশিংনা তাকপিরম্বগী মতুং ইন্না লৈরল্লিবা ঙসি ফাওবদা কায়রমদ্রিবা অসিনা (চৎন-পথাপ) অমা ওইনা চৎথরকখিবনি।

অঙাংগী মমিং থোনবা যাত্রাব্রালি, শুমাঙ লিলা, সিনেমানচিংবা কৌনবা অসি চৎনৈ, লিলা নত্রগা কবিগুম্বা অমা ফাওবা তৌনদ্রবদি থোইনা মদু ব্রাংনা লৌনদে; মবম অদুনা (হবাও কুম্মৈ)না মপুঙ ওইনা লৌনবা চাওববা মিং থোনবগী চৎনবী লমদম অসিগী মকওইবা থৌবম অমনি।

## অন্দ্রোগী লাইওইখ্রবা খুল্লাকপশিং হৌজিক ওইরিবশিং

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | শ্রীফানজাওবা অন্দ্রো | শক | ১৪০৪-১৪১০ |
| ২। | শ্রীচেকশম্মা খুল্লাকপা | শক | ১৪১০-১৪২০ |
| ৩। | শ্রীপুথেম ফৈবোতোম্বা | শক | ১৯১২-১৯২০ |
| ৪। | শ্রীশকবম কুন্দো সিংহ | শক | ১৯২০-১৯৪২ |
| ৫। | শ্রীশকংবম হেবা সিংহ | শক | ১৯৪২-১৯৪৩ |
| ৬। | শ্রীসলাম উমা সিংহ | শক | ১৯৯৫০-১৯৫২ |
| ৭। | শ্রীশকবম চন্দ্রশ্যাম সিংহ | শক | ১৯৬৩-১৯৭৪ |
| ৮। | শ্রীযুমখাইবম ধর্ম্ম সিংহ | শক | ১৯৭৫-১৯৯৫ |
| ৯। | শ্রীফানজাওবম তুলোপিৎ সিংহ | শক | ১৯৯৫-২০০০ |
| ১০। | শ্রীফানজাওবম গোপাল সিংহ | শক | ২০০০-২০০৩ |
| ১১। | শ্রীসলাম যুগেশ্বর সিংহ | শক | ২০০৩-২০০৫ |
| ১২। | শ্রীপুথেম চন্দ্র সিংহ | শক | ২০০৬-২০০৭ |
| ১৩। | শ্রীঅশৈবম দেব মৈতৈ | শক | ২০০৮-২০০৯ |

হায়বিবা খুল্লাকপা খবা অসিগী ওইনা রেকোর্ড ফংজে।

# শম কোকপা

অঙাংনা নাহুৎ-নারেং থাংবা লোয়রবা মতুংদা হায়বদি না-হুৎপগী নাদা সনা শিবিদুনা সনা য়ানখ্রবা মতুংদা অঙাংগী শম কোকপগী থবক থৌরম অমুক য়ৌরক্লে সনা শিবিখ্রবগী তুংদা শম কোকপগী থবক অসি অমুক পাঙথোক্কনি।

শম কোকপা অসি মাইবনা তৌগনি, মদুদি কোক্কদৌরিবা পাঞ্জিনা মরমশিং অদু তাক্লবা অঙাংগী মারতুন হায়বদি অঙাং অদুগী মাম্মা থোকপা অদুনা অঙাংগী শম কোকপিগনি।

শমকোকপদা মাইবা (পাঞ্জি)না থৌ তৌদুনা কোকপা হায়রিবা মওং অসিদি লৈরিবা য়ুম অসিগী শুমাঙ ময়ায়দা শঙ মচা অমা খনগৎতুনা অচা-অথকশিং অদু শঙগী মনুংদা পুন্না থল্লগা পুজা তৌবগা লোয়ননা মহাক্কী (মাম্মা মারতুন অদুনা শম অদু কক্কনি।

শম ককপদা বামোন্না ককপা অদুদি লমদম অসিগী চৎনবী পথাপকী মনুং চন্দে। শম কোকপগী থবক থৌরম অসিসু পুকয়ু ব্রাইয়ু অসি য়াওদবা য়াদে লোয়ননা শম কোকপা অসিসু লিলা কৌবা চৎনৈ। হৌজিক্তি লিলা কৌবগী থবক অসি খরা হন্দোকনরে। শম কোকপগী থবক্তা শরুক য়ারিবা শম কোকপা লোয়রবা তুংদা লাঙলিবা অচা-অথকশিং অদু অঙাংনা খুরুমহনবা লোয়রবা তুংদা অঙাংগী মখুৎনা অচা-অথকশিং অদু মখুৎনা শোকহল্লি মদুগী মতুংদা অচা-অথকশিং অদু অদু য়েল্লি নত্রবদি কনা অমতনা চাবা য়াদে।

থবক থৌরম অসিগীদমক্তা বার্তোন তৌরিবশিংনা মানা মানা ওমজবা খুদোল তম্বদা য়াম্বা য়ামদবা অদুমক য়াই। মমাংঙৈ মতমদগী হৌনা শম অঙাংগী মারতুন্না ককপা অসি চৎনরকই। শম কোকপগী মরু ওইবা নিয়মশিং মথক্তা পঞ্জরিবাঅসিনা মরু ওইরি; হৌজিক ফাওবদা হায়রিবা নিয়মশিং অসি (চৎন [illegible]) অমা ওইনা কায়দনা চৎনরি।

# লূহোংবা

চাপোক নাওপোক্কী মতম লোযবক্কলবদা লুহোংবগী অচৌবা মতাং অমুক লাক্লে; লমদম অসিগী লুহোং খোঙদোংবগী কায়দনা চৎনবকপা নিয়মশিং অদুদি মখল অহুম থোকনা খায়দোকই, মকুওইবা নিয়মশিং অদুদি:

১। অহানবদা হৈজপোৎ পুবা (হায়নবগা থন্বা)

২। অনিশুবদা ব্রাবোইপোৎ পুবা (ব্রা-লোযশিন্নবা)

৩। অহুমশুবদা হৈজিং পুবা (লুহোংবা) হাযবা অসিনি। অহানবা ও ইনা নুপী অদুবু নিপা অদুনা হায়জবগা ইমুং মনুং অনিমক যাশিন্নদুনা থন্বগী নিযম অসিবু হাযজপোৎ পুবা হাযনা কৌই।

হাযজদুনা যান্নবা অমা ওইনা থন্বা অসিবু হৈজপোৎ পুবা কৌই হাযজপোৎ হাযবা বাহৈ হৈজপোৎ হাযনা হোংদোবক্লে, মসি লোল খেন্নবকপনা অহোংবা কযা লাকপদগী লোল অসি হাযজপোৎ হাযবা ব্রাহৈ অসিমক হৈজপোৎ হাযনা অদুমক খঙনবে।

হৈজপোৎ পুবগী থবক থৌবম অসিদি মাগী শাগৈ-নাতৈ খঙনা খঙনা চান্নবা মকুপ মপাং খুদিংমক বার্তোন তৌদুনা যাওহনবা অমসুং পাঙথোকপা অসিনি। হাযবিবা হৈজপোৎ পুবগী থবক অসিদি শা-ঙা যাওনদে কবোক হৈবোক অহাও অথুম , লফোই চু-নচিংবা অসিনি, থৌবম অসিগী ওইনা লাইপোৎ থম্নখিবা হোংদোক হোংজিন তৌবা যাদে মসি চৎনবীগী চাওববা হাযজ চৎচবগী ওইনা লেঙদনা থম্বগী ব্রাফমনি।

হৈজপোৎ পুবিবা নিপা অসিগী নুপী অসিনা মাগী যান্নবিবা অমদি নুংশিনবিবা নিপা অসি থাদোক্কুনা হৈজপোৎ পুখ্রবা মতুংদা অতোপ্পা নিপাদা চেনখ্রবদি মহাক অদু নুপী অদুগী চৈবাক লৈ।

মহাক্কা হায়নবা নিপাদা চেনখিবা ওইববদি অদুমক যাই ... হায়বিবা থৌবম অসিদি নিপা নুপী অনিমক্কী ওইনা (লুহোংলবোই কৈনাদান ফংবা কৎপা হায়বদি মখোয় অদু লৌখৎপগী থেবীবম খবদমক পাঙথোক্লগা যাবে। কবিগুম্বা মহাক্কা হায়নবিবা নুপীনা অতোপ্পা নিপাদা চেনখ্রবদি মদু নুপী মযুমগা নিপা মযুম ওইবিবা নিপাদগী চঙখিবা মমল ওইনা হৈজপোৎ পুবদা চঙবা পোৎচঙ চৈংগী মমল ওইনা নুপী মযুমনা মদুগী মমল পাথোক্লগা নিপা মযুমদা হনবীবা অসি চৎনৈ; মচাসিবু নিপাগী (মবল হনবা) হায়না কৌই (চৎনবী পথাপ)কী মতুংইন্না চৎনবন্বা চাওববা লমদম অসিগী কায়দ্রবা নিয়মনি।

## ব্রারোইপোৎ পুবা

নুপীনা হৈজপোৎ অসি পুখ্রবগী মতুংদা ব্রাবোইপোৎ পুবা ব্রাবোইবগী মতম যৌবে; নুপী হায়জবগা থম্বা চহি অমা ফাববা মতুংদা বাবোইবগী থবক অসি পাঙথোক্কনি।

ব্রাবোইপোৎ পুবগী থবক থৌবম অসিদি হৈজপোৎ পুবগা খেন্নবা লৈবে; মকুওইনা চঙলিবা পোৎচঙ অসি (শা অমসুং যু) না মরু ওইবনি। যামদ্রবদা বাবোইবগী থবক থৌবম অমদা ওক মশিং অসি যামদ্রবদা মঙাদগী নিপাল ফাওবা চঙই। যুনা বাইয়ু পুকয়ু হার্যবিবা যু মখল অসিনি. হার্যবিবা যু অসিনা যামদ্রবদা যু খরুং তবাদগী তবামঙাবোম চঙই। হার্যবিবা বাবোইবগী পোৎলম হৌজিক্কী পৈশাগী ভেলুদা চাওবাক্লা লুপা লিশিং যাঙ্খ্রেবোমদি ওইগনি।

ব্রাবোইবগী থবক থৌবম অসিনা লমদম অসিগী ওইনা যুম কৈ পানবগী মতাংদা খ্বাইদগী হেন্না পৈশা চঙবা থবক থৌবম অমা ওইবি। হার্যবিবা থবক থৌবম অসিদি খ্বাইদগী চাওববা থবক থৌবম অমনি। হাযবিবা থবক থৌবম অসিবু মপুঙ ফানা পাঙথোক্রবগীদমক্তা মাগী মাগী খঙন-চান্নবিবা মবী মতাশিং শাগৈ অমদি শীংলপকী মীওইশিং অদুনা শিনবী লাংবীগনি।

হাযবিবা চাওববা থবক থৌবম অসিবু মপুঙ ফানা পাঙথোক্লবগীদমক্তা শা শেম্বা, যু থাবা পুম্নমক অসিগী তোঙান তোঙান মাগী মাগী মথৌশিং অদু

কাযদনা পাঙথোকই। য়ু পান্নরিবা অমসুং য়েল্লিবা মখোয়শিং অদুদগী য়ু পান্নবা মকুওইবা মহাক অদুনা য়ুচঙলোই হায়না কৌই। শা য়েল্লিবা অমসুং পান্নবিবা মহাক অদুনা শৌগ্রাকপা হাযনা কৌই। অৱাৎপা শা খুদিংমক শা পানবিবা শৌগ্রাকপনা অৱাৎপা খুদিংমক য়ুম্বু ওইবা মপুদা ৱাৎতনবা তানগনি। কনাগুম্বা অতোপ্পা মী অমতনা মদুদা খুৎ থিংজিনবা যাদে মাগী মাগী তৌফম থোকপা মথৌনি হায়বা অসিনি।

ৱাবোইবদা মকু ওইনা লাইপোৎ শেম্বা অসি চৎনৈ, মকুওইনা লাইপোৎ চাগদবশিং অদুগী মহাক্কী শাগৈ নুপীগী শাগৈ মবী-মতা অহল লমন কৈবোই লৈকাযগী মচিল মনাওশিং খুদিংমক্তা থুংদুনা পীবা অসিনি। লাইপোৎ অনি শেম্বগী মকুওইবা নিযমশিং অদুদি নহা অহল খাযবগী মতুং ইন্না শা হাপ্পা মতমদা শাকোক যুকোক হাযদুনা অপিক অটৌ যেংদুনা চাংচৎ অমদা শা কে. জি. ২/২ বোমগী চাংদা হাপনৈ, যুগী চাংনা লিকলি অমমমগী চাংদা হাপই। মমাংঙৈগী মতমদগী হৌনা লমদম আসদ চৎনবম্বা মপুঙ ওইবা য়ু আস পুকয় হাযনা খঙনবিবা মখল অসিনি মসিবু বাইয়ু হাযনসু খঙনৈ।

মতৌ অসুম্না নুপী মযুমদা শা অমসুং যু অসি শেমদুনা পুবগা চৎপা মতমদা লৈকায অদুদা লৈবী খ্বাইদগী অহল ওইবী নুপী অমনা মাঙ থাবগা পোৎ চৈ অমতা পুদনা মাঙ চিংদুনা পবেং শানা নহা অতল মথাং মনাও নাইনা শা যুশিং আস পবেং কাযদনা লেঙ শান। চৎর্কনি, পাবিবা শাগী চাং অদুদি নুপী অমমমনা পুবা ঙম্বগী চাংদা হাপ্তুনা শেম্লগা খুদেং নত্রগা থুম্মোক অমমমদা লা থাবগা লাগী মথক্তা ফি অঙাংবা অথাবা অমমম কুপথবগা পুগনি।

শা পুবদা কুপ্পবিবা অঙাংবা অথাবা ফিশিং অসিগা মমিং (ৱাবোই ফিদা) হাযনা কৌই। হাযবিবা অঙাংবা ফি অসি অতোপ্পা অতৈ থবক্তা অমতা শিজিন্নদে, শিজিন্নবা যাদে, হাযবিবা ফি অসি ৱাবোইবগী থবক্তগী ক্রেন্না শিজিন্নদে, পুবিবা শাশিং আস নুপী মযুম যৌবগা শা যুশিং অসি নুপী মযুমগী লাইদা কৎলবা মতুংদা মীযামদা যেনবা অসিনি। শা যুশিং অসি যেন্নবগীদমক্তা লৈকায অদুদা লৈবা নিপা নহা খবা ওইবা মীওইশিং কৌশিল্লগা লাক্লিবা অহল

লমন অমদি নুপী নহা অঙাংশিং খুদিংমক্তা শা মতুম অমমমগা য়ু খরা খরগা অরাকপা মীপুম খুদিংমক্তা থুংনা য়েনগনি।

পুরক্লিবা শাশিং অদুগী মনুংদা তোঙান্না অহল লমনশিংদা য়েন্ননবা লাইপোৎশিং অদুদি য়ুমদগী হান্না শেম শাদুনা থমস্লবনি। অসুম্না লাইপোৎশিং অদু য়েন্থোকপা মতমদা নুংঙাইনবা হায়দুনা চেদা ইরগা মথাং মনাও নাইনা মমিং কৌরগা মশা মশাদা অদুমক পীথোকখিবা অসিনি। হায়রিবা অসুম্না য়েল্লিবা লাইপোৎকী মশিং অসি য়ামদ্রবদা ৫০দগী ১০০ ফাওবগী মথক্তা মাগী মাগী শাগৈগী মরী মতা ওইবশিংদা পীথোকপা অমসুং য়েন্থোকপা অসিনি

লাইপোৎ থুংলিবা অমসুং লৌরিবা মহাক অদুগীসু মীয়ামদা শা-য়ু খুদিংমক লাইপোৎ নত্তনা অয়েনবা খূদিংমক থুংগনি। ব্রারোইবগী থবক থেবীরমদা শরুক য়াবা লাক্লিবা অপিকপা অঙাং হায়বদি মমাগা লোয়নরক্লিবা অদুদসু শরুক অদুমক থুংগনি। ব্রারোইপোৎ পুবদা পাখং লৈশাবী বাঙোন তৌনদে চিনহায় ওইনা মাগী মাগী মরুপ মপাংশিং পুন্না অদুমক শরুক য়ামিন্নে চামিন্নে।

ব্রাবোইপোৎ পুবগী মতমদি নুংথিল পুং ১/২দা পাঙথোক্লে। ব্রাবোইখ্রবদি ইকুই কুইদন লুহোংবগী নুমিৎ থা য়েংবা য়াই, চৎনবীগী চপ চাবা মতুং ইন্নদি হৈজপোৎ পুবগী মতমদগী লুহোংবা ফাওবা অসি চহি অহুম চঙই। মথক্কী অসি ব্রারোইপোৎ পুবগী কায়দ্রবা নিয়মশিংনি।

# হৈজিংপোৎ পুবা

ব্রারোইপোৎ পুখ্রবা মতুংদা লুহোংবা অসিনি,লমদম অসিগী চৎনবী অমা ওইনা অরাংফম, অরাংবা ফুরুপ চাওনা খায়দোক্তুনা থম্লি, অবাংবা অসিদি শোরাৎ কন্মগী অমা লুহোংবগী অশিন-অরাং তৌনবা অমা অরাংগুপম অসি অনি থোক্লা খায়দোক্লি।

লমদম অসিগী অবিবা নিতি নিয়মশিং অসিগী হৌজিক ফাওবদা কায়দনা চৎনরিবা অমসুং চৎনরক্লিবা অরাংফম অরাংবা নাইনা শেমদুনা থম্নল্লিবা ফুরুপ অসিগা অচৌবা সেবাগী থৌদাং লৌহন্দুনা চাওনা শরুক য়ারি।

অঙনবা মতমদগী হৌনা লমদম অসিগী লুহোং খোঙদোংবগী থবক অসিদি অযুক্তা ঙাক্তা হোৎনবমই, নুংথিল লুহোংবা চৎনবমদে মবম অদুনা চৎনবম্না লুহোংবগী ফিজোল অদুদি নিপানা ফৈজোম অঙৌবা শেৎকনি, ফুবিৎ অঙৌবা, কোক্কী কোযেৎসু অঙৌবা যেৎপা চৎনৈ। লোয়ননা নিপা নুপী অনিমক চন্দোল থিনগনি, নুপীগী ফিজোলদি অবোন ফনেক শেৎপা চৎনৈ, ফনেক শেৎপগী মওংদি চোংবাল শৌৎপা মথক চীংখৎলগা শেৎপা অসিনি, লোযননা চৎনবী পথাপকী মতুংইন্না নুপীগী শমসু শাই ককপা হাযদুনা নুপীগী লুমাং শম অদু তেন্না ইকোই কোযনা ককপা অসি চৎনৈ

লমদম অসিগী ওইনা অযুক্তা ওইনা লুহোংবা অসিনা খ্বাইদগী ফবা অমদি চৎনবী অচৌবা থবক থৌবম অমনি।

অসুম্না লুহোংবদা ফম্নবিবা উনা শাবা মখোঙ মবী পানবা ফিট অমবোমদমক ব্রাংবা ফাল অমদা ফম্লগা হোংই, মসিবু লুহোংবগী ফাল, লুহোংফাল হাযনা কৌই, হ্যবিবা মতম অদুদা লুহোংবদা ব্রাবী লিবা, পেনা খোংজোংনচিংবা শক্লবমই হাযবিবা মতম অদুদি ১৯৬৫ ফাওবদা কন্না চৎনবম্ই। অদুবু মদু চৎনখিদ্রে বাঁশি অমসুং পেনা খোংলগা লুহোংনবম্বা অসি লমদম অসিদা মতম চহি কযামকুম শাংনা চৎনবমই মসি লমদম অসিগী মৈহৌবোলগী ওইবা চৎনা পথাপ অমনি।

শুমাংদা মান্দোপ খন্দুনা পাঞ্জি অমনা লমজিংদুনা নুপীনা লৈ পাযবগা চাইদুনা ইকোই কোইনা মান্দোপ মযাযদা কোযবগা হোংবা অসিদি অদুমক হান্নদগী চৎনবমই। কৈন্যা ওইবিবী ওইগদৌবিবী নুপীগী লুহোংবদা ইন্নবিবা চবৈ ফি অদুগী মমিং চবৈ নমথাং হাযনা কৌই। মসি অঙৌবা মচুগী অপাবা ফি মখল অমদি, লুহোংবা মতমদা হাযবিবা ফি অসিনা কোক কুপ্লগা ইনবা অসি চৎনবমই, নুপী মযুমদা লুহোংবা লাকপা মকুপ-মপাং অহল লমন খুদিংমক নুপী মযুমদা চাক ঈশিং চাবা চৎনৈ লুহোংবা লোযববা মতুংদা বব কন্যা অনি পুন্না চৎমিন্নদে, লুহোংবা নুমিৎতা নুপী অসি লুহোংলবা তুংদা বব মতোমতা মযূমদা চৎনৈ, কন্যা থিনবগী মতমদা লুহোংবা নুমিৎকী নুমিদাংব্রাইবম মৌ

লৌবা হাযদুনা নিপা ময়ূমগী মকওইবা নুপীশিং লাক্কুনা কৈন্যা মৌ অসি লৌবা চৎলি।

মকওইবা মবম অমনা লুহোংবা নুমিৎতা মৌ অসি নুমিৎ ফত্তদুনা থিনবা যাদ্রবদি নুমিৎ মঙা তবানি থা অমা ফাওবা থিন্দবা যাওই, খোঙচৎ ফত্তবগীনি হাযনা, লুহোংখ্রবা নুপী অদু থিনবা যাদ্রবদি (বব নিপা) অদুনা যূমদা (চৎন-থোক্লা) লৈবমই, হাযবদি নুপী অদু থা ফানা থিন্দ্রবদি নুপা অদুনা থা অমা ওইববসু নিপা ময়ূমদা অদুমক লৈবা অসি চৎনৈ। অদুগা মৌ থিনগদবা নুমিৎ অদুদি নিপা মযুমদা যু শিংজূ চাবা (খাঙবা) চৎনৈ।

বাঁশি খোংজোম তৌদুনা লুহোংনবম্বা অদু ইং শক ১৯৬৫দগীদি বাঁশি পেনা খোঙবা খোংজোম তৌবা অসি থাদোক্লখি।

শক ১৯৬৫ ইংগী মতুংদগী ইনৌ নৌবা চৎনবী অমা ওইনা লমদম অসিদা (শাশোক কৌবা) অসি চৎনবক্লে লোযননা ১৯৭২দগী শুম্মাঙ লিলা কৌদুনা শান্নবকখিবা অসি মতম শাংনা চৎনবকখি, মসিদি হৌজিক ফাওবদা চৎনবি।

মথং মথাং অহোংবনা নোংমা নোংমগী ওল্লক্কুনা (মাইক খোংবা) (পালা শকপা) অসি চৎনবক্লে। অদুবু মাইক খোংবা, পালা শকপা অসিদি লমদম অসিগী চৎনবীগী মনুং চন্দে; চাওখৎলকপগী ওইনা মতমগী ঈথক ঈপোমদা লাকশিন্দুনা হবাও কুম্মৈশিং অসি পাঙথোক্লবম্বগী ৱাদনি। হবাও কুম্মৈ কযা তৌদুনা ফিজেৎ চাকচা কযা হোংজববসু (অবিবা চৎন- পথাপ) কাযদনা পাঙথোক্লিবনা অবিবা শাজৎনা চৎনবী মপুঙ অমা ওইবি।

লুহোংলবা মতুং নুমিৎ মঙানি শুগা নুমিত্তা লুহোংবগী মপাম চাক্কুম্বগী থবক থৌবম অসি পাঙথোকই, লমদম অসিগী ওইনা মঙানি মপাম চাক্কুম্বা অসি কাযদনা অদুমক চৎনবকই, চাক্কুম্বগী থবক থেবৌবম অসিদি লুহোংলিবা বব নিপাগী ওইনা মমায়বা মঙা তবাদগী হেন্না চাক্কুম্বা অসি চৎনবমদে।

লুহোংবগী মওানি মপাম চাক্কৌবা হায়না চাওনা তৌনবস্বগী চাওববা লমদম অসিগী নিয়ম কযামকম লৈবি মদুদি কৈন্যা অদুগী ওইনা পোকপা অমদি তুংগী ওইবক্কদৌবিবা যাইফ নুঙাইগী পুন্সি অমা ওইগদৌবিবা নিপা নুপী অনিগী মশা মশাগী ওইনা পোকপদগী নুমিৎ তককনি যুবান নুমিৎ অমদি নিপাগী যুবান নুমিৎ মওানি, নুপী নুপা অনিগী অপুনবা নুমিৎ মশীং অসি পুন্না অমতা ওইনা লৌশিন্দুনা নিপাগী নুমিৎনা মপুঙ ওইনা লৌবগা মপাম চাক্কুস্বগী থৌবম অসি পাঙথোক্লবস্বনি হায়বা অসিনি। চাক্কুস্বগী থৌবম অসিদা কৈন্যাগী মচল মচে মবুং মৌপ্পাশিংনা কৈন্যাগী মপুবোইবা অমদি বব কৈন্যা অনিমক্তা মমা মপাশিংনা নুমিৎ অসিদা যাইফ পাউজেলগী বব কযা পীনৈ, লোযননা হৌজিক ফাওবা চাক্কুস্বগী থবক থৌবম অসি মওানি শুবা নুমিত্তা পাঙথোক্লি।

# মমাংঙৈগী অমসুং হৌজিক্কী অউনপোৎ

মমাংঙৈগী মতমদা চাওনা অমদি তৌদবা যাদনা চৎনবস্বা অউনপোৎ উনবগী চৎনবী খবদি লৈবমই, মদুদি কাংথোল অমা, মোম্পাক অমা, কাংখল অমা, উপু অমা, পুখম তেঙ্গোৎ, চাক থোংননবা অমদি যেঙ্খাং থোংননবা পাত্র অমমমতমক উনবা চৎনবমই লোযননা শেৎন-চাননবা ফি-বোল খবদমক উন্নবমই, হাযবিবা মতম অদুদা ইনাক খুনবা লাযববা খাযদনা হাযবিবা পোৎ চৈশিং অসিদমক শিজিন্নদূনা উন্নবমই।

হৌজিক্কী মতম অসিগী ওইনা চৎনবিবা অসিদি মমাংঙৈ মতমগা অকাশ পাটাল খেন্নবগুম অউনপোৎ উনবগী মওং অসি খেন্নবে।

হৌজিক মতম অসিদা উন্নবিবা অউনপোৎশিং অদুদি কাব, টি.ভি. বেডিও, সনা লুপা স্কুটব বাটব ফিল্টব লোযননা লৌ ইংখোল ফাওবা উনবা অসি চৎনবক্লি। হৌজিক্কী মতমগা মমাংঙৈগী মতমগা যেংনকববদি আকাশ পাটাল খেন্নবগুম্বনি। লমদম অসিদসু হৌজিক্তি অনৌ অনৌবা কযা হাপচিন্দুনা পাক চাওনা উন্নবা অসি চৎনবক্লে মবম অদুনা লমদম অসিদা চৎনবস্বা অউনপোৎ

ঊনবগী মওং চাওনা হোংলকখিবনা মমাংঙৈগী ওইনা লৈজরম্বা চৎনবী পথাপশিং অসি মাঙখিদুনা মুৎথ্রগদ্রা হায়বগী ফাওবা মিপাইবা পোক্লে।

# পানা লোয়শঙদা হীরু কাবা

মথং মথং ময়ুম মকৈ পান্দুনা লুহোংবা লোয়রবা তুংদগী হৌনা থা তরুক্কী মতম হেক য়ৌবক্কুনা মপুঙ ফারকপা মতমদগী মহাক অদু অমুক হন্না পানা শঙদা হীরু কাবগী থবক থেবীরম অসি অমুক পাঙথোকপতবা য়াদে, থা তরুক হেক শুবল্লবা মতমদগী হৌনা নিপা-নুপী অনিমক লমদম অসিগী চৎনবী পুন্নমক্কী থবক হায়বদি অশি-অনাগী অমদি লুহোং খোঙদোংবগী থবকশিংদা য়াওননবগীদমক থৌ চনবা ওইনা লৌশিল্লি।

মতৌ অসুম তৌনা য়ুম-কৈ পান্দুনা লৈমিন্নরকপদগী থা তরুক শুবদগী নিপা অদুনা থৌমী হায়না খঙনরে। থা তরুক শুরকপা থৌ চনখ্রবা তুংদগীদি খুলগী পানা শঙ হায়না লৈবিবা ইবুংঙো পনম নিংথৌগী খুভমদা মপুঙ ফানা সেবা তৌবগী হক অদু লৈরে। অসুম্না খনগৎখ্রবা পানা মচাশিং অসি মাগী মাগী শাগৈগী মতুংইন্না (অহল্লুপ পানা) অমদি নহারূপ পানা হায়না অনি থোক্লা খায়দোকই, অসুম্না খায়দোক্লবা পানা অনি অসিগা মাগী পানা শঙদা হীরু কাবগী থবক থৌবম অসি তঙাই ফদনা পাঙথোকই। হীরু কারিবা মহাক অদুনা ইবুংঙো পনম নিংথৌগী হরাও তরাম্বা মতমদা লাইগী ফন্দ ওইননবা হায়দুনা হীরু কারিবা পানা মচানা লাইগীদমক্তা দান ওইনা লুপা ১০০/১০০ পুখৎহন্দুনা ঈশ্বরগীদমক্তা কানবা অসিনি। অসুম্না পানা লোয়শঙদা হীরু কারবা মীওইশিংনা পুখৎলকপা পৈশাশিং অসি মাগী মাগী পানা শঙগী ওইনা খাইদোক্লবা অহল্লূপ পানা নহারূপ পানা পানা অনিমক্কী পৈশাশিং অসি ফন্দগীদমক্তা মোহোরি অমমম হাপ্তুনা থম্লি। লোয়ননা মখোয়শিং অদুনা ঈশ্বরসিগী মপুঙ ফাবা ফন্দগীদমক্তা রেজিষ্টারদা হিসাব তৌদুনা থম্লি। অসুম্না কারক্লিবা পৈশাশিং অসিনা পুন্না লুপা লিশিং ১০,০০০/১০,০০০/

শুবক্লবা মতমদা খুলগী মাযচৌশিং তান্নবগা পৈশাশিং অসি চহি চহিগী ওইনা সেন্দোয থাদোকই হাযবিবা পৈশাশিং অসি কনা কনাগুম্বশিংনা শিজিন্নবা মতমদা চহি ফাবক্লবা মতমদা সেন্দোই সেল্লেপ শুনা পুখৎনতুনা নৌনা অমুক থাদোকখিবা অসিনি।

খোমগৎলবা পৈশাশিং অসিদি ইবুংঙো পনম নিংথৌগী হবাও তয়াম্বা মতমদা মতেং ওইনা শিজিন্নবা অসিনি। মবম অদুনা হৌজিক পানা লোযশঙ অসিদা লাইগী ফন্ড ওইনা লৈবিবা পৈশা মশিং অসিদি যামদ্রবদা লুপা লাক্ষ অনিগী মথক্তা লৈবি, ফৌ ওইনসু ফৌগোৎ থন্না থমজিল্লিবনি।

পানা শঙদা হীরু কাবদা পোৎচঙ খবা চঙই, মদুদি ওক অমা, যু খরুং অমা, যেকমনচিংবা চু চুশাং মবী লফোই লফাং অহুম শিংজু মথেলনচিংবা যাওগনি। হাযবিবা নুমিৎ অসিগী ওইনা হীরু কাবিবা পানা মচা অসিগী মহাক্কীদমক্তা হীরু কাবগী থবক যাওবিবশিং পুম্নমক ইকায খুম্নবগা লোযননা খুরুমজদুনা ব্যবহাব উৎপনা মহাক্কী মথৌনি। হাযবিবা থবক থৌবম অসি অযুক্কী মতমদা পাঙথোকপ চাওববা পানাগী থৌবম অমনি।

হাযবিবা হীরু কাবগী থবক মপুঙ ফানা পাঙথোক্লবগীদমক্তা মাগী পানা লোযশঙগী পানা মচাশিংদা শিন্থা পীবিদুনা মপুঙ ফানা তৌহল্লি। মদুদি শা শেন্বা, যু থাবা পুম্নমক অদু পাঙথোকপা মথং মনাও নাইনা হাপ্তুনা থম্লি।

১। অহানবদাং যু যেনবা, যুচঙলোই

২। অনিশুবদা শা শেন্বা, সৌগ্রাকপম

৩। অহুমশুবদা যেংশিনবা, মীৎযেং

- মখোযশিং অসিনা অরাৎ অপা খুদিংমক যেংশিনবা অসিনি।

যুচঙলোই হাযনা খঙনবিবা মহাক অসিনা যু পান্নবিবা মহাক অদুনি।

- সৌগ্রাকপা হাযনা খঙনবিবা মহাক অসিনা শা পান্নবিবা মহাক অদুনি।

♣ মীৎয়েং হায়রিবা অসিনা শা অমদি যুশিং মীয়ামদা য়েনবগী (অব্রাৎ অপা) পুম্নমকপু য়েংশিনবা 'অসিনা খ্বাইদগী মরু ওইরি।

মমাংঙৈ মতমদগী (চৎন-পথাপ) কায়দনা চৎনরিবা অসি লোয়শঙ শঙলেন অসিদগী ব্রাঙাং-শাঙাং লমচৎ শাজৎ পুম্নমক তমজনফম ওইরি।

শা অমদি য়ুশিং পুম্নমক অদু শেম শাবা লোয়রবা তুংদা (য়ুপুং-হৌবা) হায়দুনা লীইদা পুকয়ু অমসুং ব্রাইয়ু অসি কৎলবা মতুংদা পানা মাঙদা লৈরিবা পুঙজাও অসি য়ৈরক্কনি, পুঙ অসি য়ৈবা হৌরকপা মতমদা (য়ুপুঙহৌরে) লাইদা (শা-য়ু) কৎলে হায়বা খঙনৈ। য়ুপুঙ হৌবা মতমদা লৈরিবা পুঙলোন অসি অতোপ্পদা মী অমতনা য়ৈবা য়াদে, মসি য়ৈননবা তোঙানবা মী খল্লগা থম্বনি।

পুঙ অসি য়ৈবগী মরোল পুংলোন্দি অসুম্না য়ৈবনি, মদুদি তঙ তঙ তঙ হায়না অহুম্লক হঞ্জিল্লগা যৈবনি, পুঙলোন অসিনা তাকপদি হৌজিক (লাই তিন থাবা) লোইরে মনা থকপা য়ারে হায়বা তাক্লি।

চাবা থকপা লোইরবা মতমদসু মথক্তা য়ৈখ্রিবা পুঙলোন অসিগা চপ মান্ননা তঙ তঙ তঙ হায়না হঞ্জিন্দুনা অমুক য়ৈরক্লবদি চাবা থকপা লোইবে অহল লম্মন পুম্নমক চৎখিবা য়ারে হায়বা তাকই।

লোয়শঙগী পানা শঙদা হীরু কাবদা শরুক য়াবা লাক্লিবা লাই গুরু অহল লমনশিং পুম্নমক অচা অথকশিং পুম্নমক অদু য়েল্লগা চারিবশিং অসি নিয়ম নাইনা চৎনবীনা মরম ওইদুনা ব্রা য়াম্না ঙাঙনবগী মথৌ তাদে। চাবা থকপা তৌরিবা অসি পানাগী পুঙজাও য়ৈরগা পুংগী মরোলদা খঙনরিবা লাইগী ওইবা চৎনবী সধাবন লোনচৎশিং অসি মৈতৈ লৈবাক্কী মফম অতৈন্দা লৈত্রবা অমদি থিবা ফাংলরোইদবা তাঙলবা লমদম অসিগী (চৎন পথাপ) অমনি। লমদম অসিদা ঙাঙনরিবা শক্লরিবা পুম্নমক অসিদি মৈতৈ লৈবাক্তা নত্তনা পৃথিবীদা খ্বাইদগী তাঙলবা হৌনা লোনচৎ অমা ওইরি।

## পানা শঙদা ফম কাবা

হীরু কাপ্পবা তুংদা পানা মচাশিং অসিনা মখাগী ফমশিং অসি কাদবা য়াদে।

♣ ১। য়ুচঙলোই

♣ ২। সৌগ্রাকপম

♣ ৩। মীৎয়েং

হায়রিবা ফম অহুম অসি পানা মচা অমনা মথং মথং কারক্তুনা পায়বা অসিনি, মখোয়শিং অসিগী থবক থেরীরম পুন্নমক নৌনা থবক অমুক পুহনবগীদমক্তা হান্না পুরম্বা মথক্তা লৈরম্বশিং অদুনা মথং মথং অমুক তোকখিবনি। হায়রিবা থবক্কী থেরীরমশিং অসি পানা মচা অমমমনা চহি অহূম পুগনি। য়ুচঙলোইদা মী অহূম সৌগ্রাকপমগীসু মী অহুম খনগনি পানা শঙদা নৌনা হীরু কারিবা পানা মচাশিংনা হায়রিবা ফমশিং অসি পায়দবা য়াদে।

পানা শঙদা মথং মথং হীরু কাদুনা হায়রিবা ফমশিং অসি পায়খ্রবা মতুংদা ফম তাবগী হায়বদি ফম তোকপগী চাক খাঙবসু তৌগনি, ফম অসি কাবদা য়ু খরুং অমা ওক অমা অসি পানা শঙদা কত্তুনা ফম কাবগী থৌদাংনি।

## ফমচাক পীজবা লোয়ননা ফম তাবা

ফমচাক পীজনরম্বগী লমদম অসিগী চাওরবা মরম কয়া অমা লৈরি। মদুদি ঐ ঙসিদগী হৌনা পায়জরিবা ফমগী থবক থৌরমশিং অসি তোকচরগে পুজররোই হায়বগীদমক্তা খাঙবা চাক মখল অমনি। ফমচাক অসি পীজবদা মরুওইবা পোৎচঙ খরা অসি চঙদবা য়াদে। মদুদি ওক অমা, য়ু খরুং অমা, শিংজু মথেল অমা য়েরুম মরী লফোই লফাং মরী চুরুট বেরী খরা অসি চঙই।

হাযবিবা পোৎচঙশিং অসিদি চঙদবা য়াদবা ঙাক্তনি। হাযবিবা পোৎলমশিংচ অসি শুনা লৈকাযগী অহল লমনশিং মকুপ-মপাংশিংনা পোৎ চৈশিং অসি লোযশঙ পানা শঙদা পুদুনা চৎকনি মী যাম্বা য়ামদবগী অকক্লবদি লৈতে। ফমচাক পীজবা অসি লোযববা মতুংদা ফমচাক তৌবিবা মহাক্না লুপা ৫০/৫০ লাইগী ফান্দা হাপ্পা চৎনৈ। ফমচাক তৌবা লোযববা মতুংদা পুমলোই লোইশিনবগী থৌবম অমগা লৈবি। মদুদি কোনযাই হুনবা হাযবিবা অসিনি।

ফমচাক তৌবা মতমদা পুন্নবিবা মকওইবা লৈশিং অদুদি লাংথ্রে, নত্রগা নোংপোক লৈ অসিনি। অনিসিগী মবক্তা অমবু ফংলবদি অদুমক য়াবে। নোংপোক লৈ হাযবিবা লৈ মখল অসিদি লাইনিংথৌ শিব মহাদেবগী থৌগল ফাংজবা লৈনি লৌনৈ; নোংপোক লৈ অসি গী মতাংদা ব্লাবী খব লৈ মদুদি নোংপোক লৈ অসি শিদবা মপু (শিব মহাদেবগী) অশেংবা পামজবা লৈ মখল অমনি, লমদম অসিগী অহলশিংনা খোঙনা খুৎনা শোকহৈদ্রে হাযনা যাম্না লুনা শিজিন্নবমই, ফমচাক-পু পীজখ্রবদি মহাক যুচঙলোই সৌগ্রাকপগী থবক পুমন্নোই লোইবে। লোযশঙগী থবক পুন্নমক অযাম্বা লোয়শিল্লে মসিনি ফমচাক পীজবা অমসুং ফম তাবা হাযবসি।

## থাসি লুবাক্

থাসি লুবাক হাযদুনা লোযশঙ শঙলেন্দা ঙসি ফাওবা মমুৎপা নাইদনা পাক চাওনা চাওববা থবক থৌবম ওইনা তৌবল্লিবা অসিগী মরু ওইবা তৌদবা যাদবা লমদম অসিগী চযোলগী নুমিৎ তবেৎনি অমদি ফম তবেৎকী ওইনা থাসি খুদিংগী ঈবাৎ থৌনিজবগী থৌবম অমনি।

ঐখোযগী লমদম অসিগী (চৎন-পথাপ) অমা ওইনা ঈশ্বর (ইবুংঙো পনম নিংথৌ)গী খুভমদা থাসি নুমিৎ খুদিংগী পুজা তৌদুনা চাকখাংবগী থৌবম অসি পাঙথোকপর্নি। ঙসি ঐখোয তাইবঙ মীওইবনা লৈবিবা মালেম পৃথি লৈমাযথক অসিদা থোক্লিবা (অঙানবা নুমিৎ-থা) অনি অসিনা ঐখোযগী মালেম অসিদা (অমম অঙাল) খাযদোকপীদুনা থম্বীবি। হাযবিবা অঙালবা

(নুমিৎ-থা) অনি অসিসু অশিবা অচঙবা হায়দুনা লৈবি, মদুদি; অতিযাদা থোক্লিবা থাসু নোংমদি ঐখোযনা মাগী মশক উবা ফংদে মসিবু (থাসি নুমিৎ) হাযনা খঙনৈ, থাসি নুমিৎ খুদিংগী ওইনা (হৈ-লৈ) কত্তুনা পুজা তৌবিবা অসি নোংমা থানা মশেক মঙাল অমতা উদনা লৈখিববু অসিবা নুমিৎ ওইনা লৌদুনা তাইবঙ ঐখোযনা চাকখাংবিবিবনি।

হাযবিবা থবক থৌবম অসি মপুঙ ওইনা পাঙথোক্লবম্বগী মকওইবা মবমদি, নুংথিলগী মতমদা নুমিৎনা অতিযা মকোযদা হাযবদি তবং তবংনা ঙান্দুনা মালেমথক অসিদা হিংদুনা লৈবিবা জীবশিং মীওইবশিংদা (মৈশা অমসুং মঙাল) পীবিদুনা অমম অঙান মশক খঙহনবিবি। নুমিদাংগী মতমদনা নুমিৎনা নাকন অমবোমদা চৎখিদুনা অমম্বা অহিংগী মতম অমুক লাকহল্লি। অসুম্না নুমিদাংগী মতম (নুমিৎনা কোবৌনা) তাখিদুনা মমখিবা অসিসু থুপখিবা অমসুং নুংঙাইতবগা লোযননা অহিংদা অতিযাদা থোক্লিবা থাসু মাগী খোঙচৎকী মতুং ইন্না (থাসি নুমিৎ) থানা অতিযাদা মঙাল যাওদনা অমম্বনা শিনখিবা অসিবু নুংঙাইতবগী অমদি মখোয় অসিগী চাক খাংবা (উৎষব) পাঙথোকপনি লৌনৈ। চাওববা খুদম অমগা ঙসি ফাওবদা মুৎনাইদনা লৈবিবা (ইবুংঙো পনম নিংথৌ)না শাযোন ওইনা মৈগী শক্তি অসি শিজিন্নৈ; ঈশ্বব অসিগী মফমদা মতম চূপ্পদা লেঙদনা মঙাল পীবিননবা পুজা তৌজবনি। হাযবিবা মবমশিং অসিগীদমক্তা চাক খাংবগী পুজা অসি পাঙথোকপনি।

থাসি লুবাক পাঙথোকপগী মবম কযামকুম লৈ, লমদম অসিগী লাই গুকশিংনা থাজবা কযা থম্বীবমই, মদুদি চহি অমদা থা তবানিথোই লৈ; থা তবানিথোইগী (থাসি নুমিৎ) খুদিংগী তৌবিবা পুজা অসি লাইযামশিংনা থাসি নুমিৎ খুদিংগী (লাই খুন তিন্নৈ) অমসুং মখোয়গীসু শকক তমদুনা চাক খাঙবগী থৌবম হাযবা মবম মযাম অসিগী মথক্তা পানা লোযশঙ অসিদা লৈবিবা ফম তবেৎ হাপ্তুনা থম্বীবল্লিবা পুম্নমকশিং অসিসু থাসি লুবাক্কী থৌবম পাঙথোকপা অসিদা শকক যাবি।

হাযবিবা (থাসি লুবাক) চাখাংবগী থবক থৌবম অসিদি খুল অসিগী লৈকাযগী ওইনা মথং মনাও নাইনা মীথা পালি নাইনা (মী নিপাল) হাযবদি ইমুং নিপাল নিপান্দা পুনশিন্দুনা হায়বিবা থবক থৌবম অসি পাঙথোকই।

হায়রিবা থবক থৌরম অসি লাইগী থাশি খুদিংগী তৌদবা য়াদ্রবা থৌরম অমা ওইবনা মরুওইনা চঙদব য়াদবা পোৎচঙ খরা অসি চঙদবা য়াদ্রে। মদুদি; (য়ু খরুং অমা)য়েরুম ক্বা হৈনজিংবা শুনা য়াওগনি।

হায়রিবা পোৎচঙ অসিগী মনুংদা য়েরুম মবীদি অফুৎপা ওইনা হাপকনি। য়েরুম মরী অমনা তল ওইনা হৌরগা পুনৈ। (ইবুংঙো পনম নিংথৌগী খু ভমদা) ময়ামশিং অসি য়ুমদা থোং থাক্লুনা পুরগা কৎপনি।

হায়বিবা থবক থৌরম অসি মরুওইনা পাঙথোকপা মতমদা খুল অসিগী ইমুং নিপান নিপান্না পাঙথোক্লরম্বগী মরম চাওনা লৈ। মমাংঙৈ মতম অমদদি মী তরেৎ-তরেৎনা শারগা থবক থৌরম অসি পাঙথোক্লরমই। অদুবু মদু অকক্ল বা মশিং ওইনা তৌই খাওবু ,লুকপু য়াওদে হায়দুনা অমা হাপচিন্দুনা খাওবু লুকপু য়াওহন্দুনা নিপান নিপান্না শাখিবনি।

মমাংঙৈগী পারি পুরিদগী, মৈহৌরোল পুৱারীদগী হায়রিবা নিয়ম অসি অমতা কায়দনা চৎনরি; হায়রিবা পুজা অসি পাঙথোকপদা খুলগী ওইনা লৈরিবা নম্বোরশিংনা সেবা চঙদুনা শিল-লাংদুনা মপুং ফাহল্লি।

# ফম্নাইবা তরেৎ

অহানবদা :

১। খুল্লাকপা ২। লুক্লাকপা ৩। খুনজাম্বা ৪। খঙমলাকপা ৫। য়ুবানবা ৬। পাখঙলাকপা ৭। নহারাকপা মখোয়শিং অসিনি।

মথক্তা পীরিবা লমদম অসিগী (চৎন-পথাপ) অমা ওইনা লৈরকপদগী পানা শঙগী অমদি খুল অসিগী ওইনা পাঙথোকেপা থবক থৌরম খুদিংমক ফম্নাইবা তরেৎ অসিনা মপুঙ ওইনা থৌদাদুনা পাঙথোক্লি। ফম্নাইবশিং অসিনা তৌগদবশিং পুম্নমক মখাদা মথং মনাও নাইনা খায়দোক্লুনা পীরি।

লমদম অসিদা ইহান হান্না খুন্দাদুনা লৈরকপদগী হৌনা লৈজরক্লবা ফম ঙাক্তনি। মাগী মাগী থবক থৌরমশিংগী মতুং ইন্না মাগী মাগী থৌদাং চাওনা লৈরি। করিগুম্বা মতমদা নহা ওইনা খুল্লাকপা ওইবসু অদুমক য়াওই, খুল

অমগী ওইনা লুচিংবা মকোক মরু অমা ওইববা হায়বসিদি 'তবাই-তবাইবা থবক অমদি নত্তে।

লমদম অসিদা থোকপা খৎন-চৈনবা; ব্রাথোক - থৌদোক অমদি হুবান-চিন্থিগী অচৌবা দাযত্ব পুন্নমক লমদম অসিগী খুল্লাকপা ওইবিবা মহাক্না দায়ত্ব লৌই, অমবোমদা খুল্লাকপা অসিনা মাগী মখা থাবা মখাদা লৈবা ফম্নাইবশিংনা পাঙথোকপা ঙমদবা পুন্নমক অদু খুল্লাকপা অদুনা তৌবিবনি, পুন্নমক্কী ব্রাযেল থৌদাশিং অসি খুল্লাকপগী যাথং মতুং ইল্লি। চাওখৎ থৌবাংগী থবকশিং পুন্নমক অসি হাযবিবা ফম তবেৎ অসিনা ফৈগাক ফৈনা তৌবিবনি, ফমশিং অসিনা ব্রাবেপ তাখ্রবা থবকশিং পুন্নমক অতোপ্পা মীচম অমনা ককপা ঙমদে পুন্নমক ফম্নাইবশিংগী মথৌনি। লমদম অসিগী ওইনা খনগৎতুনা থমখ্রবা খুল্লাকপা অসিদি পাক হেক লৌথোকপদি যাদে। হাপখ্রবদি লৌথোকপা যাম্না লুই। মহাক্কী হক পাঙ্গল যাম্না লৈ। মবম অদুনা লমদম অসিগী ওইনা খনগৎখ্রবা ফম্নাইবশিংগী ওইবা তোঙান তোঙানবা মথৌদাং অমমম লৈবি, মখোযশিং অদুনা তৌণদবশিং অদু মখাদা মথং মনাও নাইনা পীবি।

## ১। খুল্লাকপগী মথৌ

খুল্লাকপা ওইবগী অকক্লবা চহি লৈতে মশানা ঙমগদবা থবকশিং অদু যেংদুনা ওইজবনি। মশানা তোকচবগে হাযববসু অদুমক তোকপা যাই। অকক্ল বা চহিসু লৈতে। লোযননা খুঞ্জানা খনবা মতমদা খুল্লাকপা ওইগে খনবা মী অনি শুববদি মখোযশিং অদু য়ান্নবা অমা পুবক্লবা হোৎনদুনা খনবগী থবক অসি তৌই। ঙসি ফাওবদা (ভোট) ওইনা তৌবগী থবক লৈত্রি।

খুল্লাকপা অমা ওইবগী মথৌ অসিদি মন্ত্রি-মন্দল অচৌবা শঙলেনগী মকোক অমগী মথৌনি। বাথোক লাম্হোক লম-তু চাওখৎ-থৌবাংগী মরু ওইবা পুন্নমক খুল্লাকপনা পাযবিবনি।

লমদম অসিগী ওইবা চাওখৎ থৌবাংগী অমদি ব্রাথোক লাম্হোক্কী দাযত্ব পুন্নমক লৌবনা মবম ওইবদুনা প্রজা মীযামদা শন্দোক্রদুনা তাহনবগী দায়ত্বশিং

লৈ। লমদম অসিগী অচৌবা থৌদাং অমদি শরুক য়ারিবসিদি খুল্লাকপা ওইরিবা মহাক অসিনি। খুল্লাকপনা শিখ্রবদি লূপ্লাকপা ওইবিবা মহাক্লসু খূল্লাকপগী মথৌ অদুমক তৌবা য়াই, মহাক অসি (প্রসিডেন্ট) অমগুম্বনি।

## ২। লুক্লাকপা

খুল্লাকপগী হেক ঙমথংদা লুপ্লাকপা হায়না খায়দোক্কুনা খুল্লাকপগী মখাদা থৌ পুদুনা লৈরিবা মহাকসু মথৌ য়াম্না চিল্লি।

খুল্লাকপগী মথৌ পুম্নমক মহাক্লা দাযত্ব লৌদুনা তৌবা য়াবগী হক অদু লৈরি। লমদম অসিগী ওইবা থবক থৌবমশিং খুদিংমক্তা থৌদোক থৌদারিবা মমিং লৈবা লুপ্লাকপগী ফম অসিসু অমনি।

## ৩। খুঞ্জাহনবা

খু ঞ্জাবা হায়রগসু খঙনবা খুঞ্জাহনবা হায়রিবা ফম অসি খুল্লাকপগী মথংদা লৈবা লম খুদিংমক্কী অমগা অমগা শিন্দোক শিঞ্জিন তৌবা ঙম্বা অশিন অরাংগী মথৌ পুরিবা ফম্নাইবশিংগী মনুংদা অমনি। পানা লোয়শঙগী ফম তরেৎ লৈবিবা অসিগী নিযম কানুন খুদিংমক্তা পাউতাক পীগনি, মবম অদুনা হাযবিবা ফম অসিদি অখঙবা হৈ-শিংবা ময়াই ওইনা লৈবা অহলনা অয়াম্বা ওইনৈ। মহাক অসিদি লো মিনিষ্টর হাযনসু খঙনৈ। অহুমশুবদা লৈবা ফম ওইদুনসু মীপুম খুদিংমক্লা ইকায় হঙ্গোয়না চৎনরিবা ফম অমনি মরম অদুনা খুঞ্জাহনবা ফম অসি মরু ওইবা ফমনি।

## ৪। খাভমলাকপা

খাভমলাকপা ফম অসি পানা পাম্বোম অনি হায়বদি নহারুপ পানা; অমসুং অহল্লুপ পানা; হায়না খায়দোক্কুনা লৈবিবা পানা শঙলেন অনি অসিদা পানা মচাশিংনা খৎন-চৈনবা থোক্লকপা খাভম অমসুং লাইফম অনিমক্কী অপুনবা ওইনা লৈবিবশিং অসিগী অফ-ফত্ত খৎন-চৈনবগী ব্রাথোক লাম্থোক থৌদোকশিংদা খুৎ থাবদুনা ব্রারক ব্রাতেম্বা অমদি শান্তি ওইনা লৈননবগী হোৎনবদা থৌদাং লৌরিবা ফম্নাইবনি।

মহাক্না পানা শঙ অনিমক্কী পানা মচাশিংনা লৈবা খাভম লাইফম অনিগী নিঙাই শংদানবগী তাইশিন্নবা বিচার তৌবা খাভমলাকপনি, মহাক অসি খরা মথৌনা লৈবা বিচার তৌবা পানা ওইগদবনি, মহাক্কী মথৌ অসি পানা শঙগী অচিনবা থৌবুবা ফমনাইবনি।

## ৫। য়ুবানবা

য়ুবানবা হায়না খায়দোক্কুনা লৈবিবা ফম অসি খ্বাইদগী হেন্না লুবা ফম অমনি। মহাক অসি পানা লোয়শঙগী ওইবা লাই-তিন থাবগী থবক থৌরম খুদিংমক মহাক্কী মথৌনি।

মরম অদুনা হাযবিবা ফম অসিদি নহানা পাযবা য়াদে; নহা ওইববসু মহাক অদু (লাইতিনগী) মরমদা য়াম্না খঙবা অমা ওইগদবনি। থবক থৌবম খুদিংমক্কী ওইবা লাইথা তিনথা খঙদবা য়াদে। মবম অদুনা হায়রিবা লোয়শঙগী য়ুবানবা হায়রিবা ফম অসি খুলগী ওইবা অকুবা ফম অমা ওইবি। মসিদি মীযাম পুম্নমক্না কুপ্পা খন্নবগা হন্না হন্না অযাবা লৌরগা হাপ্নে। মবম অদুনা য়ুবানবা হাযরিবা ফম অসি হৌজিক অকুবা ফম অমা ওইনা লৌনবি।

## ৬। পাখঙলাকপা

পাখঙলাকপা খাভমলাকপা ফমগা হাইরপতি মান্নে, পাখঙলাকপা ফম অসি লোয়শঙগী ইবুঙো পনম নিংথৌগী হবাও তযাম্নকপা মতমদা খঙজেল মচাশিং অমদি নিঙোল মচাশিং খুদিংমক্কী ওইনা হায়বদি নহাদগী অহল ফাওবা তৌবদা হেন্না য়েংবা পুমম্নক্কী ওইবা তাথোক তাশিন তৌবদা হোন্না পুক্লিং চঙশিনবা অমদি ঙাক শেনবগী অচৌবা থৌদাং লৌই।

পাখঙলাকপা হায়বদি লোয়শঙ শঙলেন্দা পাংথোক্লিবা থৌবম পুম্নমক্কী ওইনা থৌ চৎনবা ঙাক শেনবগী মরুওইবা থৌ পুবা ফম্নাইবনি।

## ৭। নহারাকপকা

নহারাকপা হায়রিবা ফম অসি ফম্নাইবা তরেৎকী ইরোই লোয়বা নহা ওইবা ফম অমনি। মহাক অসি লোয়শঙগী ফম্নাইবা তরেৎকী ওইনা (ঈ পাউ) পীথোক-পীশিন তৌবা নম্বোরশিংগী থক্তা লৈবা ফম অমনি।

মবম অদুনা মথক্তা পঞ্জবিবা লমদম অসিগী লেঙদনা লৈবগদবা ঙাক্তনি। পানা শঙগী ফমশিংগী অতোনবা ফম ওইনবা থৌদোক থৌদাবা মথক থোংবশিংগী যাথং তুংইন্না চৎপা ফমনি মবম অদুনা লৈবিবা ফমশিং অসিগী অচানবা অমসু ওইবি।

ফম্নাইবশিং অসিগী মাগী মাগী ফিবোল ফিজেৎ অদু শেত্তুনা লোযশঙ কাবিবনি। তোঙান তোঙানবা মথৌশিং পুন্না অমত্তা ওইনা ফস্মিন্নদুনা পাঙথোক্কনি।

# খুলগী পাউথাং চেনবা

খুঙ্গং অসিগী ওইবা ঈ-পাউ অমদি শাবাও-লানবাও (হুবান-চিন্থি)গী ও ইবা অথুবা পাও অসিদি অথুবা মতমদা মীযাম পুম্নমক্না হেক্তা খঙননবা ওইনা যুমথোং যৈনা চেনবা পাওথাঙ অসিনা লমদম অসিগী মকওইবা ঈ-পাও খঙননবগী অবায়বা পাও পীলগী পাম্বৈ অমা ওইবি।

পাওথাঙ থাবগী মকওইবা নিযম খবা অদুদি অসুম্না চৎনৈ, মদুদি খুল অসিদা মকওইনা লৈবিবা খুলগী খুল্লাকপা লুক্লাকপশিং অমদি ফম্নাইবশিংনা যাম্না কুপ্না খন্ন-নৈনববা মতুংদা পাওশিং অসি মখোযনা খুলগী খনগৎতুনা থম্লিবা নম্বোবশিংদা শিন্নদুনা মাগী মাগী লৈকায়গী ওইনা লৈবিবা খ্বাইদগী ইহান হান্না লৈবা যুম অদুদা নক্লবা যুমশিংদা মথং মথং কৌবগা হাযবিবা অথুবা পাওশিং অসি পীহনবনি অমসুং চেনহনবনি।

যাম্না থুবা ঈ-পাওশিং পুম্নমক ফম্নাইবা শুনা তিন্দুনা খন্নবা ফংদ্রবদি খুল্লাকপা খঙদনা পাও অদু মখোযদা পীবগা চেনবা পাও অসিবু ঐখোযনা পকাওথাং থাবা নত্রগা চেনবা হাযনা কৌই। কনাগুম্বগী যুম অমদা মী অমনা পীবকপা পাও অদু পন্দুনা থাখিদবা যাওববদি মদু খুল অসিগী চৎনবী পথাপ মতুং ইন্না মহাক অদু মতিক চাবা ব্রাকোং তৌই। মবম অদুনা লমদম অসিগী ওইনা চৎনবী পথাপকী মতুং ইন্না পাওথাং থাবগী থবক অসিদি পনবা অমসুং লেপ্পা যাদে।

খুঙ্গং অসিগী পাওথাং থাবগী নিয়মশিং অসি করম্বা মতমদা চৎনবকখিবনো হায়বা অদুদি ঙসি ফাওবদা অখণ্ড-অহৈশিং কনা অমতনা হায়বা তাকপা ঙমখিদ্রে; মদুদি মীবোল অসিনা ঙল্লিগৈ মতমদগী চৎনদুনা অদুম লাকখিবা অসিনি।

লমদম অসিদা পাওথাং থাবা (চেনবা) অসি চৎনদ্রিঙৈ মমাঙদদি খূল অসিগী ওইনা পাও পীবা নিপা অমা খন্দুনা থল্লগা হায়রিবা নিপা অসিনা পাও অদু লম্বী সরক, লৈবক-খুল্লক কোয়না চৎলগা মীয়াম পুম্নমক তাননবা কন্না লাওবগা পাও অসি পীনরমই; হায়বসি হৌজিক ফাওবদা থানরিবা, পীনরিবা খুল অসিগী পাওথাং মথা অসিনা মযেক শেংনা খঙই। মতম মতমগী মতুংইন্না মমৈথাংদদি খবা খরা হোংদোবকখি, খোঙনা চত্তুনা লাওবগা পীনবা পাও অসি তোকথোকখিদুনা পুম্নমক য়ুমথাং য়েনা যৈনা চেনবা পাওথাং অসি চৎনবকখিবনি। মবম অদুনা হৌজিক চৎনবিবা পাওথাং থাবগী নিযম অসিমক চৎনবকখি, অমসুং চৎনবি। লমদম অসিগী অথুবা পাও চে অমা ওইবি।

অতোপ্পা খুঙ্গং অমদা থোকপা ৱাথোক লান্থোক, ঈ-পাও পুম্নমক অদু য়ুমথোং খুদিংগী য়ুমথোং যৈনা চেনবা পাওথাং অসিনা মরু ওইনা লমদম অসিগী চৎনবী অমা ওইরকখিবনা লমদম অসিগী অহল-লমনশিং খুদিংমক্তা যাম্না লাযনা খঙবা ঙমহল্লি। লমদম অসিগী ঈ-পাও পীবা অমসুং চেনবগী নিয়ম অদু মথক্কী অসুম্না চৎনৈ।

অতোপ্পা প্রমান অমা অমসুং খুদম অমা লৌখৎলগা য়েংবদা প্রমান অমা ওইনা মওংদি 'হয়েং লোযশঙদা খুল তিন্নগনি'। য়ুমথোঙ অমগী নিপা অমা থোক্তবা য়াদে; অসুম্না পাও অসি থংননা লৈবা য়ুম অমদা অমুক কৌবগা হাযবিবা পাও অসি মথং মথং লেপ্তুনা মথং মথং পীনখিবনি।

হায়বিবা ঈ-পাও অসি পীবা মতমদা খন্নগদৌবিবা মরু লইবা থবক্কী থৌবম অদুদি থোইনা পন্দে। মদুদি ৱারম অদুদি তিন্নগদৌরিবা মফম অদুদা চৎলগা খঙনবা ঙাক্তনি। অসুম্না খুলগী পাওথাং থারগা অমদি চেল্লগা তিন্নরিবা

অসিদি চত্তবা য়াদে। মসি লমদম অসিগী পাওথাং চেনবগী মরুওইবা নিয়মনি। মরুওইবা ঈ-পাওশিং অসি শিন-থুংনা খঙননবগীদমক্তা খনগত্তুনা থম্লিবা নম্বোর মী মরী অসিনা চেন্নরি।১ নম্বোরশিং অসিগী অককপ্পবা তলব লৈতে। মহাক্কী তলবতি চহি লোয়রকপা মতমদা য়ুমথোং খুদিংগী ওইনা ফৌ লাইতং অমমম পীনৈ, খুল অসিগী ফম্নাইবশিংনা কুপ্না খন্নরবা মতুংদা ব্বারেপ অমা ওইনা থমদুনা য়ুমথোঙ মশীং খঙদোক্তুনা চাবা ওক্লনবা পীবা অসিনি।

অসুম্না মখোয়না ফংজরিবা ফৌ চেংশিং পুম্নমক অদুসু মখোয় মশানা চৎলগা য়ুমথোং খুদিংদগী খায়গত্তুনা লৌজবা অসিনি। মখোয়না খায়বিবা ফৌশিং অদু মখোয় মরীনা চপ মান্ননা লৌজবনি, নম্বোরশিংগী তলব পীবগী নিয়ম অসুম্না চৎনৈ।

# খঙজেল মচা অমসুং নিঙোল মচা

মথং মথং লমদম অসিদা খুন্দা লৈতাদুনা মতম শাংনা লৈরক্তুনা খুঙ্গং অসিদা খুন্দারিবা মীশিংগী হরাও তয়াম্বা থৌরম কয়া অমুক মথং মথং লাক্লে।

লমদম অসিগী লাই হরাওবগী থবক থৌরম কয়াদা শরুক য়ারিবা খংজেল মচা, নিঙোল মচা হায়না মখল অনি থোক্লা খায়দোক্তুনা থম্লি। মখোয়শিং অদুদি খুঙ্গং অসিদা লৈরিবা ময়ুম-মকৈ পান্দ্রিবা (পাখঙ- লৈশাবী) অসিনি। খঙজেল মচা অসিনা পাখঙ মচা অসিবুনি, নিঙোল মচা অসিনা লৈশাবীবু খঙনৈ।

লমদম অসিগী অখঙ-অহে মায়চৌশিংনা থাজবা য়াবা পাওতাকশিং অমদি প্রমান অসুম্না তৌনৈ। মদুদি (ইবুংঙো পনম নিংথৌ) হরাওবা মতমদা লাই নুরা তরেৎ অমসুং অমসুং লাই পাখঙ তরেৎনা হরাও তয়াম্না জগোয় ঈশৈ শক্তুনা নুংঙাইনা শান্নদুনা লাইয়ামশিংনা য়েংদুনা হরাও তয়াম্নরমই হায়নবা লৈ, মরম অদুনা লাইয়ামশিংগী নুংঙাইবা মতৌ অসিবু তমদুনা খঙজেল মচা অমসুং নিঙোল মচা হায়না পাখঙ লৈশাবীশিং পুম্নমক খোমগত্তুনা হরাও তয়াম্বগী শরুক য়ারিবনি হায়বসি অশেংবনি।

ঙসি ফাওবদা লমদম অসিদা খঙজেল মচা নিঙোল মচাগী মশিং অসি খঙজেল মচাদা ৪৬০ বোম লৈবি। নিঙোল মচাগী মশিং ৩৮০/ খনগত্তুনা থল্লিবা অসিনি।

অসুম্না খনগত্তুনা থমখ্রবা নিংঙোল মচা, খঙজেল মচাগী অপুনবা মমিং-মথা ইশিন্দুনা থমখ্রবা নিঙোল মচা খঙজেল মচাশিং অসিদি ইবুংঙো পনম নিংথৌ হবাওবা মতমদা যাওদবা যাদে হাযবিবা ঈশ্বর অসিগী হবাও তযাম্বা মতমদা নিঙোল মচা অমদি খঙজেল মচা অনিমক্কী অচৌবা থৌদাং লৈবি। ঈশ্বর অসিগী হবাও তযাম্বা মতমদা কবিগুম্না অযেৎপা অমদি লাই হবাওবা হবাওদবা হাযবগী অকনবা ব্রাবেপ ফাওবা খঙজেল্লিনা হাযবা ঙমই, লমদম অসিদা লৈবিবা ঈশ্বর ইবুংঙো পনম নিংথৌ হবাওবা মতমদা খ্বাইদগী হেন্না চাওনা থৌদাং অমদি শরুক যাবিবা অদুদি খঙজেল অমসুং নিঙোল মচা অনি অসিনি।

নিঙোল মচা অমদি খঙজেল মচা অনিমক্না পুন্না শরুক যাদবা যাদ্রবা হবাওবগী থৌবম ওইবনা (ইবুংঙো পনম নিংথৌ)না হেন্না পান্নবকখিবা কুম্ফে অদুদি (লাই নুবা তবেৎ) (লাই পাখঙ তবেৎ) তবেৎ অনি তবামবী অসিনা হবাও তযামনা জগোই শাদুনা ঈশৈ শক্তুনা ইবুংঙোগী মমাঙদা হবাও তযাম্ন া পাঙথোকখিবা কুম্ফে অসিবু থোইদোক্না খোযদানা পামজৈ।

মবমশিং অসিনা লাইয়ামশিংগী হবাও তযাম্বগী মতৌ অসিবু তমজদুনা হবাওনবকখি হাযবসি অখঙ - অহৈশিংগী ব্রাবী লাইবিক কযাদা ইদুনা তাক্লম্বগী চপ চাবা খুদম কযা ফংই। নিংঙোল মচা খঙজেল মচাসু মাগী মাগী তোঙান তোঙানবা পানাগী মতুংইন্না খাযদোক্লি।

মাগী মাগী শাগৈ খেন্নবগী মতুং ইন্না পানা শঙ অসিদা নহালুপ পানা শঙ; অহল্লুপ পানা শঙ হাযনা মথাং অনিা থোক্না খাযদোকপা অসিনি। মদুদি অশেংবা খুদম খবদি শাগৈ খবা পল্লি :- হিজম শাগৈ, সলাম শাগৈ, চীঙাখম শাগৈ, হৈক্রুজম শাগৈ; পুথেম শাগৈ, শমজেৎশাবম শাগৈ অমদি থোকচোম শাগৈনচিংবা অসিদি অহল্লুপ পানাগী শাগৈনি।

নহালুপ পানাগী শাগৈ খরগা পল্লি:- মদুদি ফানজাওবম শাগৈ, নিংথৌজম শাগৈ, শরুংবম শাগৈ, অশৈবম শাগৈ, খুনুংময়ুম শাগৈ, খুনুময়ুম শাগৈ। পল্লিবা শাগৈ খরা অসিনা নহালুপ পানাগী শাগৈনি। অৱাৎপসু মশিং থাবা ৱাৎপসু লৈবি, অহল্লুপ অমদি নহালুপ পানা হায়না অনি থোক্লা খায়দোকপা মরম্না তোঙান্না খেৎনবা লৈরি। মাগী মাগী পানা শঙগী ওইনা খঙজেল মচাশিং অমদি নিঙোল মচাশিংগী মাগী মাগী শঙগী ওইনা মকোক মথং মনাও কায়দনা খায়দোক্নুনা থম্বনি।

খঙজেলশিংগী ওইনা খ্বাইদগী অহল ও ইবিবা মহাক অদুগী মমিং খঙজেল্লাকপা হায়না কৌই।নিঙোল মচাশিংগীসু খ্বাইদগী মকোক অদু নিঙোল মকোক হায়না থোন্দুনা মথং নাইনা লৈবিবা অসিনি। নিঙোল মকোক অসিবু নুপীগী নিঙোল মকোক হায়না কৌই।

## খঙজেল্লাকপগী মথৌ

খঙজেল্লাকপা অমা ওইবগী মক ওইবা মথৌদি পানা শঙদা পানাশিংনা তৌবগুম্না খঙজেলগী লৈননবা শঙ কোশো শঙদা লেঙদনা লৈদুনা খঙজেল মচাশিংগী লুচিংবা অমা ওইবগা থৌদিক থৌদাদুনা থবক থৌবম খুদিংমক সমু পাঙ্গলনা পাঙথোকপা অসিনি।

(ইবুংঙো পনম নিংথৌ) হবাওবদা খঙজেলশিংগী মথৌ অদুক্কী মতিক চিল্লি, খঙজেল্লাকপা মহাক্তি হবাওবা মনুংদা যুমদা হনখিবা যাদে, হবাওবা লোযববা মতুংদা ও ইনা যুমদা হল্লক্কদবনি। মবম অদুনা খঙজেল্লাকপা অদুসু ফম্নাইর্বাশিংগী মনুং চন্না থবক চিনবা অমা ওইবি।

ইবুংঙো পনম নিংথৌ হৱাওবা ম মদা লু চিংবা অমা ওইরিবা মহাকপু মীপুম খুদিংমক্লা ইকায খুম্নৈ অমসুং ব্যবহাব তৌবি। মহাক্কী মখা তাবা খঙজেল মচাশিংদা ৱাবক-ৱাতেম্বগী মথেৱী নিংথিনা পাঙথোকপা খঙজেল মচাশিংনা মযাম্বা খঙজেল্লাকপগী মফমদা হায়নীংবা লৈববসু মদু ব্যবহারগা লোয়ননা তাথোক তাশিন তৌবদা খঙজেল্লাকপনা য়াদ্রবদি মদু তৌবা য়াদে।

ঈশ্বর অসিগী হবাও তযান্না মতমদা খঙজেল অমদি নিংঙোল মচাশিংনা মাগী মাগী কোশো শঙদা মাগী মাগী শাগৈগী মতুংইন্না লৈবিবা শঙ অসিগী মমিং কোশো শঙ হায়না কৌই। অসুম্না শাবিবা কোশো শঙ অহল্লুপ পানাগী কোশো নহালুপ পানাগী কোশো শঙদা নিঙোল মচাশিং অমসুং খঙজেল মচাশিংনা হবাও মতমদা হাযবিবা শঙ অসিদা পুন্না পুন্না লৈগনি, লোয়ননা লাইগী থৌগন তৌবা লোযববা মতুংদা মযুম মযুমদা অমুক হনখিগনি, খঙজেল্লাকপদি শঙ অসি শঙদুনা অদুমক লৈহৌগনি মহাকতি মযুমদা হনবা যাদে হবালওবা পুম্লোই লোযববা মতুংদা হনখিবা অসিনি।

# নিঙোল মকোক নিঙোল্লালকপা

নিঙোল মচাশিংগী মকোক ও ইবিবী মহাকপু (জগোই) মকোক হাযনা কৌই। লাই হবাওবা খুদিংমক্তা মকোক চীংবিদুনা জগোই শাবা ঈশৈনচিংবা শকপনচিংবা অসিনি। লোযননা খঙজেল মচাশিংনা মথংশিংনা মাঙ চীংদুনা (থাং, উতোং চোংবা) পুম্নমকশিং পাঙথোকই, ঈশৈশিং অসি পানাগী অখঙ-অহৈশিংনা তম্বীবনি।

নিঙোল্লাকপা হাযবা মমিং অসিগী ফম অসি নিংঙোলশিংগী লু চিং পুবেল ওইবিবা চাওববা মকোক অমনি। নিংঙোল্লাকপা হাযবা ফম অসিগী মকোক অসিদি ফম্লাইবা তবেংনা খন্নবগা অপাম্বা অমা হাপ্পনি, নিঙোল মচাশিংগী মক ওইবা থবক থৌবম খুদিংমক্কী লুচিংবা ওইনা লমজীংবিদুনা থবক থেবীবম খুদিংমক পাঙথোকই। নিঙোল মচাশিংদা অফবা পাওতাক কযামকম পীবীদুনা শকক যাবিবা অচৌবা থৌপুবা মকোক অমনি।

নিঙোল্লাকপা অসিগা লোযননা নিঙোল মচাশিংনা হাযবা খুদিংমক তান্নবা যাদ্রবদি নিঙোল্লাকপসু তোকহনবা য়াবগী (হক) মপুং ফানা লৈ, থৌদোক থৌশিল পুম্নমক ঙস্মী। নিঙোল্লাকপা অসি নিঙোল মচাশিংগী ওইবা অখন্নবা হাপ্পবা ফম অমনি।

নিঙোল্লাকপা অসিগা লোযননা নিঙোল মচাশিংনা হায়বা খুদিংমক তান্নবা য়াদ্রবদি নিঙোল্লাকপসু তোকহনবা যাবগী (হক) মপুঙ ফানা লৈ,

লৌথোক লৌশিন পুম্নমক ঙম্মী। নিঙোল্লাকপা অসি নিঙোল মচাশিংগী ওইবা অখন্ননা হাপ্পবা ফম অমনি।

# ইবুংঙো পনম নিংথৌ লাৎপা অমসুং হরাওবা

মৈহৌরোলগী মতমদগী লমদম অসিদা লৈবিবা লাৎতুনা পুজা তৌরিবা (ইবুংঙো পনম নিংথৌ) লাৎলকখিবা অমদি কন্না পুজা তৌবা হৌরকখিবনি হায়রিবা মতম কুমশিং অসিদি ঙসিদগী (যুগ কয়াগী) মমাঙদগী হৌনা লাৎলকখিবগী অচৌবা খুদম ফংই। চহি লিশিং লিশিংগী মমাঙদগী লমদম অসিদা লৈবা প্রজাশিংনা (মৈ অসিবু) খ্বাইদগী ব্রাংনা থাংগৎতুনা ঈশ্বব অমনি হায়না লৌদুনা লেপ্লা লৈতনা পুজা তৌরকখিবনি।

লমদম অসিদা লৈরিবা প্রজাশিংনা পুন্না ইহান হান্না খুন্দাদুনা লৈবন্বা মফম অদুদি হৌজিক (অন্দ্রো খুমন) হাযনা খঙনবিবা মফম অসিদা খুন্দা লৈতাদুনা লৈরকপদগী (মৈ পুজা) তৌদুনা (ইবুংঙো পনম নিংথৌ)গী (খুভম লোয়শঙ) শঙলেন শাদুনা মীথা বলি তৌদুনা চাং নাইনা মৈ হৌদুনা লমদম অসিদা লাৎলকখিবনি। হায়রিবা মতম অদুদা (ইবুংঙো পনম নিংথৌ)বু মৈ ওইনা হৌদুনা পুজা তৌদুনা লাৎপা হৌরকখিবা অদুদদি মীগী মশিং ইয়াম য়াম্লমদে। অখঙ-অহৈশিং খরদমক্লতা লাৎলমই, হায়রিবা মতম অসিদা পনমগী লোয়শঙ শঙলেন অসি (অন্দ্রো খুমন্দা) শারমই, অন্দ্রো খুমন অসি ইহান হানবদা অন্দ্রোনা অহানবা খুন্দাফম মফম অমনি।

মতম অদুদা লৈরম্বা অখঙ-অহৈশিং মায়চৌশিংনা মরিক চুম্না ইশিনবিরমদবনা তুংদা লাকপা মীরোল'শিংনা থিজিন হুমজিনবগী থবক্তা খ্বাইদগী অব্রাবা অমা ওইরে।

অন্দ্রো খুমন অসিদা মতম শাংনা (পানা শঙ) শাবগা চাওনা লাই হরাওরমই হায়বগী খুদম প্রমান লৈখিবগা লোয়ননা করম্বা মতম চহিদা হৌজিক

লৈবিবা অন্দ্রো খুঞ্জাও অসিদা হোংথবকখিবগে হাযবা অদুদি ঙসি ফাওবদা তশেংনা হাযবা ঙমখিদ্রে।

হাযবিবা মতম (যুগ অদুগী) প্রজা অয়াম্বনা মৈহৌবোল, মৈ পুজা তৌদুনা (ইবুংঙো পনম নিংথৌ) লাৎনবমই হাযবা কনা অমতনা খঙনবমদে, লোযননা লমদম অসিগী প্রজাশিংনা ঈশ্বর অসিবু লুনা অমদি কিনা খনবা মবম্না ঈশ্বরগী মমিং মিংথে অসি ফাওবা তোইনা পন্নবমদে, অসুম্না লমদম অসিগী প্রজাশিংনা কিনা চৎনবকখিবনি। লাৎপা হৌবকখিবা মতমদগী অহোংবা লৈতনা লেঙদনা লৈবকখিবনি, মতম কুইনা মফম অসিদা খুন্দাদুনা লৈবক্লবগী মতুংদা ঈশ্বর অসি লৈ হাযবসি মীয়াম্না খঙনবা হৌবকখিবনি। মফম অসিদা চহি লিশিং কযা কযা লাৎলকপা মতমদা মযাম মীতোপশিংনা (তপ্না তপ্না) খঙলকখিবনি। অমসুং উবকখিবনি হাযবসিনি।

ঙসিদি লমদম অসিদা লৈবিবা চাওববা খুভম অমা ওইবিবা (ইবুংঙো পনম নিংথৌ)গী লাইফম খুভম মৈহৌবোল ওইবিবা মফম অন্দ্রো অসি মৈত্রবাক্কী মফম খুদিংমক্তা খঙনবা নত্তনা ভাবতকী মফম খুদিংমক্তা খঙনবা নোংপোক হাবমগী খ্বাইদগী মমিং লৈবা মৈহৌবোলগী মফম অমা ওইদুনা লৈবে।

তশেং তশেংনা হাযববদা পৃথিবীগী ওইবা খঙনবা ওইবক্লি। মদুদি জাপান , অমেবিকা, ইংলেণ্ডনচিংবা চাওব-চাওববা লৈবাক কযাগী মীওইশিং ফাওবা মফম অসিদা লৈবিবা ইবুংঙো পনম নিংথৌগী খুভমদা লাক্কুনা যেংলবা অমদি দর্শন তৌববা যাওবে।

ঈশ্বর অসি খুকম্বা লাকখিবশিংনা হন্নখিবদা মৈ হৌবিবা খুভম অসিদগী মৈগী উৎনচিংবা পুদুনা চৎনখিবা ঙাক্তনি।

লমদম অসিগী ঙসি ফাওবদা লেঙদনা চৎনদুনা লৈবিবা (চৎন-পথাপ) অসিনা অচৌবা মশক তাকপা অমদি ওইবি। হাযবিবা লমদম অসিদা লৈবিবা প্রজাশিংনা পুকচেল শেংনা অমদি থাজবগা লোযননা পুজা তৌবিবা অসিমক্লা লমদম অসিদা হুবান-চিন্থিনচিংবা তৌবা যাদে; ঈশ্বর অসিগী পাপ অদূমক

ফংই হায়বগী অশেংবা খুদম লৈ। লোযননা হাযবিবা লমদম অদিদা ঙসি ফাওবদা লমদম অসিদা হিংলিবা লৈবিবা প্রজাশিংনা যাইফ-নুংঙাইনা, অৱাৎ-অপা লৈতনা মবাং কায়না ফংলিবা পুম্নমক ঈশ্বব অসিগী মহিক মচুম ঙাক্তনি, হৌজিক্কী মতম যুগ অসিদা অসুম্না (চৎন-পথাপ) নীংথিনা ঙাক্তুনা চৎপা হায়বসি পৃথিবী অসিদা খ্বাইদগী অতাংবনি হাযনা লৌবা য়াই।

অন্দ্রো খুঙ্গং অসিনা লমদম অসিদা খুন্দা লৈতাদুনা অমদি মতম শাংনা পাল্লক্তুনা (ইবুংঙো পনম নিংথৌ) হবাওবগী নুংঙাইবা অমদি যাইফবা হবাও তযাম্বগী কুম্মৈশিং অসি ঙসি ফাওবা লেপ্তুনা পাঙথোবক্লি।

মফম অসিদা (হবও কুম্মৈ) অমদি জগোইনচিংবা উত্তুনা চাওনা পাঙথোকপা হৌবকখিবা মতম অদুদি 'চকপা শৱাংলাই', চকপবেল অনিনা 'যাবৌ শঙাই শজি শাবু তানবা চৎপদা যাম্না নুংঙাইববা ঈশৈগী নুংশিবা শুব অমা তাবমই; তাবিবা নুংশিববা ঈশৈলগী খোঞ্জেল অদুদি মালেম পৃথি লৈমাযথক অসিদা ওইবমদ্রে, ... ... .. মদুদি স্বর্গগী নিংথৌ (লাই সোবাবেলনা) স্বর্গদা নুংঙাইনা নিংথৌ ওইদুনা (স্বর্গগী লাইবেম্বী) লাই চনুবা তবেৎকা লোয়ননা (লাই পাখং তবেৎ) তবেৎ অনি তবামবিনা পুন্না জগোই শাদুনা হবাও মীনোক তমদুনা নুংঙাইনা লৈবিবা অদু (চকপা শৱাং লাই) শৱাংচা চকপবেল অনিনা উখিবমই।

অসুম তৌনা মচিন-মনাও অনিনা স্বর্গদা নুংঙাইনা হবাও মীনোক তমদুনা (সোবাবেলনা নিংথৌ) ওইদুনা মকোক তাংবলদা লেঙশিন্দুনা নুংঙাইনা শাবিবা জগোইশিং অমদি শক্লিবা ঈশৈ অদুবু নুংঙাইনা যেংদুনা লৈখ্রে। চকপা শৱাং লাই; শৱাংচা চকপবেল অনিনা স্বর্গগী লাইযামশিংনা শান্নবিবা নুংঙাইববা কুম্মৈ অদুবু যেংলুবদা নুংঙাইমনখ্রদুনা যাবৌ শজি শঙাই (শা তানবা) লেপ্তুনা মচিন মনাও অনিনা মীৎ কুপ্তুনা নুংঙাইনা যেংদুনা লৈখ্রে।

লোযননা লাই চনুবা তবেৎনা শমগী শন্নাংনা শমু হকচাংগী নাক যেত্তা ইচোই ইচোই (চোইনা থাদবদুনা চোইজাইননা তাবিবা শম্লাংলক্তা থেকনা

নৌনা শারিবা জগোইবু উরুবদগী চকপা শৱাংচা চকপরেল অনিগী থম্মোয়নুংদা পুক্লিং মকা লামখরে। লাই পাখং তরেৎনা হোইবু লাওনা পুওগী তাম্থা চানা হৱাওনা জগোইবু শাগৎখরে; কোরৌ নুমিৎকী মঙালনা শাম্লকুবদা হৱাওনা জগোই শারম্বা ঈঙনা তপ্পা লোইখরে। চকপা শৱাংচা, চকপরেল অনিমক ময়ুম মোংবা মরানয়াইদা হল্লকখরে।

মচিন-মনাও অনিনা মোংবা মরানয়াইদা হল্লক্লবা মতমদা চকপা চকপরেল অনিমক্না স্বর্গদা নিংথৌ সোরারেলনা নিংথৌ ওইদুনা লাই চনুরা লাই পাখংশিংনা জগোই ঈশৈ তৌদুনা হৱাও তয়াম্না নুংঙাইনা লৈবা অদুগী মতৌ অদু তমদুনা মালেম পৃথি লৈমায়থক অসিদসু হৱাও তয়ামহন্সি হায়দুনা চকপা, চকপরেল অনিমক্না পাইমা পুক্লিং (হোংদ লেপখরে) চকপা, চকপরেল অনিমক্না লাইযামশিংবু খোমজিন্দুনা পৃথি লৈমায়থক অসিদা (অহিং নুংথিল) চুপ্পা সনা মীৎয়েং তাদুনা জগোই ঈশৈশিং অদুবু পুক্লিং লৈতানা যেংখি। মখোযনা স্বর্গগী লাই সোবাবেলনা লাই নুরা তরেৎ অমদি লাই পাখং শিংগা ফজ-ফজবা ফিজোল লৈতেংদুনা মপুঙ ফানা ফমদুনা (ইবুংঙো পনম নিংথৌগী) হৱাওবদা জগোই ঈশৈশিং অসি উত্তুনা হবাও তয়ামহনখি।

নীংথিববা ইমা লৈমরেল শিদবীগী ওইবা ফীজেৎ ফিজোলনা লৈতেংদুনা হবাও কুম্মৈ অসি পাঙথোকখি, মকওইবা ইমা লৈমবেল শিদবীগী ফিজোল অদুদি কর্নাট, নাহোং অবাংবা, কজেংলৈ, অমসুং কোক্তনা সনাগী লুহূপ উপই হায়না অখঙ-অহৈশিংনা লেঙদবা খুদম পীরি।

ঙসি ঐখোযনা লৈরিবা অন্দ্রো খুঙ্গং অসিদা ইবুংঙো পনম নিংথৌ হবাওবগী থবক থৌরম চাওনা পাঙথোক্লিবা অসিদি স্বর্গগী লাই সোবারেলগী মতৌবু তমজদুনা হৱাওহনখিবনি।

মতৌ অসুম তৌদুনা চকপা, চকপরেল মচিন-মনাও অনিনা স্বর্গদগী মালেম পৃথি লৈমায়থক অসিদা পুথবক্তুনা হৱাওনরকখিবনি, লোয়ননা অকক্লবা হোংদোক হোংজিন তৌদনবা হায়দুনা ইবুংঙো পনম নিংথৌগী মুর্তি শাদুনা থম্বগা লোযনননা মৈ হৌফম্সু লৈরং অচৌবা অমা শেমদুনা ঈশ্বর অসিগী মমাঙদা মৈ পুজা অসি তৌখিবনি। লোযননা ঈশ্বর অসিগী হবাও তয়াম্বগী অকক্লবা মতম অমদি পুংফমশিং কাযদনা তৌবিবনি।

লাই হরাওবগী মতমসু অকক্লবা মতম থাবান খায়দোক্লুনা থল্লি। ইবুংঙো পনম নিংথৌগী হরাও তয়াম্বগী অকক্লবা মতমদি চহি খুদিংগী ওইনা লমদ: থা অসিগী অফবা (অতৎ-তৎত)গী মতম য়েংদুনা অফবা পুঙফম অমসুং থাবান্দা হরাওনৈ, অতৈ অতোপ্পা অসি নত্তনা ইবুংঙো পনম নিংথৌ হরাওবা য়াদে, পনম নিংথৌ হরাও তয়াম্বা মতম অদুদগী লাইগী মতমদগী চকপা লোল শিজিন্নদুনা ঈশ্বর অসিগী মপুঙ ওইবা হরাওবা ওইরকখি। চকপা শরাং চা, চকপরোল অনিগী মতমদি লাইগী মতম ওইবনা করি লোলনা মপুঙ ওইখিবগে হায়ব সিনি চকপা লোল অসিনি হায়নসু চাওনা খুদম পীরি।

ইবুংঙো পনম নিংথৌ অসিগী হরাওবগী অকক্লবা নুমিৎশিংগী মশিংদি য়ামদ্রবদা নুমিৎ মাপলনিদগী তরাহুমদোইনি ফাওবা অসিনি। অসিদগী তানা হরাওবা য়াদে হায়বদি নুমিৎ মশিং শুদনা তোকপা য়াদে। ইবুংঙো হরাও তয়াম্বা মীতোপ মীরান অমতা চঙবা য়াদে হায়বসি লমদম অসিদা লৈরিবা অখণ্ড-অহৈশিংনা তাকপীরমই খৃষ্টগী মতম অসিদি ঙরাংদগীনি হায়না পল্লি, অন্দ্রো মৈহৌরোলনা ঈশ্বর ইবুংঙো পনম নিংথৌবু লাৎলকখিবা অসিদি মীরোল মশিং খণ্ডদনা হৌখ্রবনি হায়বসি তশেংলে।

মরুওইবা লমদম অসিদা ঙাঙনরিবা লোল অসিসু (চকপা মৈতৈ অবিবা লোল) অসিনি হায়রিবা লোল অসি চকপ লোলদা ঙাংনরমই, ইবদি মৈতৈ ময়েক কুন্থ্রাতরুক্কী ময়েক অসিনি, অঞ্জি থারগা কুন্থ্রাতরুক্কি, হায়রিবা ময়েক কুন্থ্রাতরুক অসিনা পুনশিন্দুনা ইরগা তশেং তশেংনা থম্বীরম্বনি।

লমদম অসিদা লৈরিবা ইবুংঙো পনম নিংথৌ অসিগী হরাও তয়াম্বা মতমদা লমদম অসিদা লৈজরিবা ময়েক কুন্থ্রাতরুক অসিদগী থোরকপা ব্রাহৈগী লৈতেংদনা শিজিন্নদুনা ঈশ্বর অসি হরাওরকখিবনি। লমদম অসিগী অমতা ঙাইববা মৈহৌবোলগী ময়েক অঞ্জিগা কোন্নবা ময়েক কুন্থ্রাতরুক ৩৬/ অসিনা ওইরে। মরম অদুনা অখণ্ড-অহৈশিংনা হয়েং মতম অমদা ময়েক ৩৬ মৈতৈ লৈবাক শিনবা থুংনা চৎনরকখিগনি হায়রিবসিনি, মৈহৌরোলদগী চৎনরকপা

অমদি ঙাংন-শক্লবকপা অপুনবা ময়েক অঞ্জিগা কোন্নবা ময়েক ৩৬/কুন্থ্রাতকক অদুদি মখাদা ইবগা পীজবিবা অসিনি।

মৈহৌবোলদগী লৈবক্লবা অবিবা মযেক ৩৬/ অসিনা মপুং ওইদুনা ইবগা চৈতপ্লচিংবা শুনা হাপ্তুনা ইবগা (চকপা লোলদা লৈশি লৈথোন্দুনা ঙাংনবমই; লাই হবাওবদা মপুঙ ফানা (চকপা লোল) অসি ঙাঙনবমই লমদম অসিগী (ইবুংঙো পনম নিংথৌ) অসুম্না হবাওনবক্লি।

ইবুংঙো পনম নিংথৌ হবাওবগা লোযননা থংন-থংননা ইবুংঙো পুবৈবোম্বসু হবাওগনি, ইবুংঙো পনম নিংথৌনা লমতা থাদা হবাওগনি অদুগা ইবুংঙো পুবৌবোম্বনা কালেন থাদা হবাওগনি। অসুম্না হবাওবা অসি চহি অনীদি লেপ্তুনা হবাওগনি। অহুমশুবা অদুদি মাইবী চাক্লোং কৎলগা হবাওদ্রবসু য়াবে। চহি খুদিংগী হবাওবা ঙমদ্রবসু মাইবী চাক্লোং কৎপা অসিদি চত্তিগী লেপ্পা লৈতনা পাওথোকপা লাই হবাওবা শকপগী চাওববা থবক থৌবম অমনি।

লমদম অসিদা লৈবিবা ইবুংঙো পনম নিংথৌ হবাওবা হৌবকপগী মতাং খবদি মথক্তা পঞ্জখ্রে। মপুঙ ওইবা অদু মতাং অসিদা ওইনা থমজবে।

ইবুংঙো পনম নিংথৌ হরাওবা হৌগদৌরিবা নুমিৎ অদুদা ফম তরেৎ লৈরিবা অমায়বশিংগী মনুংদা ফম্নাইবা অমনা লাইগী লৈরিবা (চুঙ-তা) অনি পায়দুনা (লোয়শঙ শঙলেন) অচৌবা অসি অহুন্নক কোয়দুনা চৎলগা হরাওবা হৌবগী মওং অসি তৌই। হায়রিবা অমাইবা অসিনা শঙ অসি কোয়দুনা চৎপগা লোয়ননা শঙলেন অহুম শুনা হায়বদি (নহালুপ পানা শঙ) (অহল্লুপ পানা শঙ) হায়রিবা শঙশিং অসি অহুন্নক শুনা কোযদুনা লাই হরাওবা অসি হৌদোক্কনি (চৎন পথাপ)কী মবতুংইন্না (চকপা লোল) অসি লোল্ল-লোল্লগা পানাশিং ফম্নাইবশিং খঙজেলশিং য়াওনা চৎকনি অসুম্না চৎলগা লোনবা লোল অদুদি (চকপা লোলনি) মদুদি :

হা ! মাং শোক; তেক তেক ফমশিয়ো

'মানথক, তেক তেক ফমশিয়ো !

পুন্সি লারেল লাহো

পোকথোক লারেল লাহো ।।

পীরিবা চকপা লোল অসিগী মপুঙ ওইবা আর্থ অসিনি! মরুপ নঙগী য়ুম অহনবা অসি ওম্থোক্লা ফজখ্রেদা, মাঙ্গোল য়েংই মফজৈ; শুমাঙ য়েংই মফমজৈ নঙগী য়ুম অসিদি য়েংউ য়েংউবা খুদিংদা ফজবগী ফজবা ঙাক্লা , মরুপ ঐ ঙাইহাক্লা চঙজরক্কে হায়না চকপা লোন্দা ঙাওনবনি।

হা মাংসোক তেক তেক ফমশিয়ো ?

মানথক তেক তেক কমশিয়ো।

পুন্সি লারেল লাহো

পোকথোক লারেন লাহো

ও! মাংসাক এ তাখোঙ ও

ইংথিং সাদা মায়া ঙমগারা আ:

সাদা মা ... ঙা ফারো

ও! সাংতো সাংতো;

য়া মরকএ, দুশা মকু ককএ !!!

য়ুম্বু অদুনা চকপা লোন্দা অসুম্না খুমগনি মদুদি ওহো ! সাংদে, সাংদে! ঐ নঙবু মশক খঙদে চঙবা য়ারোই হায়বনি।

ফম্নাইবা অসিনা মথক্তা লোল্লিবা চকপা লোলগী মরোল অসি অহুম্লক শুনা লোল্লগা শঙ অসি অহুম্লক কোয়রগা চৎকনি অসুম্না অহুম্লক শুনা কোয়রকপদদি ফম্নাইবা অসিনা য়াম্না শাওবা উত্তুনা খোঙনা লৈবাক্তা থিল্লগা অমুক্তদি চঙজরক্কে ! চঙহনবিয়ু হায়বকপা মতম অদুদা য়ুম্বু অদুনা (তপ্না তপ্না) মোং হাদনা (চকপা লোলদা) অমুক হন্না লোল্লক্কনি, মসিবু লাই হবাওবা হৌরকপগী শঙ কোয়বা হায়না কৌই। হরাওবা মতমদা ফম পায়বা তরেৎ অসিমক ঈশ্বর অসিগী হরাওবদা শেৎকদবা ফিজোলদি খেমজি ফুরিৎ লিৎকনি, কোকয়েৎ য়েৎকনি, লাইগী খামেন অরাংবা শেৎকনি।

চঙলকউ হায়বগী লোনবা চকপা লোল অদুদি

ও! মাংসাক এ। তখোঙ ওঙ;
ইংথিং সাদা মারা ঙমগারা আহ :
সাদা মা ... ঙা কারা
ও! সাংতো সাংতো; য়া মরকএ, দুশা মকু ককএ !!!

চকপা লোল অসিগী আর্থ অসুম্না ব্বারী খবা য়ুম্বু অদুগা শান্নগনি,

ইয়াম্বা নিংথৌ, নঙগী য়ুম অসি ঐ য়াম্না য়েংনিংই! ঐ অফবা মীনি ফৌগোৎ শীংগোৎ থন্না লৈবা মীনি। ফৌদি চাবা ঙমদদুনা ফৌচুম্না চাই ইয়াম্বা নিংথৌ; য়ু থক্লসে, য়ুম্বু শারিবা মক্লো চঙলকলিবা ফম্নাইবা অদুদা য়ু পীদুনা মখোয় অনি য়ু লান্নদুনা থকমিন্নগনি। হরাও তরাম্না য়ান্নরে। হায়দুনা পানা

শঙগী পুঙ য়ৈরকপগা লোয়ননা পানা মচাশিংনা লাইফমগী পুঙজাও য়ৈরকপগা লোয়ননা খোং শুবগী থবক লেপ্তুনা চথরক্কনি। হায়রিবা পুঙ অসি য়ৈবা হৌরকখিবদগী ইবুংঙো পনম নিংথৌগী হরাওবা অসি মপুঙ ফানা হৌরে।

লাই হরাওবগী অকক্কবা মতম অদু করম্বা মতমদগী হৌরকখিবগে হায়বা অদুদি চপ চানা হায়বদি ঙমখিদ্রে, অয়াম্বা পুয়াগী লাইরিকশিংদা লোল অরিবা অমতা ইবা থোংনদে, ঙল্লিঙৈ মতমদগীনি হায়বসিদি চপ চাবা খুদম ফংই। মরম অদুনা তুংদা লাকপা থিজিল্লিবা অইবশিংদা অৱাবা অমা ওইরে। ঈশ্বব পনম নিংথৌ হবাওবা হৌবকপগী মতাং খরদি মথক্তা উৎচখ্রে।

ঈশ্বর ইবুংঙো অসিগী হবাও তয়াম্বা মতমদা অশিন-অরাং ওইননবা অমসুং মপুঙ ফানা থৌ পুননবগীদমক মীওই খরদি খনগত্তুনা থল্লি। মখোয়শিং অদুদি পানাগী লৌমীরোকপা লৌমীহল, লৌমীহিতং, খঙমল্লাকপা, খাভম হিতং, হায়না খায়দোক্তুনা থল্লিবা থৌবুবশিং অসিনা ইবুংঙো পনম নিংথৌ হরাওবগী অচৌবা থৌদাং লৌরি। লাই হবাওবগী লাইগী লম থোক্তুনা-শঙ অহুম অসি কোয়বা লোইখিবগা লোয়ননা খঙজেল মচাশিং অমদি নিঙোল মচাশিং পুম্নমক্না মাগী মাগী কোশো শঙদা কারক্তুনা শরুক য়ারবগা লোয়ননা মতম নাইনা হবাওবগী জগোই ঈশৈনচিংবা পাঙথোক্কনি।

ইবুংঙো পনম নিংথৌ অসি হরাওবা মতমদা মহাক্কী খুভম অসিদা থমদুনা ঙাম্থোইগনি, হরাওবা অসি হেক লোইবগা মহাক্কী লৈফম লাই মনাই ওইনা সেবা তৌরিবা মহাক্কী য়ুমদা শারিবা ইবুংঙোগী লৈফম অসিদা অমুক লেঙখৎকনি। ইবুংঙো হরাওবা মতমদা শঙলেন অসিদা লেঙশিনগনি।

হোমিয়ো এ হৈ হে এ।।।

লাইনিংথৌ পুঙবো যৈবতে

লৈবাক মবা তাননবা; নোংথোল মরা চেৎনবা;

লাইনিংথৌ খোংবো শুবদো।

নোংখল মবা চেৎনবা শুবনে

হোমিযো এ হৈহে এ।।।

অসুম্না হবাওবা অসি লেঙথবকপা মতমদা খুভমগী পুংজাও অসি যৈদুনা ওক্কনি, খোং শুবনা ঈশৈ হন্দুনা খোং শুগনি পুঙ যৈবনা লেপ্তুনা পুঙ যৈবা অসিনি।

খুভমগী পুঙজাও অসি য়ৈবকপা মতমদা মীপুম খুদিংমক্লা ঈশ্বব লেঙশিন্দুনা হবাওবা হৌবে হাযবা খঙনৈ। ঈশ্বব অসিনা মহাক্কী খুভমদা লেঙশিল্লবা মতমদা খুকমজে, অমসুং মপুঙ ফানা খোঙ শুদুনা পুঙ অসি যৈগনি, পুঙ যৈবগী ঈশৈ অসুম্না হনগনি।

মথক্তা পীবিবা ঈশৈ অসি হল্লগা (পুঙ যৈবা) অমসুং খোং শুবগী থবক অসি চাং নাইনা পাঙথোকই। হবাওবা মতমদা নুমিৎ খুদিংগী ফম্লাইবশিংদি ওন্না কাদবা যাদে, ফম খেন্নবর্গী মতুংইন্না ফম্লাইবশিংগী ফিজোল তোঙান তোঙান শেৎলি। হবাওবা লোযববা মতমদা ফমনাইবশিং খঙজেলশিং নিঙোল মচাশিং মাগী মাগী (প্রোগ্রাম) থৌবমশিং অদু শকক যাবা লোযববা মতুংদা যুম যুমদা হনখিগনি, মরু ওইনা যুমদা হনবা যাদবা থৌ পুবা খবা অদুদি লাইগী লাযপু লাই মনাই ওইবিবা অমদি খঙজেলগী কাংলুপ্তা খঙজেল্লাকপা মখোযশিং অসিদি লাই হবাওবা লোইদ্রিবফাওবা লাই মনাইগা লোযননা লাইফম অসিদা চাক থোংদুনা চাবগা লৈবা অসিনি।

হবাওবা অসিদা পুঙ যৈবগী থবক অসিদি খুলগী ওইনা খনগত্তুনা থম্লিবা পানা মচাশিংনা তৌই। মখোযগী মবক্তা লেপ্তুনা চত্থননবগীদমক মীথা পালি নাইনা খাযদোক্কুনা চাং নাইনা পুঙ যৈবা, অমসুং খোঙ শুবা অসিনি। কবিগুম্বা মতমদা খঙজেল মচাশিংনসু ঈশ্ববগী থৌগন তৌজবা ওইনা পানাশিংদা হাযজবগা পুঙ যৈবা অমসুং খোং শুবা অদুমক যাই। হবাওবগী খোং শুবা মতমদা পানা মচাশিংনা খুদৈ অঙৌবা অমা কোযেৎ যেৎকনি অমসুং থৌবোনসু লোনগনি, ফুবিৎ পুমযাৎ অঙৌবা লীৎলগা খোং অসি শুগনি।

মতৌ অসুন্না চেকশিন্না অমদি কিনা চৎনরিবা হরাওবগী থৌরম অসিদা হরাওবদা শরুক য়াজরিবা নিঙোল মচাশিংগী ওইবা চেকশিন থৌরাং খরা লৈরি। মদুদি করিগুম্বা লাই হরাওবা মনুংদা লাইফমদা নুপীমচাশিংগী ওইনা থাগী খোঙকাপ লাকপা (চাখূম থোকপা) মতম অসিদা নিঙোল মচাশিং অমতা হরাওবা য়াওবা যাদে, হায়রিবা নিয়ম অসি নুপী খুদিংমক্কীনি, তৌহৈদবা ওন্ন তৈনবা থবক অমতা মফম অসিদা চঙদুনা তৌবা যাদে। হায়রিবা মরমশিং অসি লাইগী সেবা চঙলিবা খুদিংমক্না খঙদবা যাদবনি হায়না চেকশিন্নবি।

মরম অমদা খঙজেল্লাকপনা হরাওবা মনুংদা ময়ুমদা হন্নদবগী মরমদি অসিনি, মহাক অসিসু ঈশ্বরগী সেবাদা খ্বাইদগী নক্না লাই মনাইগুম্না লৈজবা মরম্না ঈশ্বববু শেন্নদুনা সেবা চৎপা মবম্না য়ুমদা হন্নদবনি, হবাওবদা চঙবা য়ু লমদম অসিগী হবাওবা লোইবা ফাওবা কোন্ননবা য়ুমথোঙ খুদিংগী থোংদুনা মীথা পালি নাইনা খায়হন্দুনা পুখৎহল্লি, পুম্নমক্কী অশিন অরাংদি যুচঙলোইনা তৌগনি। মৈহৌরোলদগী চৎনবকপনা ঈশ্ববগী মফমদা নুমিৎ খুদিংগী হবাওবা লোইদ্রিবা ফাওবদি য়ু অসি খবা খরা কৎকনি।

ইবুংঙো পনম নিংথৌ হবাওবা মতমদা খঙজেল অমসুং নিঙোল মচাশিংনা পাঙথোকপা থৌবম খবা অদুদি :

- মথং খনবা খঙজেলনা (থাং উতোং চোংবা)

- নিঙোল মচাশিংনা শাবা জগোই,

- হুমাই চোংবা অসিনচিংবা

- ফম্নাইবশিংনা খোংবা বাঁশি পেনা

- পেনাশিংনা (পুঙ য়ৈবা) অমসুং খোং শুবা অসিনি

হরাওবা মতমদা হায়বিবা মথক্তা পীরিবা থৌবম খবা অসিদগী হেন্না পাঙথোকপা লৈতে। হবাওবা অসিদা নিঙোল মচাশিংগী মকওইবা ফিজোলদি ফনেক্না ফিমু শেৎকনি। ফুবিৎ অঙৌবা লীৎকনি, নাহোং অরাংবা অমমম

খৌরোল লোল্লগা য়ানগনি। নিপানা ফুরিৎ অঙৌবা পুময়াৎ লীৎপা অসিনি ফি অঙৌবা অমনা খৌরোন লোনবা অসি চৎনৈ। ফম্লাইবশিংনা খেমজিং ফুরিৎ মচুগী লীৎকনি, ফৈজোমসু লাইফি অরাংবা ওইনা শেৎকনি, ফম্লাইবশিংগী মাগী মাগী ফমগী ফিজোল শেৎনগনি।

হরাওবগী নুমিৎ হুম্লি চনবা নুমিৎতা লাইগী শাইরেল কৎপা হায়দুনা ওক অঙৌবা লাবা অমগা শাইরেল কৎকনি। হায়রিবা কৎলিবা শাইরেল শা অসিদি হরাওবা য়েংবা লাকপা মীপুম খুদিংমক্তসু মতুম মচা অমমম থুংননবা য়েনগনি। মসিবু লাইগী শরৌ য়েনবা হায়না কৌই, পনম নিংথৌ হরাওবগী মরুওইবা থবক থৌরমশিং অদু মথক্তা পীজরিবা অসিনা হরাওবগী মরু ওইবা নিয়ম ওইরি।

## মৈ করম্না হৌখিবগে



লিশাং শিৎনা শাংলবা চহি কয়াগী মমাঙদগী ঙসিগী মতম অসি ফাওবদা মুৎনাইদনা হৌরক্লবা অন্দ্রো পনম নিংথৌ মানা লোয়শঙ শঙলেন অসিদা মীথা পালি নাইদুনা চুমথাং মচু তরেৎকী শক্তম লৌদুনা নিয়ম নিতি অমতা কায়দনা ঙসি ফাওবদা মতৌ করম্না ইবুংঙো পনম নিংথৌগী শঙলেন অসিদা মৈ হৌখিবগে হায়বগী খুদম মখাদা পীরি।

লমদম অসিদা ঙসি মুৎনাইদনা লৈরিবা অন্দ্রো মৈহৌরোল হায়না শক্ল-শোন্নরিবা পানা লোইশঙগী মৈ অসি তরাই-তরাইনা হৌখিবা মৈ অমা নত্তে, চহি মশিং কয়া কয়া হৌখ্রবা মতমদগী মৈ অসি লমদম অসিদা লৈরল্লিবা খঙ-হৈরবা প্রজাশিংগী মরক্তগী থোইদোক হেন্দোক্লা মমিং লৈরবা অখঙ-অহৈশিংনা অশেংবা মৈ অসি পুথোকপিরম্বনি। মৈ অসি মতৌ অসুম তৌনা পুথোকখি।

হায়বিবা মৈ অসিদি মৈবা চিংলগা হৌখিবা মৈনি, অতোপ্পা মফম অমদগী লৌথোক্ লৌশিন তৌবগা হৌখিবা মৈ নত্তে। মৈ অসি লোঙা ব্লাগী অকংবা অথাবা পৈয়া ঈৎতুনা নীংথিনা শেন্নগা লৌবা পৈযাগা লমদা হৌবা হৈপা কৌবা উ পাম্বী অমগী অকংবা অথাবা অমগা শেন্নগা শেন্নবা পৈযা অসিগা হৈপা অকংবা অসিগা মী অনিনা কন্না চিংলগা অশাবগী চাং হেনগৎলক্কুনা মৈ হৌবা অদুনি। অসুম্না শেন্নগা মৈ অসি লমদম অসিদা পুথোক্কুনা হৌখিবগী লেঙদবা খুদম লৈবি।

মবম অদুনা মৈ অসিগী মতাংদা লমদম অসিদা লৈবম্বা লাইওইখ্রবা মাযচৌ শ্রীলৈশ্চুংবম চোল্লা সিংহগী অপোকপা পম্ভৌনা অমদি মবুধৌনসু মাযচৌ অসিদা মযেক শেংনা লীবিবমই; লোযননা হাযবিবা মতম অদুগী মমাঙদগী লেঙদনা মথং মথং তাকপিবম্বা অসিনা লমদম অসিগী লেঙদ্রবা শাক্কিনি, মতম অদুদগী মৈ পুথোক্লে হায়বা লৈববসু শক তাবিখ অমতা ইবীবমদে, মপুঙ ওইবা লেপ্তুনা লীগবিবা অসিনা অশেংবা লমদম অসিগী ইতিহাসনি।

অসুম্না পুথোকখ্রিবা মৈ অসিগী মমিং অসুম্না থোল্লমই : মৈ অসিগী মমিং খোইসু লৈখম মৈ, হাযনা কৌই। মতমগী মতুং ইন্না অহোংবা কযা লাকপগা লোয়ননা মৈ অসি কম্বী শাবগা কম্বীদা হাপ্তুনা পুজা তৌবকখিবনি।

মসিগী মতুংদগী মৈ অসিগী মমিং অসি খবা খাবা হোংদোক হোংজিন তৌনদুনা (খাম্বী খোইসু লৈখম কম্বী অবাবা মৈ) হাযনা মপুঙ ফাহনবিবকখি। নুমিৎ খুদিংগী মুৎপা লৈতনা লমদম অসিগী প্রজাশিংগী যুমথোঙ যুমথোঙ খুদিংগী মৈ অসি কম্বীদা হাপ্তুনা হৌখিবনি। মুৎনাইদ্রবা ফুঙ্গা পোকপা মৈ হাযনা খঙনদুনা যুম খুদিংদা শিন থুংনা যুম খুদিংগী হৌদুনা থল্লকখিবনি। মতৌ অসুম্না ইবুংঙো পনম নিংথৌগী সাইকোন্দা ঙাল্লিবা মচু তবেৎনা লৈতেংলিবা মৈ অসি মৈপা চিংলগাা থোকখিবা খোইসু লৈখম কম্বী অবাবা মৈনি।

# মৈগী অশেংবা শক্তম

অসুম্না পুথোক্লিবা মৈ অসি কম্বীদা হাপ্তুনা পুজা তৌরবা মতুংদা ইবুংঙো পনম নিংথৌগী শঙলেন্দা পুদুনা লোয়শঙ শঙলেন অসিদা হৌখিবনি। হৌবা হৌখিবা নুমিৎ অদুদগী খুল অসিগী ওইনা য়ুমথোঙ খুদিংগী (মীথা বালি) নাইদুনা মুৎহন্দনা হৌদুনা থমখি, হায়বিবা মতম চহি কুমজা কুমশিং কয়ানা হৌখিদুনা চৎখ্রবসু লেঙদনা অদুমক পুজা তৌদুনা থন্নকখি, লোয়ননা চাক্লিবা মৈ অসিগী উৎ ফাওবদা শক্তি পীদুনা শক খঙনরি, হৌরিবা মৈ অসিগী উৎ অসি কনাগুম্বনা অরাপ্পা মফমশিংদা চৎপা মতমদা লাইফম অসিদা হৌরিবা মৈগী উৎ অসি লৌরগা লাইবক্তা নমদুনা খুদোংথীবা কয়াবু থোকহন্দে হায়না শিজিন্নরি। অসি য়ৌনা মতিক মগুন লৈরবা পনম নিংথৌগী অমতা ঙাইববা শঙলেনগী মৈ অসিনা মীওইবা খুদিংমক্কী য়াইফ-মঙ্গল পীদুনা লাক্লি। মহাক্কী মতিক মগুনদি অদুক্কী মতিক পাক চাওই।

ঙসিদি পৃথিবীদা লৈরিবা লৈবাক অয়াম্বনা ফাওবা অন্দ্রোদা লৈরিবা মৈহৌবোন অসিগী মমিং অসি অমেরিকাগী মিউজিয়ম ফাওবা লাপ্না শন্ দাকখ্রে। ভারতকী মফমশিংদনা দিল্লি, কলকতা, মুম্বাইনচিংবগী মিউজিয়মশিংদা মৈহৌরোলগী ওইবা (পোৎ-চৈ) কয়া অমসু থমখ্রে। চফূ, খব্দং, পাই লিরুং তেন, হূ তৈবা তেন, শুম্বল য়াঙ্কোক, শূরুচিংবা লমদম অসিগী পোৎ চৈশিং থমখিবগা লোয়ননা অন্দ্রোদা লৈবিবা মিউজিয়ম অসিদসু অন্দ্রোগী অবিবা (পোৎ চৈ) শিং উবা ফংগনি।

লমদম অসিগী ওাইওইখ্রবা মায়চৌশিং মাইবশিংনা তাকবীরম্না খুদম খবদং পীজরি :-

নুমিৎপু  পুজা তৌজবা অমদি মৈবু নীংজবা অসিনা লমদম অসিগী মরুওইবা লাইনীং অমা ওইরমই, মদুদি, মৈ, ঈশিং, নুংশিংনা মীওইবা

ঐখোয়বু হিংহনবীবনি, পুম্নমক্কী অহেনবা অদুদি মৈ অসিনি তাকপিরি, মৈ, ঈশিং, নুংশিৎনা পুম্নমক্কী মকোক্নি। মীওইববু শেম্বদা মরু ওইনা অহূম অসিনা হিংহনবীবি। পুম্নমক্কী অথোইবনা মৈ অসিনি হায়না লৌবি। মসিনি লমদম অসিগী মরু ওইবা মৈগী শক্তম।

## অরিবা খুভম খরা

ইবুংঙো পনম নিংথৌগী শাইগোন মনুং অসিদা অবিবা খুভম খরা লৈরি। মৈহৌরোলদগী হৌনা লৈজরক্লবা লমদম মনুংগী খুভম অসিদা নত্তনা অকোয়বদা অতোপ অতোপ্পদা তোঙানবা খুভম খবসু মফম অসিদা লৈবি।

পানা শঙ অমদি লাইফম অসিদা লৈরিবা মরুওইবা অচৌবা শঙলেন মঙা শুনা লৈরি। মফম অসিদা লৈরিবা শঙলেন মঙা অসিগী মমিংসু তোঙান তোঙান থোন্দুনা থম্লীরি মখোয়শিং অদুদি:

১। ইবুংঙো পনম নিংথৌগী মৈ হৌবিবা (খুভম শঙলেন) অসিগী মমিংনা (খাগেম্বা লোয়শঙ) হায়না কৌই।

২। নহাকুপ পানাগী শঙলেন অসিগী মমিংনা (মোংযাম্বা শঙ) হায়না কৌএ;

৩। অহল্লুপ পানাগী ওইনা লৈরিবা শঙলেন অসিগী মমিংদি (কিয়াম্বা লোয়শঙ) কৌএ;

৪। পাখং অমদি লৈশাবীশিংগী ওইবা লৈননবা নহালূপ পানাগী খঙজেল অমসুং নিঙোল মচাশিংনা লাই হরাওবদা পুন্না লৈবিবা (কোশো শঙগী মমিংনা (লোন্দুম্বা শঙ) কৌএ।

৫। অহল্লূপ পানাগী নিঙোল মচা খঙজেল মচানা লাই হরাওবদা লৈননবা শাবিবা শঙ অসিগী মমিংনা (কাইতিলা শঙ) কৌএ লাইগী লোন্নে।

খাগেম্বা শঙলেন হায়না লৈবিবা ইবুংঙো পনম নিংথৌ লেঙশিন্দুনা লৈরিবা খ্বাইদগী চাওবা শঙলেন অসিগী মনুংদা লৈরিবা নাকন্দা থম্লিবা (খোং অহূম লৈবিবা অসিগী মমিংসু তোঙান তোঙান থোন্দুনা লৈবি।

১। অহানবদা লৈরিবা খোং অসিগী মমিংদি খাখোং কৌএ;

২। অনিশুবদা লৈরিবা খোং অসিগী মমিংনা লাইখোং হায়না কৌএ;

৩। অহুমশুবদা লৈরিবা খোং অসিগী মমিংনা মরোংখোং কৌএ।

লাইফম অসিগী ওইনা শঙলেন অসিগী মপান্দা লাইকোল মনুংদা য়ুংদুনা লৈরিবা থৌদু নুংপাক মমক্ষমদা হক্তুনা ইরিবা (ইরম্বা) ময়েক অসিদি অরিবা লমদম অসিগী ময়েক ৩৬না ইবনি তাকপিরম্লে।

অৱাংথংবা অহল্লুপ পানা শঙগী কোনথোং মনুংদা অৱাং ওইনা হৌরিবা খোংনাং পাম্বী মখোঙদা য়ুংলিবা (থৌদু নুঙগী) কোলোইদি (চক্করাজ কৌএ!) চকপা লোলনি ! লাইনিংথৌগী শঙলেন মমাঙদা হৌবা খোংনাং পাম্বী মখোঙদসু থৌদু নুংজাও অপাকপা অমদা ময়েক হক্তুনা ইরগা লৈরি। হায়রিবা থৌদু নূং অসিদি চেকসনা লখুল্লাকপগী মতমদা ইবনি, চেকসনা খুল্লাকপগী মমিং মথা য়াওরি। ১৪০৪ দা ইরম্বনি, মসিগী মতুং তারকপগী রেকোর্ড অমতা ফংদে। হৌজিক ময়েক নীংথিনা শেংনা উদ্রে মুৎশি-মুৎশিনা লৈরে।

·ইবুংঙো পনম নিংথৌনা লৈরিবা শঙলেন অসিগী মমাঙদা খা ওইরপ্পা লৈরিবা লৈপুঙ অসিদা য়ুংদুনা লৈবিবা থৌদু নূং অসিদসু মমিং অনি থোক্লা লৈরি। মদুদি (নেতা নমঙ) নত্রগা (থৌদু নুংকোইবী) কৌএ।

থৌদু নূং , নূংকোইবী নত্রগা (নেতা নমঙ) হায়না কৌরিবা নুঙ অসিগী মরুমদা লমদম অসিগী লাই গুরুশিং অমদি মায়চৌশিংনা তাকপিরম্বা অদুদি লমদম অসিদা নত্রগা অতোপ্পা মফমশিংদা থোকখিবা থৌদোকশিং হায়বদি শা-লান্দা ফাদুনা হাৎখিবা পুম্নমক্কী হকচাংশিং পুরক্তুনা হায়রিবা মফম অসিদা লৈবোল চন্দুনা থমখিবা মফমনি, তুং কোইনা কাওবা লৈতনা লৈপুঙ ওইনা তোঙনা থম্লগা মীযাম্না খঙননবা থমখিবা মফমনি।

হায়রিবা মফম অসিদা অন্দ্রোগী অকন অথৌশিংনা শাদা লান্দা ফারকখিবা অমদি হাৎখিবা খুদিংমক মফম অসিদা লৈরোল চনখিবনি। মরম

অদুনা মতম অদুগী অকন অথেরৗশিংগী মোংফম ওইনা থল্লম্বনি, মসিগী ম মিং (চকপা লোলদা) নুঙকোইবী কৌদুনা নীংথিন। থল্লিবা অসিনি। হায়রিবা মফম অসিদা চঙহৈদে, অমদি খোঙনা খুৎনা শোকহৈদে হায়দুনা অরুবা মফম অমা ওইনা লৌনরি।

## মীতোপ চঙবা য়াদবগী নিয়ম

ইবুংঙো পনম নিংথৌ অসিগী হরাও তরাম্বা মতমদা মীতোপ মীরানচা অমতা চঙবা য়াদবগী নিয়ম কয়ামরুম লৈরি। কনাগুম্বনা চিঙনবা অমদি উশিং থওইদনা খল্লম্বসু য়াই হীরম কয়াদা চীংননা খল্লম্বা তারবসু হায়রিবা মরমশিং অসিবু মুন্না খঙলবদি চীংনবা খরদি কোক্কনি, ইবুংঙো পনম নিংথৌ অসিগী হরাও তয়াম্বা মতমদা চঙবা য়াদ্রিবা অসিগী চাওরবা ব্রাহং হংবা য়ারবা অমা ওই।

মতাং অসিদা মীতোপ হায়বদি অন্দ্রোগী মফম অসিদা লৈবা প্রজাশিং নত্তবা লম অতোপ্পশিংগী মফমদা লৈবা পঞ্জনিংবা ব্রাফম খরা অদুদি অসিনি 'ইহান হানবা মমাংঙৈ অঙনবা মতমদা চহি চা লিশিং কয়াগী মমাংদগী ঈশ্বর ইবুংঙো পনম নিংথৌ লাৎখিবা হৌরকখিবদগী হরাও তয়াম্বা অসি তৌরকই। হায়রিবা মতম অদুদগী হৌনা অন্দ্রো খুঙ্গং অসিদা অতোপ অতোপ্পা লমদগী চীংমীশিং অমসুং তমদা লৈবা মীতৈনচিংবা লাক্কুনা মফম অসিদা (লৈত-লায়র তানবা) খুদোংচাবা থীবা অমসুং হিংননবগী থবক শুবশিংং লাকখি। হায়রিবা মীতোপ মীরানশিং লৈরিঙৈ মতমদা লমদম অসিদা লৈরিবাঅমদি চাওনা লাৎলিবা (ঈশ্বর পনম নিংথৌ) অসিগী হরাওবা মতম য়ৌরক্কুনা হরাওরমই, মতিক লৈরবা ঈশ্বর অসিগী হরাও তয়াম্বা অসিবু য়েংজনিংদুনা পামজদুনা হরাওবা অসি য়েংনরমই।

অদুবু মীতোপশিং অসিনা ইবুংঙো পনম নিংথৌগী সাইকোন্দা চঙদুনা লাই হরাওবা অসি য়েংবা মতমদা খবা অমনা মশা পঙথরকপা য়াওরকখি। খরা অমনা হরাওবা ময়ায় চল্লকপা মতম্‌,অদুদা য়েংলুরগা ময়ুম ময়ুমদা হন্নরকপা

মতমদা ময়ুমদা হেক য়ৌবগা ব্রাম্ভদুনা শিনরকপা য়াওনরকখিবনি, মদু তাবদগী খবদি হরাওবা অসি লোইহ্রিঁডে মযুমদা চেন্নখি হায়বসিনি। মরম অদুনা লমদম অসিগী ওইনা লুনা লৌনবিবা অমসুং কিনবিবা (ইবুংঙো পনম নিংথৌ) অসি হেক হরাওবা হৌরকপদগী লমদম অসিদা লৈরম্বা মীতোপ মীবানচা খুদিংমক মাগী মাগী মরমদমদা হান্না হন্নখিবা ঙাক্তনি।

মসিগী মকওইবা অচৌবা মবম অমসু ওইরবা যাই মদুদি, লমদম অসিদা লৈবিবা ইবুংঙো পনম নিংথৌ অসিদি মহাক্কী শক্তম অসি মৈগী শক্তি ওইবনা, হাযবিবা ঈশ্বব অসি মতিক মগুন চাওববা অপোকপগী শাযোন ওইবা ঈশ্ববনি লৌই। মকমদি অখণ্ড-অহৈশিংগী চপ চাবা মত মতুং ইন্না ঈশ্বব অসিগী হবাওবা মতমদা চঙবদা যাবমদ্রিবা অসি ফুঙ্গা পোকপা অপোকপা খুকুম্বা মতমদা মীতোপ নত্তনা লৈকায় অদুদা লৈবা মী ফাওবা ফত্তে হাযদুনা যাওনদবগী মবম লৈ। মবম অদুনা লমদম অসিদা লৈবিবা (ইবুংঙো পনম নিংথৌ) অসিদি অপোকপগী শাযোন ওইবা মচু তবেৎনা পুনবা মৈগী ঈশ্ববনি হাযবসিনি।

মতাং অসিদা পঞ্জবিবা অকবা খুদম অসিনা মপুঙ ওইনা লৌনবগা লোযননা মতম অদুদগী হবাওবা হৌবকখিবদগী মীতোপ মীযামশিং অসি অমতা চঙখিদবদগী হৌজিক ফাওবদা ফত্তে খন্দুনা আথংবা অমা ওইনা চৎনবকখিবনি। মসি লাই গুরুগী হাক্তকুগী (চৎন পথাপ) ওইনা লাকখিবনি।

অসুম্না মবম খবদা চঙবা যাদে, চঙবা যাদে হাযনা লৈববা লুববা নিযম নিতিশিং অসিবু কনাগুম্বনা থেবীশাদনা লৈবসু অদুমক যাওবকই, মদুদি মখোযশিং অদুদি ঈশ্বব অসিগী (পাপ দন্দি) অদুমক মশা মশাদা ফংজখ্রবনি। হাযবিবা ঈশ্বব অসিগী মফমদা লম হেন্দুনা থৌশাদনা লৈথোকপা হাযবসিদি, ঈশ্বব অসিগী মফমদা মহাক মশানা মবাল থীজবনি হাযনা লমদম অসিগী মাযচৌশিংনা অচেৎপা পাওতাক্না লোযননা খুদম পীবি।

থৌশাদনা হায়বদি লম হেন্দুনা চঙলকখিবা মীতোপ খবদি ঈশ্ববগী চৈবাক অসি ফংখ্রবনি। ঐ অইবা ইশামক্না তশেংনা খঙহৌবা লৈবে। মবম

অদুনা হায়রিবা লমদম অসিদা লৈরিবা ঈশ্বর ইবুংঙো পনম নিংথৌ অসিগী মফমদা লম হেনবা মখোয়শিং অদুদি খুদোংথিবা (অশি-অনা) কয়া নংখিবা ঙাক্তনি।

মরম অদুনা কনাগুম্বা অতোপ্পা মীও ইশিংনা লম হেন্দুনা চঙবা য়াদে, ফত্তে হায়বসি খঙনা খঙনা লৈশিল্লবা তারবসু মহাক অদু কা হেন্না ফুবা চৈবা তৌদে; হায়বদা থৌওইদ্রবদি মহাক অদু (চৎন-পথাপ) অসিগী মতুং ইন্না এক্সন তৌরোই, লম হেল্লবা মহাক অদু ময়াম চঙদুনা ফাদুনা পুরক্লগা ঈশ্বর অসিদা কখোকপা অসিনি।

চৈরকপু ফংহল্লবা মহাক অদুদি ময়ুমদা হল্লবসু হন্দ্রবসু ঈশ্বরগী মতিক চাবা চৈরাক অদু মশানা অদুমক ফংজবনি, হায়বদি শিবা অসিনি।

লমদম অসিগী মকোক ওইদুনা লৈরিবা খুল্লাকপানা মীয়াম পুম্নমক্তা মাঙজৌননা হরাওবা য়ৌদ্রিঙৈ, মাঙওইননা তরানি কুন্নি ব্রাৎলিঙৈ মমাঙদগী হৌনা মৈতৈ লৈবাক্কী মীয়াম পুম্নমক্তা শিনবা থুংনা খঙহন্নবগীদমক্তা (খবর কাগজ) অমদি রেদিওনচিংবদা ফোঙদোক্লুনা খঙহনবা অসিনি। লোয়ননা মণিপুর মৈতৈ লৈবাক্কী ওইনা মরী লৈনবা (দিপুটি কমিস্নার) দি.সি./দগী অয়াবা লৌদুনা হরাওবা হৌগদবা নুমিৎ মশিংগী ওইনা অথিংবা অসি লাওথোকপনি। দি.সিগী পর্মিসন পায়বনা মরম ওইদুনা অচৌবা সিফাই অমদি মন্ত্রিনচিংবা পুম্নমক থিংবা অসিনি।

ঈশ্বর অসিগী অহকপা অরুবা নিয়মশিং অসিদি (এক্ট লো) গী থোোইদোকপা দরকার ওইদে, লমদম অসিদা ঙসি ফাওবদা লেঙদনা লৈজরক্লবা ঈশ্বর ইবুংঙো পনম নিংথৌগী তোপ তোপ্পা মগুন অমদি, ঙসি ফাওবদা মীপুম খুদিংমক্লা কিনা অমদি ইকাই খুম্ননা চৎনরিবা খুভম অসিনা ও ইরি। মরম অদুনা ইবুংঙো পনম নিংথৌগী হরাও তয়াম্বা মতমদা মীতোপ মীরান অমতা চঙবা য়াদ্রিবনি।

# লাইফম পুঙগী অশম্বা ৱারী

লমদম অসিদা লৈবিবা অবিবা লাইবিকশিং অমদি অখণ্ড-অহৈশিংনা থম্বীবম্বা অবিবা লাইবিক্লা য়ুম্ফম ওইবকখিবা লমদম অসিদা মপুং ফানা হবাওনবকখিবা মীবোলশিংগী মনুংদা মায়চৌশিং খবদি শীংথানবা যাই।

হায়বিবা মতম অদুদি অন্দ্রো ফানজাওবা অর্মদি ৱাইখা লম্বুবা; চেকসনানচিংবা ফানজাও খুল্লাকপগী মথংদা চেকসনা খুল্লাকপা মথং মথং লাকখিবনি, হায়বিবা মায়চৌশিং খবা অসিগী ওইনা শক তাবিখ খবদি ফাংখি মতম অর্দুদি শক ১৪০৪নি। অন্দ্রো ফানাওবগী মতম অসিদি (নিংথৌ পুন্সিবগী হাক্তক্লি হায়না মায়চৌশিংনা অশেংবা খুদম পীবে; হায়বিবা মতম অসিদা লৈবম্বা লুচিংবশিংনা লুচিংবীদুনা ইবুংঙো পনম নিংথৌ হবাওবগী থবক থৌবমশিং পুম্নমক চাওনা পাঙথোকখি হায়বসিনি।

চেকসনা খুল্লালকপগী মতমদা চেকসনানা খুল্লাক্লিবৈঙে অমদি খুনপুবিবৈঙে মতমদা মহাক্লা খুল্লাকপা ওইচিখবা মতমদা (নুংদা হক্তুনা) মশক তাকপিবমই, তুংদা লাকপা মীবোলশিংনা খণ্ডহৌবসনু উহৌবসনু শক্র-শোন্নবসনু হায়না মতম অদুদা খণ্ড হৈববা মযেক নীংথিনা খণ্ডলবা মায়চৌ অসিনা ইবম্বা অহকপা নুংপাক অদু হৌজিক য়ুংদুনা লৈবি। মসি হৌজিক মযেক নীংথিনা উবা ফংদে, অযাম্বা মযেক মু ৎশিল্লক্লে। মযেক অসি নীংথিনা শেংনা লৈবিঙ্গে মতমদা অহলশিংনা পাবীদুনা খণ্ডলকখিবনি। ইবুংঙো পনম নিংথৌগী শণ্ডলেন মনুংদা মৈ হৌফম মনাক্তা খিন্দুনা থল্লিবা (চাওববা পুঙজাও) অসিদি হবাওবা মতমদা যৈবা নত্তনা অতৈ মতমদা যৈবা যাদে।

হায়বিবা পুঙজাও অসিনা যৈবকপা মতমদা মণিপুবগী মফম খুদিংমক্তা লৈবা মৈতৈ লৈবাক পুম্নমক শিন থুংনা তাই হায়বি।

পুঙ অসিগী মবমদা অখণ্ড অহৈশিংনা অচেৎপা থাজবা খুদম কযা পীবি। মদুদি অঙনবা মতমগী ওইবনা শক অমদি তাবিখনচিংবা অমতা ফংদে, অন্দ্রো খুঙ্গং অসিগী অৱাং পাংবদা লৈবা (হুন্দুং খূল) হায়না খণ্ডনবা চীংমীগী খুল অমা লৈবমই।

অন্দ্রো খুলগী ইবুংঙো পনম নিংথৌগী লোয়শঙদা লৈবিবা পুঙজাও অসি হৰাওবা মতমদা যৈবকপদা (হুন্দুং খুল) ফাওবা ইনিল নিন্না তাবমই। মতম অদুদা হুন্দুংগী প্রজাশিংনা তাবক্তুনা পুঙগী পুঙখোল অসি মায়গৈ কদোমদগী য়ৈবকপনো পুঙ অসি থীবগা লৌকদবা যাদে হাযদুনা থিনবকখি, অমসুং পুঙগী লৈফম অশেংবা খঙলকপদগী হুন্দুংগী খুল্লাকপদা তন্নুবে,হুন্দুংগী খুল্লাকপনা পুঙ অদু কদাযদা লৈবগে হংবদা অন্দ্রোদা লৈবে হাযনা তাক্লকই, অমসুং মমৈথংদা (ইবুংঙো পনম নিংথৌগী) শঙদগী য়ৈবকপনি খঙলবদা হুন্দুং খুল্লাকপনা পুঙ অসি লৌকনবা মহাক্কী প্রজাশিংদা যাথং পীখ্রে।

মতৌ অসুম তৌনা হুন্দুংগী প্রজাশিংনা পুঙ অসি লোন্না লৌননবগীদমক্তা অহিং নুংথিল খাযদনা শেন্নবল্লগা নোংমা কোবৌ নুমিৎ অমগী চীক্লবা (অহিং মযাই চপুক) অহিং নোংযাই মক্তা পুঙ অসি থল্লিবা খুভম ইবুংঙো পনম নিংথৌগী লোযশঙ শঙলেন্দগী লৌথদুনা থুনা যাঙনা মীযাম চঙদুনা পু খিবমই। হাযবিবা নুমিৎ অদুনী ওইনা ঈশ্বরগী সেবা চঙলিবা মহাক্না যুমদা ঙাইহাক্তং চৎখিবগী মতম অদুদা হাযাববা পুঙ অসি পুদুনা চৎখবনি। হাযবিবা মতম অদুদি অন্দ্রো খুঙ্গং অসিনা মাশিং যামদবনা মবম ওইদুনা খুদক্তা তান্নকবগী তাঞ্জা মতম অদু ফংখিদে। ঈশ্বরগী সেবা চঙলিবা মহাক অদুনা লাইফম অসিদা অমুক লাকপা মতমদদি হাযবিবা পুঙজাও অসিদি লৈবমদ্রে।

পুঙজাও অসিনা লৈবমদ্রবদা মহাকসু গুক্কৎনাখদুনা পুঙ লৈবমদ্রে, পুঙ মাঙখ্রে হাযনা লাওবকপদগী খুল পাওথাং চেন্দুনা থুনা যাঙনা হাযবিবা পুঙ অদু পু খিবা মফম খঙহৌদবদগী তান্নবা অমসুং থিবা ফংখিদে; থিবা যাবা মখৈদি থিকুবে, পুম্নমক অবেম্বা তাখি।

থিবা যাবা মখৈদি থিকুবে, অদুবু ফংলক্তবদা লমদম অসিগী প্রজা পুম্নমক নীংবা কাযবদুনা তুমিন তুমিন হন্নবকখি, লোযননা নুঙাইতবনা মবম ওইদুনা অহাঙবা খুভম অসিবু উবগা পেন্দবগা লোয়ননা তেংথা নাওইনা কপ্পবকখি, তেংথাবা নত্তনা উপায লৈ খিদে।

হায়রিবা মতম অসিমক অন্দ্রো লমদম অসিদা থৌদোক ব্রাথোক খরা থোকখিবা মতমনি হায়না তাকপিরমই, মমিং লৈরবা ফানজাওবা খুল্লাকপগী মতমনি, অন্দ্রো ফানজাওবা অমদি অঙম অথৌশিং পুম্নমক্না ঈশ্বরগী খুভম হায়বদি পুঙগী থম্ফম অহাঙবা খুভমদা হৈ-লৈ কত্তুনা অহাংবা খুভম অসিবু কুপ্না শেন্নদুনা খুভম অসি থাদোক্তনা লৈনখিবনি। অসুম্না নুমিৎ নিনি হুম্লি তুমিন্না খাঙদুনা লৈরুরবগী মতুংদা অঙম অথৌশিংনা কুপ্না থন্ন-নৈনদুনা হায়রিবা পুঙ অসি থিরুনবগীমক্তা খুদক্তা মায়কৈ মরীমক্তা অকন অথৌশিং থীন্নবগী থৌরাং কয়া তৌখিবনি। অদুবু হায়রিবা মতম অদুদদি খুল অমদগী খুল অমা লাল্লগা চৎপা হায়বসি (জঙ্গল) ওইবনা (শা-কৈনা) থন্নাং লৈবনা মরম ওইদুনা চৎপা ঙমখিদবনি। মরম অদুনা পুঙ অসি থিবা ফংদনা লৈবকখিবনি।

অসোমদনা হুন্দুংগী প্রজাশিংনা অন্দ্রোগী ইবুংঙো পনম নিংথৌগী খুভমদগী পুরকপা চাওরবা মখোল হৌরবা পুঙজাও অসিবু হুন্দুং খুল্লাকপগী য়ুমদা পুরক্তুনা শানৈ-য়ুনৈদুনা হরাও তয়াম্না থিন্দুনা শান্নখি হায়রি।

হায়বিবা পুঙ অসিবু থীন্দুনা যৈদুনা শান্নরুবা হুন্দুংগী প্রজাশিং নোংম-নোংমগী মীশি-মীনা লেপ্তুনা থোরকপদগী অকিবা অমসুং মিপায়বা পোক্ল বকখি। পুঙ অসি শোল্লুবা মী খুদিংমক খুদক্তা পঙথরগা শিনরকপদগী প্রজাশিংনা পুঙ অসি অচম্বা পুঙ নত্তে; হায়বসি খঙলক্তুনা থুনা য়াঙনা অমুক হন্না অন্দ্রো খুঙ্গংদা থিল্লক্লবগীদমক্তা হুন্দুং খুল্লাকপনা মহাক্কী প্রজাশিংদা অকনবা য়াথং পীখ্রে। হায়রিবা পুঙ অসি হুন্দুং খুল্লাকপগী য়ুমদা নুমিৎ হুম্লি মরীনিরোম চুপ্না য়ৈরুববা মতুংদা অন্দ্রো খুল অসিদা থিনবা লাকখিবনি। হায়রিবা মতম অদুদা হুন্দুংগী প্রজাগী শিখিবা মীশিং অসি মী চনিরোমগী মথক্তা শিখি হায়না মমৈথংদা খঙলকখি।

হায়রিবা পুঙ অসি হুন্দুংগী প্রজাংনা হান্নগী মফম খুভম ইবুংঙো পনম নিংথৌগী খুভম য়ৌনা পুরকপা ঙমদনা খুল অসিগী মতাই থোকনা লৈবা (পাৎ মচা অমদা) হায়রিবা পুঙ অসি থাদরম্লগা লোন্না চেনখিরমই। মরম অদুনা হায়রিবা লাইগী ওইবা পুঙ; অসি লূপখিবা পাৎ মচা অসিগী মমিং অখণ্ড-

অহৈশিংনা (লাইপাৎ হায়না থোনখি) হায়বিবা মতম অদুদগী হৌবগা ঙসি ফাওবদা পাৎ অসিগী মমিং (লাইপাৎ) হায়না কৌবিবা পাৎ মচা অসিনি।

হায়বিবা মতম অদুদগী হৌনা লীনবক্লবা লেঙদবা খুভম ওইববা ব্রাবীনা লেঙদ্রবা শক্তম ওইবি। মহৌশাদগী হৌনা ঈশ্বব অসিগী খুভম অসিদা লেঙদনা লৈবিবা পুঙ অসি যৈবকপা মতমদা মৈতৈ লৈবাক্কী মফম পুন্নমক শিন থুংনা তায় হায়বিবা পুঙ অসি হুন্দুংগী প্রজাশিংনা হূখ্রবগী মতুংদা অতোপ্পা অনৌবা পুঙ অমা শাওবগা ঈবাৎ পুজা তৌদুনা মহৌশাগী খুভমদা থমজিন্দুনা ঈশ্বব অসিবু অমুক হন্না হবাওবকখিবনি।

চহি কুমশিং কযা কযা লেঙদনা লৈবক্লবা ঐখোযনা শোকপা কিনবিবা অকি-তুজুং পোক্লবা পুঙ অসিবু অতোপ্পা লমগী প্রজাশিংনা শোকহৈদে, তৌহৈদে হাযনবিবা (পাৎ) অসিবু মফম খঙদনা শোক্লুবদগী পুঙ অসিদা লৈবম্বা (শিদ্ধ) মগুন পুন্নমক অদু মাঙখিবদগী পুঙগী শক্তি অসি মাঙখ্রিবনি লোযননা অমুক খুভম অসিদা হঞ্জিনবা যাদবদগী পাৎ অসিদা লূপ্তুনা লৈখিবনি।

নুমিৎ শিঙবুম মঙা শুবা নুমিত্তা পাৎ অসিগী পাৎযাদা তাবিবা লৈবিবা মীশিংনা পুঙ অমা তাউদুনা লৈবম্বা অদু উবকখিবনি। হাযবিবা মতম অদুদা মীয়াম তাক্তুনা লাইনিংথৌগী খুভমদা লেঙশিন্দুনা লৈবা পুঙ অদুনি হাযবা খঙনবক্তুনা মীযাম চঙদুনা লৌখৎকে হাযনা শোক্লুবদা পুঙ অদু মশা মতোমতা মফম অদুদা লূপথখি হাযবি।

অসুন্না লূপথখ্রি ' পুঙ অসি মতম অমদা শোযদনা ফাওগৎল কখিগনি হাযবমই, ম তমগী মতুং ইন্না মহাক্কী (চহি যুগ) কুমশিং লাংঙোন্না যৌবক্লবা মতম অদুদা পুঙ অসিনা লূপখিবা মফম অদুমক্তদা তাওখৎলকপা মতমদা (মশা মউ) শেংবা অচুম্বা (ধর্ম্ম চৎপা) নিপা অমনা হাযবিবা পুঙ অসি শোযদনা লৌখৎলনি, হাযবিবা থৌদোক অসিগী ব্রাবীশিং অসিনা অশেংবা শাক্ষি ওইবি। হৌজিক হৌজিক লোয়শঙ শঙলেন্দা লেঙশিন্দুনা লৈবিবা পুঙজাও অসি যৈবকপা মতমদা মণিপুব মৈতৈ লৈবাক্কী মফমশিংদা পুঙগী খোঞ্জেল অসি

শিন থুংনা তানখিদ্রে, মরম অদুনা মতম অদুগী (শক্তি লৈরবা) ঈশ্বরগী মশক ওইরবা পুঙ অসি অতোপ্পা মীরানচাশিংনা হুরানখিবদগী মশাদা লৈজরম্বা শক্তি গুন পুম্নমক মাঙখিবনি হায়না ফোংদোক্লি। অসুম্না মতম খরগী তুংদা হুন্দুংগী প্রজাশিংসু মীশি-মীনা থোকখ্রে। তশেংনমক অখণ্ড-অহৈশিংনা তৌহৈদে, শোকহৈদে হায়বা খঙলবদা হুন্দুংগী প্রজাশিংনা নীংঙমদবদগী অন্দ্রোদা হুন্দুং খুল্লাকপা মশামক লাক্তুনা অন্দ্রো খুল্লাকপদা হায়জদুনা চঙজরকখি হায়বসিনি।

মতৌ অসুম্না অরিবা ৱারীগী অমদি লাইরিক কয়াদা পল্লন্লিবা ঙাংন-শক্লিবা পুম্নমক অসিদি লমদম অসিগী অশেংবা ইতিহাস ওইরি, চুম্না শোক তারিখ ইশিনবীরমদবগী ৱাদনি।

লমদম অসিদা খুল্লালকপা ওইদুনা লৈরকপা লাইওইখ্রবা সলাম উমাসিং, খুল্লাকপা মায়চৌ অসিনা তশেং তশেংবা ৱারী কয়ামরুম লীবিরম্লে। মহাক্না লৈ খিদবা অসিদি ঙসিদগী চহি ৩৫ শুখ্রে। মায়বা খুল্লাকপা অসিগী মশাগী চহি ৭৮ শুবদা লৈখিদবনি। মাইবা মশামক্সু মখা তাবশিংদা পাওতাক অমদি কাওঙমদ্রবা মমল য়াম্লবা মুৎনাইদ্রবা থৌদোকশিং মরিক চুম্না তাকপিরমই। হায়বিবা (পুঙ লাইগী ওইবা পোৎ) অসি লম্লানবশিংনা শোক্লু বদগী অমদি হুরানখিবদগী মহাক্কী মগুন পুম্নমক মাঙখিবনি মদু নৎলমদ্রবদি অন্দ্রো লমদম অসি ঙসি খর মখৈদি হোংখিবা য়ারম্বনি তাকপিরি। তশেংনমক মফম অসিদা অরানবা থবক অমতা য়াদে হায়বসি বাবী অসিনা অশেংবা শাক্কিনি।

## "লাংতৈ পুঙ"

লমদম অসিদা লৈরিবা ফম্নাইবা তরেৎ থোক্লা খায়দোক্তুনা মাগী মাগী মথৌ পাঙথোক্তুনা ঙসি ফাওবদা কায়দনা লৈরি। মবম অদুনা হায়রিবা ফমশিং অসিগী পুঙ তরেৎসু লৈরি।

১। খুল্লাকপগী পুঙ - খুনপুঙ

২। লুক্লাকপগী পুঙ - মৈপুঙ

৩। খুঞ্জাহনবগী পুঙ - পুঙখোঙ

৪। খাভমল্লাকপগী পুঙ - খাভম পুঙ

৫। য়ুবানবগী পুঙ - য়ুপুঙ

৬। পাখংলাকপগী পুঙ - খোংপুঙ

৭। নহাবাকপগী পুঙ - ঈবেফু পুঙ অসিনি

অসুম্না তোঙান তোঙান্না খদোক্কুনা লৈবিবা ফম তবেৎকী ওইনা মশক মমিং খঙনবিবা ফম্নাইবশিংগী পুঙবু (লাংতৈ পুঙ) হায়নসু খঙনৈ।

হাযবিবা (লাংতৈ পুঙ) অসি ফম্নাইবশিংদনা পান্নদুনা যৈগনি, পুঙ অসি যৈবা ফম্নাইবা মবীনা কাকুপ লেপ্তুনা হবাওবা হৌদোকপা মতমদা লাইমাঙদা য়ৈবা অসিনি। পুঙ অসি যৈবগী মবোলদি মীওইবগী হকচাং কযাৎ ওইবিবা হকচাংগী খোইদৌদা পুল্লপ লৈবিবা অসিনা লেপ্তুনা হুল্লি হাযদুনা পুথোক্কুনা পুঙগী মবোলদা হাপ্তুনা মীওইবগী থৱায়গী তুংনফম ওইববা হিংহল্লিবা পুম্নমক্কী থৱাযগী পুনফম অসিবু কাযহন্দনা হিংহল্লি, হাযদুনা অসুম্না মবোল হাপ্তুনা যৈবি, মদুদি (তিং তিং তিং হা) হাযনা থৱাযগী মিহূলনা হূল্লকপনি হাযদুনা (তিং তিং তিং হা) অসিদগী তোংদ্রিং তোংদ্রিং তোং হা হাযনা পুঙগী পুঙলোন অসি লেপ্তুনা যৈবনি।

মীওইবগী থৱাইগী ওইনা লৈবিবা মিহুনফম অসিনা কাযদনা হুল্লকপা মিহুনগী মশকপু লৌবগা (তিং তিং তিং হা) হাযনা লাকখিবনি। ইবুংঙো পনম নিংথৌ হবাওবা মতমদা ফম্নাইবশিংনা পুঙ লাংতৈ পুঙ হাযবিবা পুঙ অদু মসিনি। মসিনা তাকপাদি মকওইনা লমদম অসিদা ঙাংন-শক্লবিবা পুম্নমক অসি অঙনবা মতমদগী লীচৎ শাজৎ অমতা হোংদনা চৎনবকই হাযবসিনি।

মফম অসিদা লৈবিবা হৌন-লোনচৎ চাকচা য়ুথকনচিংবা অসি কুপ্না নৈনবগা অশেংবা লমদম (জাতি) অসিগী মশক তাকপা ঙমগনি। অন্দ্রো জাতি অসি (চকপা মৈতৈ অবিবা ফুকপকী মীওইশিংনি, (অন্দ্রো মৈহৌবোল সনা পোকপা চকপা মৈতৈ অবিবা জাতিনি)॥

# শাবন কুরাক লমদাইবা
# মেরা উক্রোঙ হোঙবা

"শাবন কুরাক লমদাইবা" " মেরা উক্রোঙ হোঙবা" হায়দুনা ঙসি লেঙদনা লেপ্না লৈতনা পাঙথোক্কুনা লাক্লি। কুরাক লমদাইবগী থবক অসি চহি খুদিংগী (মেরা থা) খুদিংগী ওইনা পাঙথোকপা থবক থৌরম অমনি।

হায়রিবা মরুওইবা থবক থৌরম অসি পাঙথোকপগী মতমদি মেরা থাগী ইরাই নুত্তিা তৌগনি, হায়রিবা থবক থৌরম অসি মপুঙ ওইনা পাঙথোক্ল রম্বগী মরম খুঙ্গং অসিদা মতম শাংনা চহি চুপ্পা লাইয়ামশিং তিনমু লাইমুশিংনা অশুকপা উ প াম্বীগী মরুমদা থুপ্তুনা অমদি খোংবান, লু কপান্নচিংবদা লোত্তুনা মতম শাংনা লৈবা পুম্নমকশিং অদু (মেরা থাগী) ইরাই নুমিৎ অসিদা তিনমু ফত্তবা লাইমু ফত্তবা পুম্নমক খুলগী মপান্দা চখোকখিনবা তাম্হোকখিবা অসিনি। কুরাক লাইফমদা খুলগী নম্বোরশিংনা অচা-অথক মরাং কায়না পুথোক্কুনা অজা-পুজা তৌদুনা পাঙথোকপনি।

হায়রিবা লাইগী ওইবা পোৎ-চৈশিং অসিদি খুন্দগী খায়রগা লাংবা অদুনি, ফম্নাইবা অমসুং পানাশিংনা উনা শাবা উক্রোঙ অমসু শেমদুনা কুরাক লাইফমদা পুরগা মদু (ঈরাৎ পুজা) তৌদুনা য়ুংদুনা থল্লগা কখোক্লে। হায়রিবা মরু ওইবা থবক থৌবম অসিবু মপুঙ ফানা তৌনরম্বগী মরমদি মেরা থা য়ৌরক্লবদা উপাল ব্রাপাল হৈপাল লৈপান পুম্নমক শারেপ ফারকপা মতমনি। হায়রিবা মতম অসিদনি তিনমু লাইমুশিংনা উপাল অশুকপ মরুমদা অমদি উক্রোঙ অহোবনচিংবদা লোৎশিন্দুনা লৈবা পুম্নমক অদু মপান্দা অজা পুজা তৌদুনা তাম্হোকখিবনি।

হায়রিবা পুম্নমক অসিগী থৌবমশিং অসি খুলগী ওইনা লৈবা ফম্নাইবা (য়ুবানবা) মহাক্না তৌগনি। নুমিৎ অসিদা কুরাক লমদাইফম লাইফম অসিদা চাক ঈশিং পুম্নমক থোংদুনা থাদোকই। শা, য়েন য়ুনচিংবা শেমদুনা কখোকই,

মসিনি (শাবন কুবাক লমদাইবা, মেবা উক্রোঙ হোঙবা) হাযনা প্রমান তৌনবগা লোযননা চহি চহিগী লেপ্তুনা পাঙথোক্লি।

# লাংবন লম হাইবা

লাংবন লম হাইবা চাওববা লাইগী ওইবা থবক থৌবম অমসু লেঙদনা লৈবি। মসিদি মকুওইনা লাংবন (পানখৎলকপা নোংমাইজিং) নুমিৎতা পাঙথোকপা থবক থৌবম অমনি, লাংবন লম হাইবগী মকুওইবা থবক থৌবমশিং অসিসু খুল অসিগী ফম্মাইবা অমসুং খঙজেল মচাশিং যাওনা পাঙথোকমিন্নবা লাইগী ওইবা থবক থৌবমনি।

হায়বিবা থবক থৌবম অসিদি খুল অসিগী ওইনা মায়গৈ শুংদাই মবীমক্তা অখঙ অহৈ অমাইবা অমাইবী শিংনা লমদম অসিগী খুল অসিগী মতাইদা চত্তুনা থাদোকপনি, মসিগী মপুঙ ওইবা থাদোকপগী লাইগী মকুওইবা পোৎশিং অদুদি ব্রাইয়ু অমসুং উশোই শিংজু শুবগা থাদোক্কনি। ব্রাইয়ু অমসুং উশোইশিং অসি খুলগী যুমথোং খুদিংদগী খবা খবা খাযবগা হাযবিবা পুম্নমক শেম শাবা লোইববা মতুংদা খুলগী চিথেক মাযগৈ মবীমক্তা চত্তুনা নুমিদাংব্রাইবমগী মতমদা অখঙ-অহৈশিং অমদি অমাইবশিংনা থাদোকই।

হাযবিবা লাইগী মকু ওইববা থবক থৌবমশিং অসিদি তৌদবা যাদে। খুঙ্গং অসিগী মনুংদা তাবা মহিক মনাইশিং লোযননা ফত্তবা লাই চঙলক্কদবা চাওনা পাঙথোকপা অদুগুম্বা উশোই শিংজুনা লাঙলগা থাদোকপা লাংবন লম হাইবগী থবক থৌবম অদু মথক্তা পঞ্জবিবা অসিনা মকু ওইবনি।

# লমদাই থাংজ ১সুং খুন্থোঙ লাৎপা

লমদাই থাংজ অমসুং খুন্থোঙ লাৎপা হাযবিবা লমদম অসিগী মকুওইবা লাইগী থৌবম ওইনা পাঙথোকপা চাওববা তৌদবা যাদবা লমদা থাদা পাঙথোকপা থবক থৌবম অমা ওইবি।

খুম্হোঙ লাৎপগী মরুওইনা পাঙথোক্কদৌরিবা লমদম অসিগী ওইনা নাৎকী মতুংইন্না ইতোপ তোপ্পা থৌরম অমনি। লমদাই থাংজ মফম অসিদা লৈবা প্রজাশিং পুন্নমক্না লমদম অসিদা চৎনরিবা মরু ওইবা নিতি নিয়ম কয়া অমা মৈহৌরোলদগী কায়দনা চৎনরকপা অসি হৌজিক ফাওবা অহোংবা লৈতনা পাঙথোক্লিবা অসিনি।

লাইগী থবক থৌরম অসিদা মরুওইবা পোৎচঙ খরা অসি চঙদবা াদে মদুদি য়েন মরী চঙই লোয়ননা পুকয়ু, ব্রাইয়ু হৈরম তরেৎ লৈরম তরেৎ কবোক নাচল তরেৎ হৈবী মনাগী শিংজু মথেল অমা য়াওগনি। হায়রিবা লাইগী ওইনা চঙগদবা পোৎচঙশিং অসি পুদুনা চৎপা মতমদা (ব্রাকনা শাবা) উতোং অমা মৈনম চাওনা শেল্লগা য়াচঙবা মতমদা চত্তুনা মায়গৈ শুংদাই মরীমক্তা থাদোকপা অসিনি, খুল অসিগী অরোইবা মপালদা চত্তুনা লাই থাদোকপা চৎপদা কনাগুম্বা মীতোপ লম্বীদা থোংনরবদি মহাক অদু চৈরাক অমসুং ব্রাকোং তৌগনি। হায়বিবা থবক থৌরম অসি অমাইবা অমদি প্যানাশিংনা চাওনা শরুক য়ারি। মতৌ অসুম তৌদুনা খুল অসিগী অরোইবা মায়গৈ চিথেক মরীমক্তা চত্তুনা তিনকোক্লরসনু চহি কুমশিং অসিগী লাক্কদৌরিবা চহি চৎলিবা অসিদা তিন চেন লৈচেন্দবা যাইফবা পুরক্লবা ঈবাৎ থৌনিজবগী ওইবা অচৌবা থৌরম অমনি।

চহি চহিগী লেপ্তুনা পাঙথোক্লিবা লমদাই থাংজ অসিগী মপুঙ ওইবদি (ইবুংঙো পনম নিংথৌ)গী হবাওফম মসাইকোল ওইরিবা খুভম অসিদা (ওক লাবা অমুবা) অমা শবেল কৎকনি। লোয়ননা হায়রিবা নুমিৎ অসিগী অয়ু ক্তা ইবুংঙো পনম নিংথৌগী খুভম অসিদা কায়বৈ য়েন লাবা অঙাংবা অমনা য়েলহিং থাগনি। অদুগা ইবুংঙো পুরৈবোম্বগী খুভমদা (কায়বৈ য়েন অঙৌবা) লাবা অমা য়েলহিং থাবা অসিদি অয়ুক্কী থবক থৌবম অসিদি মপুঙ ওইনা য়েলহিং থাবা অমদি পুজা তৌবা অসিনা অরোইবা অয়ুক্কী মপুঙ ওইবা থবক থৌরমনি।

অয়ুক্কী থৌরম পাঙথোকখ্রবা মতুংদা নুংথিল অমদি নুমিদাংগী থৌরম ওইনা নুমিৎ তারকপা মমশিল্লকপা মতমদা খুম্হোঙ লাৎপগী থবক থৌরম অসিগী মতম য়ৌশিল্লক্লে, মায়গৈ শুংদাই চিথেক মরীমক্তা চৎপা মতমদা মায়গৈ খুদিংগী

ওইনা কৎননবা কাইরৈ য়েন লাবা মরী অসি পুদুনা চৎপনি মায়গৈ অমমমদা য়েন অমমম পুদুনা চৎকনি। মায়গৈ খুদিংগী লাৎপা য়েনগী মচুসু খেন্নগনি।

মদুদি :-

১। হাওরৈ নোংপোক পাংবদা কৎকদবা অদুদি (কাইরৈ য়েন অঙাঙবা লাবা কৎকনি)

২। হাওরৈ মায়গৈ নোংচুপ পাংবদা কৎকদবা (কাইরৈ য়েন অদুদি চেঙ্গোই লাবা কৎকনি)

৩। হাওরৈ অৱাং পাংবদা কৎকদবা অদুদি (কাইরৈ য়েন অঙৌবা লাবা কৎকনি)

৪। হাওরৈ নোংচুপ পাংবদা কৎকদবা (কাইবৈ য়েনগী মচুদি অমুবা মচু কৎকনি)

নুমিদাংগী লাইথা তিনথা পুম্নমক লোইরদুনা মাইবশিং অদুনা লোয়শঙ শঙলেন্দা হল্লক্লবা মতমদা লাইথা তিনথা পাঙথোক্ল ুবা মাইবশিং অসি শুনা (দান অমদি দক্ষিনা) অসি তৌগনি, দক্ষিনা তৌবা অসিদি পৈশা য়াম্না যামদবা খর খরদং কৎনবা অসিনি। খুম্হোঙ লাৎপগী মরুওইবা নিয়মশিং অদুদি মথক্তা পীরিবা অসিনা মরু ওইবি।

## লাইশা তানবা অমসুং শরৌ য়েনবা

লমদাই থাংজ নুমিৎকী মথাং নোংমাইজিংং নুমিৎ অসিদা লাইশা তানবা হায়বা অমসু লৈরি, হায়রিবা নুমিৎ অসিদা লাইগী ওইবা শা অমা ফারগা লাইদা অমুক কৎকনি মসিদি লমদা লৈবা লমশা ওইনা ফারগা কৎপা অসি চৎনৈ।

লাইগী শা তানবা হায়বা নুমিৎ অসিদি খুল অসিগী ও ইনা শিন-থুংনা পাওথাং থাদুনা য়ুমথোঙ খুদিংগী নিপা লাইশা তানবা থোকউ থোক্তবা য়াদে, হায়নৈ, করিগুম্বা লাইগী শা তানবা অসিদা থোরক্রবদি মহাক অদু ৱাকোং তৌগনি। করিগুম্বদা থবক চিন্দুনা চৎহৌদ্রবদি মহাক অদু অশেংবা পাও অদু

খুন্দা শীন্নবনি। হায়রিবা শা তানবগী থবক অসিদি খণ্ডজেল অমসুং পান্না মচাশিংনা শরুক য়াগনি।

লাইশা তানবা অসি পানা য়াওদবা য়াদে, লোয়ননা খণ্ডজেল মচাশা পুন্না তানথদবনি; শা যৌবা অমদি শা তুম্বা অসিদি পানানা অয়াম্বা তৌই। মখোয়শিং অদু হায়না থনলংতুনা থমজ্রবনি। শা তানবদা মপুং ওইনা শিজিন্নরিবা খু ংনাইশিং অদুদি থাং, অ অমদি লিরুং তেন্না অয়াম্বনি। মমাংঙৈগী মতম্দদি নোংমৈ মরাং কায়না লৈরমক্কনা, হু তৈরবা তেন অসিনা শা তানবদা মরু ওইনা শিজিন্নবা খুংলাই অমনি। হৌজিক্তি নোংমৈ পায়দুনা শা তান্নরে; মসিদি ইকুই কুইহবিজ্রি, লমদম অসিগী ওইনা লাইশা তানবগী থবক থৌরমদা মীশি-মীনা থোক্তনবা হায়দুনা শা অসি ফারগা মীশি মীনাদগী ঙাকথোক্লবা ফারিবা শা অসিনা উকল ওইনা থাদোকখিবা অসিনি। মসি অনা-অয়েক কোক্লনবা থাদোকপনি হায়না অখণ্ড-অহৈশিংনা ফোংদোক্লি।

লাইশা তানবগী মরুওইবা থবক থৌরম অসিগী মতুং ইন্না চহিগী লেপ্পা য়াদে, হায়রিবা শা অসি ফারবদি পুন্ননবা মীসু তোঙান্না খন্দুনা থমই। অসুম্না শা ফাদুনা পুরিবা মহাক্না পুরিবা শা অসি (লোয়শঙ শঙলেন) অসিগী মমাঙ ওইনা উকা অনি শেমদুনা থম্বা উফে অসিদা ফারিবা শা অসি মিনিট খরদং থাঙ্গতুনা থমগনি, শা অসিবু য়ান্দুনা থম্বা মতম অদুদা পানা শঙদগী পানাগী পুঙ অসি য়ৈগনি; অসুম্না শা ফাবা মতমদা য়ৈবা পুঙগী মরোল অদু অসুম্না তঙ তঙ তঙ হায়না থুনা অহুম্লক হল্লগা য়ৈগনি।

পুঙ অসি য়ৈগা লোয়রবা তুংদা শা অসি অমুক উকাদগী লৌথদুনা শা শেম্বা সৌগ্রাকপনা শা অসি শেমগনি লোয়ননা শা ফাবা মহাক্না শাগী শাকোক অদু লৌবা চৎনৈ। শা ফারিবা মী অদু শা ফাবগীদমক মীয়ামদা য়ু খরুং অমা কৎপা চৎনৈ, মসি শা ফারিবা মহাক্না তৌদবা য়াদবা চৎনবী অমা ওইনা লৈরি। সৌগ্রাকপম্না শা শেম্বা অমসুং থোংবগী থবক অসি মপুঙ ফানা তৌগনি। থোং থাকপা পুম্নমক লোয়রবা তুংদা লাই তিন থাদোকপা লোয়রবা মতমদা মফম অসিদা শরুক য়াবা লাকপা মীপুম খুদিংমক্তা থুংনবা শা মতুম অমমম লোয়ননা

য়ুসু খীমাম অদু থুংননবা খর-খরা য়েনগনি, লাইগী শরৌ য়েনবগী নিয়ম অসুম্না চৎনৈ।

## তরুং লাংবা

তরুং লাংবা মরুওইবা লমদম অসিগী চৎনরিবা (চৎন-পথাপ)গী ওইবা থবক থৌরম অমসু ওইরি। হায়রিবা থবক থৌরম অসিসু লমদা থাগী অহানবা নোংমাইজিং নুমিৎ নত্রগা ইরাই নুমিৎতা পাঙথোকই।

হায়রিবা থৌরম অসি খুলগী ফম্নাইবা পানাশিং অমদি পানাগী নুপী অঙাংশিংনা খঙজেলশিংগা পুন্না য়াওদুনা পাঙথোকপা অচৌবা থৌরম অমনি। হায়রিবা তরুং হেকপগী থবক অসিদি হান্না চীংদা চৎতুনা তরুং পাম্বীশিং অদুগী হৌফম অমসুং শাংপা মফমশিংদা চৎতুনা য়েংথোক্লুরবা মতুংদা ফম্নাইবা অমসুং পানা মচাশিং য়াওনা তরুং অদু বাঁশি পেনা খোঙদুনা চৎলগা হায়রিবা তরুংশিং অসি হেক্কদবনি।

তরুং পাম্বী অসিদা শাংলিবা তরুং পাম্বী অদু হেক্কদবা নোংমা ব্রাংলিঙৈদা (তরুং পাম্বী) অদুদা থাংনা হক্লগা শীংচেপ থাদুনা থম্লমগদবনি। কবিগুম্না তরুং পাম্বীদা হর্কচিন্দুনা থারম্লিবা শীংচেপ অদু লৈবাক্তা তারম্লবদি হায়রিবা তরুং পাম্বী অদুদা শাংলিবা তকং অদু হেক্লবোই। হায়বিবা তরুং অদুদি মতূ লৈববা ফত্তবনি হায়না লৌই। তকং হেকপা চৎপা অসিদি খুল অসিগী পানা প[illegible]না মাঙ থাদনা বাঁশি পেনা নীংথিনা খোংদুনা হেকপা চৎপনি, তকং অসম্ন হেকপা চংপা মতমদা শেংপা ফিজোল, অদুদি নিপানা খেমজি ফুরিং শাংক[illegible], ফৈজোম[illegible] মচু শেংকনি, নুপীসু ফুরিং ফনেক অঙৌবা অদুমক শেংকনি, নুপীশি[illegible] কোক কুপ্লগা চংনৈ। অসুম্না চৎলগা হেক্লরবা তরুং অদু পানা পুবেলগী যুমদা থমদনা মদুদগী লৌরগা য়ুমথোঙ খুদিংগী খরা খরা য়েনগনি, তকং অসি যোনবা চংনদে মাগী মাগী য়ুমদা পীরিবা তকং অদুগী মমল ওইনা মাগী মাগী যুমদা লৈবা ওক অমদি য়েন ঙাকদা ওইনা পীনবা অসি চংনৈ।

তকং অদু লৌবিবা যুম্নশিংনা পীবিরকপা (ওক অমদি য়েনশিং) অসি পুবেল মশোক অসিগী মমদা পুন্না পুখংকনি, যামই অমসুং মামদে হায়বগী বা

থোইনা লৈতে, মসি (চৎনবী পথাপ) অমগী মতুংইন্না পীনবনি। যুদ্ধ অমনা য়াময়বদা (য়েন অনি অহুম) ফাওবা পীনবা য়াই। অসুন্না পীরক্লিবা (ওক অমসুং য়েনশিং) অদুনা মপুঙ ফানা য়াল্লক্লবা মতম ওঁদুদা পুরেলগী মুমদা চাক চামিল্লবা অসি চৎনৈ। চাক চানবা নুমিৎ অসিদা হয়াও কুম্মৈ জগোইনচিংবা কয়া পাঙথোকই। যানা যানা পামজবা অমসুং হৈজবা ঈশৈনচিংবা পাঙথোক্লুনা শরুক য়ারে, ফম্নাইবশিংনসু বাঁশি পেনা খোংদুনা হয়াও তয়াম্না অসি মপুঙ ফানা তৌই।

মমাংঙৈগী মতমদদি সিনেমা ড্রামা কয়া অসি লৈত্রিঙৈ কুম্মৈ অসিনা মপুঙ ওইনা পাঙথোক্লে। পোৎ চৈ অমদি চান-থক্লবা য়াম্না হেন্না পীনবা অসি চৎনৈ, তরুং লাংবগী চৎনবী থবক থৌরম অসি হৌজিক্তি য়াম্না চাওনা পাঙথোক্ল খিদ্রে; অসুম অসুম পীকশিল্লক্লে। হবাও কুম্মৈ তৌবা অসিসু হম্বুরে তরুং লাংবগী মকওইবা চৎনবী নিয়মশিং অদু মসিনা মরুওইবা অমা ওইরি।

# খুলগী অরাংবা অমসুং পুজারি

খুল অসিগী ওইনা লৈবিবা অবাঙবা অমসুং মসিগী নিয়ম কয়ামকম্ন শুঙ্, অসিদা কায়দন মথৌ নীংথিনা পাঙথোক্লুনা লৈবি।

লমদম অসিগী অচৌবা (চৎন-পথাপ) কী মতুংইন্না ওসি ফাওবদা খুলগী থবক থৌবমশিংগী নিয়মশিং অমতা কায়হন্দনা পাঙথোক্লিবা চৎনবাগী মথৌদাং অমা ওইদুনা লৈবি। লমদম অসিগী অবাংফম পুরেল অসিদি খুলগী ফম্নাইবশিংনা হাপ্লবি। খুলগী ওইনা থনগংতুনা থমখ্রবা অবাংফম খুৎপু অসিনা মীয়ামগী লমদম অসিগী মরু ওইবা সেবা অমসুং মথৌদাংদা অচৌবা দায়ত্ব লৌদুনা অরাং-অপা কয়াগী মথৌ তৌবি। মসিদি মৈহৌরোলদগী হৌনা থনগতুনা থবকশিং অসি নিয়ম নাইনা তৌবক্লবনি।

খুল অসিদা অবাংফম পুরেল খন্দুনা পাক চাওনা মশিং য়ান্না থনগতুনা থন্নিবা অসিদি লুহোংবদা অমদি সোরাং কর্ম্মনচিংবদা তোঙান তোঙান্না

থায়মোংতুনা থম্লিবা অসি মামগ্রকপা অয়াঙবগী মশিং অসি ৩০১গী মথক্তা থনমতুনা থম্লিবা অয়াঙগগ অসিনা শিল লাওদুনা মাগী মাগী মথৌশিং তৌরি।

অয়াঙবগ থায়মোংতুনা থম্লিবা অসিনা পুক্লেলগী মথক্তা থংন-চৈনবা থোক্লকপনা পুম্নক্না কু-চৈদুনা থারকপা ওই, নিরবগী মতুং ইন্না মতিক চাবা চৈয়াক তৌহন্দুনা চৈয়াক পীবা অসিনি। মখোয়না খুল অসিগী থৌগল তৌবগীদমক্তা মথল কংপা থরা থরা তৌবা অসি চৎনৈ। অয়াঙবগ অমা ওইবগী মথৌবি অশিন-অরাং তৌবা অসিনি।

পুজারিগী থবক অসিসু অয়াঙবা অমগুম চাওনা পুজারি শঙ লৈরি। পুজারি লৌখৎপগী ওইনা শকপা ঈশ্বগী শৈহৌদি অসুন্না হৌগনি হে .... হায়না লাওরগা অরোইবদা তে ... হায়না লোইশিনগনি অসিনি; ঈশ্বে অসি শকন্দবশিং অদুদি কা মকুগী লৈ পরেং শেমদুনা লৈ পরেং ওইনা শিরগা শকহনবা অসিনি।

- করিগুম্বদা পুজারিশিং অসিনা চাক ঈশিং থোংবা মতমদা তৌরিবা থৌদাং খুদিংমক অসিদি পুারিগী দায়িত্ব ওাক্তনি। পুজারি ওইবগী খ্বাইদগী মকোক ওইরিবা মহাক অদুনা মখা তাবশিং অশিন অরাংগী থবক্তা হেন্না তৌই। খ্বাইদগী নহা ওইবা মখোযশিং অদুনা পাওখোল্লোই হায়না খঙনৈ। সোবাং অমদি কম্মগী অকক্লবা মীশিং পাদুনা থোক্লিবা থবক অদুগী চপ চাবা মশীং হাপ্তুনা থম্লবা অসিনি থবক থৌবমশিং অসিগী মতুংইন্না পুজাবিগী মশিং অসি লেপকনি।

খুল অসিদা হৌজিক হৌজিক পুজাবিগী মশিং অসি ১০০গী মথক্তা লৈবি, মাস খুল অসিগী অপুনবা ওইনা লৈবনি। পুজাবিশিং অসিদি চাক থোংগদৌবিবা নম্মিংকি, ্মিদাংদা সোবাং কর্ম্ম থোকফমদা লেক্লুনা লৈনৈ।

চাক অসি থোংবা অমসুং যেনবা পুজাবিগী মথৌনি, লা থাবগী তোঙানবা মী লৈগনি, পুজাবিশিং অসিদি চাক ঈশিং থোংবা সেবা চঙবা মবম্ন া চাবা থকপা মীযাম পুম্নমক্না লোইখ্রবা মতুংদা চঙগনি। পুজাবিশিং অদুনা অবোইবদা ওইনা চা থক্লবা তুংদা ম্মুম্নুনা মখোযগী দক্ষিনা দান তৌবা অসি চৎনৈ। মসিনি পুজাবিগী মকওইবা মথৌ।

# কাঙজৈ কুম্মৈ

লমদম অসিগী হৱাও কুম্মৈশিংগী মনুংদা অমা ও ইরিবা (কাঙজৈ কুম্মৈ) অসিনা লমদম অসিগী মমিং চৎপা অচৌবা কুম্মৈ অমা ওইরি। লমদম অসিদা মতম কয়াগী মমাঙদগী হৌনা শান্নদুনা লাক্লবা খুল অসিগী নুংঙাইরবা (কাঙজৈ কুম্মৈ) অসি অমনি। অখঙ-অ;হৈশিংগী মোত মতুংইন্না নিংথৌ কাংবগী হাক্তক্তগী শান্নরকখিবা লমদম অসিগী মপুঙ ওইবিবা কাঙজৈ কুম্মৈনি তাকপিরমই।



কাংজৈ অমসুং কাংদ্রুম

মৈতৈ লৈবাক মণিপুর অসিগী ওইনা শান্নরিবা কুম্মৈ অসি অন্দ্রো খুঙ্গং অসিদা মপুঙ ওইনা লেপ্তুনা শান্নবি. কাঙজৈ শান্নবা মখল অসি খোঙ কাঙজৈ হায়না কৌই। শান্নবগী মওং অদুদি নাকল অমমমদা মী তরেৎ, তরেৎনা কাঙলম হায়বদি মীচঙ শাদুনা অথোই অহেন তান্নদুনা ঙম্মনবা হোৎনরিবা মশান্না অমনি। অসুন্না কাঙলম তরেৎ, তরেৎ শুনা খন্দুনা শান্নরিবা অসিদি অখঙ-অহৈশিংনা লীনারিবা রারী লৈ; কাঙলম তরেৎ শান্নবিবা অসিদি সোরারেলগী লাই পাখঙ তরেৎ অমদি লাই নুরা তরেৎকী মওং মতৌবু তমদুনা শান্নখিবনি, হায়না খুদম পীরি। হায়রিবা কাঙজৈ শান্নবা থোক্কদৌরিবা কাঙলম তরেৎ মী তরেৎ তরেৎ অসি তরামরী অদুদা লৈশাবীনা লৈ পরেং হুকপা অসি চৎনৈ।

হৌজিক লমদম অসিগী চৎনবী অমা ওইনা মাগী মাগী চৈথারোল শীঙনদুনা শান্নবা অসিনা মরু ওইরি। হায়রিবা কাঙজৈ শান্নবগী মওং অসি

হৌজিক ফাওবদা কায়দনা অদুমক শান্নরি।

কাঙজৈ কুম্মৈ অসি শান্নদ্রিঙৈ মমাঙদা কাঙজৈ শান্নফম শান্নপুঙদা মীচঙ অনিগী ওইনা মাগী মাগী মীচঙগী পুরেলনা লুচিংদুনা চৎনৈ। কাঙজৈ অসি শান্নদ্রিঙৈ নোংমা ব্রাংলিঙৈদগী কাঙজৈ অমসুং কাংক্রম অনিমক য়ুমগী লাইনিংথৌদা কৎতুনা (ধুপ থাউমৈ) থারগা পূজা তৌদুনা থমনৈ। কাঙজৈ শান্নবা নুমিৎ অদুদা ইহান হান্না পুথোক্কদৌরিবা অমদি শান্নবা থোক্কদৌরিবা কাঙলম তরেৎকী মী তরেৎ অসিদি মাঙজৌননা খনগত্তুনা (যাত্রা) তৌদুনা থমখ্রবনি।

অহানবা ওইনা থোক্কদৌরিবা কাঙলম তরেৎ অসিগী পুরেল ওইরিবা মহাক্কী য়ুমদগী পুরেল অসিনা লুচিংদুনা যাত্রা তৌরগা চৎকনি মাগী মাগী তোঙান তোঙান্না খায়দোক্তুনা লৈরিবা তরেৎ তরেৎ অসিনা পাঞ্জল ২০/২০ শুনা শান্নগনি, লোয়ননা পাঞ্জল ২০ অসি হান্না চনবা অমদি শুবা হানখিবা অদুনা ঙম্বা শকই। পাঞ্জল ২০ শুবা ঙমহৌদবা অদুনা ঙমদবা শেবা শকই। কাঙজৈ শান্নরিবা শান্নরোইশিংনা শেৎপা ফিজোল অদুদি ফুরিৎ অঙৌবা মোজা ফৈজোম অচৌবা কিশি তাখৎতুনা শেৎপা অসিনি খুদৈ অঙৌবনা কোয়েৎসু য়েৎকনি।

কাঙজৈ শান্নবগী মশান্না অসিদি মাগী মাগী চৈথারোল নত্তনা খুলগী ওইনা অরাংফম অমদি পুজারি শীংনদুনা খায়দোক্লগা লাম্বা থেংনদুনা শান্নবা অসিনি। খুৎপু অনি অসিনা শীংনদুনা শান্নরিবা কাঙজৈ অসিবু অরাঙবা অমসুং পুজারি অনিগী শিন্নদুনা শান্নবা কাঙজৈ কুম্মৈ কৌই। কাঙজৈ কুম্মৈ অসিবু য়েংননবসু য়ুমথোঙ খুদিংগী চত্তুনা লৈ তৌদুনা (বার্ত্তোন চৎপা) অসি চৎনৈ।

কাঙজৈ শান্নরিবা খুৎপু অনিনা শান্নবা মতমদা কাঙক্রুম্মা পনগী ব্রাংমদা লাম্থোক্তুনা তাখ্রবদি মদু পল লানবা হায়না কৌই।

কাঙক্রম অদুবু খুন্নবা মী অমমম মীচঙ অনিমক্কী খন্দুনা থমনৈ। মখোয় অদুবু কাঙক্রম খুনবা হায়না কৌরি। কাঙক্রম খুনবা মহাক অদুনা কাঙক্রম অদু খুল্লগা হন্দ্রে রূম হায়না লাওরগা হুনগনি, মদুদি মপান্দা অমুক হুন্না তাখিদনবা লাওরিবানি মসিবু কাঙজৈ শান্নবগী কাঙক্রুম্মা পল লাল্লগা হুনবা অদুগী মরোলনি।

ঙসি ফাওবদা মৈতৈ লৈবাক্তা শিন থুংনা তান্নরিবা অন্দ্রোগী কাঙজৈ কুম্মৈ অসি হৌজিক ফাওবা লে গুনা শান্নবনা পাক শন্না কাঙজৈ কুম্মৈ অসি (চৎন-পথাপ) অমা ওইনা শান্নরি। লোয়ননা ভিডিও কেমেরা, সিনেমা ফাওবা নম্লরে। মৈতৈ লৈবাক্কী ওইনা খঙনরবসু অন্দ্রোদা মরুওইনা কাঙজৈ কুম্মৈ অসি শান্নরি। কাঙজৈ কুম্মৈ অসি শান্নবগী অককুবা মতম অমা লৈ, মসি চহি চহিগী কালেন থাদা ওইনা শান্নবা কুম্মৈনি।

অতৈ মতমদা শান্নদে, লমদম অসিগী নাৎ ওইনা লোইনা শান্নবনা লমদম অসিগী অমতা ওইবা হরাও কুম্মৈগীমনুং চল্লি, অন্দ্রোগী কাঙজৈ কুম্মৈ অসি শান্নবা মতমদা অতোপ অতোপ্পা লমদগী য়েংবা মী কয়া কয়া মফম অসিদা লাক্লে। কাঙজৈ কুম্মৈ অসি শান্নবদা য়েংবা লাকপা মীগী মশিঙ অসি অসুক্কী মতিক য়ামই, মদুদি য়ামদ্রবদা মী লিশিং অহুল্লোমগী মথক্তা তিল্লি, মরম অদুনা লমদম অসিগী খ্বাইদগী চাওবা কুম্মৈ কাঙজৈ কুম্মৈ অসিনা ওইরি।

# নুপীগী শিনফম চফূ শাবা

মহৌশাদগী হৌনা লমদম অসিদা খুন্দা লৈতাদুনা লৈরক্লবা মতমদগী ঙসি ফাওবদা লমদম অসিদা নুপীশিংনা লেপ্তুনা শিনফম অমা ওইনা চত্থবিবা মরুওইবা শিনফম অসিদি চফূ শাবনা মরু ওইবা শিনফম অমা ওইবি।



চফূ অমসুং লৈবাক শুননবা শুম্বল

চহি চা কয়ালগী মমাঙদগী অন্দ্রো লমদম অসিদা (চফূ শাবা) গী থবক অসি কন্না চৎনবক্লে, (লুৱাং নিংথৌ) পুঙ্গিবনা নোংমাইজিংগী লুৱাং শঙফমদা মতম কুইনা নিংথৌ ওইদুনা লৈবিঙৈগী মমাঙদগী চফূ খরুং অসি শারগা ঈশিং অমদি য়ু হাপ্তুনা শিজিন্নবে

হায়বসিনি। হায়রিবা চহি মতম অসিগী (আমমাঙ)গী অন্দ্রোগী নুপীশিংনা চফূ খরুং অসি শাদুনা শিজিন্নরকখি।



ফৌ শুননবা শূক, শুম্বল অমসুং য়াক্কোক

চফূ শাবগী অকক্পবা নিয়ম খরা লৈরি; মদুদি থোইদোক হেন্দোক্না কা হেন্না লুবা নত্তে, হায়রিবা চফূশিং অসি শাননবগীদমক্তা লৈবাক পেক্পবা তৌফম মফম অমা লৈরি। হায়রিবা মফম অসিবু ঐখোয়না লৈবাক পেকফম হায়না খঙনরি। হায়রিবা লৈবাক পেকফম লৈতানা পেকফম অসিদগী লৈবাক অসি লৌরগা চফূ অসি শারিবনি, চফূ শাবগী লৈবাক অসি পেক্লিংবা মতমদা হেক্তা পেক্তুনা শাবা য়াদে। লৈবাক অসি পেক্তুনা চফূ অসি শাননবগীদমক্তা



ফৌ তক্লনবা নূংগী চক্রি অমসুং থুম্মোক

লৈবাক থোঙ হাংবা হাযদুনা লৈবাক অসি পেক্লবগীদমক্তা অকক্লবা শাগৈ খবা লেঙদনা লৈবি, হাযবিবা শাগৈ খবা অদুদি ১। অহানবদা ফানজৌবম শাগৈ; ২। অনিশুবদা নিংথৌজম শাগৈ অমদি ৩। অহুমশুবদা খুনুংমযুম শাগৈ হাযবিবা শাগৈ অহুম অসিনি।

হাযবিবা মথক্তা পঞ্জবিবা শাগৈ অহুম অসিনা লৈবাক অসি তৌদুনা (লৈবাক থোঙ) হাঙবা হায়দুনা ইহান হান্না লৈবাক অসি তৌগনি, লৈবাক তৌবগী নিযম অসি কাযদনা অদুমক তৌই। লৈবাক থোঙ হাংবা হাযবা থবক থৌবম অসিসু (খুল পুন্নমক্তা পাওথাঙ) চেম্থোক্কুনা খঙহনবা অসিনি, মসি মফম অদুদা (অজা পুজা) তৌদুনা লৈবাক অসি তৌবিবনি। শাগৈ অহূম অসিনা তৌবা হৌখ্রবদি, অতৈ অতোপ্পা মীশিংনা তৌদুনা শিজিন্নবা যাবে। লৈবাক লৈথোঙ হাংবগী মকওইবশিং অদু অসিনি, লমদম অসিগী ওইনা (চফূ শাবগী নিযম) অসিনা তাকপদি মফম অসিদা লৈবিবা লৈবাকশিং অসি অতৈ অতোপ্পা মফমশিংদগী তৌদুনা শানদে। হাযবিবা মফম অসিদগী পেক্লনা চফূ অসি শাবনি।

হাযবিবা চফূশিং অসি নীংথিনা শাননবগীদমক্তা উনা নান্না ইৎথোক্কুনা শাবা নীংথিনা শাবা ফিট অমা মখাযবোম শাংবা পাক্তক তৌবা মকোক নীংথিনা পানবা (তেপ-তাপ) হাযনা খঙনবা পোৎশক অমগা (নুঙ কে: জি: মখায) অমবোম লুম্বা অনানবা মতুম তাবা নুঙদুম অমগা চঙই। হায়বিবা চফূ অসি শাবা মতমদা নুঙ মতুম অসি খুৎনা পাযদুনা তেপ তাপ অসিগা কোন্ননা খুৎ (যেৎ, ওই) চঙদুনা শেম শেমদুনা চফূ অসি শাবনি।

চফূ অসি শাননবগীদমক্তা লৈবাক থিৎপগী মওং অদুসু (উকু) হাযদুনা উনা শাবা খূদেং ফিট অনিবোম পাকপা ফিট মঙা-তকক শাংবা (উকু) অমগী মনুংদা লৈবাক অদুনা নুঙকূপ খপ্তোক্লগা চাং মান্ননা হাপ্তুনা হাযবিবা লৈবাক অদুদা ঈশিং হৈজিন্দুনা নুমিৎ নিনি চুপ্পা থিৎলগা থমগনি, নুঙজেং অসিগী মমিং লৈজ্রেং হাযনা কৌই। অসুম্না নুমিৎ নিনি ঈশিংদা তিঙদুনা পেৎথোকহল্লবা মতুংদা উনা শাবা শূক অমনা যাম্না পেথনা শুববা মতুংদা নপশিল্লবা মতম অদুদা লৈতুম ওইনা চাওনা তাশিল্লগা অফবা অনানবা উপাক অমগী মথক্তা

থমদুনা খুৎনা মেৎলগা শাগৎলিবা চফূ অসিগী মওং, মতৌ অদু ফজননবগীদমক্তা মথক্তা পঞ্জখিবা (তেপ--তাপ) অমসুং নুঙদুম অনি অসিগী মতেংনা (খুৎ ওই য়েৎ অনি) চঙদুনা পায়রগা য়েথোক য়েশিন তৌদুনা চফূ মওং মান্নবা শেমগৎপনি।

মওং অসুম্না শারিবা চফূ অসি চফূ মচাদগী চাওরবা (চফূ খরুং) ফাওবা শাই, মসি মী অনি চঙদুনা থাংবা ব্বারবা চফূ খরুং ফাওবা শাই অসিগুম্বা চফূ খরুং অসিদি ঈশিং তেকচাও ৭/৮ ফাওবা (চনবা ইশাইফূ) শারিবা অসিনি।

শারিবা চফূ খরুং অসি শাবা লোয়রবা তুংদা নুংশাদা নীংথিনা কংহল্লবা মতুংদা চফূ অসি মৈদা অমুক ইক্কনি। চফূ মৈ ইকপগী মরুওইবা নিয়ম খরা লৈরি। মদুদি মৈদা ইক্কদৌরিবা চফূশিং অদুদি য়াম্না কংবা অমসুং অনানবা মফম শেমদুনা চফূশিং অদু য়াম্বা য়ামদবগী মতুং ইন্না পাক চাওহনগনি, চফূ ইক্কদৌরিবা মফম অদু য়াম্না নানবা অকংবা মফম অমা ওইহনগদবনি।

চফূ থম্ফম হায়বদি ইক্কদৌরিবা মফম অদু চরু অকংবা শন্থি অকংবা য়ান্নরগা চাং মান্ননা ফীখা থাহৌগদবনি। মদুগী মথক্তা ইক্কদৌরিবা চফূশিং অদু মথং মনাও নাইনা অচৌবা চফূনা মখা ইথং থংনা (চাং মান্ননা) লোনশিন্দুনা য়ামদ্রবদা মবোল মরী মঙারোম লোল্লগা হাপ্পুনা ইক্কনি।

চাং মান্ননা মবোল মবোল নাইনা হাপ্লবা চফূশিং অদু য়াম্না চেকশিন্না ঈকোয় কোয়না অহোবা কারক্লচিংবা অমতা লৈহন্দনা য়ারিবা মখে চেকশিন্না হাপ্পা অসিনি। হাপ্পা লোযববা মতুংদা চফূ ইকপা হাযবদি মৈ থাবা হৌবদগীনা লোযবা ফাওবদি মী ৭।দোকপা য়াদ্রে, অহানবা হাপ্লিবা চফূশিং অদু মথং মথং মরোল মবোল চাকহন্দুনা চফূ অদুনা মুন্দ্রিবা ফাওবা মৈ অদু লেপ্তুনা থাগনি। হায়বিবা চফূ অদু মরোল অনিবক, অহুম্লক নমশিন্দুনা মৈ অসি থারগা চফূ অদুনা মুল্লকপা হাযবদি মচু ঙাঙলক্লবা মতমদা চফূ অদু মুল্লে হায়বা খঙই। চফূগী মচু অদুনা মুনা লৈববদি চফূ অদু মুন্দ্রি হায়বা খঙই। অসুম্না মূল্লবা চফূশিং অদু মচু অমুক শঙজিল্লি, মসিনা চফূ অদু কনশিনবগা লোয়ননা মচুসু ফজহল্লি।

চফূ অসিবু মচূ শঙননবগীদমক্তা (ফুহী কৌবা উ পাম্বী) অমগী মকূ অদু খোক্তুনা লৌবগা কূহী মকূ অসি ঈশিংদা তিংথোক্লগা চুমথবকপা মহী অদুনা অশাবা মৈ মথক্তগী লৌবকপা চফূশিং অদুদা (কুহী মহী) অদু চাইশিন্দুনা চফূ অদু মচু শঙজিনবনি। চফূ অদুদা অশাবা কুহীগী মহীনা চুপশিন্দুনা চফূ অসি কনশিল্লি, চফূগী মচুসু যাম্না ফহল্লি। অদুদগীদি হাযবিবা চফূশিং অসি অদুমক শিজিন্নবা য়াবে।

মসিবু ঐখোযনা চফূ ইকপা হাযনা কৌই। অসুম্না ইক্লবা চফূশিং অদুদি ঐখোযনা হৌজিক শিজিন্নবা চফূশিং অসিনি। লমদম অসিগী নুপীশিংগী (খুৎ শা) হৌবগী থবক চফূ শাবা অসিবু অমা ওইবি।

মবম অদুনা ঙসি লমদম অসিদা লৈবা নুপী নহা অহল লমন খাক্তনা চফূ শাবগী থবক অসি হৈনবি অমসুং শানবি। লমদম অসিগী (চৎন-পথাপ) ওইদুনা লৈবি। হৌজিক মৈতৈ লৈবাক মণিপুব পুম্না শিন থুংনা অন্দ্রোনা শাবা চফূ খকং মমিং চৎলি।



নিপানা শা তানবদা শীজিন্নবা লিকং তেন, তা অমসুং পাই

# নিপাগী শিনফম শা তানবা

য়েলহৌঙৈ অঙনবা মতমদগী হৌনা লমদম অসিগী মীওইশিংগী প্রজাশিংগী ওইনা নিপাগী শিনফম লৌ উবা; শা তানবা অমসুং খোই তানবা অসি লমদম অসিগী মকওইবা শিনফম ওইবমই।

নিপাগী মকওইবা শিনফম অমা ওইবিবা (শাতানবাগী) থবক হেন্না থব্রাই য়াওই; লোয়ননা (খোই তানবা) হাযবিবা শিনফম অসিনা লমদম অসিগী ওইবা নিপাগী শিনফমনি। শা তানবদা শিন্নিবম্বা খূৎলাইশিংদি (হূ তৈবা তেন) থাং, তানচিংবনা মক ওইবনি।

মহৌশাদগী লৈবক্লবা লমদম অসিগী (চৎন পথাপ) অমা ওইবনা নহা অহল খাক্তনা লিকং তেন অসি পাযদুনা কাপ্পা অসিদি হৈনৈ অমসুং তেন কাপ্পা মতমদা পায়বিবা লীকং অম্মসুং তেঞ্জৈ মসিদা (মন্ত্র) শোল্লগা (শা কাপনৈ) হায়বিবা খুদম অমা ওইনা চৎনদুনা লৈবি।

ঙগসিদগী চহি ২৫০বোমগী মতমদনি, হাযবিবা লমদম অসিদা লৈবম্বা অহল-লমনশিং অদু অসুক্কী মতিক মহৈ মশিং হৈবমই, শা তানবগী নুংঙাইববা ব্রাবী খবা পনবা যাই।

নোংমগী কোবৌ অমদা লমদম অসিগী অহল অনিনা মশা মশাগী মতিক চাবা খুৎলাই হাযবদি লমদম অসিগী শা তানবদা শাজিন্নবম্বা খুৎলাই লীকং তেন অমমম প যাদনা নোংমাইজিং চীংগী থেনফম অমদা শা তাল্লমই। অহল অসিগী মমিংনা শ্রীচিংঙাখম তোলেন সিংহ কৌই, অতোপ্পা অহল অদুগীনা শ্রীসলাম যুগিন্দ্রো কৌই। হাযবিবা মতম অদুগী হৈ শিংবা অমসুং পাঙ্গল কনবা অমদি মহৈ হৈবা ঙাক্তনি। যুগিন্দ্রোনা শা থৌবমই, হৈ শিংলবা মাযচৌ তোলেন্না শা লুমই। শা অসি তাল্লিবা মফম অদুনা নোংমাইজংগী মফম অমা ওইবিবা থেনফম (শন্থে ইংখোল) হায়না কৌবা মতম অমদা লমদম অসিগী মীশিংনা ইংখোল ওইনা কোইনবম্বা অনকপা মফম অম্মদনি। হাযবিবা

মফম অসিদি অমম্বী লোক্কা তাইনবা (শা কৈ লৈবা) মফম অমা ওইরমই, হায়রিবা অহল অনি অসিনা ইহান হান্না হেক শা থৌবদা (শজি শা) অনি উরমই, যুগিন্দ্রোনা শা লৈরে, থৌদেম্লগা লাওরকই। হায়রিবা মতম অসিদা শা অসি চেনবা ঙমদনা মখোয় অনিমক্কী মমাঙদা চোং চোংদুনা লৈখি। য়াম্না খঙ হৈরবা মায়চৌ তোলেন্না তেন কাপকে তৌই, মদুদি শা অসিদা খুৎলাই থাবা য়ারোই, শা অসি খুৎলাই য়াওদনা ফাগদবনি হায়না লাওরকখি। তোলেন্না মখুৎতা মতিক চাবা খুৎলাই পায়রগা ঙকচাননা ঙাইহাক্তং লেপ্লমই। অদুবু থোইদোক্না থৌশারুবা তৌদনা শা অসিদা মীৎচান্ননা ঙাইহাক্তং য়েংদুনা (লু লূকথদুনা) মীৎ কুপ্তুনা খানা য়েংলমই। অসুম্না ঙাইহাক শা অদুদা মীৎচান্ননা য়েংনরবা মতুংদা সেকেন্দ অনি অহুল্লোম লৈরবা মতমদা শা অসিনা মফম অসিদগী মখোয় অনিবু থাদোক্লম্লগা হায়রিবা মফম অদুদগী ঙম্বমখৈ কন্না চেনখিবমই, তোলেন্না মহাক্কী মরুপ যুগিন্দ্রোদা চৎলশি শা ফারে হায়রমই, যুগিন্দ্রো তোলেনগী ৱাহৈ অসি তাবদা হাইফেৎ ঙক্তক তৌই, শা ফারে চৎলশি হায়বদুনা মখোয় অনিমক মফম অদু থাদোক্তুনা ৱারী শান্নদুনা মখোয় অনিমক য়ুম য়ৌননবা লাকখিবনি।

মখোয় অনিনা ঙসাই চীঙদা তাল্লুবা (শজি শা) অদু মায়চৌ তোলেনগী য়ুমগী নোংপোক থংনা লৈবা ইংখোলগী চিথেক কাচিন অমগী মনাক্তা (শজি শা) অদু শিদুনা লৈরম্বা থেংনরে।

মরম অদুনা হায়রিবা থৌদোক অসিগী ৱাবী অসি তাবদা কনানসু থাজনিংঙাই লৈতে, থাজবগী ৱাংমদা লৈবা ৱাফমনি, হায়না খনগনি, অঙকপনি। হায়রিবা মতম অদুগী লাই গুরুশিংগী মহৈ মশিংদা হৈ শিংবা, হায়রিবা ৱারী মতেক খরা অসিদগী ঐখোয়না খঙবা অমদি থাজবা লৈরে। মদুদি লমদম অসিদা লৈরম্বা মীওইশিং অয়াম্বনা মহৈ মশীং মতিক চানা হৈরমই হায়বসিনি। লোয়ননা পীরম্লিবা ৱারী লীরম্লিবা অসিনা লেঙদ্রবা শাখিনি।

হৌজিক্কী মতমদদি মমাংঙৈগী মতৌগুম্না লমদম অসিগী ওইনা চীঙদা মান্দা অমদি লমহাং তুহাংদা কোয়চৎ চৎতুনা শা তানবা অমসুং খোই তানবগী

থবকশিংঅসি নোংমা নোংমগী অসুম অসুম থাদোক্লবক্তুনা ১০০/গী হিংদা ২০খক ঙাইবে। মবমদি মসি মতমগী খোঙচৎনা লেপ্তুনা ওল্লকপদগী হোংলকখিবা মবম অমনি। মবম অদুনা খোঙনা থাপ্লা চৎলগা শা তানবগী থবক অসি অৱাবা শিনফম ওইবনা থাদোক্লবকখিবা ওইগনি।

মতম অমদা থোইদোক্লা থৱাই যাওনা তান্নবম্বা শা তানবগী থবক অসিনা লমদম অসিগী নিপাগী অথোইবা শিনফম ওইবমই, অদুবু হৌজিক্তি মবক-মবক্তা নাইতোম ওইনা চৎলগা তানবা নত্তনা হান্নগী মতৌগুম্না তান্নখিদ্রে, চাদা ৯০%দি শা তানবনা মকওইবা শিনফম ওইবকই মমাংঙৈ অঙনবা মতমগুম্না তান্নদ্রবসু হৌজিকসু শা তানবা খোই তানবা অসি অদুম লেপ্তুনা তান্নবি, চুম্না মশিং খবা হন্থুজবগী ৱাদনি।

# ইবুঙো পুরৈরোম্বা হরাওবা

মথং মথং লমদম অসিগী অক অকুবা অকুবা চৎনবী পথাপকী ওইবা থবক থৌবম কযামকম পাঙথোকখ্রে। অসিগী মতুংদা লমদম অসিগী ওইনা লৈবিবা মতিক মগুন চাওববা ঈশ্বৰ ঐখোয পুম্নমকপু ঙাকপী শেনবীবিবা ইবুঙো পনম নিংথৌগী মযাম্বনি হাযবিবা ইবুঙো পুবৈবোম্বা হবাও তযাম্বগী থবক থৌবম অমসু চাওনা শকক যাদুনা লাক্লি।

ইবুঙো পুবৈবোম্বা হবাওবা অসিদি মক ওইনা কালেন থাদা ওইগনি, অতৈ অতোপ্পা থাবান্দা যাদে, ইবুঙো পুবৈবোম্বা হবাও তযাম্বগী অকক্লবা মতম অদুদি চহিগী ওইনা কালেন থাগী থাচৎ ১১নি (তবামাথোইনি) পানবা নত্রগা ১৩নি পানবা থাচৎকী নুমিৎশিংদা লেপ্তুনা লমদম অসিগী ওইনা লৈবিবা মাগী মাগী শাগৈগী উমংলাই সেবা তৌদুনা লৈবিবা শক্লাইববা ঈশ্বৰ উমংলাই তবাহুমদোইনা মথং মনাও নাইনা ফম্লগা চাওনা শকক যাবি।

মাগী মাগী শাগৈনা লাৎলিবা উমংলাইশিং:-

১। অহানবদা শকুংবম শাগৈগী ঈশ্বৰ - পুবৈবোম্বা

২। অনিশুবদা শকফম শাগৈগী ঈশ্বব - চীংসোম্বা
৩। অহুমশুবদা অশৈবম শাগৈগী ঈশ্বব - পনম নিংথৌ
৪। মবীশুবদা ফানজাওবম শাগৈগী ঈশ্বব - সনাহোঙবা
৫। মঙাশুবদা থোকচোম শাগৈগী ঈশ্বব - কোবৌহনবা
৬। তরুকশুবদা যুমখাইবমগী ঈশ্বব - চংনিংলৈমা
৭। চীংঙাখম শাগৈগী ঈশ্বব - থোঙলেন লাকপা
৮। চিংঙাখম শাগৈগী ঈশ্বব - শঙলেন লাকপা
৯। নিংথৌজম শাগৈগী ঈশ্বব উমং লাই মৈবা থানবী
১০। শগোলশেম শাগৈগী ঈশ্বব - পেংব্রোৎ লাই
১১। পুথেম শাগৈগী ঈশ্বব উব্রান লাকপা
১২। হৈক্রুজম শাগৈগী ঈশ্বব লাই সোবাবেল
১৩। সলাম শাগৈগী ঈশ্বব - উমং লাই পেনা খোংবা অসিনি।

মথক্তা মথং মনাও নাইনা লৈবিবা উমং লাইশিং অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী নহা ওইবা তবাহুমদোইগী অতোনবা লাই অসি পেনা খোংবা হায়না খঙনবিবা অসিনা খ্বাইদগী অতোনবনি। অদুগা উমংলাইশিং অসিগী মাগী মাগী শাগৈগী ওইনা লৈবিবা উমংলাই অসিগী মনুংদা চিংঙাখম শাগৈগী ওইনা উমংলাই অনি লৈবি মদুদি অহানবদা থোঙলেন লাকপা অনিশুবদা শঙলেন লাকপা অসিনি। শঙলেন লাকপা অসিদি মমাংঙৈ অঙনবা মতমদা হিজম শাগৈদা চিংঙাখম শাগৈগী নিংঙোলনা মযুম পান্দুনা লৈখিবদা উনখিবা ঈশ্ববনি, হাযবিবা চিংঙাখম নিঙোল অসিনা লৈখিদ্রবা মতুংদা চিংঙাখম শাগৈদা হর্জিনখিবনি। হৌজিক চিংঙাখম শাগৈগী অশেংবা উমং লাই (শঙলেন লাকপা) অসি শ্রীচিংঙাখম পুবনো সিংহনা সেবা তৌবি।

ইবুঙো পনম নিংথৌ অসি হবাওবা মতমদা উমংলাই অতোপ্পা অমতা যাওবা যাদে, ইবুঙো পনম নিংথৌ মতোমতা নাইতোম ওইনা হবাওবনি।

ইবুংঙো পুবৈবোম্বা হবাওবা কালেন থাদা হবাওগনি, কবিগুম্বা মতমদা ইবুঙো পুবৈবোম্বা ঈশ্বব অসিগী হবাওবা ঙমহৌদবা হাযবদি হবাওদবা চহি

অদুদি ঈশ্বরগী হৰাওবা শকপা ওইনা মাগী মাগী লাই অসিগীদমক্তা চাক্লোং কৎপগী থবক অমা তৌই, মসিবু লাই হৰাওবা শকপগী চাক পীজবা, চাক্লোং কৎপা হাযনা খঙনৈ, হায়বিবা থৌবম অসিদি হৰাওবা ঙমদবা চহি অদুদা ইমা মাইবীশিংনা পাঙথোকপা থবক থৌবম অমনি।

ইবুঙো পুবৈবোম্বা হৰাওবা মতমদা কনা কনানা মরুওইনা শরুক যাবগে হাযবা অদুগী লাই পান্নবিবা মাগী মাগী লাইশিংগা লোযননা উমংলাই তবাহুমদোইগী মাইবী তবাহুমদোইনা চাওনা শরুক যাবি।

ইবুংঙো পুবৈবোম্বগী হৰাওবসু নুপীনা নাহোং অবাংবা ফনেক ফীমু শেৎকনি। ফম্নাইবশিংনা খেমজি ফুবিৎ কোযেৎ যেৎকনি। খঙজেল মচাশিংগীনা ফুবিৎ অঙৌবা, ফৈজোম অঙৌবা লোযননা খৌবোল লোনগনি। লোযননা খুলগী মাযকৈদগী খুল্লাকপা ফম্নাইবা তবেৎ লোযননা নিভোল্লাকপা; লৌমীবাকপা, লৌমীহিতং, খাভম লাকপা খাভম হিতং পুন্নমক অসিনা শরুক যাবগা লোয়ননা হৰাওই। হাযবিবা মাইবী তবাহুমদোই অসিদি হৰাওবা মনুং অদুদি অযুক খুদিংগী ঈকজদুনা লাকপা লাই যাকৈবা অসি তৌগনি। লাই যাকৈবা লাকপা ইমা মাইবীশিংনা মাগী মাগী শাগেগী উমং লাইশিংবু যাকৈবা লোযননা (হৈ লৈশু) কত্তুনা যাকৈবা অমসুং মরুওইবা ওইনা যাকৈবদা কৎনবিবা লৈ অদুদি লাংথ্রে; অমসুং নোংপোক্লে হাযবিবা লৈ মখল অনি অসিনি। লাই যাকৈবা মতমদা পানাগী অখঙ অহৈশিংনা বাঁশি অমসুং পেনা খোংবগা লোযননা যাকৈবা অসিনি।

লাই যাকৈবা অসি লোয়ববা মতুংদা মাইবী লাই সেবা তৌবিবশিংনা মাগী মাগী যুম যুমদা অমুক হন্নখিগনি, চাক ঈশিং চাববা মতুংদা নুংথিলগী ওইনা অমুক লাইফম অসিদা লাক্তুনা শরুক যাববা অসিনি। নুমিৎ খুদিংগী নুংথিল পুং অমদগী হৌই । নুমিদাংগী ওইনা লাইশিং অসি শঙবদি উমংলাই অসিগী খ্বাইদগী মকোক ইবুঙো পুবৈবোম্বগী লাই পান্নবিবা লাই মনাই অসিনা অহিং নুংথিল যূমদা হন্দনা অদুমক শঙগনি, অতোপ্পা ফম্নাইবশিং, ইমা মাইবীশিং, নিঙোল মচা, খঙজেল মচাশিং লোযনমক মযুম মযুমদা অদুমক হন্নখিবা অসিনি।

মরম অদুনা ইবুংঙো পনম নিংথৌ হরাওবা অমদি ইবুঙো পুরৈরোম্বা অনিগী হরাওবা অসি চাওনা খেন্নবা লৈরি। ইবুঙো পনম নিংথৌ হরাওবা মতমদা লাই অসি শঙবদা খঙজেল্লাকপসু পনম নিংথৌগী লাই শেন্নরিবা লাই মনাইগা লোয়ননা শঙগনি অদুগা ইবুংঙো পুরৈরোম্বগীদি লাই মনাই খক্তনা শঙবা অসিনি। ফম্নাইবশিংগী নিয়মনা হরাওবা মতমদা মাগী মাগী ফমগী মতুং ইন্না ফিরোলশিং তোঙান তোঙান ফিজোল অসি শেত্তুনা হরাওবা অসি শরুক য়াবা অসিনি।

ইবুঙো পুরৈরোম্বা হবাওবা অসিসু য়ামদ্রবদা নুমিৎ ৯নিদগী ১৩নি ফাওবা পাঙথোকই, অসুম্না হরাওবা হৌখিবা নুমিৎ অদুদগী পারগা নুমিৎ মঙানি শুবা চনবা নুমিৎতা (লাই মপাম শঙয়েংবা) হায়দুনা মাগী মাগী লাইবুগী মনাইশিংনা মাগী মাগী ময়ুমগী খুভম অদুদা অমুক পুথদুনা মপাম শঙদা থম্লুরবা তুংদা নুমিদাংৱাইরযমদা অমুক বাঁশি পেনাগা লোয়ননা হরাওফম লাইমাঙদা অমুক হম্না লেঙখৎলক্কুনা মাগী মাগী খুভমদা লেঙশিন্দুনা থমগ্নি, মঙানি শুবা নুমিৎতা মাইবীশিংনা মপামদা কুমদুনা অমসুং পুদুনা লেঙশিল্লুবা অসিবু লাই মপাম শঙয়েংবা হায়না কৌই।

ইবুংঙো পুবৈবোম্বা হরাওবা মণিপুবদা লৈবা মীপুম খুদিংমক চঙদুনা যেংবা যাই, অথিংবা লৈতে। করিগুম্বা হবাওবা অসিদা উৎনিংবা হৈজবা খুদিংমক চীংমী-তম্মী, মৈতৈ, ময়াং, খাক্তনা উচ্চবা য়াই, লোয়ননা য়েংবসু য়াই ইবুঙো পুবৈবোম্বা হরাওবগা ইবুঙো পনম নিংথৌ হরাওবগা অনিগী খেন্নবা অদু অসিনি।

লাই হরাওফম অসিগী অকোয়বা লাইমাঙগী খা থংবা শরুক্তা লৈরিবা কা খাক্কুনা থল্লিবা অসি ফমদৌ নিংথৌশিং অমদি ফম্নাইবশিংগী ফম্ফম মফম পরেং পবেং অদুনি।

ফম্নাইবা তরেৎকী ওইনা মাগী মাগী ফম্ফম মনাক মনাক্তা সনাগী ক্বাকোক কেপ অমমমসু খিন্দুনা থল্লি; থল্লিবা ক্বাকোকশিং অসি সনা ক্বাকোক; লুপা ক্বাকোক হায়না মমিং থোক্লি।

সনা ক্লাকোক লুপাগী ক্লাকোকশিং অসিদা সনা লুপাশিংসু হাপ্লে, মদুদি হবাওবদা জগোই ঈশৈনচিংবা উৎপা মতমদা ক্লাকোকশিং অসিদা য়াওবা পৈশা লৌথোক্লুনা থাবসু চৎনৈ। সনা ক্লাকোক, লুপা ক্লাকোক খিন্দুনা থম্বগী মরম অসিনি। অকক্লনা উৎপা লাইগী থেবীরমশিংদা মাইবীশিং অমদি পেনা খোংবশিংগী নুমিৎ খুদিংগী উৎপশিং অদুদি :

- ☐ মাইবী জগোই শাবা
- ☐ লৈশাবীশিংগী ইনাৎ জগোই শাবা
- ☐ লাই য়াকৈবগী মাইবীগী জগোই অমসুং পেনা খোংবা
- ☐ মাইবীগী ঙা খোনবা থৌবম।

মথক্তা পীবিবা থৌবম পবেং খবা অসিদি নুমিৎ খুদিংগী চাং নাইনা পাঙথোক্লিবা থৌবমশিংনি। অতোপ্পা লমশিংদগী লাকপা অমদি ঈশৈ জগোইনচিংবা উৎপগী থৌবমশিং অদুদি পানাশিংনা মখোযগীদমক্তা তোঙান্না পৈশা থাবিবা অসিনি। হাযবিবা জগোই ঈশৈশিং পুম্নমক উৎপা লোযববা মতুংদা নুমিৎ অদুগী লোইশিল্লকপগী থৌবমশিংদা মাইবীশিংনা ঙা খোনবগী থৌবম অবোইবা ওইনা পাঙথোক্কনি; মদুদি মাইবীশিংনা ঙা তুঙ্গোল, লোংনচিংবা পাযদুনা মখাগী অসুম্না হাযবগা ঙা খোনবগী থৌবম হৌবক্কনি।

হো লাইনিংথৌ মনাইশা;
লাইগী ঙা খোল্লসে;
লাইগী ঙা খোল্লসে;
অনিবক কৌবগা হায়বক্কনি,
হো লাইবেম মনাইশা
ইবুধৌগী ঙা খোল্লসে, ইবুধৌগী ঙা খোল্লসে ।।

অসি হাযবগা লোযননা লাই মনাইনা ইমা মাইবীগা লোয়ননা ফম্নাইবশিং অমদি পানাশিংদা অমুক ওনশিন্দুনা লাইরেম মনাইশা লাইগী ঙা খোল্লসে, অদুদগীদি ফম্নাইবশিং পুম্নমকসু খোল্লসে হায়না হাযবগা লোযননা

ঙা খোনবগী থবক অসি তৌই। অসুম্না মাইবীনা লোং অমসুং খ্বাংদা তুঙ্গোল য়াম্দুনা কোকশেং শেক্নুনা ঙা তানগনি। ইবুধৌশিংনা ইমা মাইবী কবি লকই হংবদা (ঙমু মরেং থোনবা লকই) ঙা ওক্লবা ফারে; মাইবীনা অমুক হন্না ইতাইরেমশিংগীদি করি ঙা লকপগে; ঐখোয়গীনা মহেল্লে, ৫,পংবা ঙাহৌ উকাবী মরেং থোনবা লকই। অসুম্না ঙা ফারবা মতুংদা পুন্না লাইদা ঙা কৎপগী থৌরম অসি নুতিগী পাঙথোকই। মসিবু লাইগী ঙা খোনবা কৌই। লাইগী ওইবা লোলনি।

ঙা কৎলবা মতুংদা খঙজেল মচা নিঙোল মচাশিং পুন্নমক লাই চনশিনবগী লাইবৌ জগোই শাবগা লোয়ননা খঙজেলশিংনা নিঙোলশিংগী তুং ইন্দুনা লাইমাঙ অসি অহুন্নক চৎলগা লাইবৌ জগোই শাবগা লোযননা হোই লাওবগী মওং অসি তৌই। হোই লাওবগী মওংদি হা হা হোই হোই লাওবদদুম ওাওশিন্নসেকো ! হৈয়ু থে খুৎলাই থাঙ; হা হা হোই হা হা .... লাইগী মবোল অসুম্না লাওদুনা নুমিৎ খুদিংগী হরাওবা অসি লোইশিল্লি।

অসুম্না নুমিৎ তরানি চুপ্না হরাওববা মতুংদা লোয়শিনবগী ও ইনা তবামাথোইনি শুবা নুমিৎতা (পাও শোনবা) হাযদুনা লাইগী ঈশৈ শক্কনি, লাই ঈশৈ শকপা অসিবু পাও শোনবা হায়না কৌই (চকপা লোন্নি) লোযননা হাযবিবা নুমিৎ অসিদগী লাই ফীরুক খুমখ্রগনি। লাই ফীরুক খুমখ্রবদি লাই হবাওবগী থৌবম লোয়বে। পানাশিংনা লাই ঈশৈ অসি হল্লগা খঙজেলশিং অমদি ফমশিং পুন্নমক্না ঈশৈ অসি খুমদুনা খুবাক খুদুনা লাইমাঙ অসি কোয কোয়বগা শক্নুনা চৎপনি। মসিবু লাই ঈশৈ শকপা কৌই। লাই ঈশৈ শকপা, পাও শোনবা অসি নুমিদাং পুং ৯ (মাপন)দগী পুং ৪ (মরী) ফাওবদি শক শোনগনি, (পাও শোনবা) অসিদা লাক্নবা খঙজেল অমদি নিঙোল মচাশিং পুন্নমক মতিক চাবা ব্রকোং তৌনৈ, হায়বদি য়াওদবা য়াদে।

পাও শোনবা ঈশৈ শকপা লোয়রবদি খঙজেল মচাশিং অমদি নিঙোল মচাশিংনা মাগী মাগী ময়ুম ময়ুমদা হন্নখিগনি। তরাহুমদোইশুবা নুমিৎকী নুমিদাংদগী তিনমু ফত্তবা লাইমু ফত্তবশিং লাই অসি হবাওবা য়েংবা লাকই

হায়দুনা লৌনৈ। মরম অদুনা ফত্তবা লাইমু তিনমুশিং লৈরক কোঙ্গাংদা, খোংবান লুকপান্দা লৈহৌবা ফত্তবা লাই তিন তাম্পোকপগী থবক থৌরম অমসু পাঙথোক্কনি। লাই তাম্পোকপগী থৌরম, তিনমু ফত্তবা লাইমু ফত্তবা, খোংবাল লাই তিনখাকনচিংবা লোত্তুনা লৈহৌরবদি খুলগী মীশি-মীনা থোক্কল্লি হায়না মপান্দা লৈবা ফত্তবা লাইয়াম তাম্পোকপগী অচৌবা থৌরম অমনি, মসি খঙজেল মচাশিংখক্তনা নুমিৎ হুম্লি চুপ্পা পাঙথোকপা থৌরমনি। নুমিদাংগী পুং ৭তগী পুং ৯ ফাওবা নুমিৎ হুম্লি অসি লেপ্তুনা খুলগী ময়ায়দগীনা লৈরক লম্বীগী মতাই খুলগী মতাই ফাওবা পুং সেল য়েদুনা তাম্পোকপা অসিনি। নুমিৎ হুম্লি শুনা তৌগনি, হুম্লি শুবা নুমিৎতা তোক্কনি। মসিবু তিনমু লাইমু ফত্তবশিং তাম্পোকপা লাই তানবা হায়না কৌই।

# মাইবী চাক্লোং কৎপা

ইবুঙো পুরৈরোম্বা হরাওবা অসি চহি চহিগী ওইনা হরাওবা ঙমদ্রবদি, উমংলাই তরাহুমদোইগী মাইবী তরাহুমদোইনা চহি খুদিংগী হরাওবা শকপা ওইনা চাক্লোং কৎপগী থবক থৌসনম অসি ইবুঙো পুরৈরোম্বগী খুভমদা কখোক্কনি।

মাইবী চাক্লোং কৎপগী থবক থৌমর অসিদি খুলগী খুল্লাকপা অমসুং ফম্নাইবশিং শুদ্রবসু মাইবীশিং খরনা খঙজেল্লাকপগা লোয়ননা পাঙথোকপা যাই। চাক্লোং কৎপগী থবক থৌরম অসি লাইগী ওইনা (ওক অমুবা) লাবা শাইরেল কৎকনি। হায়বিবা থবক থৌরম অসিগীদমক্তা মাইবী তরাহুমদোইনা অচঙবা খুদিংমক পুথোক্তুনা শেম শাগনি, লোয়ননা অচা অথকশিং পুম্নমক অসি (ইবুঙো পুরৈরোম্বগী) শঙলেন (খুভমদা) কৎকনি।

মাইবী চাক্লোং কৎপগী থবক থৌরমদা অচঙবশিং অদু খুলদগী অমতা খায়দে; মাইবী মশেলনা খায়নরগা পাঙথোকপনি। মাইবী চাক্লোং কৎপগী মরু ও ইবশিং অদু মথক্তা পীরিবা অসিনা চাক্লোং কৎপগী অচৌবা চৎনবীনি।

# পুয়া খরগী ৱারী

## মালেম নোংখোঙ কোয়বা

ঙসিদগী চহি চা লিশিং কয় অমদি অঙনবা কনা খঙদা উদ্রিঙৈদগী হৌনা লৈরক্লবা চাবোল শুবোল কয়া কয়া হৌত্রবা মতমদগী লমদম অসিদা মমিং চৎপা শিংথানবা য়ারবা অরিবা পুয়াগী ওইবা লাইরিক কয়াসু লমদম অসিদা লৈরম্লি। মখোয়শিংগী মনুংদা শীংথানবা য়াবা লাইরিকশিং অদুদি :

চীংখৈ ঙম্বা; ☐ পাৎয়া তময়া; লৈথক লৈখারোল; ☐ আমা বুধি; ☐ নুমিৎ কাপ্পা; লোয়নবা ☐ মালেম নোংখোঙ কোয়বা ☐ হায়না কৌবা পুয়াগী অবিবা লাইরিকশিং অসি লমদম অসিদা লৈবা লাইরিক ঙাক্তনি।

মথক্তা পীজবিবা মমিং চৎপা লাইবিক খরা অসিগী মনুংদা ' মালেম নোংখোঙ কোযবা' হাযবা পুয়া অসিসু অমনি। হায়বিবা লমদম অসিদা লৈজবম্বা পুযাগী লাইবিকশিং অসি ঐখোয়না (অইবনা) থিজিনবদা অসুম্লা ইবম্বা



লমদম অসিদা লৈবম্বা পুযাগী লাইবিক অমসুং কোর্বাক

থেংনবি; মদুদি: ঐকোয় মীওইবনা সমাজ অমা পুনশিন্দুনা লৈবল্লিবা অসি জগৎ অসিদা (যুগ) মবী অসি শেমদুনা লাঙোন লাঙোন ওইনা যুগ অসিদা অমমমনা লাঙোন অমমম ওইদুনা পাল্লকই হায়বসিনি। হায়বিবা কোয়না চৎলগা ইবা পুযাগী লাইবিক (মালেম নোংখোঙ কোয়বা) হায়না মিংথোনবিদুনা ইবীবমই; শক তাবিখ, অইবগী মিংসু যাওবা থেংনদে; লাইবিক অসিদা পল্লিবা যুগ মবী অদুদি : ১। হয়িচক ২। হৈয়াচক ৩। লাংবচক ৪। খুনুংচক; মৈতৈ মযেক্তা অসুম্না ইবগা থম্বীবমই।

হায়বিবা যুগ মখল মবী অসি লৈবমই তাকপিবি। মালেম নোংখোঙ কোয়বা লাইবিক্তা পল্লিবদি লাইবিক অসি মালেম লৈমাযথক অসি কোয়না থুংনা চৎলগা ইবনি হায়না পনবিবম্বা মায়চৌ ॅলাইওইখ্রবা সলাম উমা সিংহনা তাকপিবম্বনি, মীওইবা ঐখোয়না পুন্না হিংমিন্নদুনা লৈবিবা সমাজ অসিদা (লাঙোন যুগ) মঙা তবা থোক্লা খায়দোকপা লৈতে; (যুগ লাঙোন) মবী অসিতমক পুযাগী লাইবিক অসিদা ইবি তাকপিবম্মে।

চহি চা কুমশিং কয়া কয়ানা হৌখিদুনা অহোংবা অ ওনবা শায়োন কয়ানা লোইখিবগা লোয়ননা, যুগ মবী অসিগী ইবোই লোয়বা খুনুংচক হায়বদি (মীগী যুগতা) কলি যুগ অসি থোন্দুনা লাকখিবনি। খুনুংচকতগী কলি যুগ ওইনা লাঙোন লাক্নুনা কলি যুগ অসিনা লোয়ববা মতমদা খুনুংচক্তা অমুক হঞ্জিল্লক্কনি! হায়না পুযাগী লাইবিক অসিদা পনখৈ মঙা শুবদা ইবি তাকপিবম্মে।

লাইওইখ্রবা, খুল্লাকপা উমা সিংহ অমদি তুলেপিৎনসু অসুম্না মান্ননা তাকপিবি। মদুদি মীওইবা ঐখোয়না হিংদুনা ঙসি নুঙাইনা লৈবিবা মালেম পৃথিবী লৈমাযথক অসি নোংমদি উৎ ওন্দুনা শোয়দনা মাঙখিগনি ! মদুদি কলি যুগ কী মতমদা মাঙগদৌবিবনি, মথং মথং লোয়খিদুনা কলিগী অবোইবা লাঙোন দদি (খণ্ড প্রলোয়) অসিগী লাঙোন লাক্কদৌবি; হায়বিবা যুগ অসি মীওইবগী খ্বাইদগী অব্রাবা যুগ অমা ওইগদৌবি হায়না মায়চৌ অসিনা কাওফদে তাকপিবম্মে।

মায়চৌ অসিনা মখা তানা তুংগী মীরোলশিংদা ময়েক শেংনা পল্লিবা অদুদি হায়রিবা যুগ অসিদি খম থেংলবা মতমদা ওইগনি, তাঙক অঙকপা থৌদোক ৱাথোক্পা অমদি অকি অখঙ কয়া মায়োক্নগদৌরি; মীনা মীবু শীংথানরোই; লম্বী চৎনা চৎনা পংথরগা শিগনি ! (মপা মচা) মচিন মনাও অমতা (মশক খঙনরবোই) মরুপ-মপাং মপা মচা কনা অমত্তগা লোয়নববোই, ইমাঙথোংদা কৌবা ইনিংথোঙদা তাররোই ! ইনিংথোঙদা কৌবনা ইমাঙথোঙদা খুন্নরোই ! হায়রিবা যুগ মতম অসি য়ৌরক্লবদা মালেম লৈমায়থক অসি নীক্তুনা খাঙগনি, লোয়ননা লৈমায়থক অসি তুম্না মুৎপা য়াবা (খণ্ড প্রলোয়) কৌবা লাঞ্জাও অসি লাক্কদৌরি। পাওমেনবিরম্মে।

যুগ অসি য়ৌরকপা মতম অদুদা নোংপোক থোঙ হাংগনি, নোংচুপ থোঙ্গদি লোনগদৌরি; নোংচুপ থোঙ লোনগদৌরিবা মহাক অদুদি হাওরৈ নোংপোক পাংবদগী ফিঙাং শেৎলগা লাকপা নিংথৌমচা অমনা লোনগদৌবিবনি, চেংলৌ শক চুদা হেল্লবা মতিক মগুন চেনবা নিংথৌমচা অসিনা মশক লোৎপা খোঙলোই খুৎপু অমগা লোয়ননা শায়োল্লগা হাওরৈ নোংচুপ পাংনা লাক্কদৌরি। "পুলৈ লোক্তা তাবা শামু য়াইশা লাবা অঙৌবা অমা তোংলগা লাক্কনি" নিংথৌমচানা তোংলকপা শামু য়াইশা লাবা অসিদি অতোপ্পা জীব অমতনা শোকপা অমসুং থেংনবা ঙম্লোই। নিংথৌমচা অসিনা লাকপা মতমদা মশক লোৎপা শক খঙবা ঙমদবা শায়োন (লিশিং লিশিং ওনবা ঙম্বা হিংচাবগী শক্তম ও ইবা (জীব লিশিং অমনা থৌগল্লগা লাক্কনি) কনাগুম্বা মীওই অমতনা নিংথৌমচা অসিবু মায়থিবা পীবা ঙম্লোই তাক্লম্মে। নিংথৌমচা অসিনা লাক্কদৌরিবা থা অদু ফাওবা পল্লমই, মদুদি (ফাইরেন থা)দা শোয়দনা লাক্কনি, চহিদি পন্দে; নিংথৌ অসিনা তোংলকপা শামু য়াইশা অসিদি (ক্যামা ইংখোল) কৌবা চওইপোকপীদা হৌরিবা পায়ু পামেল (কোনা পাম্বী) মখোঙদা পুল্লগা থল্লমগনি, মহাক্না লোয়নরকপা থৌগনবশিংগা লোয়ননা নোংচুপ পাংনা সনা খোঙলেংলক্কনিয়ে।

শামু য়াইশা অসিবু পুন্দুনা থল্লল্লবা মতুংদা নিংথৌ মচা অসিনা মহাক্কী থৌগনশিংগা লোয়ননা মথং মথং হাওরৈ নোংচুপ পাংনা লাক্লগা (অন্দ্রো

হার্যবিবা খুঙ্গং অসি য়ৌবক্কনি) নিংথৌমচা আসনা অন্দ্রো খুল অসি য়ৌবকপা মতমদা অন্দ্রো খুলদা লৈবিবা মৈ হৌফম শঙলেন)গী পানা (লোযশঙ খুম্মলেন্দা) লৈবিবা মৈহৌফম শঙলেন্দা চঙদুনা ইবুংঙোগী থৌগন তৌবগনি! লোয়ননা শঙলেন অসিদা লৈবিবা ঈশ্বর ইবুঙো পনম নিংথৌগী পুঙজাও অসি যৈবগা লাল হৌবক্কনি। নিংথৌমচা অসিনা মীৎনা য়েংবদা মালেম পৃথি লৈমায়থক অসিদা লৈবিবা জীব পুম্নমক ঊৎ ওইনা তুমদুনা মাঙগনি, লোযননা নিংথৌমচা অসিনা মাযকৈ চিথেক মবীমক্তা কোযনা চৎলগা লান্দাকববগা অমুক অন্দ্রো খুলগী মৈ হৌফম লোযশঙ শঙলেন্দা চঙদুনা পুজা তৌবগা লাল অসি লোযশিনগনি মখা তানা তাকপিবি।

নিংথৌমচা অসিনা নোংচুপ মাযকৈ থুংনা চত্তুনা লান্দাকববা তুংদা মহাক্কী সনা সঙ্গাইদা খোঙলেঙলকপা মতমদা (অশুকপা উমং ব্রামং, চীং পাৎ, তুবেল)নচিংবা কযা কযা লান্দুনা ফাওবক্কুনা লাকপা মতমদা (সনচিং, নোংমাইজিং) চীংজাও অসি ফাওবগা লাক্কনি।

নিংথৌমচাদুনা হার্যবিবা চীংজাও অসি ফাওবগা লাকপা মতম অদুদা চীং অসিদা মণি ওইনা ঙান্দুনা হৌবিবা (শিদ হিদাক পাম্বী অসিগী মখোঙদা পোখাবগনি, লোযননা হাযবিবা শিদ হিদাক পাম্বী অসি নিংথৌমচা অসিনা ফূক্লগা মহাক্কী সনা সঙ্গাই (কোনুংদা) পুখিগনি, মহাক্কী খোঙলোই ওইবিবা শক্লোল কযা কযা পুবিবা হিংচাবশিং অদুনা লান্দা শিবা মতমদা (শিদ হিদাক) অসি থাদুনা হিংগৎহনগনি।

নোংমাইজিং চীংজাও অসি সনচিং হাযনসু মিংকৌনৈ, হৌজিক মণিপুরগী মীযাম পুম্নমক্না মহাদেবা, নোংপোক নিংথৌগী খুভম বাকনি চীং হাযনা খঙনবিবা চীং অসিনি। হার্যবিবা চীং অসিদা হৌজিক ফাওবা (শিদ-হিদাক) হৌদুনা লৈবি; হাযনা লমদম অসিগী অখঙ অহৈশিংনা তাকপিবি। লোযননা নিংথৌমচা অসিনা লান ঙমদুনা মথং মথং হল্লকখিগনি, মালেম পৃথি লৈমাযথক অসিদি লৈবাক্না দোশি ওইদুনা ঈশিংনা থাউ ওল্লগা চাকখ্রগনি, হার্যবিবা মতম অদুদা মালেম অসি (উৎকী ঊৎ) ঙাক্তা ওইবগনি।

চাওববা লাঞ্জাও খণ্ড প্রলোয লাক্কুনা লোযববা তুংদা মালেমগী অমতা ঙাযবা ঈশ্বর মহাক্কী খুৎশেম্না ইনৌ নৌনা অমুক হন্না শক্তি লৈববা মী তবেং হাযবদি তম্বা নিপা তবেং ফাওবক্কুনা অমুক হন্না মালেম লৈমাযথক অসিদা খোঙদাবক্কুনা লৈশেম নোংশেমদুনা পানবা হৌবক্কনি।

হাযবিবা তম্বা নিপা তবেৎ অসিদি শক্তি লৈবা লাইনিং পবে চেৎপা মবমনা (নুপী অঙাং শুনা ফংগনি তাকপিবি) হাযবিবা নিপা তবেৎনা শম্পোৎ খুৎলং তবেৎ শেমদুনা খুৎতা লাংগোল পাযদুনা মালেম লৈমাযথক অসিদা খোইদুনা ইনৌ নৌনা মহৈ মবোং থাদুনা অমুক হন্না খুন্দা লৈতাবক্কুনা লৈশেম নোংং,শম্বা হৌবক্কনি। শক্তি লৈবা নিপা তবেৎনা মালেম অসিদা হিংদুনা লৈবা মতমদা মালেম পৃথি লৈমাযথক অসিদি শিন থুংনা (ভুট প্রেটকী যাকাবুং ওইবক্কনি), লোযননা অহিং নুংথিল খাযদনা (থাউমৈ মৈবা মৈনম থান্দুনা ব্রানা খাওগনি, চৎপা খুদিংদা মৈবা থান্দুনা চৎকনি! মৈবু থাদোক্লবদি অশিবগী খাযাৎতা তাগনি ' লোযননা (ধ্যান) পুন্নমক কাযগনি।

কোবাও কৌবা উ পাম্বী অমনা মখোযগী যুম শাগনি, কংগ্রাইবী কৌবা উনা চৈশু শাবগা শুদুনা চৎকনি, নত্রবদি হিংদুনা লৈবা ঙমলোইযে। যুম অদু থুমলা কৌবা পাম্বীগী মশানা কুপকনি; পোথাফমদি পামেল কোনা পাম্বী মখোঙদা ওইগনি। কাওফবোইযে।

মথক্তা পঞ্জুখ্রিবা পুযাগী শন্নপ্পা খবা অসিদি (মালেম নোংখোঙ কোযবা) পৃযাদা মবিক চুম্না তাকপিবমই, অদুবু লাইবিক অসি কুইমনখিবনা পত্তুনা মযেক পাবা যাখিদ্রে, হান্না মমাঙদা লৈবম্বা হৌজিক্তি লাইওইখ্রবা মাযচৌশিংনা ভুংদা লাকপা মীবোলদা অমদি চাবোল শুবোলদা মথং মথং পাবগা পীবিবম্বনি। মালেম নোংখোঙ কোযবা হাযনা মিংথোনবা পুযাগী লাইবিক অসি কবম্বা যুগতা অমদি চহিদা মাযচৌ কনানা ইবম্বনো হাযবসি খঙনখিদেয; হৌজিক লাইবিকসু ফংখিদ্রে, হাযবিবা মতম অদুদা লৈবম্বা পৃযাগী লাইবিক অসি হাওবৈ নোংপোক পাংনা পাইখিসু তাকপিবমই, অখঙ-অহৈ খবনা হাযবিবা ল্যাইবিক অসি অন্দ্রো খুলগী লোযশঙ ইবুঙো পনম নিংথৌ)গী খুভম সাইকোন মনুংদা লুপখি। (মালেম নোংখোঙ কোযবা)

# চকপা মৈতৈ অরিবগী যুমশা

ঙসিদগী চহি লিশিং কযা লিশং শিৎনা লমদম অসিদা লৈবকপদগী হৌনা লমদম অসিদা লৈবা প্রজা মীওইশিংগী লৈননবা যুম শাবগী মওং অসিদি মখল কযাগী মওং তোঙান তোঙান্না শানবমই।

লমদম অসিদা খুন্দাদুনা লৈরিবা মীওইশিংগী তোঙান তোঙানবা মওং কয়া লৈরবসু মীপুম খুদিংমক্না শাবা মতমদা য়ুমগী মমায়শিং অদু নোংপোক মায়কৈওল্লগা শাবা ঙাক্তা ওইনা তৌই। অদুবু (অরিবা য়ুম) মওং অসিগী মমিংদি (অন্দ্রো সনা পোকপা চকপা মৈতৈ অরিবা য়ুমশা) হায়না কৌই, হায়রিবা মওং অসিদি তুংদা লাক্কদৌরিবা মীরোলশিং অমদি চারোল শুরোলশিং ফাওবদা মুৎপা লৈতনবা মওংনি।



লমদম অসিদা শারিবা অরিবা মৈতৈ য়ুম

অঙনবা মতমদগী হৌনা হায়রিবা লমদম অসিদসু (উনা ৱানানা) কুপ্পুনা লৈননবা য়ুম শারম্বগী প্রমান ফংই ! (উনা ৱানানা) কুপ্পুনা শারিবা য়ুমশিং অদুসু থোঙদি নোংপোক ওল্লগা ফাৎপা ঙাক্তনি।

মফম অসিদা খুন্দাদুনা লৈবা হৌরকপদগী শান্নরকপা য়ুমগী মওংশিংদি মখল মখা কয়াগী মওংদা লৈরমই ! মতৌ অসুম্মা মথং মথং চহি লিশিং কয়া কয়া হৌখ্রবগী তুংদা মমৈথংদা (চকপা মৈতৈ অরিবগী) য়ুম মওং অসি ওইরকখিবনি।

লমদম অসিদা ঙসি ফাওবদা মওং কায়দনা শানবিবা য়ুমগী মতাংদা লমদম অসিগী অখঙ-অহৈশিংনা তাকপিরম্বগী মতুং ইন্না তুংগী চারোল শুবোল ফাওবদা লৈরগদবা য়ুম্ফম ওইরগদবা নিয়মশিং খরা মখাদা থমজবি।

মরম অদুনা লৈরিবা য়ুমগী মরুওইবা নিয়মশিং অমতা কায়দনা লৈরিবসিনি। মমায় নোংপোক ওন্দুনা শাবা য়ুমগী কা মাপল থোক্লা খাযদোক্লি।

য়ুমশিং কাশিং অদুদি মখাগী অসিনি।

- ☐ অহানবদা য়ুম অসিগী মাঙ্গোল খা থংবা ফম্মেল কা, অৱাংদি নিঙোল কাগী শরুক্লি।
- ☐ অনিশুবদা খা থংবদা লৈবা মাংশোক খাঙেনফম কা;
- ☐ অহুমশুবদা য়ুমযায় কাগী অৱাং থংনা লৈবা শরুক্কী কা অসিনা নিঙোল কা কৌই।
- ☐ মবীশুবদা ইমুংগী অহানবা যুমযায়গী মমাঙ থংনা লৈবা খা থংনা লৈবা অসি পিবা কা, নত্রগা থৌবোম কা হায়নসু কৌই।
- ☐ মঙাশুবদা যুমগী ইমুংগী মযায য়ুমযাযদা লৈ বা (মৈ হৌফম) কা অসি ফুঙ্গা কা কৌই।
- ☐ তরুকশুবদা লৈবিবা ফুঙ্গা কাগী নাকন অৱাং থংবদা লৈবিবা ফক্লাংগা তাইনবা কা অসিদি য়াম্না লুরবা ঈশ্বর (ইমা লৈমরেল শিদবী)গী খুভম কানি, মসিবু হাওরৈবী কা হায়না কৌই।
- ☐ তরেৎশুবদা লৈরিবা নোংচুপ থংবা ফক্লাংগী অৱাং থংনা লৈবা কাচিন অসিনা ইমুংগী চাকখুম কা কৌই।
- ☐ নিপানশুবদা লৈবা য়ুমগী নোংচুপ থংবদা খা ওইনা লৈবা কাচিন কা অসিদি য়ুমগী ঈশ্বর (ইবুঙো লাইনিংথৌ)গী কা কৌই। মসিবু সম্থোঙ কা হায়না কৌই।

- মাপনশুবগী অবোইবা যুমগী "লুপ্লেন কা" হায়না লৈবিবা চাকখুম কাদগী খবা চখোল্লগা লৈবা মযায থংবা শরুক্কী জগা অসিদি (শগাই কা) হায়না কৌই। হায়বিবা শগাই কা অসি চাকখুমগী চাক ঈশিং চাননবা থমননবা ওইনা লেপ অমা ব্রাংনা শগাই শাদুনা থম্লবমই, মসিবু চাখুমগী শগাই কা কৌবিবনি।

মথক্তা পঞ্জখিবা যুমগী কা মাপন লৈবা যুম অসি লমদম অসিগী ওইনা মৈহৌবোলদগী লৈবক্লবা হায়বদি (অন্দ্রো সনা পোকপা চকপা মৈতৈ অবিবা) ফুরুপকী ওইনা লৈবিবা যুম অমগী মনুংদা লৈবা কাগী মমিং ঙাক্তনি।

হৌজিক ফাওবদা লমদম অসিদা মমাংঙৈ মতমদগী শাদুনা লাক্লবা যুমশিং অসি ইকায কাযদনা লৈবি। অদুবু মতমগী মতুং ইন্না অহোংবা কযা লমদম অসিদা লাকপদগী অনৌবা মওং কযাসু শানবে। লোযননা হান্নগী অবিবা লৈজবন্না মওং অসিদি হন্থবে। মমৈথংদদি মাঙখিবা যাবণী অকিবা লৈবে।

শাবিবা যুমগী যুমযায কা৷ লৈবিবা ফুঙ্গা মৈ হৌফম কাদা (হৌবিবা মৈ) অসিদি চহি চা কযাগী মমাঙদগী মুৎপা নাইদনা (চৎন-পথাপ) অমগী মতুংইন্না চাং নাইনা হৌনবক্লর্বনি। যুম অসিদা লেঙদনা লাৎতুনা থম্লবিবা ইমা লৈমবেল, লাইনিংথৌ অসিনি। হাযবিবা ঈশ্বব অসিগী খুভম কাযদনা ঙসি ফাওবদা লমদম অসিদা লৈবিবা যুম খুদিংমক্তা অদুমক থমদুনা ঈবাং পুজা তৌদুনা লৈবি। মবম অদুনা ঈশ্বব লেঙশিন্দুনা লৈবিবা যুমশিং অসিদি (ৈ ম মুৎহৈদে) হাযদুনা অখণ্ড-অহৈশিংনা তাকপিবম্বগী মতুং ইন্না ঙসি ফাওবদা মুৎনাইদনা ফুঙ্গা মৈ ে ৈবিবনি।

মতম অমদদি মৈতৈগী আবিবা চকপশিংগী যুমশা অসি নত্তবা অতোপ্পা যুম মওং অমতা লৈবমদে। অমসুং শানবমদে লমদম অসিগী অমতা ঙাইববা অশেংবা যুমশা ওইবনা ঙসি ফাওবদা মুৎতনা লৈবি। লমদম অসিদা লৈবা প্রজাশিংনা মৈবু যুম খুদিংদসু লাৎতুনা পুজা তৌদুনা থম্বা অসি ইকাই কাযদ্রি মরু ওইবা মবমশিং অসিনা ঙসি ফাওবদা চকপগী মফম চাওনা লৈবিবসিনি।

# শিবগী থৌরম লোয়ননা কূ শাবা

লমদম অসিগী (চৎনবী পথাপ) অমা ওইনা অশি-অনা থোকপা থবক থৌরমশিংগী মরুওইবা থেরীদাং চাওনা লাক্লে। কনাগুম্বা লমদম অসিগী মীওই অমা শিবা মতমদা হেক শিবগা লৈকাই লৈকাই তাক্কুনা খঙননবা লৈকাই লাওবগী থবক অসি তৌই।

মতৌ অসুম তৌনা লৈকাই লাওবগী চৎনবী মওং অদুদি অসুম্না তৌই মদুদি ; ( হো লৈকাই লাও লাও ) হায়না হান্না পাও অসি কৈবোই লৈকাই তাননবা লাওই; তাও তাও লৈকাইগী মী অমা লৈত্রে, হায়না লাওবনি, মসি শিরিবা মীগা মমিং মথা শাগৈগী মমিং পন্দুনা অহুম্লক হল্লগা লাওবা অসি চৎনৈ। মসিবু অশিবগী মীয়াম খঙননবা তাকপা লৈকাই লাওবা হাযনা কৌই।

লৈকাই লাওখ্রবা মতুংদা লৈকাইগী ওইনা লৈবা শীংজুবনা মাগী লৈকাইগী ইমুংগী মীওইশিং য়ুম য়ুমদা চঙদুনা শিবগী পাও অসি পীবনি। অসোমদা শিবিবা মী অদুবু শেন্নবিবা মাইবা অদুনা লৈকাইগী মীয়াম লাওদ্রিবা ফাওবা অশিবগী মনাক্তা শেন্নদুনা লৈগনি, অশিবা হকচাং অদুনা মপান্দা পুথোকপা মতমদা অশিবা শেন্নরিবা মাইবগী খুৎ থাগনি।

অশিবা মী অসি পুথোক্তুনা মপানগী অশিবা থস্ফম ওইনা লৈবিবা য়ুম অসিগী শুমাঙ খা ওইরপ্না লৈবা খাঙেনফম (অশিবা থস্ফম) মফম অসিদা খাঙবোক শঙ অমা শালবগা মদুগী য়ুম মনুং অদুদা মিনিট খবা অশিবা অসি থমগনি।

অশিবা থল্লিবা শঙ অসিগী মমিং খঙপাকশঙ হায়না কৌই। ব্লানা মখোঙ ওইদুনা শারিবা খঙপাকশঙ অসিগী মনুংদা অশিবা হকচাং অসি পুশিন্দুনা থমগনি, পুশিনবগী মওং অদুদি অশিবা হকচাং অদু মী অনি অহুম চঙদুনা পুরগা শঙ অসি অহুম্লক কোয়দুনা পুরবা তুংদা য়েৎ থংবা নাকন্দা ওইনা পুশিনবিগনি। অশিবা হকচাং অসি শঙ অসিগী মনুংদা থম্বা মতমদা কোকনা অব্রাং ওল্লগা লফূ মকক তংখায় অমা কায়দোক্লগা লফূ তংখায় মকক অমগী মথক্তা মোন ওইহন্দুনা খাঙহন্নবগীদমক্তা লৈবাক্তা থারিবা ইগী ইনা মথক্তা

লা লাতোন অমগী মথক্তা লফূ তংখায় অদুনা মোন ওইনা খাঙহল্লগা অশিবা হকচাং অসি লোংনা হিপহন্দুনা ফৈজূপ মরোল অহূম লোন্দুনা হিপহল্লগা থমগনি।

অসুম্না অশিবা হকচাং অদুনা খঙপাকশঙ অসিগী মনুংদা ঙাইহাক্তুং থম্লুরবা মতুংদা ইরুজনবগীদমক্তা মী অনি অহূম চঙদুনা খঙপাকশঙ অসিদগী অমুক পুথোক্কুনা ঈরু মায়থজবগী থবক ফজনা তৌবীগনি।

অশিবা হকচাং অসি ঈরুজবা মতমদা অশিবা হকচাং অসিনা ফমহন্নবগীদমক্তা উনা শাবা মখোঙ মরী পানবা ফান অমদা ঙাকখৎপিরগা চুম্ন া ফমহল্লগা শেংনা শাপোন য়াওনা নান্না ঈরুজবীগনি। অশিবা মীগী ঈরুজবদা ফমহল্লিবা ফান অসিগী মমিং (পাংয়োং ফান) হায়না কৌই। হায়রিবা অশিবনা ঈরুজবদা ফম্লরিবা পাংযোং ফান অসি চৎনবীগী ওইনা শারগা থম্লবিবা অশিবগী ফান মখল অমনি।

ঈরুজবগী মতাং অসিদি হাযবিবা পাংযোং ফান অসিদা অশিব' হকচাং অসিনা ফমহন্দুনা অশিবদা ঈরুজবীননবা শংকুবৈ; কৌবা পাম্বী অমগী মনা অদু হাপ্পুনা মুন্না ফূত্তোক্লগা (লুম্বু লুম্বু) শাবা ঈশিংনা ঈরুজবীবা অসিনি, লোয়ননা শম-না শিং অদু (ব্রাগী শমজেৎ ) নান্না হাৎপীগনি, লোয়ননা চং দাল থিনবিগনি, অশিবা মী অদুনা নিপা ওইরবদি ফৈজোম অচৌবা পুমযাৎ লীৎপিগনি। অশিবনা শেংপা অমদি ইন্নবিবা ফি অসিগী মমিং নোংগাফি হায়না কৌই। ঈরুজবীরবা তুংদা নিপা ওইববদি ঙাইহাক পাংয়োং ফান অসিদা ফমহন্দুনা থম্লগা লাই তানবা অমসুং শা তানবগী মওং অসি কাযদনা তৌই। শা তানবগী মওং অসিদি অখঙ অহৈ মাইবা অমনা লীরুং তেন মচা অমা শারগা লীরুং তেন অসি পাযরগা কাপ-কাপ্পুনা অহূম্লক শুনা কাপ্পুনা শা তানবা অমসুং লাই তাম্থোকপগী থৌরম অসি তৌই, তেন কাপ্লা মতমদা অহূম্লক লাওরগা কাপই; মদুদি ওক ! হা .. হা ... হা হায়না অহূম্লক লাওবগা শা কাপ্লা অমসুং লাই তাম্থোকপগী থবক অসি তৌরিবনি।

# অশিবা থম্ফম খঙবাক শঙ

মাইবা অসিনা লীকং তেন; পাযদুনা কাপকদৌবিবা মাইবগী ফিজোল, কোত্তি খুদৈ যেৎকনি, থবাক খৌবোল লোনগনি। অসুম্না ঈকজবা অমদি লাই তান্থোকপগী থবক লোযববা মতুংদা অমুক হন্না অশিবা হকচাং অসি খঙপাক শঙ অসিদা অমুক হন্না থমগনি। খঙপাকশঙ অসিদা হান্না ঈকজদ্রিঙৈদা থম্লম্বগী লফূ মককশিং অদু ঈকজববা মতুংদা অনৌবা অশেংবা অমুক শিন্তোক্কনি, লফূ মককশিং অদু অনৌবা শিন্দুনা থমগনি১ মসিগী মতুংদা অশিবা অসি পুননবা (কৃ শাগনি) কৃ শাবা লোইদ্রিবা ফাওবদি খঙপাকশঙ মনুংদা অশিবা অসি ফিনা ইকোয কোযনা খাজিন্দুনা থমখিগনি।

মথক্তা পঞ্জখিবা অৱাৎপা অমনা অশিবা হকচাংনা হিপ্লিবা ফক্কী মমিং (পযা ফক) হাযনা কৌই। হাযবিবা ফক অসি ইচম চম্না ৱাগী পযানা ঈৎলগা লোন্দুনা শাবা অশিবনা হিপ্পনবা ফম মখল অমনি। ফৈজূপ অমসুং থানবিবা ফিশিং অদু মবোল অহূম শুনা থাগনি লোযননা অৱাং কোক ওন্দুনা হিপহনবা অসিনি। লোংনা হিপহন্দুনা ফৈজূপ শুপ্লীববা মতুংদা অশিবগী লাইবক্তা পৈশা অচোইবা খবা নপ্লীগনি।

খোইদৌদা পৈশা খবা; যাদা খবা উমহনগনি; থবাক্তসু পৈশা অচোযবা নপ্লীগনি। লোযননা খুত্তসু পৈশা খবা পাযহল্লি। চুকট বেবি থকপা মী ওইবগনা চুকট বেবি খবসু ফূবিৎখাউদা হাপ্লীবা অসিনি।

অশিবা হকচাং থল্লিবা শঙগী লুখুম মপাদা যেংদৌ মকক অনিনা ফুট অমবোম খবা হেন্না ৱাংনা শেল্লগা নাহোং লাইগী ফি অবাংবা অমা যান্দুনা কৎলগা থমই; অশিবগী মমাঙদা যান্দুনা থল্লিবা লাইগী ওইবা (নাহোংফি) অসিনা অশিবগী মোংফমদা নুমিৎ খুদিংগী অশিবগী চাক থাবা অমসুং ইনবা চৎপা মতমদা হাযবিবা নাহোংফি অসিনা লেঙবান্দা যান্দুনা অমদি ইল্লগা চৎত্রবদি মাগীদমক্তা তমদুনা থাবিবা চাক অসি লাক্কুনা চাবৈ হাযবগীনি।

মরম অদুনা অশিবগী চাক থাবা চৎপা মতমদা লেঙবান্দা য়ান্দুনা চৎলিবা অসি ফি ইনবা শর্কই, মরম অদুনা অশিবগী চাক থাবা চৎপদা ইন্নরিবা লাইগী ওইবা নাহোং ফি অসি অশিবগী ইন্নফি হায়না কৌই মসিনি অশিবগী চঙদবা য়াদ্রবা লাইগী ওইবা পোৎচঙশিং।

## কূ শাবগী চৎনবী

অশিবগী ওইনা মরুওইবা কূ শাবগী নিয়ম চৎনবী খরা লৈরি। মদুদি কূ অসি শাননবগীদমক্তা অয়াবা উ খরা চাওবা অমা হেক্তা য়াল্লগা কূ অসি শাবা য়াই। অশিবগী হকচাং পুননবা কূ শাবা অসিদি লৈকাই অদুদা লৈবা অখঙ অহৈশিং খরনা চঙশিন্দুনা অদুমক শানৈ, কূ ওইগদৌরিবা উপাক অদু শাবা ঈৎপা লোয়রবা তুংদা কূগী মমায় অদুদা মখাগী ময়েক খরা অসি কায়দনা য়েক্কনি।

.:কূ অসি য়েক্নপদা চঙগদবশিং অদুদি শুনু খবা য়াইঙং খরা, মৈতান মকুপ খরা চঙগনি। শুগায়রবা মৈতান মকুপ অদু পুনশিন্দুনা শুনু য়াইঙং পুন্না তোৎলগা উপাক মমায় অনিমক্তা কারন, কারন চিংদুনা চাং চপ মান্ননা য়েক্কনি। মসিবু ঐখোয়না অশিবগী কূগী কৈরেল কৈজাও য়েকপা হায়না কৌই। য়েকপগী ময়েক মশীং অসিদি কারন শেমদুনা চিংবা অসি নিপা নুপীগী তোঙাল্লি, নিপাগীনা কারন অসি মঙা শুনা য়েক্কনি, নুপীগীনা তরুক শুনা চিংদুনা য়েক্কদবনি। য়েকপদু লোয়রবদি কূ অসি শেম শাবা পুল্লোই লোয়রে।

শেম শাবা অসি লোয়ববা তুংদা অশিবা হকচাং অসি কূগী মনুংদা চনশিন্দুনা হাপ্লবা মতমদা কূ অসিগী মথক্কী অকোয়বদা উতং ৱাগী পয়ানা কারন কারন লোন্দুনা পুবদা নোমদনবা চেকশিন্না শেম শাদুনা পুনশিনগদবনি মসি কারল অহুম কোয়দুনা পুনগনি।

পয়ানা ইকোয় কোয়না কারল অহুম শুনা কোয়দুনা পুনবা লোয়রবদা অশিবগী কোক মথক অসি লান্দুনা ফিনা শেম্বা মতুম তাবা ফিবুল অমা শেমদুনা

অশিবগী ফিবুল ওকপা হায়দুনা লান্নে, মসিবু অশিবগী ফিবুল ওকপা কৌই। মসিদি মী অনি চঙদুনা ফিবুল অসি য়েৎ, ওই চঙদুনা (কারল, কারল) লাইনা পীনবনি। নিপাগীনা মঙারক হুন্দুনা ওক্কনি, নুপীগীনা তরুক্লক হুন্দুনা ওকপা অসিনি, মসিবু অশিবগী ফিবূল ওকপা হায়না কৌনরি।

হায়রিবা ফিবুল অসি লান্নদুনা ওক্লবগী মরমদি অশিবনা চৎখিবদা অতেক অকায় লৈতনবা অমদি লৈহৌরিবা চারোল শুরোলশিংদা তেকশিন হঞ্জিন্দনবা তৌরিবনি, হায়বসি মৈহৌরোলনা হৌদোরকপদগী কায়দনা ঙসি ফাওবা চৎনরি।

নিপানা শিবগা মঙারক কোয়দুনা হুল্লি, নুপী ওইরগনা তরুক্লক কোয়দুনা হুন্নরি; মসিদি অখণ্ড-অহৈশিংনা তাকপিরি, মী অদুগী পোকখিবা মপোক নুমিৎ থাবানশিংবু লৌবীদুনা য়ুবান নুমিৎকা চান্ননা লৌরগা তেকশিন হঞ্জিন্দনবা তৌবিবনি, অশিবগী ওইনা মহাক্কী লাঙোনগী খোঙচৎতা অফবা খোঙচৎ পীবিবনি।

# থাশি চাক খাঙবগী থৌরম

অশিবগী থাশি চাক খাঙবগী থৌবম হায়দুনা মী অদুনা শিববা মতুং সোরাৎ (কর্ম্ম) লোয়ববা মতুংদা শিখিবা নুমিৎ অদুদগী হৌনা পারগা থা অহুম হেক শুবদা শিখ্রিবা মী অদুগী থাশি চাক খাঙবগী থবক থৌবম অমা অশিবগী শাগৈ নাতৈ মবী মতাশিং শুনা চাক খাঙবগী থবক থৌবম অমা চাওনা পাঙথোকই।

চাক খাঙবগী মরুওইবা নিয়ম অসিদি মী অদুনা থা অহুম শুদ্রিবা ফাওবা নুমিৎ খুদিংগী মহাক্কীদমক্তা খাঙেনফমদা অয়ুক অমসুং নুমিদাং খুদিংগী চাকথা অসি পীবিগনি, মসি লাইগী ওইবা অশিবগী নুমিৎ খুদিংগী থাবা চাকথা পীবনি, অসুম্না চাকথা পীরিবা অসিদি মহাক্কী চহিগী কুমওন অমগী লেপ্তুনা থাগদৌরিবা চাকথা অসি থা অহুম শুদ্রিবা ফাওবা থাশি চাক খাঙদোকপগী থবক থৌরম অসি পাঙথোক্কনি। মসিবু অশিবা মীগী ওইনা পাঙথোকপা অচৌবা থবক থৌরম অমনি।

চহি অমা চুপ্পা নুমিৎ খুদিংগী থাগদৌবিবা অশিবগী চাকথা অসি থা অহুম মপুঙ ফাবকপা নুমিৎকী থা অহুম শুবগী অ'বাইবা থাশি নুমিৎ অসিদা চাক খাঙবগী থবক থৌবম অসি তমদুনা পাঙথোকখ্রবদি মখা চথনা চাক অসি হুন্দবা অমসুং থাদবা যাবে।

অশিবা মী অদুনা মহাক্কী শিখিবা চহি কুমওন্না শুবকপা মতমদা কুমওন পালন হাযবদি চহিগী ফিবোই শোল্লগা অমুক্তা লোইশিনবা যাবে। মবম অদুনা চহি চুপ্পা অশিবগী চাকথা পীদনবগীদমক্তা থা অহুম-অহুম শুবগা থাশিগী চাক খাঙবগী থবক থৌবম অসি পাঙথোকক্লিবনি, মসি লমদম অসিগী কাযবা যাদ্রবা (চৎনবী পথাপ) অমনি।

অশিবা মীশিংগী থাশিগী ওইবা চাকখাঙবগী থবক থৌবম অসিদি ঙসি ফাওবদা কাযবা লৈতনা পাঙথোক্লিবা লমদম অসিগী ওইনা লেঙদ্রবা মাঙলমচৎতগী লাইওইখ্রবা পাবি-পুবি কযাদগী ঙসি ফাওবদা লেপ্তদনা কাযদনা চৎনবগুম্বা লমদম অসিগী শেংলবা লাইগী ওইবা থবক থৌবম অমা ওইবি।

চাক খাঙবগী থবক থৌবম অসিগী মকুওইবা মচাকশিংদি মকুওইনা মনা মশিং অমদি অহাও অথুম, ঙা শানা ওইববসু ইযা যাই। মী যাম্বা যামদবা কবিসু অকাযবা লৈতে। অশিবগী থবক থৌবমশিং পাঙথোকপদা লমদম অসিগী ওইনা চৎনবী নিযম অমগী মখাদা পাঙথোক্লবি।

কনাগুম্বা ইমুং অমদা হাযবিবা চাক খাঙবগী থবক অসি যৌববা মতমদা মী অদুনা মানা মানা ঙমজবা হৈ লৈ চেঙ চাকনচিংবসু পুদুনা কৎনৈ।

অসুম্না মবী মতা শাগৈ-নাতৈশিংনা পুবকপা চেঙ-চাক হৈ-লৈশিং পুম্নমক কচ্চবগা লোযননা চহি-চা কযাদগী লমদম অসিগী (চৎনবী)বু ঙাক্লুনা থবক খুদিংমক মপুঙ ফানা পাঙথোক্লি।

## শাগৈ পুরিৎ থীবগী থৌরম লোয়ননা চাক খাঙবা

লমদম অসিদা লৈবিবা মপুঙ ওইবা চৎনবীশিং অসিগী থোইদোকপা তৌদবা যাদবা তোঙান তোঙানবা থবক থৌবমশিং কযা অমসু লৈবি,

মখোযশিং অসিগী মনুংদা শাগৈগী পুবিৎ থীদোকপগী চৎনবী অমসু চাওনা লৈবি। মসিসু অমনি।

শাগৈগী পুবিৎ থীবা হাযনা পাঙথোক্লিবা থবক থৌবম অসিদা অসুম্না চানবি, লমদম অসিদা লৈবা (অতোপ্পা) নিপা অমনা লমদম অসিগী শাগৈ নত্তবা অতোপ্পা লম অমদগী হাযবদি শাগৈ তোঙানবা, জাতি তোঙানবা মফমদগী নুপী লৌবক্লবদি হাযবদি মৈতৈ নত্রগা মুস্লিম নত্রগা ত্রাইবেলবু ওইববসু মযাং ওইববসু মদু লমদম অসিদা যুম-কৈ পাল্লক্লবা মহাক অদুগী ওইনা চৎনবী অমগী মখা পোন্না মহাক্কীদমক্তা ওইনা অনৌবা যুম্নাক শাগৈ অমা মফম অসিদা (অন্দ্রোদা) লৈবা শাগৈ তবাতকক অসিগী মনুংদগী খন্নবগা শাগৈ অমদা হোংদুনা চঙবা অসিনি। অতোপ্পা লমদগী লমদম অসিদা যুম পাল্লকপা নিংঙোলশিংনা শাগৈ হোংদুনা চঙবগী মবমদি অসিনি। লমদম অসিগী ওইনা ফুরুপ অসিগী পাবি পুবিদগী হৌনা লৈবক্লবা শিবা নাবা থোকপা মতমদা পাঙথোক্তবা যাদ্রবা লমদম অসিগী (অশি অনাগী) চাওববা থবক থৌবম অসি থোক্লুনা লাক্লি। লমদম অসিগী অমদি খুল অসিগী অশি অনাগী ওইনা লেঙদনা লৈববা পোৎ লোইবগী থবক থৌবমদা শোযবা যাদ্রবা নিযম চৎনবী কযাবু কাযদনা চৎপনা মবম ওইদুনা শাগৈ পুবিৎ নাইনা লৈহনবগী মরুওইনা পাঙথোবকপা থবক থৌবম অমনি।

কনাগুম্বী ত্রাইবেল অমনা লমদম অসিদা লৈবা নিপা অমদা ওংলবদি মহাক অদু মপামগী ওইবা শাগৈদা তিল্লোই মহাক অদু লমদম অসিগী প্রজা অমা ওইদুনা লৈবর্বনিনা মহাক্না পোকপা মচা মশুশিং অসি চাদা নাওদা কযা লাক্কনি, মদুদা নুপী অদুগী মচা মশু নত্রগা মহাক্না লৈবা ইমুং অদুগী মী অমা শিবকপা মতমদা মদু অতোপ্পা মী অমনা নত্রগা কৈবোই লৈকায চঙদুনা পোৎ লোইবা (সংস্কাব) তৌবা যাদে, মসিগীদমক্তনি পুবিৎ থীবগী থবক থৌবম পাঙথোক্লিবা অসি।

পূবিৎ থীবগী মওং অসিদি অসুম্না লৈবি। শাগৈ তোঙান্না অতোপ্পা মফমদা লৈখিবনা অশি অনা থোকপা মতমদা মদু কৌবগা পোৎ লোইবা

যাদবনা ! নক্লা লৈবা লমদম অসিগী ওইবা শাগৈ অমদা চঙলগা হাযবদি শাগৈ তবাতকক লৈবিবা অসিগী মনুংদগী অপাম্না শাগৈ অমদা চঙদুনা নুপী অদুগী (মমা মপা) শক্তুনা থম্বগী ব্রাফমদনি, অশেংবা মহাক্কী মপাম অদুসু অদুমক লেঙদনা লৈজগনি।

মসিগী মতাংদা ব্রাফম খবদং থমজগে ! লমদম অসিগী ওইনা য়েল্লৌঙদগী অশি অনা থোবকপা মতমদা পোৎ লোইনবগী ওইনা শাগৈগী মকশা মকোক মথং থিদুনা অশিবগী পোৎ লোইবগী থবক থৌবম অসি পাওথোকপনি। অসুন্না শিবগা পোৎ লোইবা মতমদা মকশা অনি চঙগনি, অহানবদা পিবা নিপাগী ওইনা লৈবনা মকশা মকোক মকশাবেল হায়না কৌই! অদুগা মহাক্লা লৌবিবা নুপী অদুগী মকশানা মকশা নহা নিঙোল মতুং ইনবা মকশা কৌই।

শম্না হাযববদা লমদম অসিদা ওংলকপা যুম পাল্লকপা নুপী অদুনা সলাম শাগৈদা চঙলবদি মহাক অদু সলাম নিঙোল ওইগনি, অদু ওইববদি সলাম শাগৈগী মবী অদু লৈববনিনা মবী অদু থীবগা অদুমক মকশা অদু লৈজবে। পোৎ লোইবা যাবে ! নিপা অদুগীদি হান্নদগী মহাক্কী শাগৈ লৈববনিনা নিপাগীনা মকশা মকোক; অদুগা নুপী অদুগীনা নিঙোল মতুং ইনবা মকশা, মকশা নহ হাযনা পুবিৎ শাগৈ অদু সলাম ওইবে।

মবম অদুনা মকওইবা পুবিৎ অদু ফংলে, সলাম ওইববা নুপী অদুগী ওইনা সলাম ইমুং অদুগী অহল লমন অদু (মমা মপা) ওইবগনি মসিনি পুবিৎ থিবগী থবক।

হাযবিবা থবক থৌবম অসিগা মবী লৈননা লমদম অসিদা লৈবিবা শাগৈ তবাতকক্কী পিবা তবাতকক লোযননা খুল অসিগী ফম্নাইবা তবেৎ কৈবোই লৈকাযগী অহলশিং যাওনা শাগৈ ফংবগীদমক্তা চাক খাঙবগী থবক থৌবমক অমা পাঙথোকই।

অসুন্না চাক খাঙবগী থবক পাঙথোকপগা লোযননা লমদম অসিগী মীপুম খুদিংমক্তা খঙহনবগী চৎনবী অসি লৈবি।

অতোপ্পা মবম অমনা লমদম অসিদা ওংলকপা য়ুম পাল্লকপা নিভোলশিং খুদিংমক পুবিৎ থিন্দোক্নুনা লমদম অসিগী শাগৈদা তিল্লবদি মহাক অদু অযেৎপা অমতা লৈববোই। অমবোমদা লমদম অসিগী (নিঙোল) নুপী অমনা অতোপ্পা মীবমদগী নিপা অমদা মযুম পাল্লবসু মহাক অদুসু নুপী অসিগা চপ মান্ননা শাগৈগী পুবিৎ অসি থিদোকপা দবকাব ওই। হাযবিবা থবক থৌবম অসি নুপী নিপা চপ মান্ননা পাঙথোকই, খেন্নবা থোইনা লৈতে।

# "পোৎ লোয়বা"

অশিবা হকচাং অসি মোংফম পোৎ লোইফমদা পুবক্লবা মতমদা মোংফমগী পোৎ লোইননবা মৈ থাগৎফম শীংগী মথক্তা অশিবা হকচাং অসি ঙাইহাক্তং থমদুনা শীঙ্গং মথক্তা থাঙ্গত্তুনা থল্লিবা কৃ অসিগী অকোযবা চিথেক মবী অসিদা যুংলিবা চুক মখোঙ মবী অসিগী ইকোয কোযবদা ফিবাল মবী শেমদুনা যুংগনি। যুংলিবা ফিবাল অসিগী মমিং চাণ্ডুবা হাযনা কৌই। ফিবাল যুংবা অসিবু অশিবগী চাণ্ডুবা হাযনা কৌই।

পোৎ লোইফম অসিগী শীঙ্গংগী চিথেক মবীমক্তা খ্বাংমুক ব্রাংনা (চুক মবী) যুংগনি থল্লিবা শীঙ্গং অসিগী অকোযবা চুক মবী অসি পৈবিবা শীঙ্গং অসিগা ব্রাংবা চপ মান্ননা লশিংগী নাইবা (লং অহিংবা)গী লংলানা অশিবা হকচাং থল্লিবা অসি মঙাবক কোযদুনা তিংগনি, লং তিংলিবা অসি নুপী ওইবগনা তকক্লক শুনা লং অসি তিংগনি। হার্যবিবা তিংলিবা লং অসি তিংবা মতমদা তৎহনবা যাদে। তিংলিবা লং অসিগী মবমদা মাযচৌ সলাম উমাসিং খুল্লাকপনা অসুম্না হায।

অশিবগী মোংফমদা তিংলিবা লংহিং অসিদি অশিবগী থব্রায ওইবা লংলানি, অশিবগী হকচাংনা পোৎ লোইবমদাইদা কোযবিবা অসিদি মীওইবা ঐখোযগী হকচাংদা ঐখোযবু শেনবীদুনা পুবীবিবা (ইন্দ্রিযগী থব্রায) মঙা অসিনা থাগোনবীবনি, মবম অদুনা শিবিবা মীগী পোৎলোলইফমদা তিংলিবা অহিংবা লংলা অসি অশিবগী থব্রায যাওদ্রবা হকচাং পোলাং অসিনা অহিংবা থব্রায

হাপ্পীদুনা লাইবল্লেন্দা তিলহল্লি হাযবদগী অহিংবা লংলা অসিনা থল্লায় শক্লা পুন্দুনা থম্বগী লেঙদ্রবা খুদমনি।

অশিবা হাকচাংনা ে,মাংফমদা পুদুনা চৎপা মতমদা শিবিবা মী অসিগী ওইনা থল্লিবা লৈকায শীংলূপ অসিনা অশি-অনা তাযত্ব খুদিংমক লৌনৈ। অশিবা হকচাং অসি মোংফমদা পুবা মতমদসু মী তক্ক তক্ক চঙদুনা পুগদবনি। পুবা মতমদা (ফৌশু শুক) অহূম অহূম চঙগনি। শুক অমমমদা মী অনি অনি চঙদুনা মোংফম যৌনা পুগনি।

অশিবগী পোৎ লোইবা অসি মাগী মাগী শিবিবা শাগৈগী অখন্নবা শাগৈ শাগৈগী ওইনা থমই। খুদম অমা ওইনা হাযববদা ফানজাওবম শাগৈগী মী অমা শিবা তাববদি শকংবম শাগৈনা পোৎ লোইগনি।

খুদমগী মশক ওইনা হাযববদা সলাম শাগৈ ঐনা চিংঙাখম নিঙোল লৌববদি ঐগী সলাম শাগৈগী ঐগী ইমুংগী অশি-অনা থোক্লবদি চিংঙাখম শাগৈনা মকশাবেল ওইগনি নিঙোল মতুং ইনবনা (... . ) না ওইগনি, অশিবা হকচাং অসি মোংফমদা পুবা মতদা পোৎ লোইবীগদৌবিবা মকশ অহল (মকশাবেল) অসিনা মাঙ থাবগা চৎকনি। মকশাবেল অসিগী তুংদা নিঙোল মতুং ইন্নবা মকশা অসিগা তুংথ-মাঙত ওইনা চৎকনি। মকশাবেলনা মোংফমদা যোৎপাক অমা লেঙবান্দা যান্দুনা চৎপা অসিনি। যাল্লিবা যেম্পাক অসিনা অশিবা হকচাং পোৎ লোইবদা মৈ হুমনবা অখন্নবা পোৎশক অমনি। মাঙদা চৎলিবা মকশাবেল অসিনা লং অহিংবা লশিংনা নাইবা অহিংবগী লংদুম অমনা লম্বীদা থৎ থৎতুনা থাদদুনা চৎকনি, মথক্তসু পঞ্জম্রে; পোৎ লোইফমদা যুংলিবা (চুক মবী) অসিগী অকোযবদা মকশা অসিন৷ লং অসি মঙাবক কোযদুনা যুক মবী অসিদা কোযনবা তিংলগা পুনগনি।

মোংফমদগীমৈ অসি লৌকবগা অশিবগী লুখুমদা থমদুনা মৈ ওক্লনি। মসিবু অশিবগী মৈ ওকপা কৌই।

পোৎ লোইফম অসিগী লুখুম ওইনা লৈবা মফম অমদা অচৌবা কোম অমসু তৌবি। হাযবিবা কোম অসিদি অশিবগী (খোঙ হাম্ফম) খোঙহাম্পাৎ হাযনা কৌই।

ইমুং অমদা শিরিবা মী অদুনা ইমুং অদুগী অহল য়ুম্বু অদুগী মপা শিবা ওইরবদি মচানিপানা অশিবগী মৈ কোয়দুনা সেবা চঙগনি। অতৈ অতোপ্পা মী অমনা মৈ কোয়বা য়াদে। মহাক্কী ওইবা ইমুংগী মী খক্তনা তৌনৈ, অসুম্না পোৎ লোয়বা লোয়রবা মতুংদা ( মোংফমদা লৈ-শু হুনবা) হায়দুনা অশিবগী লম্বীগী মঙ্গোল ওইদুনা নুংঙাইবা মপোক্তা পোক্তুনা নুংঙাইনা হৈকোল - লৈকোলদা তিন্দুনা মহাক্কী থরায়না নীং তম্না লৈরুনবগীদমক লৈ-শু হুনবগী থমক অসি মপুঙ ফানা পাঙথোক্লরম্বনি।

অশিবগী শরুক তম্বীবা মহাক্কীদমক্তা মোংফমদা চানা থক্লনবা মরাং কায়না তমদুনা ঙা- য়েন শানচিংবা অমদি অহাও অথুম কয়াগা লোয়ননা মোংফমদা হাপ্পুনা অশিবগী শরুক তম্নে।

পোৎ লোয়বা হেক লোয়বগা মোংফম অসি শেংদোক্তুনা নান্না ৰাই তৈথোক্তুনা মোংফম মথক্ক অসিদা হৈ, লৈ নীংথিনা থাগনি লোযননা

- ☐ অশিবগী খোইদৌ মপাদা পানা অমা থাই।
- ☐ অশিবগী লুখুমদা পানা অমগা থাগনি।
- ☐ খুয়া মপাদা পানা অমসু থাগনি।

অশিবগী শরুক তমদুনা হৈ- লৈশিং অসি থাবা লোয়ববদি অহল লমনশিং অমদি মকশা পোৎ লোয়রিবা অনিমক য়ুমদা কারক্লগনি। য়ুম কারকপা মতমদা য়ুমগী চুবী তাফম মপাদা মকশানা মাঙ্গোল মাংশোক্তা কারক্লিঙৈদা য়ু খরা হৈথগনি, মতুংদা মকশা অনি অদু মাঙ্গো কারক্কনি। মকশানা মাঙ্গোল কাখৎলকপা মতমদা মাঙ্গোল মাংশোক মপাদা মকশা অহল মকশারেল অদুনা মকোক থংনা ফমগনি, অদুগা নিঙোল মতুং ইনবা মকশানা মথাংদা ফমগনি, অসুম্না মকশা অনিনা মথং মনাও নাইনা ফম্লবা মতুংদা পোৎ লোইবা মকশা অনিমক্তা ইমুংগী মীনা য়েন্বং কৌবা পাম্বী অমগী মনা ফৃৎপদ মহীনা মনাগা লোয়ননা ঈশিং খরা য়াওনা তাইরেল হায়বগী মওংদা অশিবা পোৎ লোইবা মখোয় অনিমক্তা হায়দোক্তুনা শেংদোকপা অসিনি।

মকশা অনি অসিগা মাঙ্গোলগী মাংশোক্তা ফল্লবা মতম অদুদা অশিবগী চাক ইনগনি, নিপা ওইবগনা মঙাবক শুনা ইনগদবনি, নুপী ওইবগনা তকক্লক ইনগনি, চাক ইনবা অসিদি যু অমসুং শা থোংবনা ওইনা তৌনৈ। মসিবু অশিবগী চাক ইনবা কৌই।

অসিগী মতুংদা য়ুম্ব অদুনা পোৎ লোইবা মকশা অনি অসিদা পীনিংবা পোৎ-চৈ খবসু পীদুনা দান তৌনৈ হাযবিবা নিযমশিং অসি হৌজিক ফাওবা পোৎ লোযবদা চৎনবিবা মকওইবা নিযমশিংনি।

# পোৎলোইবগী লু খুনবা

লমদম অসিদা যাম্না কন্না চৎনবম্বা অমনা অশিবা হকচাং পোৎলোইবা মতমদা লু খুনবা হাযদুনা পোৎ লোইবা মৈ থাবা চাকপা লোইশিল্লকপা মতমদা লাইবক্কী শরু লাইবক গোপাল হাযনা খঙনবিবা শরু অসি মৈ চাকহন্দনা লৌবগী চৎনবী লৈবল্লি।

পোৎ লোইবগী লু-খুনবা হাযবা অসিগী চৎনবী অসি তৌদবা যাদবা থৌবম অমা ওইনা লুনা খন্নবগা লৌবা চৎপা তুমদ্রিঙৈদা কুপ্না শেন্নদুনা চেকশিন্না কাযহন্দনা লৌবনি, মসি লৌবা চৎপা মতমদা খৃৎনা লৌবা নত্তে, অশিবদা মৈ থাবগী মৈহলচৈ অদুনা খোৎলগা চেকপ শাদুনা মৈবক্তগী চপ চপ্তুনা লৌখৎলগা ঈশিংনা শেংনা চামথোক্তুনা খুনগদবনি। হাযবিবা খুল্লবা শরুশিং অসি নুংশাদা কংনা ফৌদোক্লগা নীংথিনা কঙলবা মতম অদুদা লুপাক অমগী মনুংদা চেকশিন্না হাপ্তুনা থম্লৈ। অসুম্না মোংফমদগী লৌশিন্দুনা থম্বা শরুশিং অসি শিবিবা মী অদুগী মপোক কুমওন যৌবকপা মতমদা হাযবদি মহাক্কী ফিবোই শোনবগী মতম কুমজা কুমশিং যৌবকপা মতমদা ফিবোই শোনবা নুমিৎ অদুদা শরুশিং অসি মোংফমদা পুবগা ( হৈ, লৈ কৎলবা) মতুংদা মৈ থাদোক্কনি। হাযবিবা মৈ থাদোকপা অসিদি মহাক্কী ফিবোই শোনবা নুমিৎতা পাঙথোকই।

(অতোপ্পা মবম অমদনা অসুম্না লৌশিল্লগা থম্নবিবা লাইবক গোপালগী শরুশিং অসি অতোপ্পা কনাগুম্বা খবনা বৃন্দাবন্দা পুবগা থাদরুবসু যাওই।

মসি গঙ্গাদা থাদরুবগী মরমদি অশিবগী থব্রায়না শিরবসু আত্মা থব্রায়না গঙ্গাদা তিনসনু হায়বগীদমক্তা বৃন্দাবন শোরাৎ শোনবা হায়নসু কৌই।)

হৌজিক্তি বৃন্দাবন্দা চত্তুনা সোরাৎ শোনবা অসিদি কয়া চৎনদ্রে; অদুনা (লু খুনবা) হায়রিবা অশিবগী লাইবক্কী শরু লৌবা অসিসু লৌনদ্রে; মসিদি থাদোকখ্রে, মমাংঙৈগী মতমদা কন্না চৎনবম্মী, লু খুনবা অসি য়ুনা চাম্বসু য়াওই, অয়াম্বনা য়ু অমসুংঅশেংবা ঈশিংনা চাম্বনি।

অশিবগী ফিরোই নুমিত্তা মহাক্কী শরুশিং অদু মোংফমদা মহাক্কী মপোক কুমওন শুরকপগা লোয়ননা মোংফমদা মৈ থাদোক্তুনা অরোইবা কর্ম্ম শোনবগী মথৌ মঙম লোয়রে লৌনরম্বগীদমক্তা শরুশিং অসি মোংফমদা অমুক পুদুনা মৈ থানরম্বনি। পোৎ লোইবগী লু খুনবগী মরুওইবা নিয়মশিং অদু মথক্তা পীরিবা খরা অসিনি।

## সোরাৎ শোনবা

সোবাৎ শোনবগী মরুওইবা নিয়মশিং অদুদি নিপা শিবা ওইরগা নুমিৎ মঙানি শুবা নুমিত্তা সোরাৎ অসি শোনগনি। নুপীনা নুমিৎ তরুক্নি শুবা নুমিত্তা সোরাৎ শোনবা অসি চৎনৈ।

মরুওইনা সোরাৎ শোনবা মতমদা মকশা হায়দুনা (অশিবা পোৎ লোইবা) মখোয় অনিমক যাওদবা য়াদে। সোরাৎ নুমিৎ য়ৌদ্রিঙৈ হুম্নি (চনবা নুমিৎ) তা অশিবা ইমুং অদুগী য়ুম শেংবগী থবক পাঙথোকই। য়ুম শেংদোকপগী থৌরম অসিদি মাইবীনা তাইরেন হাইদোক্তুনা শেংদোকপা অসিনি। শেংবা লোয়রবদি য়ুমগী (লাই তিন) অসি সোরাৎকীদমক্তা ধুব থাংমৈ থান্দুনা লাৎপা অসিনি। মসিবু ঐখোয়না সোরাৎকী নুমিৎ হুম্নি শুবা য়ুমশেংবা হায়না কৌই।

লৈরিবা য়ুমগী নোংপোক্কী ফক্লাং ইমাঙথোঙ মপাগী থোকফম ফম্মেন থাংবা ফক্লাং মথক্তা পোলাং মচা অমা শারগা য়ান্দুনা থমই। মসিবু অশিবগী থব্রায়না লাক্লগা পোলাং অসিদা লৈরৈ; হায়বগীদমক্তা য়ান্দুনা থম্বনি। য়ান্দুনা থম্লিবা পোলাং (লাই পোলাং) অসিদি সোরাৎ য়ৌগদবা নোংমা ব্রাৎলিঙৈদা

হাযবদি হযেং সোবাৎ ওইবগনি হাযববদি ঙসি অহিংদা য়াল্লিবা পোলাং অসি লৌথদুনা যুমগী ইমুংদা লৈবিবা (ছত্র মপাদা) ফকতোং অমা শাবগা ফকতোং নত্রগা ইনা শাবা মাযখল ওইববসু য়াই, মাযখল অসিদা যাল্লগা পুজা তৌদুনা অহিং অমা যান্দুনা থমগনি।

হায়বিবা নুমিৎ অসিদা লাই পোলাং অসি অহিং অমা ধুব থাংমৈ থা দুনা পোলাং শঙবী হাযদুনা লৈবিবা লৈকাযগী অহল ওইবী নুপী অনি অহুমনা লাই পোলাং অসি নোং ঙানবা ফাওবা শঙগনি।

শিবিবা মী অদুনা নিপা ওইববদি পোলাং অসিদা ফৈজোম অমনা যেৎশিনবীগনি, ফুবিৎনচিংবসু পোলাং অনিদা হাপ্লিগনি। নুপী ওইবগা ফনেক ফুবিৎনচিংবা শুনা হাপ্তুনা পোলাং অসিদা থমদুনা পুজা তৌনৈ। লাই পোলাং অসি অশিবগী থব্রাযগী তুংফমনি হাযনা লৌবনা লাই পোলাং অসিবু যাম্না লুনা পুজা অসি তৌবিবনি।

মঙানি শুবা সোবাৎ নুমিৎকী অযুক্তা লৌথবিবা পোলাং অদু পুজা লোয়ববা মতুংদা সোবাৎ চাক ঈশিং চাবা থকপা হেক লোযবগা মোংফমদা অমুক হন্না (অচা অথক) অথুম অহাওশিং পুম্নমক হাযবিবা অচৌবা থুম্মোক অমদা অমুক মোংফমদা পুবগা কৎলুবা অসিনি, হাযবিবা নুমিৎ অসিদা মহাক্কী পোৎ লোইফম মোংফমদা কথোক্লুবা অসিসু অশিবগী সোবাৎকী (মংশা কৎপা) হাযনা কৌই। মসি মোংফমদা অমুক হন্না মৈজাও থাগত্তুনা পোলাংশিং অমদি অচা অথক অবেন্বশিং পুম্নমক অদু মোংফমগী মৈদা কথোকপা মংশা কৎপা কৌই।

অশিবগী লাই পোলাং কথোকপা অসিদি সোবাৎ শোনবা নুমিৎতা ঙাক্তা পাঙথোকই। লাই পোলাং পুথোকপা অসিসু যাম্না লুই, মবমদি লাইগী অচা অথকশিং অসি পুথোকপা মতমদা শিবিবা শাগৈ অদুগী মী অমতনা মদু পুথোকপা অমদি চাবা যাদে; মসি অতোপ্পা শাগৈনা পুথোক্কদবনি, শম্না হাযববদা ফানজাওবমনা শিববদি অতোপ্পা চিংঙাখম, সলামনচিংবনা পুথোক্কনি।

য়ুমদগী মোংফম তান্না পুবা মতমদসু পোলাং অসি য়ুম ইমুংদগী ইহান হান্না পুথোরকপা মতমদা য়ুমগী মাঙ্গোল ময়ায় ফাওরগা সনথোং ময়ায় ফাওদুনা পুথোক্কনি, লাই পোলাং অসিদা হাপ্লিবা অচাপোৎশিং অসি মাগী ইমুংগী অঙাংশিং নত্রগা নক্লবা মরী মতাশিংদা চাবা অমতা য়াদে।

সোরাৎ নুমিৎ অয়ুক্কী চাক ঈশিং ঙাইবা মিংখৈ তাবা অসি চৎনৈ, চাক ঙাইবগী ব্লারী তাবা অসিদি (ব্লারী লীবা) লাইরিক শকপা অসিনচিংবা অসি তৌনৈ, মরমদি সোরাৎতা শরুক য়াবা লাকপা অহল-লমন খুদিংমক্কী ওইনা চাক চাবগী মতম ঙাইবনি, মসিবু সোরাৎ শোনবগী চাক ঙাইবগী ব্লারী তাবা হায়না কৌই।

মমাংঙৈ ঙল্লিঙৈ মতমদগী হৌনা সোরাৎ নুমিৎকী অয়ুক খুদিংমক্তা অহল-লমনশিংনা চাক ঙাইবগী মতম ঙাইবা অসিসু সোরাৎকী ব্লারী তাবা হায়না কৌই।

লমদম অসিগী অশি-অনাগী কর্ম্ম খুদিংমক্তা থবক থোক্লিবা ইমুংগী পোৎ-চৈ লাওবগী মতুংইন্না সোরাৎ অসি পিকপা চাওবগী মতুংইন্না লাঙগনি। মদুদি কর্ম্ম অমদা চেঙশিং অসি চেংকোক মঙানি হায়না লৌরশি, অদু ওইরবদি খুনগী পুজারিগী মশিং অসি তবামঙা শুগনি । চেঙ চেঙ্কোক অমদা পুজারি অহুম অহুমগী চাংদা তৌগনি। লমদম অসিগী চাক ঈশিং থোংবর পুন্নমক বামোন্না তৌনদে; লমদম অসিদা লৈজরিবা পুজারিনা চাক ঈশিং থোংবা অসি অদুমক চৎনরি।

লমদম অসিগী চৎনবী পথাপ অমগী মতুং ইন্না থবক ইনখাং পুন্নমক লোয়রবা মতুংদা য়ুম্বু অদুনা অব্রামল ওইনা দান খরা খরা তৌবা পীনবা অসিদি চৎনৈ। পীনরিবা দক্ষিনা দান অসিদি পৈশা ওইনা য়ামই য়ামদে হায়বা লৈতনা পীনবা অসিনি। মসি পুজারি অমমমদা লুপা ৫/৫ দংদা পীবসু য়াই; য়ামই য়ামদে হায়নদে, মসি লমদম অসিগী পারি পুরিদগী হৌনা কায়দনা তৌরক্লবা চৎনবী পথাপ অমদি।

সোবাৎ শোল্লিবা অসিদি অশিবা অদুনা নিপা ওইহ্বগা মঙানি শুবা নুমিৎতা সোবাৎ অসি শোনগনি। মবমদি মসি শিবিবা মী অদুগী পোকপগী মপোক নুমিৎগী মঙানি শুবব নুমিৎতা যুবান থাবগী নুমিৎ মশিং লৌবগা সোবাৎ অসি শোনগনি। নুপী ওইহ্বগনা তকক্লি শুবা নুমিৎতা লেঙদনা কাযদনা অদুমক শোনগনি। সোবাৎ শোনবগী মরু ওইবশিং অদু মথক্তা পীবিবা অসিনা মরু ওইবি।

## চাকচা পথাপ

চৎনবী পথাপকী মতুং ইন্না ঙসি ফাওবদা কাযদনা অমদি লেঙদনা লৈবি। মদুদি চাকচা পথাপ অসি খ্বাইদগী মরু ওইবি, সোবাৎ কর্ম্ম খুদিংমক্তা সভা মমাঙদা খোঙ্গ্রাই চল্লগা চাক চাবা অসি চৎনদে, নীঙ কাঙনা ফল্লগা চাক চাবা চৎনৈ।

লমদম অসিদা হৌজিক ফাওবদা (চাকচা পথাপ) মমাংঙৈদগী কাযদনা অদুম চৎনবি। চাক চাবদা খোঙ্গ্রাই চল্লগা চাক চাবগী মতাংদা লমদম অসিগী লাই গুরুশিং অখঙ-অহৈশিংনা অসুম্না তাকপিবি। মতাং অসিদা অখঙ অহৈশিংগী মোত খবদং থমজগে। চাক চাবদা খোঙ্গ্রাই চল্লগা চাক চাবা অসিদি অহল-লমনশিংগী মফমদা (ব্যবহাব লৈতবা) অমা ওইনা লৌনৈ।

চাক চাবা মতমদা নীঙ কাঙনা ফল্লগা চাবা অসিদি যাং তিংনা ফমদুনা চাবনা হকচাংদা চাখ্রিবা পোৎশিং অদু নীংথিনা তুমহল্লি, অমদি হকচাংসু নুংঙাইহল্লি। খোঙ্গ্রাই "" চাবনা পুক লুমহল্লি, অমসুং হকচাং চাওখৎহল্লি। অথু-" কাযসু নঙদে, লোযননা (খোঙ্গ্রাই শৎলিঙৈদা ষন্না ব্রাই) হাযবা পাওবৌ অসি তত্তনা পল্লি। মবম অদুনা লমদম অসিগী পাবি পুবিদগী চৎনবক্লবা মীতোপ মীবানশিংগী মীনা তাবদা ব্রাববা লমদম অসিগী কাযদ্রবা চৎনবিবা হৌন-লোনচৎ ওইবা অচৌবা চৎনবী পথাপ অমনি হাযবসিনি।

# কুমওন পালন তৌবা নত্রগা ফিরোই শোনবা

অশিবগী মথং মথং মথৌ মঙম পাঙথোক্তুনা লাকপগা লোয়ননা কুমওন পালন তৌবা; নত্রগা ফিরোই শোনবা হায়না মমিং থোল্লগা পাঙথোক্লিবা থবক থেরৌবম অসিদি সোবাৎ শোনবা লোয়রবা তুংদা হায়বদি শিখিবা মী অদুনা চহি মপুঙ ফারকপা কুমশিং থাশিংনা যৌবক্তুনা মপুঙ ফারক্লে হাযবা মতমদা পাঙথোক্কনি।

মী অদুনা শিখিবা নুমিৎ অদুদগী পারগা মহাক্কী চহি কুমশিংনা মতম য়ৌদ্রিবা ফাওবদি অশিবা মহাক্কীদমক্তা নুমিৎ খুদিংগী অয়ুক নুমিদাংৱাইবম খুদিংদা য়ুমগী খা থাংনা লৈবিবা (খাঙেনফম মপাদা) চাক অমদি য়েঙ্খাং শরুক তমদুনা নুমিৎ খুদিংগী থাগনি, চাক শরুক তমদুনা থাবিবা অসিদি অশিবগী থৱাযনা (কুমওন, ফিবোই) য়ৌদ্রিবা ফাওবদি নুংশিৎতা তিন্দুনা পাইদুনা লাক্লগা মহাক্কীদমক্তা খাঙেনফমদা থারিবা চাক অসি চারে; লোযননা খাঙেনফমদা অসিদি অশিবশিংগী থৱায় মিবেলনা লৈফম্লি। চহিগী কুমওন শোনবা অসি মমিং অনি থোক্লা লৈবি। মদুদি কুমওন পালন তৌবা হাযবা অমা অদুগা ফিবোই কত্তুনা শোনবা ফিবোই শোনবা হায়বা অমা ৱাহৈ অনি অসি থবক চপ মান্নে। শিখিবা মী অদুনা শিবা নুমিৎতগী পাবগা নুমিৎ ৩৬৫ (চাহুম হুম্ফুমঙা) অসি শুদ্রিবা ফাওবদি ফিবোই অসি শোনবা যাদে।

হায়বিবা নুমিৎ ৩৬৫নি অসি শুদ্রিবা ফাওবদি অশিবগী থৱায়গী মিবেলনা যুমগী অমদি শাইগং শাইযাদা থৱায়গী মিবেলনা কোইপাই পাইদুনা লৈ হায়বগীদমক্তা থাশি চাক খাঙখ্রবগী মতুংদসু কনাগুম্বনা মশাগী কুমওন ফিবোই য়ৌদ্রিবা ফাওবা চাক থাদোকপসু য়াওই।

মবম অদুনা অশিবা মহাক্কীদমক্তা নিয়মশিং অসি অমতা কায়দনা ঙসি ফাওবদা লেপ্তুনা শোন্নরি। হায়বিবা থৌরম অসিদি সোবাৎ কর্ম্মগা খবদি খেন্নে। মহাক্কী চহি মতমনা য়ৌরক্তুনা কুমওন শোনবগী মরুওইবা মরমশিংদি অশিবগী থৱায় অসিনা (স্বর্গ লাইরম্লেন্দা) তিন্দুনা নুংঙাইনা লৈগী দোলাইদা

কাখিদুনা লৈখ্রসনু। ঙসিদগী ফিরোই নুমিৎ অসিদগী ঐগখোয়গী য়ুমগী শাইগং শাইয়াদা থব্রায়গী মমিনা লৈরম্বা অদু তাইবঙ খুরক্তা তিনবা য়াদবনা ঐখোয়গী নাক্তগী লাপ্পা চৎখ্রসনু নুঙাই য়াইফবা ওইনা মালঙদা (নীঙ তম্মা) তিন্দুনা লৈখিনবা য়াইফ মঙ্গলগীদমক্তা চাকখাঙ য়ুখাঙদুনা পাঙথোক্লিবনি।

ফিরোই অসি শোনগদবা তৌগদবা নোংমা ব্রাৎলিঙৈ; হয়েং ফিবোই থোক্লবদি ঙসি অয়ুক অসিদি ফিরোই শোনবগী বার্ত্তন তৌবা নুমিৎ হায়বদি (লৈ হৌবগী) থবক অসি থোকই।

ফিরোই বার্ত্তন তৌবা; লৈ হৌবা অসিদি অশিবগী লম্বী পীবা অমসুং তাকপিবনি হায়বা ওইনা, মসিগীদমক্তা অচৌবা অনানবা ফি অঙৌবনা শেম্বা মথোল অহুমগী থাক তাংকক নাইনা শেম্বা ফিরাল অমা শেমগনি, মসিবু ঐখোয়না ফিরোই শোনবগী ফিরাল য়ুংবা; নত্রগা ছত্র য়ুংবা হায়না কৌই।

অসুম্না ফি অঙৌবনা মথোল অহুমনা ওইবা ফিরাল অসি শিরিবা ইমুং অদুগী লৈরিবা য়ুমগী থোঙ্গাল থোকফম মপাদা ওইনা কোম অমা তৌগনি। মসি লুদ্রবদা ফিট অনিরোমদি লুহনগনি। কোম অসি থোঙ্গালগী য়েৎ ওইনা লৈবা মফমদা তৌগদবনি; অসুম্না তৌরবা কোম অসিগী অকোইবদা ব্রাই নান্না তৈথোক্কনি। ব্রাই তৈথোক্লবা মফম অসিদা ফিরাল ফিরাল ছত্র অসি য়ুংননবগীদমক্তা অখঙবা মাইবা (পাঞ্জি) অমনা কোম মনুং অসিদা খোইহি, শঙ্গোম্নচিংবা থাদুনা লৈ-শু কৎলগা অশিবদা য়াইফনা কাখিনবগীদমক্তা য়াইফ মঙ্গোল পীগনি।

য়ুংলিবা ফিরাল ছত্র অসিদা মোইবুং খোংদুনা নুংঙাইনা অশিবগী থব্রায় য়াইবীরেলনা ফিরাল অসিদা কাখিনবগীদমক্তা য়ুংলিবা ফিরাল অসিদা কাখিনবগীদমক্তা য়ুংলিবা ফিরালনি। ফিরাল অসিঅশিবগী (সনাগী কৈরাক) হায়নসু কৌই। ফিরাল অসি য়ুংখৎপা মতমদসু অশিবা ইমুংগী মপা মচা অমনা ফিরাল চৈখোক অসিদা অহুম্লক কোয়রগা চৎকনি, হায়রিবা ছত্র য়ুংবা নুমিৎ অসিদা চাক খাঙগনি; মসি অশিবগী লাই সিতা কৎপা হায়না কৌই, নোং ঙাল্লগা ফিরোইগী মীয়াম পুন্না শোন্দুনা চাক খাঙদোকপগী থবক অসি তৌগনি।

ফিবোইগী চাকখাঙবা অসিদি সোবাৎ কম্মগী মতৌগুম্না তৌদে, খবদি খেন্নবে, লাইগী পোলাং অশিবগী তম্বা চাক ঈশিং অহাও অথুমশিং পুম্নমক অসি মীযাম্না চাক ঈশিং চানদ্রিঙৈ মমাঙ ব্রাবী লীবা হেক লোযবগা লাই পোলাং অসি পুথোক্কনি; সোবাৎকী ওইববদি মীযামনা চাবা থকপা লোযববা মতমদা পুথোক্লে। অসুম্না লাই পোলাং পুথোকপা অসি খল্লিবা মান্দপ অসিগী মযাই ফাওদুনা চৎলগা পুথোক্কনি, পুথোক্লিবা অচা-অথকশিং অসি অশিবগী পোৎ লোইশিনবা মহাক্কী মোংফম অদুদা কৎলুগনি। মসিবু অশিবগী ে,মাংফমদা কৎপা মংশা কৎপা হাযনা কৌই, নত্রগা অশিবগী মংদা কৎপা (অশিবগী চাক খাঙবা) হাযনা কৌই।

থোঙ্গাল থোকফমদা অশিবগী ফিবাল অসি যুংখ্রবা মতুংদা হাযবদি ফিবোই নুমিৎ অসিদা অশিবগী ওইনা থব্রাযনা কোবৌ থক্তা নুঙাইনা কাখিনবনি হাযনা মী ফম্ফম ওইবিবা খল্লিবা মাঙোপ অসিগী মনুংদা লৈবিবা খা থংবা শরুক্কী হাযবদি খাঙেনফম মপা ওইনা লৈবা মফম অমদা লৈবিবা মমাঙ ওইবপ মপাদা কুপৎশিল্লিবা জিহ্বাবু ওইববসু, ফক্লোংবু ওইববসু থকাই অমবোম শাংনা কুপ্পা মফম অদু লৌথোক্লগা পাঞ্জি অদুনা নুমিৎ অসিদগী অবোইবা পুংফমগী ওইনা যাইফ পাউজেল অসি মীযামদা পীননবনি, অশিবগী থব্রায মীবেলনা যুম কৈদা, শাইজিন-শাযাদা, অমুক হন্না লৈতনবা হাযদুনা মফম অসি স্বর্গ যৌনা হাংহল্লিবনি। মফম অসিদসু পানা থাবগা পাঞ্জি অসিনা তিল্লিবা মীযামদা যাইফ পাউজেল অসি অসুম্না লাউবগা পীগনি। সনা পোকপা চকপা মৈতৈগী যাইফ পাউজেল মখাগী অসুম্না পীগনি।

# অশিবদা য়াইফ পাউজেল পীবা

মদুদি হুঁ হৈ হৈযা হে; চিংঙু শিদবা লাইনিংথৌ পোইবৈ নঙগী পুঙমযোন; কংলা পুকম চিঙ অসিদা শাৎলম্বা মৃতু ওইখ্রবা সলাম উমাসিং কৌবনা শীংকুমখিববু নোংগীবু তাইবঙ পাম্বৈগী নাক্তা ব্রাইথুংলবে; মপল পথাং কোক্ল দি পুথাংকোক পুবেল তবেৎতা শিন্নবক্লে।

মীয়াম্মা খুম্বা পুবোল তবেৎ শলাই পুকোক্তা শিন্নবক্লে। য়াইফবে!

শলাই পুকোক্লা উমং মাপন পুনেমহল্লে, যাইফবে

থংমাইবী পুনেমহল্লে। লিক্লম হি; মরু;উমং পুনেমহল্লে; মবী উমং পুনেম্লকএ;। মৈবা থা মবী উমং পুনেম্লকএ; যাইফবে

ব্রাইবং মী মরু পুনেম্লকএ। যাইফবে,

চীংখৈ যাই মরু উমং পুনেমলকএ। যাইফবে

মযাই শুমতোং ফানা সনা শুমতিনবু পুনেম্লকএ। নোংদা লাইলেবন পাখংববু পুনেমলকএ; যাইফবে,

পাখংবা লাইনা মালেমদা শিন্নবকএ। যাইফবে

মালেমনা তবং লাইজদা শিন্নবকএ। যাইফবে।।

খুমগনি। লাইজনা হুমলেন শিদবদা শিন্নবে, হুম্লেন্না মালং খোঙ্গলবদা শিন্নবক্লে, যাইফবে

মালংনা অতিযাদা শিন্নবক্লে। অতিযানা অতিংকোক্তা শিন্নবক্লে। যাইফবে।

অতিংকোক্লা তেংবানবা মপু অতিংঙা থোইথোইবদা শিন্নবে; অতিংঙা থোইথোইবনা চীংঙু যাইবীবেন্দা শিন্নবে। যাইবীবেন্না কোবৌ নোংথোং হাঙনা সনাগী কৈবাক থানা খুজেং পালোই লাক্লা মপুগী ফম্বীবেল কোন্না শীংকুম্বা মতাইবেম কোলোই সলামউমাসিং কৌবা মহাক্কী মমিংবু মপুগী হৈকোল লৈকোন্দা হৈবাং লৈবাং ওইনা তিনখ্রে ! হৈ হৈযা হে; হৈযুম, হৈযুম।

অসুম্না মাইবা অসিনা মমিং মথা কৌদুনা যাইফ পাউজেল পীবকপা মতমদা তিল্লিবা মীযাম পুম্নমক্লা যাইফবে ! যাইফবে ! খুমদুনা য়াইফ পাউজেল অসি অশিবদা পীবিগনি। লোযননা তিল্লিবা মীয়াম্মা যাইফ পাউজেল পীবগা

লোযননা থৌবম অসি লোইশিল্লি। অসুম্না যাইফ পাউজেল পীবা অসি কৌবগা ঐখোযগা খেন্নবা লৈবি ঐখোযগী লমদম অসিদা চৎনবিবা অসিদি সনা পোকপা চকপা মৈতৈ অবিবগী অমদি সনামহী লৈমবেল লাইনিংথৌগী চৎন-পথাপনা লমদম অসিগী মুৎনাইদ্রবা সাখাবোন অমদি চৎনবীনা মপুঙ ওইবি।

লোইরবা








# সলাম থম্বাল লুরাং

সলাম থম্বাল লুরাং ডিসেম্বব তাং ৪/১২/১৯৫০ দা অন্দ্রো বজাবদা পোকই। অপোকপগী মিং সলাম উমা সিংহ অমসুং অপোকপীনা জাতি দেবীনি। ইং ১৯৭৪ দা মেট্রিক পাস তৌখি। ১৯৭৮দা পি:ইউ:সি: পাস তৌখি, ১৯৮২দা বি:এ: পাস তৌখি অমসুং ১৯৮৫দা এল:এল:বি: পাস তৌখি। ইং ১৯৯৫দা ওল মণিপুব সিড্যুল কাষ্ট ষ্টুডেন্টস্ যুনিযনগী জেনেবেল সেক্রেটবি ওইখি মথংদা ১৯৮২-৮৫ ফাওবনা অন্দ্রো স্মোল টাউনগী কাউন্সিল্লব ওইখি। ১৯৯০দা অন্দ্রো সবস্বতি বাল বিদ্যা মন্দিব লিংখৎখি অমসুং ১৯৯৬ ফাওবা প্রিন্সিপাল ওইনা লৈখি।













লমদম অসিদা লৈনবা মৈতৈগা যমণাও অমসুং শাজানবা পোৎলম চৈবা



অইবগী ফোঙলগদবা লাইরিকশিং

## মীহাৎপুং (ৱারী লাইরিক)
## মীত্তাংবদু ঐনি (উপন্যাস)